


**KUMGEE NONGHOU,** *an anthology of Manipur short stories by Manipuri women.*

*Edited and Published by :–*
**Konsam Kuladhwaja**
*on behalf of* ***Litterateurs' Guild, Manipur***
*Address : Sagolband Tera Khuraijam Leikai, Imphal – 795 001, Manipur (India).*

*First impression* : August, 2004.
No. of copies : 1500

*Price* : **Rs. 120/-**

*Cover* : **R.K. Joykumar**
Sagolband Moiranmayum Leirak, Imphal

*Printed at :* Wizard Offset Printing
*Sagolband Thangapat Mapal, Imphal.*

# মনুংদা করি

*******

# ৱাফম খরা, ৱাহৈ খরা

পুখোক্লিবা লাইরিক মখল অসি অনৌবা নত্তে। ঐখোয়না হান্না থেংনখ্রে, কলচরেল ফোরম মণিপুরগী "মণিপুরী অইবীশিংগী খোমগৎলবা ৱারীমচা" অমসুং লৈমরোল খোর্জেৈকোল (লৈকোল)গী "নাচোম"। পুখোক্লিবা লাইরিক অসিনা লাইরিক মখল অসিদা অহুমশুবনি।

লাইরিক অসিগী তোপতোপ্পা মশক অমদি লৈজরি। মণিপুরী ৱারীমচাগী খোঙজেল য়াঙখৎলকপগা লোয়ননা থাক ৱাঙখৎলকপগা লোয়ননা ৱারীমচা ইবী কয়া লেপ্তুনা থোরক্লি। লেপ্তুনা লাইরিক কয়া ফোঙনরক্লি। ৱারীমচাগী জগৎতা মশা মশাগী মফম লৈনরবা ঙাক্তনি বিনোদিনী, প্রমোদিনী, যামিনী, বীনাপানী, য়েংখোম ইন্দিরা, বেনুবালা , হাওবম সত্যবতী, ক্ষেত্রিময়ূম সুবদনী, সুনিতা, সান্তিবালা, সনাতোম্বী, সুরমা, বীমাবতী, নী নীনা অসিনচিংবা। হায়রিবশিং অসিগী মথক্তা কয়া অমসু লৈরি হায়বসি কনানা খঙবীগনি, লাইরিক অসি পুখোক্তুনা মীয়ামদা উৎপা নত্তনা।

তশেংনমক লাইরিক অসিনা খঙবীদ্রবা ৱারীমচা ইবী খরগী মশক তাকপা ঙমজরে। ৱারীমচাদি ইরগা লাইরিক ওইনা পুখোকপা ঙমজদবা অইবী কয়া কয়ানি। লাইরিক অসিনা লৌখৎপা ঙমজহৌদবা কয়া অমসু লৈরি। লাইরিক অসিনা কোল্লিবা অইবীশিং সরোজিনি, বেনুবালা, ইন্দিরা, সত্যবর্তী, কে. এস. ঐচ. সুবদনী হান্না মণিপুরী ৱারীমচাগী জগৎতা মশাগী মফম অমমম লৈনরবা অইবী ঙাক্তনি। মখোয়শিং অসিগী মথক্তা নৌনা ৱারীমাচাগী জগত্তা খোঙ থাংজিল্লক্লিবী অইবীশিং মীয়ামদা শক তাকচবা ওইনা থেংনরুবা খরা লৌখৎচৈ। মখোয়শিং অদুদি : এস. ভানুমতী, চোংথাম ওংবী সুবদনী, একাশিনি, শিল্লেমা, বরকন্যা, ভানুমতী নাওরেম, চন্দ্রকালা চিঙ্গাংবম, আনন্দিনী, নলিনী অমসুং রাধে। লাইরিক অসি পাবিরগা খঙবিরগনি অইবীশিং অসিনা কদাই ফাওবা ৱারীমচাগী জগৎতা চঙশিনবা ঙম্লবগে নৎত্রগা চঙশিনবা ইঙস্মক ঙমদ্রবরা হায়বদু। অইবী খরদি শৈরেংগী জগৎতগী খুৎ লাক্তুনা চিংথোরকপনি, ৱারীমচাগী তাইবঙদা ঙাইহাক্তংদি ঙাওমিন্নসি হায়দুনা। অপাবশিংনা খঙবীরগনি মখোয়গী শৈশক শৈদানা কমদৌবগে।

য়াওরিবা ৱারীমচাশিং অসিদা থেংনবীগনি ঙসিগী নুপীশিংনা থেংনরিবা অৱা অনা, ঙসিগী খুনাই অসিনা নুপীশিংদা পীরকপা চৈথেং, হিংনবগী লানফমদা নুপীশিংনা

কদায় ফাওবা চঙশিন্দুনা মায়রোং য়াবগে হায়বদু । নুপানা নুপী লোনবদা নুপী অহলনা ফংলিবা চৈথেং অমদি মৈচাক , মখোয়গী থম্মোয়গী ৱাকং থেংনবীগনি । নুপীশিংনা মচাগীদমক কয়াদা খঞ্জবা নুংনাংজবা, মচা লৈতবা নুপীশিংগী সমস্যা, কাংলুপ মশেল য়েংথীনবা, নুপীগী পুন্সিবু লাইথিবীগুম খনবদা পেল্লক্তবগী ৱাকং, অমুবা আইনগী মখাদা ভারতকী লান্মীশিংনা ওৎ নৈবা অমদি মোরেলিতি অসিনচিংবসি কুপ্না য়েংশিল্লগা ইরকপা ৱারীমচা কয়া য়াওরি । লালহৌবগী সমস্যানা হৌজিক্কী মীচমগী পুন্সিদা পীরক্লিবা চৈথেংবু ঙসিগী অইবীশিংনা করম্না কাম্থোক্তুনা চংখিবা ঙমগনি ? লালহৌবগা মরী লৈনবা ৱারীমচা কয়ামুকসু য়াওরি । নুপা নুপীগী মরী, জীববু নুংশিবা, নোংমা নোংমগী মীশি মীনা হেক্টংলক্লবদা কূ লল্লোনবফাওবা য়াওখৎলকপা, মীওইবগী মীনুংশি উৎপা অসিনচিংবা ।

মখল মখা কয়াগী হিরমশিংদা অইবীশিং অসিনা য়েংশিন্দুনা ৱারীমচাশিং ইরকই । ঐখোয়বু ৱাখল খলহল্লি, হৌজিক ঐখোয় করি তৌবা তাই । য়ূম অমা পানবদা নুপীগী থৌদাং অসি কয়া য়াম্না মরু ওইবগে, নুপী য়াওদনা পানবা য়ূম্বাল অদু করি ওইগদগে, খুৎ নাম্মা তেকপগা পাঙ্খক ওইববা শক্তম অমানি হায়বসি ফজরবা ৱারীমচা অমনা উৎলি । নুপীগী অশেংবা সমস্যা করিনো খঙগে হায়রবদি নুপীগী খোঞ্জেল তাবা তাই । লাইরিক অসি নৈনবা তঙাইফদে । অহল ওইশল্লকপদা ফাওরকপা নাইতোম তাশিল্লকপগী মশক, মতমসিগী মীওইবনা শা ওল্লক্তুনা মীনা মীবু শেংতুনা চারক্লবদা মংগ্রেম হাগ্রেম্নরকপা, মচানুপানা দ্রগকী নেশাদা লাইথুব্রক্লবদা মমা ওইবী অমগী মফমদা থেংনরিবা অরাবা, কয়া কয়ানি ৱারীমচাশিং অসিদা যেক্লিবা নৈনরিবা ।

অথুবা মতমগী মনুংদা পুথোক্কে খল্লম্বনি । হেক্তা য়াদে, মতম হেক্তা চঙই । অইবীশিংনা লুপা লীশিং অনী অনী খায়নরগা পুথোকচবনি । মতুংদসু লাইরিক কয়া পুথোকপগী আশা তৌজরি । মীয়াম্না অশির্বাদ পীবিরবদি নীংজরিবা পান্দম অসি য়ৌগনি খঙ্গে । টাইপ সেট তৌবিবা এম. সঞ্জোয় সিংহনা ময়েক শাজিনবা অমদি প্রুফ শেংদোকপদা ৱাবীখিবগীদমক্তা থাগৎপা ফোঙদোকচরি, তৌবিমল কাওজরোই । কো-ওপরেসন পীবিরকপা অইবীশিং পুন্সিগী শীংঙল্লরোইদবা লমন তোনশল্লে হায়বা য়াই । ৱারীমচা খুদিংমক ফজদ্রগসু তশেংনমক ৱারীমচা খরদি য়াম্না অৱাংবা থাক্কী গুন চেল্লবনি হায়বদা লাল্লরোই । বানানগী মতাংদা য়ূনিফোর্ম ওইনদবা কন্না হোৎনজবনি । লানবা য়াওবন্নবসু মথংগী খুৎনমদা চুমথোকচগনি ।

- কুঞ্জবজে

# ঙাঙলৈনবা গুলাব

দুর্গা পূজা নুমিৎনি । অঙাং পূন্নমক খঙলবসু খঙদ্রবসু ইরাং লাঙনবা মতমনি । অসুম্না লাঙনরবা মতমসিদা মনিগী য়ুমদি হৌজিক ফাউবা থোঙ হাংদ্রি । অঙাং অনী চেল্লক্কুনা থোঙ থীল্লে । লাউরকই -

- ‘শরত ! শরত হৌগৎলো পূজা তৌনবা মফম শেস্মসে ।’

শরত ফমুংদা ফিংনা হৌগৎলগা কস্মি,

- ‘শ্যাম ঐ লাকএ ঙাইরমখো ।’

কৈজুপ হাইদোক্কুনা ফমুংদগী চোংথোক্লস্মী ।

- ‘ঙাইখোকো মায় অমুক্তা তারকখিগে’ হায়না হায়না পুখ্রিরোমদা চেল্লস্মী । শ্যামনা হায়রকই ‘হে নয়া থিন্দোকখো অঙাউবা ।’ মখোয় অহুম ঈশি শিনা নোকলস্মী । অয়ুক্কী মেঙলবা নুমিৎকী মশেক্লা ব্রাখোঙলোমদা য়ৈরকপদা মশীং থীঙমদ্রবা সনা মচুগী মশেক্লা ফাওগৎলক্লস্মী । তাইবঙ মপূগী খুৎশেম কয়াদা অঙকপগী মশকনো ! মরাল মরীক অমত পক্রবা, মায়থোং তরং তরংলবা; অব্রাবগী মমি অমত্তা তাদ্রিবা অঙাং অহুমদুগী মায়থোংগুম ঈংঙি । অঙাং অহুমদুনা লাঙবদা মনি মীকপ থোরকলে অদুবু ইহৈ হৈনীংলমদে, অমুক্তং তিংলি-য়াংলিরগা তূমিন্না শেংবিদ্রবা, শিলিং থাদবা কাদুগী খাঙেল কাচিন কাচিন্দা মিরাংনা পরেং শানা মকোন ময়াম অমা লেপ্লা লৈতনা শারিবদু শংত্রিক য়েংদুনা লৈ । কুইনা তৈবিদবদগী লৈক্রেক চৎলবা ইমুংগী লৈমাইনি, শূদবা ফী-রোল খরসু ফিয়ানখোক্তা শোরো-শোরো চিংনা য়ান্দুনা লৈ । নুমিদাং চাবগী পূখম তেঙ্গোৎশিং মচু ইথোক-থোক্তনা কাপ্ল মখাদা পৈদুনা লৈ । খূয়াদা লৈরিবা লাইনিংথৌগী কাচিন্দু মিরাংনা লোইরে, থোঙনাউদা চঙলকপা অয়ুক্কী নুংশিৎনা হুম্বদা মিরাং ময়ামদু হাইরি । বিভুলা চুনা চুনা মনি করি ব্রাখলনো খনফম থোক্তনা লৈরি -

"বাবা ! বাবা ! ঐগী লুপা মঙা পীয়ু, ঐখোয় অহুম দুর্গা পূজা তৌদোইনি।" মনি ৱা অমত্তা খুমলক্তে, শরতকী মমায়দা মুন্না য়েংদুনা লৈরম্মী। শবত ইশি শিনা নোক্লম্মী ---

- 'ঐখোয় বাবাসে য়েংঙো শ্যাম, ঐঙোন্দা মুন্না য়েংঙিসে বাবা নঙবু ঙাওরববো ?' মনি মনিং নোই নোইদুনা হৌগৎলম্মী তরং তরং থোক্লিবা নুমিৎ খুরম্মী, তপ্পা শরতপু কৌশিল্লগা হায়রকই - 'নঙোন্দা ঙরাং পৈশা লেম্মক্ত্রো হৱাইগা থাউগা লৈরুবগী ?'

- 'অদুদি লুপা অমতমক ঙায়রে।'

- 'লাকও লাকও বাবাগী খোঙগ্রাউ ফুরিৎখাউদগী অচোইবা য়াওবদো শুবরা য়েংঙু, অদো নহাকনে থুনা লাকউকো বাবাগা থবক তৌদোইনিকো।"

- 'অং বাবা ...... ' লাউনা লাউনা হবাওনা মমান্নবগা লোয়ননা চেনখি।

মনি নিপা ওইজরবসু থম্মোয় য়াম্নমক থোৎলম্মী। মচা মনীং থুংহনবা ঙমদবগী অৱা চৈনা ফনা ফাওদুনসু সুশীলাবু কাউবা ঙম্লমদে, অদুমক্তা নুপী শিথ্রবা মতুং অসুক কুইরবা ফাওবদা অতোপ্পা নুপী অমা লুত্তোংদ্রিবনি। সুশীলা অনীশুবা অঙাং অমা উন্নবদা লৈখিদবনি, শেল পায়বা মী ওইবশ্ববদি কনবা ঙম্লম্বসু য়াবিবনি। লায়রবগী চৈনানা যৈবদা নুংশিজথ্রবা নুপী ফাউবা কনবা ঙমখিদে। মচা নুপা শরত য়াম্না হায়বা ইনবা অঙাংনি। অদুমক্তা মনিগী থোইনা ৱাজরিবনি মতীক চানা শেম্নীবা ঙমলোইদ্রা খনবদা। মমানা কয়াদা আশা চাউজরম্বা, অচৌবা মতীক চাবা মী অমা ওইহন্নিঙজখিবা। অদুবু ঙসি মনিদি য়ুম্বানবগী নুপী নুপা অনিমক্কী অপূনবা মথৌ, অঙাং শেম্বগী অচৌবা ভার অনীমক থোং মান্ননা করম্না পুগদবা খনবদা মতম খুদিংমক্তা ৱাখল চমম্নহল্লি।

তশেংবনি নুপী নুপাগী য়ুম্বানবগী লম্বীদা মরুওইনা ঐখোয়গী সমাজদা নুপী য়াউদনা কৈদৌঙৈদা ফজনা য়ুম পানবা ওইথোক্তে। নুপানা চাউয়েং য়েংবগী ৱানি, য়ুম অমা য়ুম্বান চানা পানবা, তাবদা হৈশিংবী নুপী তঙায় ফদে। মতাং অসিদা নীংশীংবা য়াই, বঙ্গালগী অফাউবা অইবা 'শরতচন্দ্র' না ইরম্বা 'নারীর মুল্য' (নুপীগী মমল) হায়বা লাইরিক অদুদা - "ঈশিং

হায়বসি অসুক্কী মতীক হোঙনা খল্লি, মদুদি কনানসু মসিগী মরমদা খল্লূবা লৈতে অদুবু মসিনা হেক ৱাৎলকপা মতমদদি নিংথৌরেলনা মহাক্কী লূহুপ্তা য়াওরিবা খ্বাইদগী তাঙলবা মনিদু ঈশিং খূজোক অমখক্কা শিন্নবদা পান্মুবা লৈরক্তে।" অসুম্না ইবিয়ন্মী। মতৌ অসুম্না নুপী হায়বসি লৈতবা তারবদি ঐখোয়দা ফংগদবা অৱাবদু কনামত্তনসু নীংশীংনরুবসু লৈতে। নুপীবুসু হম্থনা অদুম ময়েংবি অদুবু লৈত্রগদি করি ফল ফংলক্কনি হায়বগী ৱাখল্লোন কয়া মরিকচূম্না ফোঙদোক্লম্বা থেংনৈ। অচুম্বমক ঐখোয়গী সমাজদদি নুপী ৱাৎপদা য়াম্না অচৌবা অৱাৎপনি। মরমসিমক্না মনিগী পুন্সি ওম্থোক্না ৱারবা পোৎলুম অমা মথক্তা ননবগুম খল্লি। য়ুমগী ৱাই তৈ লমশেং, কোল্লিক ফেংদোক-ফেংজিন, ফিসু-ফিজাম, চান-থক্লবা থিবা অমদি চান-থক্লবা শীন লাংবা থোংবা থাকপা ময়াম অমা মাগী মথক্তা তারি। পূন্সিচুপ্পা অমা অসুম্না লেল্লদ্রা ? মসিগী পাউখুমসি থিবদনি মনিগী কোক শারিবা, কঙাউনরিবা। ঈংখোলগী অকোয়বদা য়েংলুই, নীংশীংবগী নীংশীংব ঙাক্তা, সুশীলাগী খূৎফম ঙাক্তো। কয়াদা থৱায় যাউজনা লৈ পাম্বী কয়া ফৈদোম ফৈদোম থাজরম্বা! মালিকা, যাতিকুপ্পী, তখেল্লৈ, যুবাকুসুম মচু মখল মখল, আদর গুলাব মচু মচু কধাদা ঈংনা নীংথীজবা ইঙ্খোল ওইখিবা। মানা থাজবম্না পূম্বদু অমত্তা মাঙহন্দনা মনিনা শেল্লি - শারি, ঈশিং চাইরি অদুবু মচাবু শেম্বী শাবিবা হরাউ-নুঙাইহনবা, পীজ পীথকপা, স্কুল কানবগী লাঙবি-খোৎপিবা - শিল্লম কয়াসিগীদি মাগা মতীক মপা চাদবা হায়বদুমদি ওইরে হায়বা মহাক খঙজে। মা তশেংনমক পুঙমদ্রবা পোৎলুম অমনা নম্থবগা চপ মান্নরম্মী পুন্সিসি। মাসু সুশীলাগী তুং ইন্নিংঙম্মী অদুবু মরাল লৈত্রবা অঙাংগী খল্লুবদা হিংদবদি য়াদবনি।

চহি অনী মখায়রোম ফাজিল্লকলে সুশীলা লৈখিদবা। মচানিপা শরতসু চহি ৭ হায়বক্লে, ক্লাস টু কাবে মনাক নকপা স্কুল অমদা। সুশীলাগী ফীরোই মতুং থা খরা লৈরগা মনিগী মনে অশংবীনা তোয়না তোয়না লাক্লুনা ৱারী কয়া শান্নরৈ - মনেনা হায়রম্মী -

- 'ইবুঙো! নহাক ইনেনা হায়বা লৌনে। ঐখোয মীওইবনি, করিবু তৌবা ঙম্লগদগে, ধর্ম্মদা কায়দ্রগা লোয়রে, নচাদা মীরায়গনু। নঙগী অমদি

নচাগী মতেং ওইনবা অরুনা হায়রিবী নুপীমচাসি ইনেনা শীন্দুনা থম্মবনি, মমানসু য়ারবনি, নঙগী ঈঙতপ্পা, নচা নিপা শরতকী হায়বা ইনবা মতৌসিদা যুমসিগী মৌ ওইয়ু হায়বা য়ারবনি । হৌজিক্কী মতমসিদা য়ু থকপগা, হীদাক চাবগা ওক্ত লমচৎ চৎপা ঙাক্তা ঙায়রবসিদা যুম পান্দ্রিবী লৈশাবী ওইদুনসু নহাক্কী ব্রারী শারুবদা য়ারক্লবনিনে । ইনেনা নঙগী লৈতবা লোইনা খঙডি, ইয়াবু করিসু ব্রাহল্লোই । শেল থুম চঙগদবা লোইনা পুথোক্কনি । পীক্লিবা অঙাংসি মাঙহনবা য়াদবনিনে ইনেগী ইবুঙো । পুম্নমক লৈখিদ্রবসু ইনে হিংলিবসিদি অব্রা পোৎলুম পুম্নমক ইনেনা পুগনি । লুহোংবসি য়ারে হায়বা অসিদং ইনেদা তাহল্লু, ইনে চৎলে ..... য়েংঙো অঙাংদু নীংথীনা চেকশিন্না য়েংউ, শেমদবা য়াদবনিকো ইশুসে ।' মনে তোম্বী ঙাঙ ঙাঙদুনা হো হো কৈথেন্দা চৎখি ।

নোংমা নোংমগী থৌ মথং মথং হেনগৎলকপনা মনিগী পোৎলুম হেনগৎলকই । যুমলোন কৈবোন্নবগী মচাশিংনা মমানা শেন্নদুনা করিদা শোয়খিগদগে হায়না চেকশিন্না য়োকপা উবগা কল্লকই । শেল থরা থোক্লবা হোৎনবদা কয়াদা ব্রাখ্রবা ! যুমদা অঙাং শেন্নদুনা লৈরগদি কদায়দগী চাগনি করম্না মচাগী লাইরিক লাইশু তম্বগী উপায় লৈগনি । অসুম খল্লি - খল্লি 'করি তৌসিংগে ইনেনা হায়বদু য়ারসিরনে ?' মথন্তা হংজে । ব্রাখলনা মল্লিঙে মচীন ময়াকা অমত্তা শেংদ্রি কাউরুরে । প্রপ প্রপ মচীন ময়া শেংদোক্লগা চাইবিবদু শিৎ শেংলে, ঙরাং নুমিদাংগী কোলশিংদু মনীংলোমদা পুথোকখি । পিক্তকপা মনিগী ইঙ্খোলনি । ইঙ্খোল চিথেক মরিদা হোংঙু পাম্বী অমমম ফজনা মহৌ মকা লাম্না হৌবিবদু উরগা কোল চাম্মীবদু খঙলেপ লেপ্পি মাগী নাকোংদা তারকপগুম তৌই ।

- 'ঐনা থারিসিবুরো - লাই ফৎতবা অমত্তফাউ চঙবা ঙমদনবনে ইবুঙো ।' ঙৌরোক ঙৌরবা য়াতোন উৎলদুনা রাশি লৈরবী সুশীলানা নোক্লা নোক্লা মনিগী ব্রাহংগী পাউখুম পীখি ।

- 'অঙাওবীসিদি - হোংঙুবু লাই ফত্তবা চঙদে হায়রিসিবু - ।' ইথৌ থওইদবা মান্না মনি নোক নোক্লুনা লঙন-লঙননা শম্বল থিংলি । হৌখিবা পুঙ্গিগী মঙলানগী নুংঙাইবদুনা মনিগী মাইথোঙদা মকা লাম্না মোমোন নোকলি ।

- 'বাবা ! বাবা ! ঐখোয় লাই লাংফম শেম্বা লোইরে । দুকান্দগী লাইগা মচু মচুগী চেগা লৈরুদৌরিনি, ঐ চৎলুগেকো বাবা ?' শরত নুংশাম্বর থবেৎ থবেৎ হোল্লদুনা হায়রকই । মনি মঙফাউনরম্মী কোনশিংদু লোনখৎতুনা চাকশঙলোমদা চঙলক্লম্মী অদুগা তপ্লপ্লা হায়রকই, 'চৎলুরো চৎলুরো থুনা হল্লকউকো - ইহে য়েংঙো নখোয়না হল্লকপদনে বোক বোক তোম্বীদু অমুক্তা কৌরকউকো ।' - 'অং বাবা- চৎলে' লাওনা লাওনা চেনখি । মনি মৈ হৌগৎতুনা চা লোনখৎলম্মী । মঙদা চৎপগী মতৌগুম অপুনবা ব্রাখল অমনা চিংলদুনা মমাঙগী লৈকোলদা চঙলম্মী । লৈশিংদু মকা ফন্না শাৎলম্মী । সনারৈশিংদুসু মচু মমেল লাংলদুনা নুংশাগী মঙালদা হরাউনা জগোই শাবগুল্লি । অদুবু খঙহৌদনা অইংবা নুংশিৎকী শঊম অমদা সুশীলানা খ্বাইদগী পান্না থাজরম্বা ঙাওলৈনবা গুলাবতুদি লৈকা চোইনা কেল্লকখি !!

*এস. ভানুমতী দেবী*
২২/৪/২০০৪ ইং,

*<u>এস. ভানুমতী দেবী (১৯৪৮) :</u> খাগেমপল্লি ঙানপ্পী থোং, ইম্ফালদা লৈ । শৈরেং লাইরিক অহুম পুথোকখ্রে । লাইরিকশিং অদুদি ১) খোঞ্জেলশীবু নঙগীরা (১৯৮২), ২) কল্লবা ঈরৈ'মদা অসুম অসুম (১৯৯১), ৩) অরোইবা ব্রাহং (২০০২) ।*

*******

# অহোংবগী ঈরোম্নুংদা

য়াউশঙ নুমিৎনি। রমনী মপুরোইবনা ৱানা হোৎনদুনা শাজরম্বা মহুরবা য়ুমদুগী মাঙ্গোন্দা চৌকি (উগী) অমদা মথন্তা ফমদুনা লৈ, চাউরবা ইঙ্খোলগী অকোয়বদু লৈনা লৈনা য়েংলি । মচীন্দসু শোল্লি "নুংশিদা, নুংশিগ্রেদা, লাক্লবোইদো ..........।" মমাঙ শঙ্গোয়দগী খরা চৎলগা লৈবা পৃথ্বি মপাললোমদা হৌবিবা মনা পুংলবা নেম নেম তৌবা তোমাল পাম্বী, মনাক্কুদা অমুকসু মশা মরেং ফল্লবা, ৱাংথোইরবা হৈগ্রু পাম্বী, মদুগী ওইথংবা মায়কৈদা ফজরবা কোনা পাম্বী উরকই । মমাঙ শঙ্গোয়গী য়েংওইননা লুরুক্লনা চোরফোন চবুন চবুন যাম্বুরদুনা পাল্লি, নেমলপ তৌবা হৈখা মালহৈনা মপান শাবগী মতম লোইরদুনা পাক্লবা নৌরবা মহৈ মচা মচা পাল্লিবদু মুন্না য়েংলি । নীংশীংলকই মপুবোইবা নবীন লৈরিঙৈ হৈপাস লৈপাললা যোল্লবা কুঞ্জবোনগুম্না হৈনম লৈনম চুরবা ইংখোল ওইখিবদু । শুমাঙগী চিথেক্তা হৈরাং লৈরাংনা মকা ফন্না হৌজখিবা, লৈগী লৈখোঙ, হৈগী হৈখোঙ ৱাই তৈজবনা রমনী মমা মচাগী নোংমগী থবকশিংগী মনুংদা অমা ওইখিবনি । ঙসিদি ঈচীকসু চীকলে, ইঙ্খোলসু নাপীনা পৃময়োম য়োমশিল্লে । মমাঙ শঙ্গোয়দুসু মতম কুইনা তৈবিদবগী খুদম উধা ফংঙি মচি মচি ইকায় কায়রে । রমনী চহী মরিফুতবা হায়রকলে, শোল্লে, মথন্নতা কোম্বোঙ ফাওবা চৎপা ৱানা থোকলে । লৌশিংদি মাঙদ্রিবনিনা মহৌশাগা খেন্নরিবা ময়ামদু উবদা মমিৎতা ঈরা চেল্লদুনা কোয়না কোয়না য়েংলি - ।

'নাকথেং লাকএ পৈশা ..... ' অঙাং অপীকপা তরামুক নোকপগা ঙাঙবগা মরী মরী চঙলকই । রমনী মঙ কায়খি - মখোয় ময়ামদুদা ওনশিন্দুনা হায়রকই,

লাউ, লাউ, পীদদিকো ইশুশিংগীবো ।' হায়না হায়না য়াম্না ৱানা মনাক্তা লৈরিবা পৈশা অচোইবা হাপ্পা মগ মচাদু লাম্মম্মী অদুগা অচোইবদু পায়দুনা

পীগে তৌরম্মী । অদুবু ঙক্লিবদি পূল্লপ লৈরম্বা অঙাংশিংদু অনী অনী থোকনা খায়দোক্কুনা লেপ্পরম্মী । খূৎ মঙা থোক্লা তিংথোরক্লম্মী অদুগা 'ঐগীসু, ঐগীসু,' লাউরম্মী । রমনী অঙাংশিংদুদা নোক্লগা মুন্না য়েংলগা হায়রকই ,

'হাইমা, অঙাওবী অঙাওবশিংসে য়েংঙুনে করিগীনো নখোয়না তোঙান তোঙান্নরিববো ? পূল্লপ চৎমিন্নরগা নখোয় পূন্না চাক হাউনা চামিন্নৌনে ।'

- 'চারোই, ঐখোয়দি পৈশা য়েন্ননি ।'

অঙাংশিংদুনা লাও লাওদুনা চেনখি । রমনী মুন্না য়েংদুনা লৈহৌই । খল্লি, কয়াদা খেন্নরবা চহি য়াঙ্খ্রে হুস্ফুগী মমাংগী মতমগী অঙাংশিংগা হৌজিক্কী চাউখৎপা যুগকী অঙাংশিংসিগা । কয়াদা মরাক খূজিল্লবা ! পীকখ্রবা অঙাংশিংসিনা মশা মশাতগী ওইবা, মরন্নাই মরন্নাইতগী ওইবা ৱাখল কয়া পোক্লরক্লি । অসুম অসুম খল্লকপনা মপুরোইবা নবীনগী মীপূম খূদিংবু খোঞ্জিল্লদুনা নুংশিবা ৱাঙাং শাঙাংতনা অমতা ওইনা লোয়নরম্বা শকফম মমিংতা শঙ শঙ উরকই । পীকখ্রবা ঈনা কূপ্পা য়ুম মচাদুদা পূল্লদুনা পূম্নমক্কী পোংথাফম ওইবম্বা । ঈশৈ জগোয় ড্রামানচিংবদা পূক্লীং লূপচবা ওইবনা, মণিপুরগী মমিং লৈবা আর্টিষ্ট কয়াগা লোয়নননা মতম মতমগী থৌরম কয়া পাঙথোক্লবা হোৎনবদা পূক্লীং চঙখিবা । মীয়ামগীদমক্তনিবু হায়রবদি অকিবা অমত্তা য়াউদনা নোম্বা মতৌ কাউবা য়াদে । লায়রবা ইমুং ওইজরবসু লাক্লিবা মীয়ামগী পেন্নবা পীজ পীথক তৌবদা রমনীনা ৱাঙ্খিবা, মপুরোইবগী অনীংবদা নোংমতা য়ানীংদবা উৎখিদবা মথং মথং মমিংতা উরকই । নীংশীংলকই নুমিৎ অদো........

- "মাই পাবুংনা মীয়াম্না অসুক থীনা হায়নরবা ফাওবদা চাক ঈশিং চাবা থকপা হেক কাউবমখে পোত্থাবা লৈতনা য়াম্না ৱাবিরিবসিবু করিগীনো ?" রমনী চাকখুমগী চাক্লিবা শীঙদু মুৎথৎ মুৎথৎনা হায়রকই । চাকশঙগী পীক্লবা কাদুদা ফুঙ্গা মনাক্তা তোংজে পায়রদুনা হীদাক চিংনা চিংনা নবীন্না শংব্রীক য়েংলগা হায়রকই -

- 'পঙব্রেদকো নঙসে, অফবা থবক অমা তৌবদা য়েৎপীনবা লৈব্রগদি থৌ পুবশিংনা করম্না হেন্না থৱায় য়াওশিন্নরক্কদগে ? খল্লুনে নঙসু অচেনবা ঈশিংদা কাওশিংনা থৎপদা থোইনা ঈচেল কনখৎলকপা নৎব্রাও ?'

- 'অস ! নঙগী প্রমান পাঞ্ছেকাদু হৈজদেদা ঐদি, ঈশিং শোকপা থোক্লুবদা তা চাউভলনা তম্মকপগী ৱানি । মাই পাবুংনা তৌরিবসি ওইরোইদবা থবক্লি, অসুক ফজবা পৃথ্বিগী ঈশিংসি মাঙহন্নবা থবক্লি হায়নৈ হায়য়ে ।'
- 'তাশিল্লু তাশিল্লু, করিসু মিপাইরুনু, লৈকাই অসিগী মীগী কান্ননবতা নত্তে ঐখোয়না তৌরিবসে, ঈশিং ফংলক্রুবা মতমদা অথাপ অথাপ্পা মফমদগী গাড়ী পুরক্লুনা, নৎত্রগা মানা মানা ঙমজবা পাম্বে থিদুনা চাউরবা পৃথ্বিসিগী তোর্ব্বান্দা ঈশিং ফংনবগীদমক কোলনা পূমকোয় কোয়বদো ..... নঙসু খঙঙিবা নৎত্রো ? পূম্নমক্কী নুংঙাইনবগীদমকনিনে মায়কৈ মরি সিড়ি চনদৌরিবসে । প্রজাশিংগী লক্তা পাম্নদে হায়দুনা মাহাত্মা গান্ধীনা নীংখা তম্নবগী খোঙজং চঙশিনবদা নীংহন্নবা পোকখিবরনে ?' নবীন্না লংলবা য়াতোন্দু উৎলদুনা নোক্লম্মী, হেন্নদুম মায়থোং মকা লান্লম্মী । রমনী উপায় লৈরমদে । লৈকাইনা পাম্নদবা য়াওরগদি তৌহন্নীংলমদে অদুবু খোল তপ্লপ্লা হায়রম্মী -

- 'খঙদেদা মাই পাবুংগা মরৈ য়েৎনবা ঙমজপোৎ নত্তে ।'
- 'অবোক ! চোরফোন খিৎতা খূনগে -'

যুমথংনবগী য়াইমগী মচানুপীনা কৌরকপদা রমনীগী মঙ কায়রম্মী ।

''খূল্লু খূল্লু ইশুর্সিদি, তাবরা য়েংঙু ।'

স্কুলগী অঙাংশিংনা হাফ থাবা মতমদা হৌন হৌনদনা লাকপা ময়ামদু কৌশিন্দুনা ইখোলদা পাল্লিবা হৈখা, মালহৈ, চোরফোন হৈগ্রুনচিংবা ময়াম য়েন য়েন্দুনা পীদুনতা লাকখি নবীন । মীঙোন্দা পীজরগা, পীথোক্লগতা নুংঙাইজবা মপুরোইবা নবীনবু রমনীনা কাউবা শুকঙম ঙমদে । শাংলবা নুংথিলগী মতমদা মথন্তা চীক্লা ফমদুনা লৈবসিনা হৌখিবা অমদি হৌজিক ওইবিবগী ৱাখল কয়ানা মাবু পোৎথাহনদে । মানা খল্লুই শাংলবা চহী কয়া হিংলকপসিদা নবীন্না লৈখিদ্রবদা মঙোন্দা ফাওরিবা, পোৎথাফম খঙহন্দ্রিবা চৈনা কয়া, অদুগা লোয়ননা মীওইবশিংগী মথং মথং খেন্নরকপা মতৌ কয়া, অমগা অমগা নুংশিনদবা তোঙান তোঙান তানবগী মতৌশিংগী পামজদবনা হায়ফম খঙদনা অৱাবা পোকহল্লিবসিগী মরমদা মথন্নতা নৈনজরম্মী, ৱাহং কয়া কয়া হংজরম্মী ..........

'ইমা ! কৈদৌরে কবোক্তু ইচাই চাইহল্লিবদে - ব্বাই শিংপা শেংব ঙমদ্রেনে .....' শোম্থাংননা শোল্লম্মী মমৌনুপী মৃনালিনী অদুগা মখা থংবদা শারিবা তনান তনানবা দলান অদোমদা মমায় শুক্লপ চঙখি। রমনী মমৌনুপীদা য়েংঙি - হায়রকই ,

'নঙ লাক্লবরা ?'

খুম্নবা কনাসু লৈরমদ্রে । থবক চিনমনবনা অমনা অমবু য়েংনবা ঙমদ্রমালে । ঙাইহাক লৈরগা য়েনখারোমদগী লাওদুনা চঙলকই মচানুপা মোহোন -

- 'কৈদৌরগে থোরকত্রিসিবো, মতমসি আ যৌপ্লে ।' মচানুপাগী মখোল তাবদা রমনী মায়থোং মকা লামজরম্মী, লৈনা য়েংজরকই ......

- 'ইবুঙো ! নঙ লাক্লবরা ?' ঙমজবীদা তানবা হৌনা লাওজরকই । অদুবু তাদ্রমাল্লে খুম্মকত্রে । মমৌনুপী মৃনালিনী চংথোক্লুবদা শেংলকপা ফনেক্কী মহুত্তা ছাড়ী অশংবা অমা হোংদোক্লগা ঙাঙ ঙাঙদুনা থোরকই -

- 'ইমা ! ফম্মু ফম্মু ঐখোয় ষষ্টি পূজাগী দান থাদবা অমুক চংলুখিগে ।'

কবিসু হংবা নংদ্রিঙৈদা গাড়ী থৌপ্লে মচাগা মমৌগা । ঈচীক চীক্লম্মী । রমনী মপাঙ্গল কন্দুনা চংথোক চংশিন ঙম্বসু নংতে । তূমিন্না ফমদুনা লৈবনিনা কায়নখ্রবা লাইওইখ্রবা কয়া মমা, মচে অমদি মপুরোইবা নবীন্নচিংবা নীংশীংদুনা হৌখিবা পুক্সি কয়া মমিংতা উরকই ...... ।

রমনীনা ফমলিবা মফমদুগী মনাকমক্তুদনি নবীন্না নিতিগী ওফিস কারমদাইদা ফক থারগা হেক হেক ফমখিবা । রমনীনা চন্দোল উপু, ঈশিং, শমজেৎ-মিংশেল পূম্নমক ব্বাংতনা পুশিল্লকই । মমাং ওইরপনা রমনী ফমদুনা অব্বাং-অপা য়েংই মপুরোইবনা ফিরোল শেংপা হেক লোয়বদা থব্বায় তানা মানা তপচবা ক্বা মতপতু লানশিল্লি । করি করি ব্বাংলি নীংশীংজৈ ।

'ঐ চংলুখিগেকো' হায়রম্মগা নবীন চংখিরম্মী । কোম্থোংদা থোকখিবা মপুরোইববু য়েংজহৌই । ওফিস কুম্মকপদসু মপুরোইবগীদমক খোঙ-খুং হায়বা ঈশিং পুশিল্লকই, করিগুম্বদা মপুরোইবনা রমনীদা হামহনবসু য়াওই । কয়াগী মতীক ঈঙনা নুংঙাইনা পুক্সি লেনজখিবা নোংমগী অব্বা নুংঙাই ব্বারী

তম্নদুনা থবায় তানা নোকমিন্নৈ । রমনীগী মিৎতা হৌজিক্তা থোকখিবগুম পূম্নমক শংশংনা উরি - 'ইসে সন্ধ্যা ওইরেনা সিদে' মচীন্দা মুরুম মুরুম শোল্লম্মী । সন্ধ্যাগী থূপ থাউমৈ কৎনীংলকই - অথাপ্পদগী গোবিন্দগী শরীক মখোল তাবদা খুরম্মী, মকোক নোল্লি, "জয় শ্রী রাধা গোবিন্দ ইবুংঙো ।" কুইনা ফম্বদুদা ৱারমালে য়াম্না ৱানা চৈশুদু লামদুনা হৌগৎনবা হোৎনৈ । মথন্নতগী ৱাখলদা চিংশিন্দুনা হৌখিবা মপুরোইবগী লীলা ময়াম থম্মোয়দা পুশিল্লগা মতম লেন্না লেন্না হিংলি রমনী । তপ্না তপ্না থোঙজীন কানশিন্দুনা কাঙখল ইহাং হাংদোক্নুনা লৈরিবা ফমুং অদুদা য়াম্না ৱানা হিপথখি ।

ঙসিদি রমনী মথন্তা থেন্নরকপা ময়ামসিবু নৈনবগী লোইবা নাইখিদে, ইমা-ইচা, ইচীন-ইনাউ লোইনা থাপ্পরকপগুম খল্লকই । শোল্লকলবা মতমসিদা পাল্লকই, মচানা মমৌনা মনাক্তা ফল্লগা ৱারী ৱাতাই শাবিবা, মবুক্লীংগী ফোংদোক্লীংবা ৱাফম কয়া পাউদমজবা । অদুবু পূম্নমক ওন্নতৈনরকপনা ফুনগৎলকই, অঙাওবীগুম বুদ্ধি চোইরকই । মমিৎ উইশিল্লম্মী পুক্নিগী ৱারবা মতম মতমদা মহাক্তা কোক শারকলবা মতাং কয়াদা নবীন্না মাবু নুঙাইনবা হোৎনখিবা, নোকহন্নবা হোৎনখিবা মায়থোংমকা লাম্না লাম্না অরংবা য়াতোন উৎলদুনা হায়খিবা .......

- "ঐ লৈরিসিদি ? নঙগী করি ৱাৎপগে ? নোকউনে অপঙবীশিদে ....." তারকখি মহৌশাগুম রমনীগী মনাকোংদা, পুন্নীন নিনখি 'ঐ লৈরিবসিদি ?' তনৌ তনৌরিবা মপুক্নিদা হৌরকখিবা নুংশিবগী ঈথক ইপোমদুমক কারকখি মাগী শিংলি নাউরিদা, মোমোন নোকখি । রমনী তেরা মফোনগুম মশাসি ইয়াং য়াংবা অমা ফাউরকখি, তাইবঙগী অৱা অনাগী ৱাখল কাউথোকখি, মোল্লবা খূৎ অমনা চেজেৎ কোনশিনবিবগুম তৌবকই, মমিৎ চেৎনা উইশিনখি ।

*এস. ভানুমতী দেবী*

২২/৪/২০০৪ ইং,

*******

# শা ওল্লকপদগী

'মতম অসিগী নাহারোলশিং অয়াম্বা ঙাওরে । মশা মশাগী মী অমা ওইবগী মনীংতম্বা ফাউবা মৎপিম্রবা, হৈজরুবা মহৈগী চন্নফম খঙদ্রবা ঙাক্তা ঙায়রে । অদুনা ব্রেন তংখায় শিবগুমলে । মশাগী ফিরেপ শাগৎচবা ঙমদ্রে । ঙম্নমক তুফক তুফাই চন্নগ্রে, পাম্মুখ্রেদা ।' অসুম্না ইতৎ-তত্তনা শোন্নে অহল-লমনশিংনা হন্দকসি ।

লাঙ্গোল লাইরেম্বী ইমানসু মমা ওইবী পূম্নমক্তা মথোৎ কারকপা, কারকপী মচাশিংবু চেকশিল্লু অমদি মী মানবা মীশা চাবা কাঙবুগী মখুৎতা তাদনবা হোৎনৌ হায়নসু লাইফাও তম্বীরকই হায়নৈ ।

অহলশিংনা হায়নখিবা ৱাহৈ ৱাতাশিং অমদি লাইগী লাইফাও নীংশীং নীংশীংনা ঐ য়াম্না ৱানা সাইকল অমনবদু থৌদুনা যুমলোমদা লাকই । ওইরকলিবা মীওইবগী মচৎ ময়ামসি খন্না খন্না লাকপনা ঐখোয় যুমগী লৈরক হাইজিনফম যৌদুনা লৈরমলে ।

খ্বাইদগী ঙকলির্বদি ঐনা হেক হাইজিল্লকপদা উরে মদুদি মী মানবা মখোঙ-মখুৎ ফজনা পানবা মখোয় তরামুক লৈরক্কী কাচিলময়া লম্পাক মচা অমগী মনাক্তা ফমলি । নুমিদাংৱাইসু ওইশিল্লকলে । মখোয়শিংদু মশম মনা ইফা ফাই, চপ চপ যুংখৎলি, মশক মচু অমতা থোক্তে । লীৎলিবা ফুরিৎশিংদু মচু মচুগী মরাং মরাংবা ঙাক্তনি, দর্জিনা তূরকপা ফুরিৎকী মওংদগী লোইনা শেমদোকলে, পাম্নোম নাম্ম শাংঙি, নাম্মনা তেল্লি । খোংগ্রাউসু নাম্ম ককথৎলি, নীয়ম অমগী মখাদা চৎনবীবু ঙাক্লা চৎলিবা মী কাঙলূপনা য়েংবদদি নুমিৎ তরানিমুক্তি চাক চাবা য়াদবা ফীবমনি ।

মখোয়গী শকফমদা অৱাবা লৈতে, নুংঙাইবা লৈতে, শন্না হায়রবদা হিংবা অমদি শিবগী ৱাহঙ্খোক অমা লৈতে চপ মান্নে । শিব কিবসু লৈতে,

হিংনিংবগী ঈখৌলাংবসু য়াওদে। অপীকপা অঙাং, অশোনবা অহল, পুংকক চাউরবী নুপীমচা কয়া লম্বীদুদা ফাওদুনা চৎপা ঙম্নদে। হন্দোক্নুনা অতোপ্পা লম্বী থি থিদুনা চৎনখি।

ঐসু অয়ুক্কী পুং মাপল মখায়দগী স্কুলদা লৈরুবনা চোকথরদুনা য়ুম য়ৌনিঙনা থৌরকপনি। মী কয়াদি লম্বী থৈদুনা চৎফম লৈ অদুবু ঐগীদি অতৈ লম্বীসু লৈতে, মায়কৈদুদা চৎতবা সুকয়া য়াদবনি। তৌরিবা ফীবমশিংদু উবদা ঐদি কিবনা ফুনগৎলবনি। মখোয়না ঙাঙনবা ৱা অমগা অমগা ফজনা তানদে, পৎঙাঙদা ঙাঙঙি। ময়াদগী মৈখুসু ৱা ৱা হেক কারকই। মখোয়গী নোকপা খেবা লাঙবগী মখোল অমদি অকিবগী মশক ওইরবা শকফমদুদা ঐবু থুক লাউহন্দবদি নত্তে, ঐনা খল্লি - "ঐবু ঈপামদা হল্লগা ইপ্পাবু থিলহনসিরনে -" অদুবু থংনবা মীকৃপ্তা খল্লকই, 'ইপ্পা পাখংদু থিলহনবনা অমুক হেন্না ফররোই।'

অসি খন্না খন্না ঐনা সাইকলদু তপ্না তপ্না থৌদুনা মখোয়গী মনাক্তা চঙশিল্লকই - মিহুল দঙ দঙ চোংঙি, কিদবসু য়াদবনি, য়েংউ মখোয়দি তরামুক্তি ঐদি ইথন্তনি অদুগীসু মথক্তা পাঙ্গলসু শোল্লিবা -। মখোয়না তশেংবা মী ওইদুনা ইবুংঙো ইচেদি, ইতৈমদি অসিনি অদুনি হায়বা তাবিরবদি ফৈ অদুদি নত্ত্রে। ঐগী অৱাবা ঙমখৈ লৈত্রে, ইমানা হেক পোকপদগী অসুক কিজবদি লৈখিদ্রি। কিরবসু কিনা লাই পৃন্নমক নীঙশিংলদুনা কিনা কিনা সাইকলদু থৌজিল্লি। মখোয়পৃম্বা ৱাখল অমদা উংদুনা অমগা অমগা লৃকথনরদুনা লৈবা মতাং হেক থোক্লুরে। নহানমখৈদি ৱারী ওইনা তাবদগী হেন্না মখোয়বু মশক উবপোৎ নত্তে। অকিবগী মশক ওইবা জীব খরা লৈরে হায়বদি অদুম মতায় অদুবু মশক য়েংবগী তাঞ্জাদি অমুক্তা ফংখিদ্রি। কিরবসু কিনা ঙসিদি তাঞ্জা চারিঙৈসিদা তপ্না তপ্না সাইকলদগী কুমথদুনা খোঙ ৱাংনা ৱাংনা থাংদুনা চঙশিল্লন্মী। মুন্না য়েংশিনবদা উরে অঙকপা অমা - মখোয়গী শাংলবা খৃজিলশিংদু ঈ ঙাক্তা পৃমঙাং ঙাংঙি, থীরবা মমায়শিংদু ঙাংশং ঙাংবা খৃজিল মফমগী দাগ লৈ। দাগশিংদু কুইদ্রিবা মাল্লি। সুম সুম য়েংশিল্লুরগদি উরে, মখয়াৎশিংদুসু ঈগী ঈ ঙাক্তা ইতৈ হেক তৈরে। ঐনা খল্লি, 'করিনো তৌরিসিদি-?' খংনীঙ নীঙশীংলকলে, ঙসাই নুপী কাঙবু অমা কপ কপ্পুনা চৎহৌই।

"ইমাগী তম্ফা ! .... ইচাবু লুখ্রাবী মমা ঐনা মপৃং ফাবা মী ওইহন্নবা হোৎনজরকপদি শাগুম্বা জীবশিংগী শারাক তম্নবা তাম্নবরনে লাইবক চাউবী....? মথংগী মপোক্তদি, মীহিংচাগী লমদমসিদা পোকলগনুকো ইমাগী ইবেম্মা ...... ।"

ঐ কপ্লাক থক থক নীকই, খল্লকই, 'হৌজিকসিদি য়েন, হূই, হৌদোং, ওক, ষণ চাবতা নত্তনা মীসু চারবোইরে ।'

ঐ লেপ্লা ঙম্লক্লে । খুৎসিনা সাইকলগী হেন্দলদু পায়শিনবা ঙম্লমদ্রে । তাহন্নীংদ্রিবা মখোয়রোমদা সাইকলগা লোয়ননা মখোল হৌনা তুশিল্লম্মী । কিমনখিবনা হকচাংদা নাবগা অমত্তা ফাওখিদে, উপায় লৈতনা সাইকলনা নম্লগা তাদুনা লৈরে । অকিবগী মশক ওইরবা মশক্তমশিংদুদা ঐনা থক থক নীক্লা য়েংদুনা শিবা ঙাইনা লৈরে । চঙক্লরিঙৈ তাঞ্জাদুদা মখোয় ময়ামদু শরু পোলাং ঙাক্তা ওম্পোক্লদুনা ঐগী মায়কৈ তম্না মখুৎশিংদু খৌরী তমদুনা চঙশিল্লম্মী খোঙথাং খূদিংগী ক্রেক-ক্রেক, ক্রেক-ক্রেক মখোল থোকনা । ঐনা থৌনা পূম্বা পুথোক্তুনা চোং ফন্দুনা নানথোক্লবা হোৎনরম্মী, খোন কন্না লাওরম্মী, 'হো ইমা ..... কনানোমতা ঐবু কনবিয়ু !' পাঙ্গল পূম্বা ফুদোক্তুনা খোঙ খুৎ কাওরম্মী, হন্না হন্না লাউরম্মী । খঙহৌদনা ঐগী নাকোংদা মী লাঙনবা মখোল তারকই - খোঞ্জেল ময়ামগী মরক্তগী ইনাউনুপীগী মখোল য়াওরকই, 'ইচে, ইচে, নঙ কৈদৌরগে সে নমিৎ পাঙঙো -' মানা ঐগী খোঙ, খুৎ থেক খোৎতুনা হোৎনরম্মী । ঐ মিকপতি থোকলে অদুবু কদায়দনো ঐনা লৈবিবা ভাব তাদনা মীয়ামদুদা কোয়না য়েংলম্মী ।

*এস. ভানুমতী দেবী*
২৩/৪/২০০৪ ইং,

*******

# অপাইবা লৈচিন

খানফম খঙদে, তৌফম খঙদে জজ সাহেবতু মমিং অমুক উইশিল্লি অমুক পাঙথোকই, লোংখাক লোংনা হিপ্পি মাগী ফম্মুংদা । চঙলকই মাগী নুপী রমনী হংজৈ মপুরোইবদা হকচাং ঙমদ্রব্রা ? মণিপুরগী ঈশিং-নুংশিংকা ইওন ওন্নবদুদা তৌরিব্রা নশাদু ইহৈ হৈনিংদনা উই - লেপ্তুনা চবেং-চবেং ঙাংলৈ লেপ্তুনা নুপীদুনা মপুরোইবগী মনাক্তা । অমুক হংজরি চা অমা পীরকউরা ? শঙ্গোম ওইনা হৈরকউরা ?

জজ সাহেবসি ইহৈ হৈনিংদনা খুম্মি । মাগী নুপীদা "য়ারে-য়ারে ঙাইহাক্তা পোংথারিবনি ।" শমপং খুম্মী ইঙাঙ ঙাঙনিংদে । রাজববী মাগী নুপীনা ইপা পাখংলি অমসুং খংয়েং য়েংই মপূরোইবগী মমাইদা অমসুং উরকই মপূরোইবনা হিপলমলিবা ইশুক শুকথনা হান্নগা ইমান মান্নদবা মওংদুদা । হাইফেৎ খল্লি রমনী, করি তৌরবনো ঐগী নিপাসিবো । অদুবু য়াল্লা খনখিদে মাগী মপূরোইবগী মচৎ খঙবনা অমদি মপূরোইববু অসুক্কি মতিক থাজজবনা । মাগী তৌগদবা থবক পরিং মথং-মথং পাঙথোক্লবা মাগী কাদগী থোকখি ।

খল্লি সাহেবতু নৌনা লম্বীদা থেংনরকপি ওঝা রাধাগী শাওং-শাদা, রাঙাং-শঙাং, মমিং-মনা অমমম নীঙশিংলক্লি হন্দক্কি মাগী খা ভারতকি উকিল-জজশিংগী মীওই কয়াগী কনফরেন্স খোঙচৎতো । জজ-সাহেবকা লোয়ননা মাগী চান্নবা মরুপ অমর জজ অমসুং সেনিয়ার উকিল অনীগা লোয়ননা মথোয় মরি চংমিন্নখিবনি । মণিপুরদগী চংখিবদদি কনফরেন্স নংননবা ইম্ফালদগী এরোপ্লেননা পাইখিবনি অদুবু কনফরেন্স লোইরগা হল্লকপসিদি ইংনা তপ্না য়ৌরবসু য়ারে খন্দুনা বেঙ্গলোরদগী কলকতা ফাওবা অয়াঙবি ত্রেন্দা চংলসি খন্নদুনা ত্রেন্না লাকখি অদুগা কলকত্তাদগী ইম্ফাল তম্না প্লেন্না পাইরকখি । জজ সাহেব বদন বাবু অমদি অতোপ্পা মরুপশিংদু

বেঙ্গলোরগী অতেনবা ত্রেন্দু তোংনবা রেলৱে ষ্টেসনদা লেপ্তুনা ত্রেন ঙাইখি। য়াংনা চেল্লিবা ইলেক্ত্রিকি ত্রেনসু লাউ খোংদুনা চেনশিল্লক্তুনা মীয়াম্না ঙাইরিবা প্লেটফোর্ম মপাদা লেপ্লরে । সাহেবকি পার্টিদু ত্রেন্দা কাখৎনরে অমসুং মাগী-মাগী মপাদা ফম্লররে। সাহেবকি নাকলদা সাহেবনা খংয়েং য়েংলুবদা উরকখি নুপীমচা চহি ১৪-১৫গী লৈশাবি মচা অমগা মমা চহি নিফু মঙামুক্কি চীংলেম্লবি অমগা । সাহেব জজ ওইরুবনা ঙাঙদ য়াদবা ঙাঙবদগী হেন্না য়াম্না মচিল মখা য়াংবদি নত্তে । মাগী ইমুং-মনুং অমদি মাগী য়াম্না লুনা তিন্নবা মীওইশিংদদি ফাগী-ফরাং মতেক মতেক তৌই । ইখঙ খঙনদবা মীদদি সুঙাঙ ঙাঙগন্দবা মীনি। জজ সাহেবকী খোঙবুদা ফাগী য়াম্না হৈবা জজ অমর সাহেবতি ফাগী ফরাং তৌদুনা মীবু নোকহনবা, শকফম ইকাই কায়দনা মী লক্লবগী হৈনবী লৈবনা জজ সাহেব বদনগী ওইরোম থংবা সিটতা ফম্লিবিদুদা ব্বারী শাবা হৌরকই -

ইবেম্মদি বেঙ্গলোরদা করি তৌবা চৎপিরুবনো ? মীতৈগী ফনেক শেৎতুনা লম চৎপিরম্বনিনা মীতৈনি হায়বদি ইরাই লাইনা খঙজরে ।

খুন্নকই লেম্নবিদুনা। ঐগী ইচানুপীসি বেঙ্গলোরদা ক্লাস নাইন তম্বনি । পরিক্ষা লোইরে হায়দুনা লৌথোকচরুর্বানি, শমলপ্পা খুন্নকই ।

অমর বাবুনা অমুক মখা হংথরকই - ইবেম্মগী সঙ্গাইদি কদাইদনো ? করি থবক তৌবিরি ? অমনা অঙাংগী মপাদি অঙাং লৌবা চৎপা শংবিদ্রব্রা ? মথং-মথং হংথবকপদা ঙাঙগন্দ্রবা বদন বাবুনা খুনিংনা কক-কক থিল্লি ব্বা যাম্না ঙাঙলুগনু হাইবগী ইঙ্গিৎ নিরকই ।

নোকফেৎ তৌরদুনা খোঙবু ওইমিন্নরিবি ইবেম্মদুনা খুন্নকই ঐহাক কোলেজগী ওঝা ওইজরি । ইচানুপীসি মথস্থা পোকপীনি, লাইবক থিদুনা মপাবুংদো লৈখিদ্রে । ব্বারী শানা-শানা তোংমিন্নবা অতেনবা ত্রেন্দু সনধ্যা য়ৌরদুনা কুমথনরে । চেন্নাই ষ্টেসন্দা নুমিদাংগী চাগদবা খর চানরগা ত্রেন লাকপা ঙাইমিন্নরে । হৌজিক পুন্না খোঙবুদু মী তরুক শুরে । নুপীমচানা জজশিংদুদা পাবুং-পাবুং কৌরক্লে অমসুং হাইরকই নুপীমচাদুনা -

পাবুং ঐখোয়গী পোৎশিংসি খর য়েংবিরম্মু ঐখোয় মাম্মিগা ঐগা ঈশিংগা, অচাপোৎ খরগা লৈজরুগে ।

মচীন য়াংলবা অমর বাবুনা খুন্মি য়ারে য়ারে ইবেন্মা । হন্দক্তি অঙাং মমাসি বদন বাবুদা য়াম্না থাজরিব্রা খঙদে, নুপীসি য়াম্না লেন্মি অদুবু মমিৎতি বদন বাবুদা থন্মি । য়াম্না তোয়না ব্রা ঙাংলিবা ঐঙোন্দা মচিন্দা নোকফেৎ তৌশিন্নে অদুগা ইয়েং য়েংবিরক্তে ।

শ্বাই লাউই বদন বাবুদো অদুগা খুন্নকই তফিং-তফিংনা করিনো মসিনা ইঙাউ ঙাউশিন্নদুনা ঐঙোন্দা ওনশিলক্লিবসিনা । ঙাউগে হাইরবসু ভাই নং ঙাউজরো । নতৈ-ননাওগী তোলোপ্তু চাবা সুকঙম ঙন্নরোইদৌবনি, নচা হাইরা অনিদং তরক তরক নিপা অমা নুপী অমা । নপা-নমানা থনম্বা য়ূমগী মথক্তা পৈশা থম্ফম খঙদদুনা মরোঙ-মরোঙ মথক্তা পংলোঙদা লোঙদুনা শাজিল্লিবা য়ুমদু থলহন্নবা মী খরা কৌশিনবা দরকার লৈ হায়দুনা ঙংদুনা ঙাঙলিঙৈদা নুপীমচা ইলিজাবেথ মমা-মচাদু খংনক নক্লা লৈরম্বা অমর বাবুনা উরদুনা ঙাংঙিবা বদন বাবুদু খঙহন্নবা ইঙ্গিৎ ওইনা খংকৌ কৌরকই নুপীমচাদুদা - ইবেন্মা ইচানা করি করি লৈথরক্লবা ?

ব্রেক খংফা ফায় বদন বাবুদু অদুগা লোইশিনফম খঙদনা নোকফেৎ তৌরগা খঙতোক তোকই ঙাঙবদু অমসুং খংয়েং য়েংথোকলুবদা চীঙলেন্নবি ওঝা রাধানা মঙোন্দা ফল্লপ য়েংলম্বগা কোক মিৎচান্নরুরে । হস্তফম খঙদ্রবা হৈনদ্রবা জজ বদনদু ওম্থোক্লা ব্রানা মমিৎতু লৈথোকখি ।

লাউ খোংদুনা চেনশিল্লক্লে বোম্বে মেলদু যাত্রিকশিংদুবু কলকটা ফাওবা পুবিননবা । খাল্লরে ট্রেনদু তোংগদবা যাত্রিকশিংগী মমাঙদা । য়েংনরে মীয়ামদু মাগী-মাগী মমিং থেৎলম্বা, কাখৎনরে মশা-মশাগী কেবিন্দা অমসুং তংদু লৈতানা ফমথনরে । ফাষ্ট ক্লাস টিকেৎনি, খোঙবুদু কেবিনসু পুল্লরে, সিটসু পুল্লরে । নুংঙাইতবা হাইববু মখোইগী ফমফমদা মী নিপান্না শাগদবা কেবিন্দা মীতোপ কোকয়েৎ-য়েৎপা পঞ্জাবি অনীদং য়াওরে । থ্রি-তায়ার সিট অনী অমসুং মতাইগী দবল সিট অমগনা কেবিন অমা শারবদা লাকমিন্নজবা মরূপ অনিদুসু উকিলশিংদুগী মরক্তা অমা অদুগা রাধা মমা মচাগী মরক্তা অমা তাশিল্লুরে । হৈশিংলবা অমর বাবুনা খুদক্তা সিট শিন্দোক-শিঞ্জিন তৌরে । পঞ্জাবি মরুপ অনীদু দবল সিত্তা ফমহল্লে অদুগা ওজা ইবেন্মা রাধা মমা-মচাগী নাক্তা অমর বাবুনা ফমজিল্লে । নুমিদাং




পুং মাপন মথায় তাবদা ক্লেম্প থারে । ট্রেন তোংলুবা মীয়ামদু ঙাইনরি মাগী মাগী টিকেট চেক তৌবিরম্বা কোর্ট অম্মুক্ত লিংবা তি-তিদু, কুচু মুবা তি-তিদু মখৌ পোংনা চংলক্কে অমসুং য়েংলক্লি যাত্রিকশিংগী টিকেতশিংদু অমমম ওইনা মথং-মথং । নুপা মরি অমদি ইলিজাবেথ মমা-মচাগী টিকেৎ শরুক য়েংবিখ্রে তি-তি সাহেবনা ।

অমর বাবুগী নুংতিগী হৈনবি তূম্বা য়ানবা, চাবা য়ানবা ফজবী লিক্লীদগী হৈরক্কে মিৎশুম্বী ঈশিং অঙাংবদু মথং-মথং মরি থোক্লা । শুগৎলক্কে নুপী মচা ইলিজাবেথতু অঙাংনিনা, মমা রাধাদি তুমিন্না লৈরি খাঙলি কমেন্ট পীদনা অমদি মমাই মাইথোঙ শকফম কাইহন্দনবা হোৎনরি । বদন বাবুদি মতমগী ঈশিং থকপা কয়া হৈতবা মীনি অদুবু মরুপশিংনা শাউখিনি হায়দুনা অহানবা হৈখিবা পেক্ক লেংদনা অদুম পায়রি । ফম্মিন্নরিবা উকিল অহুমদু মানা-মনা খোকপা তৌনদুনা মনাক্তা লৈরিবা ঈশিং লিক্লিদু লোইখ্রে । অমর বাবু ইনিল কারক্কে ফল্লম্বা মফমদা তুথখিদুনা নুংঙাইনা তূমথখ্রে । তঙাই ফদনা বাদন বাবু ইলিজাবেথ মমা-মচাগী সিটতা ফম্মিন্নররে ।

নুমিদাং পূং ১১ হেলক্কবদা পাবুং ঐ মথক থংবা অহুম শুবা তায়ারদা তূম্লুরগে ঐহাক য়াম্না তুম্লিংলে ।

নুপীমচাদু উবদা বদন বাবুনা হায়রকই -

তূম্লুরো তূম্লুরো ইচাসিদি, নংগী মাম্মিসু তূম্লিংলবদি তূম্বা য়ারনি নত্রগা ঙাইহাক ফমখিগে হায়ব্রা ?

ওঝা রাধা চীঙ-লেম্না খুম্মকই, সাহেবতা য়াজখিনিদা য়াজখিনিদা তূম্লিংলবা কান্দা হাইজরক্কে ।

ঙাঙগন্দবা বাবুদো তুমিন ফল্লি, ওজাসু য়াম্না চেকশিন্না ফম্মিন্নরি জজ সাহেবকা । ষ্টেসন লাকপদা লাউ খোংদুনা চঙলক্লি - চা ! চা !

অচাপোৎ য়োনবশিংনা মথং-মথং চঙলকই অমসুং লাউ খোংলি মাগী-মাগী মপোৎশিং যাত্রিকশিংনা লৈবিনবা ।

তপ্না হংলকই সাহেবনা ওজাদা ইবেম্মা চা থক্কেরা ? ওজাদি চা থকল্লি অদুনা চা থক্লিংনা লৈরম্বনা ওজানা চা থকশি হায়দুনা চাদু লৌরগা সাহেবতা লানশিল্লি অমসু মাগীসু লৌদুনা থকমিন্নে ।

অহিং বারো হেল্লক্রবদা মী পুম্নমক্না মৈ মুখৎনরক্রবদা মমায় শোল্লবা জজ বদন সাহেবতু মৈদি মুখৎখ্রে অদুগা ফম্মিনরিবা ওজাদা তূন্নসি হৌবা ঙমদদুনা অদুম ফম্মিন্নদুনা চৎমিন্নরে । অহিং পূং অমা হেল্লক্রবদা অচৌবা ত্রেনগা ওইবনে, মীনিনখোল তারক্তবনে অঙ্গংবা নুংশিৎনা ঈংহনবনে, মীয়ামগী তূম্বগী মখোলনে মীয়াই চল্লবা-চল্লবী অনীদু খঙহৌদনা ফমউই তৌনবদা জজ সাহেবতু খংতু তুশিল্লুরে ওজাদা । মমিৎ খংশিং শিংই সাহেবতু অমসুং হায়রকই - সোরি ঙাকপীগনি ।

শিংলবী ওঝানা থুনা খুল্লকই - করিসু কায়দেদা । পোৎথাবনা ফরগদবা মাল্লে সাহেব মখা ইথং থংবা তায়ারসিদা ঐহাক তূমজরগে ।

সাহেবনা তূম্ফম অনীমক শেল্লে । তূম্ফমদা চঙনরে শকখঙদবা-শকখঙদবী অনীদু । সাহেবতু মমিৎ শিংগৎখ্রে । নুপীগা ৱারী কয়া শাজদবা মীগী নুপীগী মমায় খক য়েংগন্দবা জজদু ফম্মিন্নরিবি ওঝাদুদা খংতু তুশিল্লুবগী ইকায়বনা লুখম য়ৌখ্রে, খংলাউ লাউনীংই মাগী মরুপ জজ অমরদা মনা ঙাউশিল্লক্তুনা থোকহনবনি । ঘরী য়েংলুই মখুত্তা, পূং অনী তারল্লে, ওঝানা মখাদগী তূমথরকপগী শ্বর খংতা তারকই সাহেবকি নাকোংদা ফম্মিন্নবিঙৈদা মমায় লৈথোক লৈথোক্লা ৱারী খর-খর শান্নখি । খলহৌদে সাহেব খংয়েং য়েংথরুই নিদ্রা দেবীনা শুমথরবী মপূং নিংথিনা ফারবী থিক-থা, চুং-ফিরাল চারিবি মরাইবক থীরবি মপুরোইবা লৈজদ্রবীদুদা । জজ সাহেবতু করিনো মথন্তা খনফম খঙদে । হন্না-হন্না য়েংনিংলুরে লাকমিন্নরিবি নৌনা খঙনবিদুবু অহিংগী অরোনবা অমম্বদুদা । নুমিদাংগী পুং অহুম মখায় তারকপদা তৌফম খঙদ্রবা সাহেবতু নিদ্রা দেবীগী মনম খরা-খরা ফংলক্লে । নোংঙানলমদাইগী মালংবনা অচেনবা ত্রেনগী অঙ্গংবা নুংশিৎতা মকোক্তা য়ৈরকপগা লোয়ননা সাহেবতু তূমথরক্লে ।

অন্ধ্র প্রদেশকি লম্ফাং কয়া, লৌবুক কয়া উগী জঙ্গল কয়া মথং-মথং ফাওদুনা চেলক্লি অমসুং ত্রেন্না য়ৌরক্লি মাগী ঙমখৈসি । অচৌবা ষ্টেসন অমা হেক লাকপগা ত্রেন্দা পোৎয়োনবা কারকপা ময়াম, নৌনা কারক্তদবা যাত্রিকশিং অমদি কূমথহৌগদবা যাত্রিকশিংনা পূমনিল নিল্লি । শান্তি ওইনা ঙাইহাক তূমথরুরবা মতুংদা ওঝা রাধা মিৎকপ থোক্লে । মশাগী ঘরীদা য়েংবদা

পূং মঙা মখায় তারম্লে । হৌগৎনিংলে শুজিল্লবা ত্রেনগী অহুমশুবা তায়ারদা হিপ্লদা খাওবদা য়াম্না ৱারে । য়াম্না খাওলবা মতুংদা মকোক লিৎখত্তুনা য়েংবদা উকিলশিংদু নীংথিনা তূল্লী অদুগা মাগী অপূনবা তায়ারগী অনীশুবা তায়ারদা তূল্লিবা জজ সাহেব অমসুং মচা নুপী নীংথিনা তূল্লী । চেপ্পা হৌগৎলি ওঝা মশম-মনা, মফি-মরোল নিংথিনা শেমজিল্লগা বাথরুমদা মচিন ময়া শেংলুরগা মমাই-মমিৎ নীংথীনা কেশিল্লুরগা ত্রেনগী থোংজিন ময়াদা লেপ্লি, ৱারক্লদুনা মাগী কেবিন্দা অমুক চংলকপদা উরকই বদন বাবুনা উপশিল্লগা শুজিল্লগা তূল্লম্বদু । শেম্বিনীংই ওঝানা অহল অসুক ওইরবা মীনা খুৎতূম চাদনা তুম্বসি ইয়া য়াজনীংদে । অফুনবা শ্বরদু সাহেবকি ওঝা তাবা ৱায় হৌদোক্লীংই তূল্লিবদুবু অদুবু ঙমদে শকখঙদবা লম্বীগী মরুপ ওইবনিনা ।

তাল্লকসিদা মচা নুপী মিৎকপ থোরক্লে । কূমথরকই মথক্তগী কৌরকই মমাবু অমসুং হংলকই -

মাম্মি নহাক অহিং ফজনা তূমদ্রব্রা ?

মমানা খুম্মি - তূম্মীদা ।

অযুক্কী পুং ৬ তারে । নোং ফজনা ঙাল্লে । ওঝা চা কৌদুনা লেপ্পা লেপ্পা কোইচৎ চৎলগা থক্লি অমসুং মনাক্তা তূল্লিবা সাহেবশিংদুদসু ফল্লপ ফল্লপ য়েংই । মিৎকপ খংথোক থোকই । বদন বাবুনা উরকই ওঝা নুপীদুনা ফমফম লৈতদুনা চা লেপথক থক্লিবদু । তূমশিং ফাদবগী কোক চিক্লি-চিক্লি তৌরম্লবসু হৌগৎলগা ফমলকই অমসুং হংলকই -

ইবেম্মা ঐহাক হৌগৎলগে, ফম্ফম শেম্লগে । ওঝানা খুম্মকই - তূম্বা ওকপীরমগদবা মান্দে ঙাইহাক পোৎথাবিগে হায়রবসু পোত্থাবিথো ঐগীদি থোইদোক্লা খনবিরুনুদা ঐহাক অদুম কোইচৎ চচ্চখিগে ।

সাহেবনা তপ্পা খুম্মকই - লাক ও-লাক ও ইবেম্মা ফল্লরো হায়দুনা মানা তূল্লম্বা স্লিপর, মচানুপীনা অমদি রাধানা তূল্লম্বা পূম্নমক হাইগৎলগা ওঝাবু ফমহল্লি । বাথরুমদা চঙদুনা মকোক ইংহল্লগা মমাই মমিৎ তাথোক্লগা ওঝাগী নাক্তা ফমথরকই । সাহেবনা হেক ফল্লবগা ওঝানা হান্ননা লৌদুনা লৈরম্বা অচাপোৎশিং চাম্মিন্নে অমসুং চা কৌদুনা থকমিন্নে ।

অহিং মপুঙ ফানা তুম্নুরবা জজ সাহেপ অমর বাবুদু মিংকপ থোরক্লুনা কোইয়েং য়েংবা হৌরকই অমসুং উরকই জজ সাহেব বদন বাবু অমসুং ওঝা রাধাগা য়াম্না নুংশিননা মতম কুইনা খঙনরকপগুম চামিন থকমিন্নরম্বদুদা কোইলাঙ লাঙবা হৌরকই অমসুং মখোয়গী মরুপ উকিল অনীদু কোইহৌ হৌদোরকই অমসুং বদনরোমদা ওনশিল্লগা লাউরকই ।

- গুদ মোর্নিং বদন বাবু, অহিং তুম্নবা হিদাক থকউ য়াদবনিনা অহিং ফজনা তুম্লম্লরোইদো অদুবু ইবেম্মাখোইদি ঙন্না ব্রেক ফাষ্ট চাবিরমইদা । ঙাঙন-ঙাঙন বাথরুমলোমদা চেনখি, থোরকই মশা নান্না ঈশৈ শক্ল-শক্লদুনা অদুগা অমুক লোন্না-লোন্না য়েংঙি নহা ওইরিবি ওঝা ইবেম্মা অমসুং বদন বাবুদা। অমুকসু খল্লি অমরনা নুপী কয়া হৈনখিদ্রবা বদন জজ মমাংঙৈগা ঙসিগা ইমান মান্নদে । ওঝা রাধানা ব্রারী খরা-খরা অদুম শাই, মচা নুপীদসু অদুম লক্লে । ঙক্লে অমর বাবু ঙসিগী অহিং অমগী ট্রেনগী খোংচৎতা বদন জজ অসুক য়াম্না ওলম্বা, চৎমিন্নরিবা মরুপশিংদসু কয়া হায়দোক্তে অদুবু মখোয় অহুম মমিৎ হাইফেৎ-হাইফেৎ খৎনৈ অমসুং নোকমিন্নে ।

অমরোমদা অমুক বদনগী অরোনবা মিয়েংগা ইবেম্মা রাধাগা তোয়না-তোয়না মিংচান্নে । কলকটাগী হাউরা ষ্টেসন্দা নুংথিল পুং ৩ অদুব্রাইদা থুংলে । তেকসি অনীদা তোংমিন্নদুনা কলকটা মণিপুর ভবন য়ৌরক্লে । সাহেবশিংগী অফবা কা অনীদা পীবিরে অদুগা ইলিজাবেথ মমা-মচাগী খর হন্থবা কা অমদা পীবিরে । মথক-মখাগী ফ্লোরনি । অমর বাবুনা নুংদাংগী চাক য়েঙ্গাং হাউনবা অমদি তুম্বা য়ানবা হিদাক কোইলাঙ-লাঙদুনা কোইথি থিদুনা মীয়াম নুংঙাইমিন্নরি । করি খল্লক্লবনো বদন বাবু মরুপশিংদা হায়রকই -

ইবুংঙোখোই চাক চারমদাইসু থকই, চাক তোক্লবসু থকই, হয়েংদি নয়ূম-নয়ূম য়ৌনরনি, নয়ূম য়ৌরগা থক্লবা দমসু খর-খরদি খাকউদা, নয়ূম-নয়ূমগী মীশিংনা নখোয়বু চৈবিরনিদা । ঐহাক ঙাইহাক্তং ইলিজাবেথ মমা মচাদু করম তৌরিবগে হংবিনীংই ।

ফাগী হৈরবা অমর বাবুনা তাপ লাক্লুনা খুল্লকই - বাবু ঐখোয়দি য়ূমদা হনখিবদা ঐখোয়গী নুপীনা-অঙাংনা করিসু চৈবিরোই, শাউবিরোই ঐখোয়দা অহোংবা করিসু লৈতবনিনা । শাউগদৌরিবদি অদোমনিনে । মানা করিনা

নুপী মশক খঙবা ঙমদবা, নশাগী নুপী ফাউবা নোংমতা নুংশি-নুংওন্না ব্রারী শাদবা সাহেবনা নুমিৎ নীনীখক থেংনবা মচা-চেনবি ওঝা নুপী অমনা কোইচেন চেল্লে হাইবা পাউসি ঐনা ইবেম্মা রমনীদা মেসেজ অমা থোক কাপশিনবদা চহি য়াম্খে-মঙাগী পাখং লোংনা তানি অমদি নচা পাখং অনী লৈশাবী মচা অনীদুনা অদোমবু নয়ূমদগী তাম্থোকলোইদবা লৈব্রা ? ঐনা হায়গনি মখোয়দা হন্দক্কী ঐখোয়গী খোংচৎসি নখোয়গী নপাসি 'অপাইবা লৈচিননা' মমায়-মশা পূম্নমক য়োমখ্রে । মদুদা অদোম্মা তৌগদবসি করিনো হায়রগা ফাক-ফাক নোকথোরক্লে ।

শাউরংননা বদন্না হায়রকই - করিনো মসিনা ঐঙোন্দা চোইরোল অমুক লোল্লক্লিবসিনা । ঐদি চুম্নগী ইরমদমগী নুপী মমা-মচা লাকমিন্নবনি অমুক্তং হংবিসি হায়বনি মদুদা অদোম্মা শাজিনবা ময়াম অমা লাইফাউ তৌরক্লিবসিবু ইমুং কায়গদবা ব্রা-ঙাক্তা হায়রক্কুনা ঐবু ইচোপ চোপহনগেরো ?

ঙমখিদ্রে জজ সাহেব মমা-মচাবু হংবা চৎপা । মরুপকি ব্রাদুদা ইকাইখ্রে । নোংঙাল্লে মখোই তরুক তেকসি অনীদা তোংমিন্নদুনা মখোয় তরুক নেটাজি সোভাচন্দ্র বোস এয়ার পোর্ট য়ৌরক্লে । ঙাইমিন্নরে এরোপ্লেন, এযারপোর্টতা । য়ৌরক্লে ইন্দিয়ান এয়ার লাইন্সকি প্লেন ইম্ফাল চৎকদবদো, ফম্মিন্নরে পুন্না মখোয় তরুক । ইলিজাবেথ মমা-মচাগা, বদন বাবুগা অমা অদুগা উকিল অহ্মদু অমা । য়ৌরক্লে খোংবুদো ইম্ফাল এয়রপোর্ট । মাগী-মাগী ইমুংগী মীশিংনা ওকপীরম্লে, কাখৎনরে মশা-মশাগী গাড়ীদা । নীংশিংলি বদন-বাবু ইলিজাবেথ মমা-মচাবু অমসুং হংবিরকই -

ইলিজাবেথ নমা-নচাবু পাবুং থিল্লম্মুরা ? তপ্না খুম্মকই ওঝানা - ঐগী কার লাক্কনি সাহেব ।

য়েংনখি লোন্না অরোইবা ওইনা মীয়াই চল্লবা-চল্লবীদো । পাঙ্গল থোক্লখিদে মফম্না-মতম্না চৎখ্রবদা ।

নোংঙানবদনি ওফিসতগী হল্লকপগা সনধ্যাদুদা লোংখাক লোংদুনা মমিৎ উইরুম-শারুম হিপতুনা লৈরিবা মপূরোইবা জজ সাহেবতো মাগী নুপী রমনীনা অমুক্কসু খংলাউ লাউরকই -

হো ! ইবুংঙো চাক লোইরে, চাক চানবা লেঙখৎলক্লো । করিনো লংফৈ চৎলুরবনি হায়দুনা সন্ধ্যাদসু তূম্লিমানে । মমিৎ খংপাঙ পাঙঙকই - জজ সাহেব হংলকই -

চাক লোইরব্রা ? হৌগৎলকই তপ্না অমসুং নোকফেৎ তৌই লোন্না, মাগী মরুপ অমরনা লাইফাউ তৌখিবা - 'অপাইবা লৈচিননা' মাবু পুনশ্রে হায়বদো ।

খংয়েং য়েংঙি মাগী নুপীদা মানা মথন্তা লোন্না নোকখিবদু মাগী নুপীনা করিগুম্বদা উরমগদ্রা ?

*সরোজিনি*

৬/৩/২০০১ ইং

মণিপুর ভবন, গুবাহাতি ।

*<u>খুমল্লমবম সরোজিনি (১৯৫১) :</u> মেজোরখুল এম. এল. এ. ক্বাটরস কমপ্লেক্সতা লৈ । ফোঙলবা লাইরিকশিংদি ১) টি লাইন লান্দা নরসিংহ, ২) অরিবা পোৎশিং লীশিনবগী বারম, ৩) লাইশংগী ভুট অসিনচিংবা ।*

*******

# শন্দোক্কম্বা লায়না

শম্ভু চেট্টরজি আসামগী ধুব্রী সহরদা পোকপা নোংপোক ভারতকী অচৌবা লল্লোনবা মীওইনি । মাগী মপা-মপূদি নোংচুপ বেঙ্গোলদা লৈ অদুবু শ্রী চেট্টরজি অমসুং মাগী মচীন মনাওশিংদি আসামদা চাগী কারবার তৌবা কাঙবুনি । মহাক মশামক অমদি মাগী ইমুং-মনুংদি গৌহাটিদা লৈ । চেট্টরজি বাবুগী বিজিনেস পার্টনরসিং নোংপোক্কী ষ্টেট খুদিংমক্তা লৈ হায়বদি নাগালেন্দ, মণিপুর, ত্রিপুরা, মেঘালয়া অমসুং অরুনাচলনচিংবদনি । মহাক্কী কারবার অসুক্কি মতিক চাউনা শন্দোকই । চেট্টরজি সাহেব মশাগী চহী য়াঙখৈগী লোননি, য়াম্না মশা মউ ফবা অমসুং একতিভ ওইবা মীওইনি । চেট্টরজি সাহেব মাগী বিজিনেস সেন্টরশিংদা মহাক অয়াম্বা মতমদা কোইচৎ চৎলি অমসুং মাগী বিজিনেস পার্টনরশিংনা তৌরিবা খুদিংমক মশামক্তা য়েংশিল্লি । মরম অসিনা চেট্টবজি সাহেব অমসুং মাগী ইমুংগী মিওইশিংবু খঙবা মীওইশিংনা লাইগুম্না কিনৈ অমসুং নুংশিনৈ । থাজনৈ মহাকসি ঙসিগী সমাজনা খ্বাইদগী মরমচৎ ফজবা, পুকচেল চাউবা, লৈবাক্কী অফবা ঙাক্তা তৌবা ইনাক খুনবা অমনি ।

নোংমগী অয়ুক অঙনবা অমদা চেট্টরজি সাহেব অশাঙবা চীং লম্বীগী ত্রিপ অমা চৎননবা বসতা ফম্মি । মাগী হেক থংনবা ফম্ফমদা চীং-লেল্লবি চহি নিফুগী যাত্রিক অমসু মশা নান্না অদুগুম্বা নোংমগী চীং লম্বীগী খোংবু ওইমিন্নে । পৃং ২৪গী লম্বী চৎকদৌবিবা বসনি । লেপ্পুনা চেল্লি বসতু মাগী নুংতিগী চৎফম থোকপা জাগাশিংদা, পোৎথাহল্লি যাত্রিকশিংদো মাগী রোটিন অমগী মখাদা কুমথহল্লি, অমুক কাখৎলকই যাত্রিক কয়া অরোইবা বস ষ্টেন্দ ফাউবা চৎননবা ।

লেম্না ফম্মি চেট্টরজি সাহেব, মরক মরক্তা চুপ্লি মচিন্দা কাংচুপ অমা, মখুৎতা পায়রি ঈংলিসকি নোংমগী পেপরশিং, জরনেলশিং য়াওরি, মঙক্তসু ঙাননবা অপীকপা নুংশিৎকি স্লিপ ৱেলগী মন মচা অমদা ঙাই । মনাক্তা ফম্লিবি লেদি অদুসু মশাগী মফি মরোল চেকশিন্না ফম্মী, মরক মরক্তা মখুৎতা পায়বা ঈংলিসকি পেপরদু পানা পানা লম য়েংদুনা চৎলি । অহানবদা মরম্নাই-মরম্নাই চা থক্লে, অচাপোৎ চানৈ । অদুবু অয়ুক পুং ৭.০০ তগী নক্লা ফমিন্নদুনা লাকমিন্নবনিনা শক খঙনদবা যাত্রিকশিং নুংথিল পুং ১/২ তারক্লবদদি লোইনা খঙনরক্লে । চেট্টরজি সাহেব মাগা ফম্মিন্নরিবি যাত্রিক্তা ৱারী শাবা হৌরক্লে অমসুং হংলকই -

মেদাম কদাইদগী লাকপিরিবনো ? চীংলমদা করি তৌবা চৎপিরিবনো ?

লেম্নবি ফম্মিন্নবিনা খুম্মি - সরকারগী থবক অমগীদমক মহাকপু চীংলমদা থারকপনি হায়না তপ্না খুম্মি ।

মমৈদদি সাহেব মাগী ফম্মিন্নবিগী চাসু মহাক্না মরক-মরক্তা লৈদুনা চা পূন্না থকমিন্নরে । মরক মরক্তা ৱারী খর-খর শানৈ । বসতা তোংমিন্নরিবা যাত্রিকশিং কনানা কনাবু থোইদোক্লা য়েংনদে মরমদি অশাংবা চীং-লম্বীদা গাড়ীনা শু-শুদুনা চৎপদা অৱাবা খাঙননবা হোৎনবদা । শানরিবা ৱারীসু ইংরেজি লোলনি । চেট্টরজি সাহেবতু নুমিদাংৱাই ওইরকপদুদদি কা-হেন্না তোয়না-তোয়না ফমিন্নরিবিদুগী মায়থোংদা মিৎয়েং তাই, মরম লৈতনা গাড়ীনা লেঙঙকপা খুদিংগী ফম্মিন্নরিবি লম্বীগী মরুপ্তা তাঞ্জা লৌদুনা থেংজিল্লি অদুগা মচিন্না হাই - সোরি, এক্সক্যুজ মি ।

খঙঙি ইবেম্মদুনা মহাশয়দুগী খদ্রক্তু । লাপথোকই য়ারিমখৈ ভদ্রমহিলাদুনা লেম্নবা চেট্টরজি সাহেবকি মওংদু মেম সাহেবতুনা চপ চানা উই । লেমশিন্নরবা ভদ্রলোক্তুগী মমিৎতা অমুবা আনোক, খজাইগী নাকল অনীদা হৌরিবা কোইগা, নাতোন শুম্মাং অমদি খদাং পুম্নমক্তা কোইশিল্লিবা কোইরক্তগী মচিনবান্দা ঊগী কাংচুপ, মরক মরক্তা ফলপ-ফলপ মঙোন্দা নুংশিবা শাশিন্নদুনা য়েংলক্লিবা অরোনবা মীৎয়েংশিং । য়েংশিন্নদে মেম সাহেব ফম্মি চেকশিন্না খল্লি করি করিগুম্বদা মহাক্কী অশোনবা খরদংগী মনম ফংখিবদা কুমগী নোং লাকপদা নোংগৌবি কৌবি চেক্লানা হরাওবগুম

হৱাওখিবা য়াই। তুমিন্না খল্লি মেম সাহেবনা অসুক লেন্নবা নিপা, মশক নাইরবা ইনাক খুল্লবা নিপা, লাইরিক লাইশু ফজনা হৈরবা ভদ্রলোক অমা, চহীসু মীয়াই চল্লবা মীওই অসিনা উৎলিবা ঐঙোন্দা পীরিবা ইন্দিকেসন অসি ঐবু উশিংতবা ওইরবা জাৎলা। লেপ্লে মবুক্তা তাঞ্জা চানা থীনা হায়রগে 'নুপীবু মতম পূম্নমক্তা নুপী ওইনা লৌগনু'। শক্লাইরবা ভদ্রলোক্তু চোপহনগে, লেমহনগে ভদ্রমহিলাদুগী খুৎতা লৈ। লোল্লপ-লোল্লপ য়েংঙি ভদ্রলোক্তুগী মচৎশিংদু। সনধ্যা ওইরক্লে নুমিদাংগী পুং ৯.০০ তারক্লে। যাত্রিক পূম্নমক চাক চাবা নুংতিগী থুংফম হোটেলদা থুংনররে, বস অতৈসু থুংলরে। লেপ্লরে যাত্রিক কয়া হোটেলদুদা মরী-মরী, মথং-মথং।

চেট্টরজি সাহেবনা হংলকই ফম্মিন্নরিবা মেম সাহেবতুদা - আর য়্যু ভেজিতরিয়ান ওর এ নন ভেজিতরিয়ান?

মেদামনা খুল্লকই তপ্না - ভেজিতরিয়ান। চাক চামিন্নে। নৌনা শকখঙনরিবা যাত্রিক অনীদু। চাক চাবা তোক্লবা মতুংদা উহৈ কমলাসু খোক্লগা চামিন্নে। বসতুদা তোংলিবা যাত্রিক অতৈনা অসুক্কি মতিক কিনা, ব্যবহার তৌনৈ ভদ্রলোক-ভদ্রমহিলাদু। নুমিদাং চাক চান্নরবা মতুংদা অমুক হন্না বসতা কাখৎনরক্লে যাত্রিক পূম্নমক মরী-মরী। ফম্মিন্নরে মেম সাহেবতু অমুক হন্না চেট্টরজি সাহেবকা। খল্লি মেম সাহেবনা হন্দমুক্তি নোং ঙাল্লগনি, য়ৌরগনি মানা থুংগদবা লমদমদু অদুদগী মানা তৌরুগদবা থবকশিং মথং মথং মকোক্তা য়াৎথোকই।

অমম্বা অহিংদা যাত্রিকশিং তূপ্লো হায়দুনা গাড়ীগী মপুনা অমম্বা মৈ থাল্লকই অদুবু কনানসু কন্না তূম্নদে মরমদি ফম্না ফম্না তূম্বনিনা। ঙাথনৈ মানা মানা ফম্লিবা সিটতা মকোকশিংদো। কনানা য়াম্না ফজনা চনীং তানা ফম্না ফম্না তূম্বা ঙম্বা যাত্রিকসু য়াওদবা নৎতে। চেট্টরজি সাহেব মকোক ঙারি মাগী সিটতা তূম্লিব্রা-তূমদব্রা খঙদে। মেম সাহেবসু হাইফেৎ উইরুম তৌরুই অদুবু মাগী সিটতা খংনক নকশিল্লকই সাহেবতুনা। মেম সাহেব মমিৎ খংপাং পাঙথোকই চেট্টরজি সাহেব মশাদু খংহন হন্দোকখি।

সাহেবনা লোন্না হায়রকই - মেদাম হয়েংদি নংগা ঐগা হোটেল পুন্না বুকতৌবা য়াব্রা ?

শাউরবি মেম সাহেবনা খংহন হন্দোকই ভদ্রলোক্কুদগী অদুগা মী অতে তাখিদনবা মওংদা খোনসিদা হায়রকই -

চেট্টরজি সাহেব নহাক নশানা নশাবু নীংথিনা ফাজিঞ্জৌ । ঐহাক্না নংঙোন্দা নিংথিনা হায়রিবসিনি । নত্রবদি নহাক মীয়াম মমাঙদা চোপচগনি মসিনা ঐনা নংঙোন্দা পীরিবা অহানবা ব্রারনিংনি ।

খংহন হন্দোই সাহেবতু অদুগা তপ্না হায়রকই - আই এম সোরি, এক্সকুাজ মি।

মেম সাহেবনা ইংনা খুম্মকই - কন্ট্রোল য়োরসেলফ মাইন্দ য়োর লেংগোইজ ।

অদুবু তুমিন্না চৎমিন্নরি, উইরি উইরি ফম্মিন্নরি ।

অহিংগী লাইরেম্বীনা চঙশিনলকই অসুম-অসুম, শুম্বীরি যাত্রিক খুদিংবু বসকি নাউশুম ঈশৈনা, পোৎথাহল্লি মীওই কয়াবু । বারো মতূং পুং ২.বোম তারক্কবা মতম্লি । চেট্টরজি সাহেব ঙাইহাক উইরুরগা মনাক্তা ফম্লিবি মেম সাহেবতু বসনা লেঙঙকপগী খুদোং চাবা লৌরগা অম্মুক হন্না থেংজিনলুই ।
মেদামসু মিংকপ খংদোক থোক্লকই অমসুং খানা য়েংই সাহেবতুদা ।

হায়রকই সাহেবনা - সোরি, দোন্ত মাইন্দ ।

মেম সাহেবনা তপ্না খুম্মি - নো প্রোব্লেম ।

মখুৎতা শিরিবা খুদাং ঘড়িদা য়েংঙি নোং-ঙানগদবা পূং শাংদ্রে হাযবা খঙঙি অমসুং মথন্তা চ্যেকশিন্না ফম্নবা হোৎনৈ । লেপ্তুনা চেল্লি যাত্রিক পুবা বসনা, থৌজরি ড্রাইভর বাবুনা মানা ঙমজবমখৈ য়াঙনা যাত্রিকশিংনা তূল্লিবগী তাঞ্জা লৌদুনা, য়ারিবমখৈ থুনা য়ৌহন্নবা বসকি অবোইবা ষ্টেন্দ । খাঙফম খংদ্রে চেট্টরজি সাহেব মনাক্তা ফম্মিন্নরিবি লমলানবি মেদামদুদা মাগী অনীংবা ফোংদোকপা ফংদবগী অমদি মাবু থওইবিদবগীসু খল্লি । শ্বর শাংনা-শাংনা হোল্লি অমসুং মথন্তা খল্লি তাঞ্জা চাবা কা অমতং ফংলম্লবদি নুপীসি নিংথিনা ঙাঙনবা য়াবম্বনিকো অদুবু অচেনবা বসকা ওইরে অমনা মীয়াম্না শাখি ওইগদবনা মাগী অরোৎপা অকনবা পাঙ্গল ফুদোকপা ঙমখিদ্রে । শেঞ্জাও পায়বা, লৈবাক্না শকখঙনরবা মীয়াম্না কিনরবা সাহেবতো ।

মেম সাহেবতুসু শক খঙদবা শকনাইরবা হুরানবদুগী ৱাখলদু ইরায় লায়না খঙবা ঙম্লি । মথন্তা খল্লি অসিগুম্বা মীয়ামগী সেবা তৌরিবা, মরল-মথুম লৈখ্রবা, মীমাঙদা ঈশ্বর ওইনা উহনবা ঙম্লিবা নিপাসিগী থম্মোয়দা য়াওরিবা নুপী হাৎপগী তমথীরবা 'শন্দোক্কনবা লায়না অসি নারমবোইরে'। মথন্তা খল্লি মেম সাহেবনা...... ভারতকি নুপীশিংগী লাইবক । মতম পুম্নমক্তা নুপীবু তুহৎপিনবা হোৎনবিবা, নুপীবু মী ওইনা উবিদবা, নুপীবু মতম পুম্নমক্তা নুপাগী শান্নপোৎ ওইনা লৈবগী চৎনবীগী লায়না । রাজনিতিৱালাশিংনা লাওরি গনতন্ত্র চৎপা লৈবাক্তা নুপা-নুপী চপ মান্নে, অনীগী খেন্নবা লৈতে - নুপানা ঙম্বা থবক খুদিংমক নুপীনা ঙম্মী অসিনচিংবা । মোন্দ্রং চূরি মেম সাহেবতু চাওখৎলবা ঙসিগী কুনশুবা শতাব্দিনা লোইশিল্লক্লবা ২১ শুবা কলিনা চঙশিল্লকপদা খুৎশা হৈরবা সাইন্সকি চাউখৎলকপনা মীনা তৌরম্বা পুম্নমক মেছিন্না শিল্লকপসিদা । মীওইবনা ময়ূমদা ফম্না ফম্না পৃথিবীগী চাওখৎপা থৌরম কয়া উরক্লবা ফাওবদা ভারতকি নুপীশিংদা য়েংবিরিবা মীৎয়েং ।

হৌনা খোংলকই বসকি হোরোন্না অরোইবা লমথুং য়ৌবকপা অমদি যাত্রিকশিংবু তৃপ্বা হৌদোক্লবা অমসুং মমিৎ-মনা শিংহন্নবা । তপ্না হায়রকই চেট্টরজি সাহেবনা -

মীয়ামগী পম্বুং জগাদি য়ৌরে, ঐগী অনীংবদি অদোম্না থনবিদ্রে । অদুবু অমুক্তং তিংথোরকউ নখুৎতু অমুক্তং, নং-ঐগী পুং কুনমরিগী লমথুং য়ৌবকপগী বিদাই পীজরমগে ।

মেম সাহেব রত্না নংহৌদে খল

হৌবা শাউনিং-শাউনিং তিংথোকখি মখুৎ শোক্লখি অরোইবা ওইনা । খনখি মথন্তা হন্না-হন্না হংজখি মীয়ায় চল্লবা চল্লবী মীওইশিংসু নাহৈদ্রবা লায়নাসি নাবকপা য়ারিব্রা ?

*সরোজিনি*
১০/৯/১৯৯৯ ইং
মণিপুর ভবন, গুৱাহাতি ।

*******

# অরোইবা শ্বর

মশক শোক্লবি অনাবি অমা নান্না থারিবা অনেম্বা ফম্মুং-খুদা অমদা ঙাইহাক্কি মনুংদা তৎলগদবা শ্বর খুহোন্দা য়াম্না ৱানা ফি-ফি কামদুনা শ্বর হোন্দুনা ইলেঙ লেঙদনা হিপ্লি। অনাবিদুগী মনাক্তা মচানুপী অমা মখোঙ তপ্না-তপ্না থাংদুনা কোইলৈ লৈদুনা অনাবি মমাদুবু তপ্না-তপ্না হুমাই হুমদুনা ফমশেন্নরি। শোম্বুরবি অনাবিদু চহি হুম্ফুতরাগী মথক্কি। মণিপুরগী মপান লমদম কয়াদা চৎতুনা মপানগী ডোক্তরশিং কয়ানা অমদি মণিপুরগী ডোক্তরশিং পূম্নমক্না চোকশিন্না শেন্নরিবা অদুগী মথক্তা মচা নিপা-নুপীনা মমাগী অৱাৎপা লৈহন্দনবা হোৎনরবসু অনাবিদু মহাক্কি অরোইবা নুমিৎ অমদি মতমবু ঙাইরি। ফুট তরেৎ-নিপাল লাপথোক্লগা অনানবা সোফা অমদা ইমুংগী ডোক্তর অমসু ফম্বোই-হিপ্লোই তৌদুনা অনাবিদা তপ্না য়াল্লগা কাপ্লিবা গ্লুকোজ বোটলদুদা য়েংলি। গ্লুকোজ মহীদু অসুক্কি মতিক তপ্না অনাবিদুগী খুদাংদা চঙলি, ডোক্তরদু পাখৎনা তোয়না তোয়না চঙলিবা মহীদু লেপ্লব্রা-লেপতব্রা য়েংলি। মাঙ্গোল অমদি ইমুংদুগী কা খুদিংদা লৈরিবা মীওইশিং অমদি মরী মতা পূম্নমক্না নুংশুক নুংজাননা ফম্নরি।

তাঞ্জা অসিদা চহী মরিফুগী অমোৎপা পাইজমা-কুর্ত্তা শেৎপা, মপোক্না পুমঙৌ ঙৌরবা অহল অমা হাথু-হাথু চঙলকই। অনাবিগী মনাক্তা ফম্লিবি মচা নুপীদু খংহৌ হৌগৎলি অমদি খংয়েং য়েংলগা ইমা! ইমা! বাবা লাক্নে - বাবা লাক্নে। অশোনবি অনাবিদু মমিৎ খংপাঙ পাঙলকই অমসুং মনাক্তা ফম্লিবা মপুরোইবদা মুন্না য়েংলগা নোকফেৎ তৌরকই অমসুং য়াম্না পিকপা খোঞ্জেল্দা নহাক লাক্লব্রা হায়না-হায়না হংলম্লগা অশোনবিদু শ্বর অমুক্তং ফুন্না অমদি শাংনা হোলম্লগা খংফুন ফুনগৎখি মতৃংদা শ্বর অমুক হোল্লকখিদ্রে। তপ্না তপ্না লেংঙকখিদ্রে, মমিৎ কুপখিদ্রে। চাউথোইনা মাগী

নুপী মালিকাগী মখুৎতু পায়রগা খংলাউ লাউনা কপ্লকই - মালিকা ! মালিকা নহাক ঐবু থাদোক্কুনা চৎলব্রা ? নঙনা-ঐগী ইরালবু ঙাকপীরব্রা ? চৎলব্রা নহাক নচাশিংগী কুম্মে য়েংবা লোইদনা । চেনশিল্লকই মচানিপাশিং নুপীশিং, শাগৈ-নাতৈ পূম্নমক অশোনবি অনাবিদুগী মনাক্তা । হৌনবি মতূং ইন্না মালিকাগী থব্বায় য়াওদ্রবা হকচাংবু মথৌ মঙম পাঙথোক্লবা হাপ্তুনা লৈকাইগী মংদা পোৎলোইনবা পুখ্রে । তপ্না-তপ্না মুরূম-মুরূম শোন্দুনা মরায়বক্তা খুৎতুম্না শুদুনা ইন্নখ্রি অহলদু মালিকাগী মপরোইবদু ।

মালিকা অমদি চাউথোইগী নুংশিরবা পুন্সিগী লিপুন করিসু লৈত্রবা নোংলৈ নুংশিৎ অমা থেংনবদগী ঈয়াইদা ইংনা তপ্না তাউজরিবা হীনাউবু খঙহৌদনা শিৎলকপা নোংলৈ নুংশিৎনা হিদুবু ঈরোন্নুংদা লূপহনবগুম লূপহনখি-কায়নহনখি মাঙহনখি মতৈ-মনাউগী পুন্সিগী শান্তি অমদি নুংঙাইবা । মখোয় অনী ইনখৎলকপা যৌবনগী মতমদগী থম্মোয়-থম্মোয় পীনখি, নুংশি পন্থুং য়ৌমিন্নসি হায়না ৱাশকুবগা লোয়ননা মশা-মশাসু মশক নাইবা-নাইবি মী অমমম ওইনা মরমদমগী সেবা তৌরমখি । অদুবু খঙবা ঙমদে মীওইবা খঙহৌদ্রবা তিংখং মচা অমতংনা যুবদা চৈনাখোল পীহল্লি মীওইববু, তিংখংদুনা উনশারক্তা তিনখিদুনা লায়জৌহন্দুনা তাইবংবু শিবা ফাঙবা চেন্নহনবসু য়াউখিদবা নৎতে ।

চাউথোই বাবু লমদমসিগী অচৌবা ওফিসার অমনি অদুগা মালিকাসু লমদমসিগী অরীবী গ্রেজুয়েত অমনি, সমাজ সেবিকানি । ইনখৎলকপদগী হৌনা অমনা অমবু থাজনরকখি । পুন্সি লৈপুন ওইরবা তুংদসু অসুক্কি মতিক ইংনা না-পু তানা পানমিন্নখিবা জুরানি । বাবুসু মাগী ওফিসকি অফবা-ফত্তবা কয়াসু মাগী লোয়নবিগা তান্নে মতম পূম্বদা মাগী নুপীগী ওপিনিয়ন লৌই অদুগা মালিকাসু মাগী থবক কয়াদা লমদমসিগী রাজনিতিৱালাশিংগা তিন্নবদা হাক্কচবা, পুন্সিগী শিনফম কয়াদা নুংঙাইবা নুংঙাইতবা কয়া মানা নুপীগী বোর্ডকী চেয়ারমেন ওইজবিঙৈদা নুপীগী ত্তৌরম্বা থবক্তা মপুরোইবগী মতেং কয়া লৌজখিবা পূম্নমক মখোয়নু খঙবা মী-কয়ানা শৈথাবিরি । ৱানা-ৱানা, চিন্ন-চিন্ন পুন্সিগী শৈথা কয়াগা লোয়ন-লোয়ননা চাউথোই অমদি মালিকা মচা নিপা অনী, মচা নুপী অমগী মপা-মমা ওইজবা ঈশ্বরনা

ফংহনবিগ্রে । অদুগুম্বা নুংঙাইরবা পুন্সিদা পুন্সিগী খুদি থীনফম লৈচিন্দো চাউথোই বাবুনা য়াম্না কন্না লৈবাক্কি লৈঙাকপদা মন্ত্রীগা থংননা লৈরকপা মশাগী চহি য়াম্খৈ নিথোই-হুমদোই শুরকপা মতমদা বাবুগী পুন্সিদা কালি তৈবা হৌরকখিবনি । লমদমসিগী নুপী সমাজবু কালি তৈহনবি, মশাগী ইজৎপু লুকমাইদা হাপ্পগা য়োনবি অমা-অনী য়াউরকপদা মাঙজখি মশামক অমদি মাগা সঙ্গ ওইরুবা চাউথোই বাবু অমদি মাগী ইমুংবু । চন্দ্রিকা চাউথোই বাবুগী নুপী ষ্টেনো তাইপিষ্টনি, চহি ৩০-৩১গী মপূং মরৈ ফারবি নুপীনি । শবান্দি ময়ুং মফেন য়েংনবদা মরাক্লা ঙমলপ তৌবিনি । মমাই কোইদানৈ, কুলৈ কুচুনি । অচুম্বমক চাউথোই বাবুগী মচা নুপীগুম্বনি, বাবুনা নুপীমচাসি মচন-মচাগুম্না য়াম্না লুনা তৌই । ওফিসকি অরুবা থবক কয়া শিন্নৈ, নিংথম-কালেন অনীমক্তা ওফিসকি পূং হেল্লবা ফাউবা শীজিন্নৈ । নুপীমচাসি কোলেজ তম্লিঙৈদা ময়ূম পাল্লুরবনি, করিগুম্বা মহাক্তা চান্নদবা অমদি য়ানদবদগী মাগী নুপাগা খাইনখিবনি । মতুংদা লাইরিক তমথরগা সরকারগী চাকরী ফংদুনা চাউথোই বাবুগী নাক্তা লৈরিবনি ।

নোংমগী নোং চুবা নুমিৎ অমদা চাউথোই বাবু মথক থোংবা মন্ত্রীগা অতোপ্পা অচৌবা ওফিসারশিংগা বাবুগী ওফিসকি অরুবা সমস্যা কয়াগী ৱা খন্নবদা লোইশিনবা য়াদদুনা নুংদাং পূং ৮ তাথোকখ্রে । নুপীমচা ষ্টেনোদুদা সাহেপনা মিটিং চৎলমদাইদা হায়রম্মি -

চন্দ্রিকা নহাক ঐনা হল্লকত্রিফাউবা নয়ূমদা চৎলমগনু ।

মাগী বোসকি ৱাদু হিক্তোক্তে । নুপীমচা ষ্টেনোদু অমদি বাবুগী পিওন্দু থেংলবা নোংজুগী নুংদাং পূং ৮ তারবা ফাওবা মাগী ওফিসারবু ঙাইরি । নুমিদাং পূং ৮.৩০ তারে বাবুদো মাগী মিটিংগী চে-চাং থমজিনবা ওফিসতা চংঙকই । ইঙক ঙকই সাহেবতো মাগী ষ্টেনো অমসুং পিওন লৈরম্বা উবদা হংলকই -

চন্দ্রিকা নংগা তোম্বা নংগা হৌজিক ফাওবা লৈরম্লিবোইরে ।

খুম্মকই পিওন্না - য়েস সার ।

নুমিৎতু চাউথোই বাবুগী ফৎত্রবা থুংফম ওইয়ু তমখ্রে । নহা ওইরিবি নুপীমচাদুনা নুমিদাংগী মৈঙালদুদা, মীচীক মীরাওখোল তারক্ত্রবা মতম,

নোংজুগী নুমিদাংদুদা বাবুগী নাক্তা বাবুগী কাদা বাবুগী ফাইলশিং-চেশিং লোইশিল্লি। খংহৌদে বাবুদো করি খল্লুরবনো নুপীমচাদুবু কোকতগী খোঙ ফাওবা পূম্না য়েংলি।

তৌফম খংদ্রবি নুপীমচাদুনা বাবুদা খংয়েং য়েংলকই, খংহৌদে মিং-মরীদু মিংচান্নখি। নুপীমচাদুনা মাগী বোসতা হংজরকই - সার নোংসি কন্না তাবসিনা ঐবু য়ূম ফাওবা সারনা থিনবিরম্বা য়াগদ্রা তপ্লা হংজরকই।

করি খল্লুরবনো বাবুদু ঙসিদি নুংতিগী উবা চন্দ্রিকাগা মান্নদ্রে, স্বর্গগী অপসরাগুম উখ্রে। চৌক্রিদগী খংলেপ লেপখৎলি, চঙশিল্লি নুপীমচাদুগী মনাক্তা। নাল্লুরে নুপীমচাদুগী খজাইদুদা। পাখৎলি নুপীমচাদু খংলাউ লাউগে খনবসু মাগী বোসনি। ইক-আক তথক তথকই নুপীমচা চন্দ্রিকাদু। খঙহৌদে বাবুদু মাগী চপ-চাবা নিপাগী শক্তি উৎথোকখ্রে নুপীমচাদুদা। হোই-মাই হাইফম খঙদনা চিক্লবা অহিংদুদা নুপীমচা চন্দ্রিকাদু চাউথোই বাবুগী খ্বাইদগী নক্লরবা নুপী হায়বদু ওইখ্রে। বাবুদো নুপীমচাদুবু পুমযোৎ য়োৎশিন্নিংলে। কাউথোকখ্রে মতৃ-মচা, ইমুং-মনুং পূম্নমক ঙাইহাক্কি ওইনা। গাড়ীদা তোংমিন্নরে - থাদরম্মে ময়ূমদা মাগী নৌনা নক্লরবি চন্দ্রিকাবু।

নুমিৎতু মাগী নুপী মালিকানা অঙনবদা তেলিফোন হন্না-হন্না তৌরমই। মিটিং তৌবা চৎখ্রি, হল্লক্ত্রি-হল্লক্ত্রি ফংখি পাউখুম ওইনা। ইহৈ-হৈনিংদে বাবুদো নুমিৎতো ময়ূম য়ৌরকপদা। পূঙসু মাপল তাখ্রে। নুংশিনা হংজৈ মাগী নুপীনা -

করিগী অসুক থেংলকপনো? ইহৈ হৈনিংদনা উই করি তৌরে? নোং-চোৎলকপ্রা? তপ্লা খুম্মি বাবুদু - করিসু তৌদেদা। মিটিং কুইনা তৌবদা ব্রাখ্রে, নোংনা নোং তাবনে।

মচা নীপা অহল, নুপী অহল অনীদি মণিপুরগী মপান্দা লাইরিক তম্বা চৎখিবনা য়ূমদা লৈতে। মচা নিপা অতোম্বদুগা বাবুগা, মাগী নুপীগা চাক চানবা তেবলদা চাক চামিন্নে। খরদং চারগা বাবুদো ওক্লে তোকখি। নুমিৎ খুদিংগী চাক চাবদা মতম লৌবা, মচাদা পেৎথ-পেৎথ ঙাঙদুনা ফাগী-ফরাং তৌবা পূম্নমক অমত্তা তৌদনা চাকচা তোক্লগা তুমিন্না সোফাদা ঙাদুনা অনৌবা ব্রাখল তৌরি। মবক-মরক নীংশিংলি মহাক্লা তৌরুরিবদু অচুম্বা নৎতে।

চাউথোইগী নুপী মালিকাসি মপুক্তা মওল-মওল খল্লি । করিগীদমক মাগী নুপাগী মমায় লাংশিনখিবনো ? করি তৌবা জাৎনো মপুক্তা কন্না ওবজার্ভ তৌরি । ফম্মুংদা তূম্বা চঙমিন্নে, ব্রা কয়া ঙাঙনদে ।

অচুম্বমক মালিকাসি য়াম্না থবক চিনবি সোসিয়েল ব্রাকরনি । নোং-হেক ঙানবগা মাবু উননবা মীয়াম, মাগী ওফিসকি থবক ময়াম হোৎনবদা মচা অমদি মপুরোইববু কাউথোকই । চৈরকসিদা চাউথোই বাবু মশা কাহেন্না নানখৎলকই । অয়ুক পূঙ মাপলদগী ওফিস চৎনবা হোৎনরক্লে । চৎলমদাই খুদিং তুং-মাঙ মিংশেল য়েংই, নৌনা হৌগৎলক্লিবা অঙৌবা শমশিংদু ফোইদুনা মুহন্নবা হোৎনবনা বাবুগী থবক অমসু ওইশিল্লক্লে । ওফিস হেক য়ৌবগা ঙন্তানা কৌশিল্লি মাগী অনৌবা চান্নবি চন্দ্রিকাবু । সরকারগী থবক শুব্রা-শুদব্রা খঙদে মতম পূম্বদা মনাক্তা লৈহন্নিংই নহানুপীদুবু । করিগুম্বা মাগী নুপীনা অথুবগী ওইনা মাগী প্রোব্লেম, মচাশিংগী হেক-হেক হংজৈ মপুরোইবদা ।

খুম্মকই সাহেব য়াম্না চিনবা শাদুনা মাগী নুপীগী অপাম্বা পাউখুম খরা । অদুবু য়াম্না তেনশিনহন্নিংই মাগী নুপীগী ব্রাহংশিং । অচুম্বমক চাউথোই বাবু হান্নগী মাগী নুপী অমদি মচাশিংতগী ওইবদু ঙসিদি মহাক মাগী নুপীদগী অসুক্কি মতিক লাপথোক্লিংই । নোংমনা থবক অমা, নোংমনা থবক অদু হায়দুনা য়ারিমখৈ ওফিসতা মাগী অনৌবা চান্নবিগা লেনমিন্ননবা হোৎনখি । চুহী চাবা খুদুং ইল্লি হায়বা চপ চানা চুমখি ।

চিংনবা খংহেন হেনগৎলি মাগী নুপী মালিকানা মপুরোইবগী অহোংবা কয়া উরকপদা । অদুবু অশিংবি নুপীনি ব্রা কয়া ঙাঙথোক্তে । মচা পাখং-লৈশাবি ফারক্লবনিনা মচাশিং তাখিনি অমদি মথব্রাই নুংঙাইতবদগী মচা মাঙগনি খন্দুনা । নুশিৎ শিংতনা উনা লেংবা য়াদে, চাউথোই বাবুগী অনৌবি নুপী চন্দ্রিকা মশা ব্রাই শংলক্তে । করি তৌগনি বাবু চেনবসু য়াররোই, চেনসু চেল্লোই বাবুসি মানা তৌকবা থবকসিং মায়োক্লগনবা মীওইনি । হায়দোক্লে খল্লি মাগী নুপীদা মশাগী অরানবদো চহি হুমফুগী পাখংদো । তশেংনমক মালিকা মরিন য়াম্না লৈবিনি । মহাক্লা য়াদবদদি মঙক য়াম্না কনবিনি । শিরবসু ফরে খনবিনি । চাউথোই বাবু মাগী নুপীবু য়াম্না কি । মহাক মতম অমদা মাগী থব্রাই-হকচাং পূম্নমক মাগী নুপীগীদমক কৎথোকপা ঙমখিবনি ।

তারক্লে নোংমা মালিকা মাগী চান্নরবা-চান্নরবি মরুপশিংনা তন্নকপদগী। থাজদে মহাক্লা মাগী নুপাগী চহী মতাদুদা অমনা মহাক অমদি মাগী নুপাগগী নুংশি লীপুন্দো চেৎপনিনা। নোংমদি মালিকা য়াম্না হৈনা মপুরোইবনা শাউদনবা মওংদা হংলে। মানা তারিবা মপুরোইবা অমসুং মাগী ষ্টেনোগী ৱারীসি করিনো ? নঙগী চহীদুদা অসিগুম্বা নুংশিৎ শিৎলক্লিবসি করম্ননো ?

শ্বাই লাউই বাবুদো, খুমদবা য়াদবা - চেনবা য়াদবা ওইবনা কিনা-কিনা মাগী নুপীগী মমাইদা য়েংলগা খুন্নকই -

মলিকা নঙ ঐবু অমুক্তা ঙাকপীয়ু। ঐগী অশোনবা ৱাখলনা নুপীমচা চন্দ্রিকাবু ঐনা মাঙহল্লুরে। মহাক হৌজিক মশা ৱাই শংদ্রে। মাগী লৈনবা তোঙানবা লৈফম অমা শেন্নগে, নহাক্লা নচাশিংদা হায়দোকপীগনু অমদি নঙনা ঐবু ঙাকপীয়ু।

শ্বাই লাউই ! মালিকা মপুরোইবগী পাউখুমদুদা। খঙলে মহাক্কী মপুরোইবনা তৌরুবা থবক অচুম্বা-অরানবা কৈদৌনুংদা চেন্দবা নিপানি। মকোক উরু-উরু লৈরক্লে, মশা পূম্নমক মতু চুংলক্লে। শাউখিবনা মশা থক-থক নীকলক্লে, মখোন থক-থক নিক্লক্লে। নিক্লা-নিক্লা হায়রকই -

চাউথোই বাবু ! নহাক অদুক ঙম্লবা। নঙনা ঐ অমসুং ইচাশিংগী ইজৎ য়েংজদ্রবা, নশাগী ইজৎ য়েংদ্রবা, নশাগী অপাম্বা অনিংবা কনট্রোল তৌহৌবা ঙমহৌদ্রবা, ঐনা নঙবু খ্বাইদগী থাজরুবা মীনি খল্লুবা পূম্নমক নশানা মাঙহল্লবা অমদি অহিংবা শা ওল্লবা মীদি ঐগা লৈমিন্নবা য়াররোই। ঙসি হায়বা নুমিৎ অসিদগী নঙগা-ঐগগী মরী পূম্নমক কক্লবনি। ঐ অমদি নচাসিংগা মরী লৈনদবা ঙম্লগনি খন্দুনা নহাক্লা থাংজিঞ্জরুবা নখোঙনি। ঐবু ইচাশিংগা লৈমিন্নৌ হায়রবদি ঐহাক নঙ-ঐগী য়ুমসিদা ঐনা লৈগে, নচাশিংগী তৌফম থোকপা মথৌ পূম্নমক মপা অমা ওইনা পাঙথোক্কদবনি। তৌবতবু নহাক্লা ঐবু নঙগী নুপীনি হায়না খনবদি খক য়ারোই। নঙগী নুপী অমা লৈরবনিনা ঐসে নঙগী মতম অমগী মরুপনি খল্লগদবনি হায়না-হায়না তপ্পা তপ্পা লেকথরক্লে, ফুনগৎপ্রে শ্বর ফি-ফি হোলক্লে। অদুগুম্বী মপুরোইববু থৱায়নি-হকচাংনি খঞ্জবি লৈবাক্কী মমাদো।

শাউরবা মচাশিংনা মপাবু-মপা ওইনা উবা ঙ্ঙারক্লে । মমাবু মশা শোকহনবা, মমাবু অমদি মখোয় পূন্নমকপু ইকাইবা নংহনবগী মপাদগী তঙাই ফদনা পৈশাদি লৌই অদুগা মপাবু লুনা-চান্না খল্লম্বা পূন্নমক্তি মাঙখ্রে । মতম্না কনাবুসু ঙাইবিদবনা চাউথোই বাবু সারভিসতগী পোৎথারে । হিংদবা য়াদবনা মাংখ্রবা মশাগী ইজ্জৎ, কাইনখ্রবা ইমুংগী অচেৎপা নুংশিবা হুন্দোকঙমদে মপা অমা ওইনা মচাশিংবু নুংশিবা । লেল্লি শিঙমদনা অনৌবি নুপীগী মনাক্তা, উজরে মমিংতা মচানুপী অমা । অনৌবি নুপীনা চাউথোই বাবুবু কা-হেন্না লুনা তৌবিবসু নংতে মশুং-মমান্নবসু নংতবনা । ঙাইহাক্তি মতম লেন্নবা, নুংঙাইনবা লোইনরুবিদুনা ঙ্ঙাবিয়ু য়াদে হৌদোকমিন্নরকপী লোইনবিগুম । অহল মতম ওইরক্লবনা লাকচৈ বাবুদো হান্নগী মচাশিংগী মনাক্তা হায়বদি মালিকাগী য়ুমগী শুম্মাংদা । মরক-মরক্তা মচাশিংবু য়েংজবা, চা গ্লাস অমা পীবি মচাশিংনা, চাদু থক্লগা হনখি অহলদু মীতোপকুম ।

মরিন খাবি মালিকা লৈরাং মাল্লিকাগী শক্তমগা মান্ননা য়াল্লি মাগী নুংশিবা লৈনম । নুংশিখিবা মপুরোইবগীদমক নুমিৎ খুদিংগী লোন্না কপ্লি মথন্তা তুমিন-তুমিন । অদুবু মচাশিং খঙখিনি উখিগনিদি মতম পূন্বদা কিরি । শোক্লে মশক, লোইরে মশাসু । মালিকা নুপীগী চেয়ারমেনগী ফম টার্ম অনীরক ওইরল্লগা পোৎথারে মীয়ামগী সেবাদগী । লেল্লি হৈনিংদনা পুম্নিবু, ঙাইরি শিবগী তারিখ । মচানিপা অহল অচৌবা ইঞ্জিনিয়ার ওইরে, মমৌনুপী কলেজগী ওঝা অমা ফংজরে । মচা নুপী ডাক্তর ওইরে অমসুং ময়ানিপাসু লৈবাক্কী অফাওবা ফিজিসিয়াননি । মচা অতোম্বসু মিলিটরি ওফিসারনি মমৌনুপীসু এয়ার ইন্দিয়াগী গ্রাওন্দ কন্ট্রোলগী ওফিসারনি ।

চাউথোই মালিকাগী হকচাংগী মরমদা তৎতনা হংলি মচাশিংদা - য়েংনিংলি-হংনিংলি মাগী নুপীদা অদুবু কি মাগী নুপীবু । খঙঙি মানা-মাগী নুপীগী মরিন অমদি লমচৎ । মাগী নুপীসি অরংবা অচাকপা মৈতানগুম্বনি । তপ্পা ইংনা খংনা মুখৎপদি য়াগনি নংতদুনা পায়রুরবদি মখুৎ পোকপা নংতনা করিসু লৈতে । মাগী নুপীসি য়ানরবদি ঈশিংগী ঈরেনগুম্বনি য়ানদ্রবসি কৈ অমোমনি খনবনা করিসু হায়ঙমদে লেল্লি মথন্তা তুমিন-তুমিন ।

নোংমগী নুমিৎ অমদি মালিকা মচা নিপাশিং, মমৌশিং, মচানুপী অমদি ময়াম কৌশিল্লগা হায়রকখি -

য়েংঙো ইচাশা ইমাগী অরোইবা মতম য়ৌরক্লে, ঙাইরিবনি ইমাসে অরোইবা শ্বরনা থবাকসিদা য়ৈরকপা । নখোয় ময়ামগী নপাদো ইমাগী অরোইবা মিংনা উইশিন্দ্রিঙৈদা অমুক্তং ইমাগী নাক্তা চঙবা য়াগনি হায়বিয়ু । ইবেম্মা অচৌবি নংনা মদুগী ইঙ্গিৎতু নপাদা পীগদবনি । ইমা মহাক্কি মশক য়েংনিংদে - উনিংদে । অদুবু ঈশ্বরগী লম্বীদা মহাক ঐগী নুপা ওইবনিনা ঐগী অশি লম্বী লাউনা লৈরম্লবা 'মহাক্কি মরাল ঐনা কোকপিরম্লবনি ।'

ঙসিদি অরোইবা শ্বর হোনখ্রে ! চৎখ্রে মালিকাদো ! নিংঙমদ্রবা হৌখ্রবা মপুরোইবা কাইনবগী পোৎলুম ময়াম পুদুনা চঙজখ্রে মপুগী খুয়াদা । কৎথোকখ্রে হন্দক্কি মপোক্কি মপুরোইবগীদমক । ঙাইখ্রে মহাক মথংগী মপোক্তা করি ?

সরোজিনি
২৪/৩/২০০৩ ইং
বোম্বে, যিহু বিচ

*******

# লান্মী

য়াইরিপোককি বসতা তা' ফজুরগা ইবানী সিট থংননা ফম্মিন্নে । ওফিস কুমলকপনি । তা' ফজুরনা শুকথনা হায়রকই -

- ঙসিদি বিমলাদু কৈদৌরবনো কারক্তে ।

- বিমলা হায়দি ...... ?

- হেড্ক্লার্ককি কাদা ফম্বীদো ।

- ও, বিমলা । মহাক কারক্লগা কৈদৌরগে ?

- মোরোক অকংবদু কিলো অহুমদং পুবীরকউ হায়বদুদা ঙরাং পুরক্লনা পীখিবনী । ঙরাংদু মানা ঙসি শেলদু শোয়দনা পুরক্কে হায়রম্বনি ।

- হয়েংদি পুরকপা য়াইনা ।

- অদুদা, নতৈমদো শাথীগ্রবা । মানা কৈথেলদা পুগে তৌবনি । বিমলানা চহী খুদিংগী হেক হেক লৌবদুদা নুঙাইতদুনা ঐনা পুবীরকপনি । য়ুম হৠিনদৌবা তনবু তল্লিদা ঐবো .... ।

- তাদনা ইতৈমা শাউদনবা থেমবীরোদনা ঙসিদি ।

- থেমবগা চঙবজাৎ নত্তে । মাগী শজীংদু হৌরকলদি হিংচাবীনি । মশকনগা থীবনে, তৌথোরকপা মওংনে চাক ঈশিংগকা মহাও খঙলোইদৌরিবনি ।

ঐ নোকই । মাদি নোকপা নত্তে। বসতু ইম্ফাল পোষ্ট ওফিস মপা লাম্থোরক্লনা ওলদ সেক্রেটরিয়েট মপা য়ৌরকপদা ব্রা ব্রা লাঙনবগুম লম্বীদা

মতৌ অমা তৌরম্মী। মী শঙ্কু শঙ্কু লেপপগুমসু উই। তা' ফজুরসু থওইনা য়েংদে। বসতু কালিমাই মপা, মোইরাংখোম মথং মথং থৌথরকই। তা' ফজুর ইবানী ব্বারী থোইনা শানদে। তুমীন তুমীন লৈনৈ। সিটতা ঙাথদুনা মীৎ উইশিনবা লাক্লরি ঐদি। কুইদে, ইরাঙ লাঙনরক্তুনা মীৎ পাঙথোকই। ঐখোয়না তোংলিবা বসতু থৌবা লেপ্লি। ব্রেক খংফা ফাখিবগুম তৌই। মীয়াম অমা লাউ-খোংদুনা গুরুং গুরুং চেন্নরি। বসতা-তোংলিবা মীশিংসু ঙক্লা বস মনুংদগী য়েংনৈ। নহা ঙাক্তনি। বসকি কাখৎফম থোঙ মপাদুদা লেপ্লি, লাউরকই - গাড়ী মনুংদা পাঙন য়াওরিব্রো ? খরনা অমুক, "বস মনুংদা মী লৈহৌবা য়ারোই, মখাদা লোইনা কৃমথরকউ"। অফিং-অফাই ওইনা লাউরকপদু তাবদা তা' ফজুরগা ইবানী হায়নবা নাইনদে। মীৎ-না চপ চপ য়ুংখৎলি। থবাক্তা মিহুন দং দং চোংলকই। অহানবগী ব্বাহে পরেংদু তাবা তাঞ্জাদগিরা ঐনা ভাব লাকপদা মপান থংনা ফমলিবা ঐগী খুৎকা তা' ফজুরগী খুৎকা চেৎনা পায়শিন্নরম্মী। ঐগী খুৎনা পায়রিবা মাগী মখুত্তা মশা পুন্নবা নীকপগী মনিল ফাওরকই। সিটকী মরুমদা খজিক্তং নোম্বরগা মঙোন্দা ইঙ্গিৎ তৌই। মাসু ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলকই - শিবা চঙবা অনীগী লাংদাইদা লেপ্লিবা ফাঁসিগী পুঙফম ঙাইরিবা ফাদোক অমগুম। মরী মরী কৃমথরিবা পেসেঞ্জর মরক্তা ঐখোয়সু কৃমথৈ। তা' ফজুরনা ঐগী তুং থংই। স্বর থিংগদবমখৈ চেকশীন্না মহাক ঐগী ইতুংদা তপ্না তপ্না ইন্নরকই। "মৈতৈ মখৈ চৎখিবা য়ানি" - মখাদি করি হায়খিবা ঐ তাবা নংখিদে। ঐনা মাঙদা মানা তুংদনি, মমায়দনা হুমাং মরীক মরীক।

নুমিদাং পুঙ তরেৎ মখায়গী রেডিও পাউ তায়। তাহৈদবা পাউ, থম্মোয় শোকপা পাউ, মথং মথং পাউ পাথরকই। কাঙলুপ মশেলগী লানদা মথব্বায় থাখ্রবা কয়াগী মশীং লাউথোরকই। মৈতৈগী মশীং, মুসলিমগী মশীং। মৈতৈলোনগী ওজা অমনা হায়খিবা ঐনা নীংশিংলকই, - খৎনবা হায়বসিগী হৌরকফমদি ঐনা ঐনা চুম্মি খন্নবদগীনি।

শিরিবশিংগী মনুংদা মাবু য়াওরিদরা ? পেন্দবা নত্রগা অশাওবগী চৈথেং নংলবা ঈখেং মরক্তা মিপাইরবা মাগী হকচাংগী ঈসু য়াওরমগদ্রা? মাবু ময়ূম য়ৌরিগদ্রা মশা কঞ্জনবগী তাঞ্জা ফংলিগদ্রা?

লিলোং থোং ৱাংমা তাবা লম্বীদি ঐনা তাকখিবনী । মাবু বস তোংলমগদ্রা মদুসু ভাব তাদে । মরুপ মপাং খঙন-চান্নবা থেংনদুনা ইকোম কোম্না চনীং তানা মচা-মশু নূপী অঙাং পুন্না লৈমিন্নরমগদ্রা - তম্বা ঙমদে । ইমুং-মনুংদা হায়দোক্তে, কৈরোয় লৈকায়দা তমথোক্তে, খঙন-চান্নবশিংদসু লীথোক্তে - খঙদে পঙচীংদা চিংনৈ ।

তা' ফজুর পিওন্নি । মবুক মপাউ ফবদা হায়নৈ ।ওফিসকী পিওন য়াম্মী । অদুবু মাবুতা কৌনৈ,মাবুতা হায়নৈ, মাবুতা শোন্নৈ । চা লৌহল্লি ক্বা লৈহল্লি,চে পুহল্লি । ঐনা নোংমা মঙোন্দা হায়,- তাদা, নহা ফনা য়াম্নসু লৈরি । নহাশিংনা ফম-ফমদুনা লৈরগা অহল ওইরবা তাদবুতা কোয়চিং চিংবসে হাকমল্লি । ঐখোয়না হায়বদি ফজদে । তাদ ইশানা ওফিশারদা অমুক্তং হায়নৌ । ওস্থোক্লা ইংনা খুমদোরকই, "তৌজসনু ইনাওসিদি । নুংশিবীদুনা কৌবিরিবনি । মসিদা ৱাজগে মসিদা তৌজগে হায়দনা লাই খুরুমলিবনী ইয়াম্বদি । চিলহাও থিবা য়াবা নত্তে । মসি নত্রবদি ইচা ময়ামদি কারনা য়োক্কনি । অহল ওইরবসিদা করি শূদুনা মখোয়বু থাক্কনি। নতৈমনোনা লৌরিদুনা মৈখেৎ থনম্বা কাউরমবগীদমক্তা ৱানা লবুক্তগী হম্লকপফাও চাক মৈ থাগৎলম্বা নত্তে ।

ময়ামগী মনাওদা মনাওনি । ময়াম অমগী তা'ফাজুরনি । মাঙোন্দা চপ মান্নৈ । মাগী মচীন্দা অসিমদি নুংশিদে অদুমদি য়ানীংদে তাখিদ্রি । হেড ক্লার্কনা হেক হেক লক্লে - "ফজুরদি মশকসু মুসলিম মান্দে লাইমিং লৌবীবনি ।" ময়াম ৱাৱা নোকই । কেরানি নূপীশিংনা হায়বি- তা'ফজুবদি নূপী মফম শোয়রেয়ে । পাঙন নূপী অমত্তনা পাঙন মান্দদুনা পান্বিদদুনা ইনম্মদু মখোঙ পায়দুনা খুরুমলগা লৌরকপনী হায়বনী । অল্লাহদা অতৈ নিদে ইনম্মা খাইনহনবীনুতা নিজৈ হায়বনী ।

ঐখোয় ময়াম নোকই মাসু নোকই । মহাক শাউদে । মানা কনাবুসু ৱারৌবা উত্তে ।

কর্ফিউ লোইখ্রে । ওফিস কানরে । ইরাংসু নেমথখ্রে । অতৈ মুসলিমশিং ওফিস কানরকলে । তা' ফজুরদি কারক্তি । ময়ুম নক্লবসু অমত্তা য়াওদে । খরনা কাইরংদগীনি খরনা হাট্রাদগীনি । য়াইরিপোক্তগীদি মা মথন্তনি । হংফম

লৈতে পাউ পীক্ষম লৈতে । শিরবরা চঙলিবরা মরোল খঙদে । এস. ও. অমনা হেক হায় - "ইম্ফাল টকিজ মপাদা ফজুর মানবা অমা নুমিত্তুগী নুমিদাংব্বাইরম লেপহৌবনি, শোয়দে, নাতে চারমলরোই ।" খর অমনসু হায়নরকই - নুমিত্তু মা ছুটি থেঙনা হনখিবনী । ইরাং শোয়দনা নংলমগনি।" ওফিসারনা ময়ামদা লাউথোকই - ফজুরগী ময়ূম খঙবা য়াওব্রা ? পাউ অমতং চেনবীবা ফৈ । কনামতা খঙবা য়াওই হায়নদে । ঐসু তুমীন লৈবনা ফরে খল্লি । ময়ূম খঙবা খঙদবা অরায়বনি থিরগা খঙলোইদৌবা নত্তে । অদুদা কর্ফিউ লোইখিবগী সরকারনা লাউথোকপ্লবসু মপান থোকপা কিনবা লমদমনি । অপীকপা মরম অমা নত্রগা অচৌবা মরম অমা ওইসনু । অদুম কিনৈ, কিবগী মরম লৈ । খুদক্কী কর্ফিউ লাউথোকই । মীনা কৃক কৃক ইন্নদুনা চীক্ল-চায়নবা ঙমদনা লৈরমবা ইম্ফাল সহর খুদক্তা খুত্তাক লানশিরবা শনম-মিনম তাদ্রবা লমজাও শড়ক ওইরকই, তৃমীৎ ফাও পাইদে । ইরাং নেমথরে হায়দুনা কনানা খঙবা থম্মোয় থম্মোয়দা লাললুমদুনা লৈনরম্লবদি ।

ফনা কুইরফাওবা মা ওফিস কারক্লে । ঐ নুংঙাইত্রে । লৈফম চাফম ইখঙ খঙদে । লৈতাফম খঙদে । চাকহেনথা মতমদা ময়াম্লা লকনৈ, - ফজুর, হৃরান্দুনা থকপদি নখোয়গী অল্লাহনা উদবনিনে । চাসি থকচিল্লুনে । ইতপ তপ্না খুম্মী. - থকপদি য়াবনি, অদুদা ঙসিসি চাবসি ইতুম তুমদবগুম তৌই । নোংমসু ইদ খজিক্তা ঙায়রবা মতমদা মানা ঐঙোন্দা হায়, - ইবুংঙো, ইনাওদি ইয়াম্বনা নুংশি, ইদ নুমীৎসি ইয়াম্বগীদা চাক চরা অমতংদি চামিন্নসি হায়ববু হঙ্গোইগদ্রা ? হোটেলদসু পঙচা মচামীন্নে । ঐনা খুম্মী, - মতুংদা চারগে তাদা, ইদ নুমীৎসি ননাওগী অচিনবা অমা লৈবননি । করিগী হঙ্গোইরুগদগে নোংমা চাসি ।

- হোয়নে,ধর্ম্মনা ঐখোয়বু খায়দোক্লবীবসি ইয়াম্বদি য়ানীংদেদা । তিল-কাঙ শা-ঙাদি ধর্ম্ম অমতা খায়নদে । মীওইবা ঐখোয়সে অফবা জাৎ নত্তে । করিগীনো - খ্বায়দগী ব্বাখল লৈ হায়বা মীওইবনা খ্বাইদগী মাঙনবা থবক তৌরিসিবো ? ইয়াম্বা পামদে ইয়াম্বদি য়ানীংদে । ঐখোয়না থাবা ইংখোলগী মনা মশীং নখোয়গী গোইদফাও কৎলিবনি । নখোয়না পায়রগা নখোয়না হেকপা লৈ উইহে-ব্বাহে বামন্না খুৎথাংদা লাইদা কৎহল্লিবদুনি। মসি মীওইবা

ঐখোয়না শেম্বা নিয়ম, চৎনবী নত্রো । মীওইবা ঐখোয়না মীওইবা মশেল মখল খায়দোক্লবনি । লাইনা খায়দোকপদি নত্তে হায়বা ।

নুমিত্তুগী ৱাশিংদু ঐ কাউদ্রি । করম কাউগনি অরানবসু নত্তনা । মীওইবনা খায়দোক্লদুনা লাপথোক্লনবা শিঞ্জবগী ফলনা লানফম ওল্লবা মালেম অসিদা মপা-মচা, মচীন-মনাও হাৎনরবা পৃথিবীসিদা পীকশ্লবা মীৎনফাও উদবা বিন্দু অমগুম্না মফম ফংদ্রবা তা' ফজুরগী অঙৌবা উনগুম্না ঈংলবা মচু তারবা ৱাখলগী মফম কদায়দা উবা ফংলোই । পীকলবা পৃথিবীগী কাচিন অমগী চীংলৈবাক মচা অমদা পোকচবা তা' ফজুরগী মফম ফংলোইদবা ঐ নুংঙাইতে । ঐ পেনদে । অদুবু ৱাকৎতি ৱাকৎনিদনা ।

খরা লৈরগদি । ইখঙ খঙহৌদনা তা' ফজুর ওফিস কারক্লে । ময়াঙদি য়াম্না কংথরে । মশক মচু ইথোক থোক্তে । ময়াম্মক ওমশিল্লি হংনৈ - ফজুর ! নঙ করম্না নয়ুম য়ৌই ? তা' ফজুর নঙদি কদোমদা লোৎলগা চৎলি..... নুমিত্তুদা কয়াম থেঙনা য়ৌবগে ......... । পঙহংদা হংনৈ মানা মানা থোকপা । ঐঙোনলোমদা ফল্লপ য়েংলমলগা খুমখি তপ্লা, - যূমদা উচিন নাচিন্না য়ৌহৌই । খোঙনা অয়াম্বা চেন্না চেন্না চৎপদুনা ফনা থেঙনা য়ৌই । খুন লৈকায়গী মীয়ামসু ঙাইদুনা লৈনরম্মী ।

ঐনা ময়াম ওমশিন্নরমবদু চৎনশ্লবা মতুংদা মাঙোন্দা হংই - "তা' ফজুর, নঙ নয়াঙ য়াম্না কংথরে । চাবা থকপা মফম ইখঙ খঙদ্রবরা ?" মানা খুমলকই, - "খঙদে ইবুংঙো, চাক পুখম ফানা ঙসিফাও চাবা ঙমদ্রি । নতৈমসু নুমিত্তুদগীদি হান্নগুম ইশৌ লাংদ্রে, ঐগী সেবা ফজনা তৌরবনি । অদুবু পাঙ্গনদি ইকন কনখত্তে ।" মচীন য়াওবা পিওন সলাউদ্দিন্না তা' ফজুরদা চঙশিল্লক্লুনা হায়, - ফজুরদি মীনসু লাইনসু য়ানবা চৎচবনি । অদুবু হন্দক্কিসিদি ফজুরগী যুগ লোইরমাল্লে । লাইমনসু কোক্ত্রিমাল্লে। ঐখোয়দি থেংনগে হায়রিবনি, শুকথেং হেক থেংনদে ।

- নঙ ওইরবদি হিংলমলোই । ঐ ওইবৈ হিংবৈ ৱানি ।

- হেরা ফজুর, ঐখোয়গুম্বা ঙাক্তা ওইরমলবদি পৃথিবীসে শান্তি ! খঙলেদনা । বুদ্ধি য়াওদবা ঙাক্তনা দুনিয়াসে পাল্লেনে, ৱাদৌরি ।

- মদুসু হায়নু সলাউদ্দিন, লাই ফাওবা নোংলৈ নুংশিৎ, ঈশিং ঈচাউ থোকহন্দুনা মীবু হাৎলিসিনি মীওইবা ঐখোয়দি হায়রুনু । ঐদি নীকপা লোইদ্রি।

ময়াম ৱা ৱা নোকই । ঐদি নোকপা ঙমদে, খল্লি, - মতুংদা অসিগুম্বসে অমুক থোক্কবা ওইসনু। মীওইবা মশেনগী লানদা তা'ফজুরগুম্বা কয়াসি থৱায় মাঙখিবসু য়াই । মহাক্তি লান্মী নত্তে।

*ঐচ. বেনুবালা*

*<u>ঐচ. বেনুবালা (১৯৫১) :</u> শিংজমৈ মখা নামৈরাকপম লৈকাই ইম্ফালদা লৈ । শৈরেং অমদি ৱারীমচা অনীমক্তা খুৎ থাই । ফোঙস্লবা লাইরিকশিংদি ১) ঙাইবগী ঙমখৈ (ৱারীমচা - ১৯৯৭), ২) শহরগী ডায়রী (শৈরেং ২০০০) ।*

*******

# তাখিদ্রবা পি

"অঙাংসি খরা ঙন্না পুবিরক্লমবনা ফদৌনি । হৌজিক্তি নিউমোনিয়া তারে । হোসপিতালদা মতম খরা লৈসি । হয়েংমক লাকপীয়ু । কুইথগ্রবদি অনাবসি লুশিল্লক্কনি । ইরিবা হীদাকসিনা ঙসিসি পোথাহনবীয়ু"।

ডাক্তরনা হায়রকপনী ।

নুংশিতোম্বী করিসু খুমদে । তুমীন্না লৈ । চঙগদবা শেল মখৃত্তা লৈতে । অনাবা য়েংবগী লুপা চামদুমকসু কনাদগী হংসিগে খনবদা ঙরাংনা পূরক্কদবা মচাদু পুরকহৌদবনি । যূমথংনবা মচে সখিদগী উচিন-নাচিন্না পূবগা ঙসি লাকপনি । হীদাক্কী চঙগদবা শেল হোসপিতালদা শীজিন্নবা খরচ কনাদগী অমুক পূরুগদবা হায়জরুগদবা, খনফম খঙলক্তে । অনাবা মচাদা মূন্না শংত্ত্রিক য়েংদুনা লৈ । বুদ্ধী মমলে জ্ঞান মাঙলে ।

ময়ূম য়ৌবগা মচা অনাবদু ফমুংদা হীপহল্লে । কপনীং কপনীং তৌনা মপি খাঙজিন্দুনা মচাদা পাওমেনলি - "ইচাতোম্বী, ইমা চাক থোংলুগে । ইচা ফরদৌনি, হয়েংদি ডাক্তরদা চৎলদৌনি । হীদাক ময়াম চারগা ইচা নাবা থুনা ফরদৌনি" । অনাবা মচানা করিসু খুমলক্তে মমীৎ উইশিন্দুনা মঙক্তং নোমলকই । নুংশিতোম্বী খাঙবা ঙমলক্তে । মচাগী মমায় মমীৎ মফি ফিজিনা তপ তপ নপথোকপীরি শীৎ নানবীরি । খনবা য়াবা মখৈ খল্লুরগা তুংদা মচে সখিদা হায়রুরগে খল্লে । মচে সখি হংলুবদা কৈথেল চৎখি লৈতে হায়রকই ।

য়াচঙবা মতুংদা মচে সখি কৈথেল কুমলকই । মচেগী মনাক য়ৌরবদা নুংশিতোম্বী মপি হান্না তারকই । ব্রা পাক হেক হৌদোকপা ঙমদদুনা তিঙক তিঙক লেপ্তুনা লৈ । সখিনা ভাব তারদুনা হংবীরকই - "ডাক্তরনা করি

হায়রক্লগে ? হীদাক লৈনবা কয়া লৌগে হায়বনো ? হয়েংগী পোৎ-চৈ তীক্লবা খরা খাক্তবদি য়াদে । চামরী খক্তি লৌরো । হয়েং শীৎপদুগী খরা অমুক নঙনা চৎননবা লৌবা য়ানি । হৌজিক অদুম পায়খ্রো ।”

নুংশিতোম্বী কপনীং কপনীং তৌরকই । হায়রকই, - ইচেখোয় লমনসে করিনা শিংগনি ? নচাগী অনাবসিদা ফখিসনু ইচে । ঐসু ইচেহোয় নতুং ইন্দুনা ইচেদগী লৌরুবশিং হনজিন্নবা হোৎনগে ।

- হোয়দা, পঙখন খল্লুনু । অঙাংতা ফনবা হোৎনৌ । ঐখোয় খ্বায় লৈরিসিদি......... ।

- তাচৌদা হায়রুগদৌসু পীবুদি পীরক্কনি হায়ববু ........ হায়নীংদদুনা তৌনি । পীফম থোকপদদি হায়রুদ্রগা তাচৌদা হায়বদো ঐ পামজদ তৌনি ।

- হায়নীংদ্রদি হায়রুরনু । নচা চাউবতা ঙাইয়ু ইনাওসিদি । মীবু ৱাদুনতা লৈগদ্রা - নোংমদি মরাইনা ইনাওগীসু মতম লাকখিনি ।

নুংশিতোম্বী মবুক্লীং ইনৌ নৌরকই । কপথোরকই । খ্বায়মক্তগী নক্ল বনি হায়বিবা মাগী নৃপানা হন্না য়েংবীদ্রবী নুংশিতোম্বী মাগীদমক কনা লৈত্রবোই নীংলমবনি । খল্লকই, হেরা কনা লৈজদবা অমতা পত্তুনা পুমদুনা শিবা হৌনদেদা । থোক্লবা অমা লাকচনি ।

ফিমেল ৱার্ডতনি । নুমিদাংনি । মচাগী হীদাক লাংথক পীজ-পীথক লোইরে । উয়ুংগুম অনাবা মচাবু শংত্রিক য়েংদুনা লৈরি । নৃপাগী তপ্লপ ঙাঙবা খোঞ্জেলদা মনাকোং ময়া নক্লা তারকই -

- ঐদি ঙসাইদা বাজারদা ইতৈমা সখি থেংনদুনা তাবগা লাকইনি । হেক ঙমদবগা পাউ অমতংদি পীরকপদি য়াবনি ।

নুংশিতোম্বী খংয়েং য়েংথোকই । মাগী নুপানি-মাগী চহী তরুক কায়নখ্রবা মাগী মপুরোইবা প্রতাপ । নুংশিতোম্বী মশা থক থক নীকই । করিসু খুমদে । পাউখুম অমা পীফম থোকপনি অদুবু মঙোনদদি হংগদবা ৱাহং কয়ামরুম লৈ । ৱাহংদি মানা হংগদবনি অদুবু মাদি হংফম থোকপা

ব্বাহং কয়া হংলুদনা চষী তরুক লেল্লকলবনি । পাউখুমসু পামদে । তশেং তশেংবা পাউখুম নত্তনা অশেমবা পাউখুম মঙোন্দা দরকার ওইদে । থম্মোয়দা ফুমলিবা মৈগী চীং কয়া পোকখায়হন্দুনা পুন্সিবু প্রলয় ওইহনবা মহাক পামদ্রি। মচাগীদমকনি মহাক্লা থম্মোয়দা মৈগী চীং কয়া ফুমদুনা থমলকখিবা "ডাক্তরনা করি হায়রি, নুমিৎ কয়ানিমুক লৈখিনি ?"

অদুদসু খুমদে । মহাক খল্লি-খুমদবনা ফরে । প্রতাপ নারিবা মচানুপীদা ওনশিল্লি - "ইচা তোম্বী, ইপাগী বেমবেম ' বাবা লাকএ ।"

মচাবু পমখত্তুনা কাতু-কারন চৎলি । নুংশিতোম্বী ফমুং মচিদা ফমদুনা লৈ । নুংশাম্বর ফৃইনা ফৃইনা হোল্লি । খোঙয়াদগী কোকতোন ফাওবা ফুঙ ফুঙ কারকই । ঙাইহাক্কী মতুংদা মগী নুপা চঙলক্তুনা মচানুপীবু ফমুংদা হীপহল্লি । ফৈজুপ শুপচিনবী হায়রকই, - "হয়েং ঙস্তা বাবা লাক্কনি । অচাপোৎ য়াম্না লৈরক্কেকো ।" নুংশিতোম্বীদা ওনশিন্দুনা হায়রকই - "হয়েং অয়ুক অমুক লাক্কে ।"

নুংশিতোম্বী অদুদসু খুমদে । খরা সেনিয়র ওইরবী ত্রাইবেল নর্স অমনা কোয়রাও লাউরকই নূপা থোক্লসে নূপা থোক্লসে । প্রতাপ চৎখ্রে ।

অহীং চূপ্পা নুংশিতোম্বী তূমদে । করি করিনো হৌফম লোইফম নাইদনা পঙনীংতা নীংশিংলকই - অমমমতা মথং মথং ।

পোমশাৎনরিঙৈনি । অমুক্তং লাকপা পুন্সি বসন্তনা মশা পূম্বা পূময়োম য়োল্লিঙৈনি ।

- নঙগী নমিংসে ঙসিদগী নুংশি কৌরনি ।
- হয়েং আ-ফাও কৌরদৌবা ।
- নুংশি, ঐ ব্বা অমা হায়গেনা ...... ।
- হুং নঙগী ব্বাসে হায়খ্রপোৎনি ।
- ফাগী নত্তে, কয়াম কুইনা লৈখিসি হায়রিনো ?
- তৌরকঅনি ..... ইকায়সু খঙদমাল্লে ।
- নঙোন্দদি কৈদৌবৈ ইকায়দোইবা । নঙবু লৈশাবী অরিবী ওল্লগে হায়রিব্রা ?

- নথৌ লৈতে । ইকায়খঙদ্রদি করি ওল্লি হায়নৈ ?
- অদুবো, মায়থাবা ।

*অনীমক নোকমিন্নখি । অরীবা নাপু মচু শঙলবা উনাশিংনা কেনখ্রবদা তনৌ তনৌবা য়েন্নীংশিংনা কোকখুমফি থোল্লিবী মহৌশা লাইরেম্বীগী বসন্তদু নত্তে ।* পঙফদা ফজবা পঙনৌতা নৌবা, উরু তারু খুদিং অশংবা মনিগুম শুম্মাংপা পুম্নিগী বসন্তনি ।

- লাইরিক তম্বা লোইরগা থবককা অমুক তৌখিগে হায়রিরো ? ঐ খঙদে নুংশি - নঙ কায়নবা ঙম্লোই হায়রিসিনি ।
- হায়মা, অঙাওবদৌনা ।
- ঙাওরে, ঐ ঙাওরে । ঐদি হেক্তা শি'ঙমজাৎনি । ঐ শিদোকউরা ?
- চো নোক্তুম নোকনীংঙি । কনানা করি হায়রকঅগে ?
- কনাসু হায়দে । ....... অদো কুইরগুমশি হায়বা ।

খাম্ব্রাংননা থৌমিন্নরিবা নুংশিগী হেন্দল পায়রিবা মখুত্তা মাগী মখুৎনা চেৎনা পায়রুই । নুংশিনা ফৎ কম্থোকই - "মী উনিসে ।" - "উনিং উসনু ।"

লুহোংলে । নুমিৎ থা থরাম্নীচাকশিং কদায়দা লৈ, নুংশিতোম্বী প্রতাপ অনীমক খঙলুদে । সুপ্লতগী মখোয় অনীতগী ওইবা ঈপাক অমদা অনীমক তাউখি । নোক্ল-খেনা হরাও-নুংঙাইনা পৃথিবী পূম্বা মবানীগীতা ওইরবোই নীংখি । অৱাবনা করিনো পেন্দবনা কদায়বু কৌবগে খঙলুদে ।

থম্মোয়গা থম্মোযগা পুনখিবা লীপুনদি লেঙদনা লৈবোই খল্লুবনী । ওন্ন তৈনখি । অমনা কাথোকলকপদা অমসু ময়ি চৎলকপা হৌনশানি খল্লমদে । কায়নবগী হিসাব নুংশিতোম্বী তঙায়ফদনা হোৎলকই । ওম্থোকনসু চাকই । পেন্দবগী চাং ৱাংখিদুনা মাঙদা চীংজাউগুম লম্বী পূম্বা থৎলরে ।

- নঙ নপাম চৎস্রো, নশুক্ত য়েংনীংদ্রে ।

প্রতাপকি অহোংবশিংসি নুংশিতোম্বীসু চিংনবা পোক্লবনি । খঙশিন্নদ শানা হায়, - "ও, ইশকসি য়েংনীংদ্রবোইরে । য়েংনীংদ্রগনা উদনবা, কাচিন অমদা লৈ' তারেদনা ।"

মনাক্তা ঈশিং থকপগী লৈরম্বা লীক্লি গ্লাস অদু পায়দুনা লংলকই । লূখম চপচানা পাল্লে । মদুম তৌগনি হায়বদি ভাব তাহৌদবনা মতুং ওম্থোক্লগা ফি-রোল লোইশিন্দুনা লৈবনি । খল্লুবনি - নৃপানি পঙহায় হায়জবা পংঙাঙ

ঙাঙজবসু ওইরমগনি । চিং লাউখি । ইল্লমবা ফীজিনা অশোকপা মফমদা নমলুবদা ঈনা পুমঙাঙ ঙাঙলিবদু উবদা নুংশিতোম্বীনা কপ্তুনা হায়রকই -

- "ঐসু চিংনবনী নঙ মতা'মা তৌরে হায়বসে । নঙনা শাউরিসে করিগীনো ? ঐনা করি লানথ্রগে ?

- লানবা লান্দবা দরকার তাদে, চৎথ্রো হায়রিসিনি ।

নুংশিতোম্বীনা উরকই, মমীৎ ঈখেংমুক ঙাঙলবা মপুরোইবগী শকফম । অশাউবগী মচু শঙলবা মমীৎ অনীদুনা মাঙোন্দা চাগদবগুম য়েংলি । নুংশিতোম্বী মীৎয়েংদু হৈনরমদে । কিজরকই অমুকসু থ্রারৌবনা থল্লকই । মচীন ফাবা ঙমলক্তে ।

- লুহোংববু শান্নবরো ? লৌনীংলগা লৌবা খাইননীংলগা খাইনবা হেক্তা য়াব্রা । ঐগী ইরালদু হায়বীয়ো ।

- নরীল কয়াম ফবগে য়েংতারেদনা ।

অসি হায়রগা প্রতাপনা করিনো অমা থিবগুম কাচিন-কোয়া কোয়েং য়েংলকই । মতৌদু চিংনরদুনা অশোকপা মফমদু মখূৎনা মেন্না মেন্না মপাম য়ৌহৌই । থা অমা খরা হেল্লকপদা য়ুমলোন-কৈবোন্নবা নূপী খরা থারক্লুনা নুংশিবু চৎশি হায়রে । নুংশি তপ্পা হায়জে,- "ইনম্মখোয় ইচেখোয মহাক থাবীরকউ । মাগা ব্লারী অমতং চত্রিঙৈদা শান্নজখিগে অদুগা ঐ লাক্কনি ।" লাক্কনি খনবনী অদুবু লাকখিদে । থা মরী মঙারোম লৈবগা মচানূপী অতোম্বী মপোক থা য়ৌবতা ঙায়রিবীদু নারে পাউ লাকই । নুংশি চত্তে । মমা মচে সখিখোয় চৎহল্লি । ইকায়-ইকি পনবান লান্না ঙাওনা ফৈনা মাবু লাক্তবা য়াদে হায়রক্কদ্রা নীংবনি । মচাতোম্বীবু মচে সখিগী নঙ্গন্দা পোদুনা পুরকপা উবদা নুংশিমনদুনা থম্মোয় নুঙগুম কনবা তাখি । মচানূপা বোবোদি প্রতাপনা লৌহৌখি । নুংশিগী মফমদসু লোন্না থূপনা থ্রারেপ কয়া লৌরকই । তত্তনা খল্লি তত্তনা নৈনরি অহাঙবা তাঞ্জাদা অথেঙবা অহীংদা - খ্বাইদগী নক্লবী ঐবু করিগী ওমঙ্গলগুম লৌরিবা । পাউখুম ফংই ইকুই কুইদনা । প্রতাপ অতোনবী পুশিল্লকলে । মাবু নুংশিবীবা মরুপ-মপাঙ মচেম মনেমশিংনা হায় - নুংশি নঙনা নরীল ফরিদো থ্রানবনী । নমা নচাগী চাকথাক মমল লৌনে । শাউরিবনেনা নঙনদি খাঙলিবা; অনীদুদি কেবাক থোকপমখৈ ইরুজবমুক থ্রাই শঙলমলনি ।

মচে সখিনসু নোংমা হায় - বোবো মপাদুবু ময়ূমবু চেকনগা শারে হায়নে । ঐ ওইরদি চংশিন্দুনদুম লৈরুদৌনি ।

নুংশিনা পুন্নমক তারগা খল্লি-করিবু তৌগবনো । থম্মোয় থম্মোয় চান্ন-চিন্নরগতবু পুক্সিগী মশক থোকপনি মমল লৈবনি । চৎখ্রবা ময়িবু খুৎশেমনা মেনশিনবদি অরেপ্পা খক ওইরোই ।

“ইমাগী ইবেম্মা ! ......... ।” খংকপ কপলকপা নৃপীগী খোঞ্জেলনি । নুংশি খংপ্রেক খংই । কাঙখল হাইদোক্তুনা য়েংই । থংনবা কেবীনদগী ফিনা কৃপশিনবা হকচাং অমা ষ্ট্রেচরদা ইন্থোরকই । নৃপী খরনা কোনশিনদুনা ফাবা লাক্লরি । কপ্লিবা নুপীদুগী মচানুপী শিরবা ওইরমাল্লে । নুংশিতোম্বী মশাপুম্বা তনিক তনিকপগুম তৌই । ইপা পাখৎলি । কাঙখল য়েপশিল্লি । হীপলিবা মচাতোম্বীবু মুন্না য়েংই । মচাগী মমায়-মমীৎ শীৎ শীৎ নানবি । মৈখেৎ থিদুনা কেন্দল চূখৎলি । ইশ্বরবু চেংনা খুরুমজরকই - ইচাতোম্বীবু ঙাক-শেনবীয়ুকো ।

নোং ঙাল্লে । মচাবু মমায় মমীৎ তাথোকপীরে ।

- বেম ! বাবা লাক্লে ........ ।

প্রতাপনি । নুংশিতোম্বীনা মচাদা হায়, -

- গুলি থাদ্রিঙৈদা চানবা বিস্কুট অমতং ইমা লৈরুখিগে । ইমা লাক্লগা হীদাক চাথোকসিকো । পরপ পরপ চংখি মোন মখাদগী বেগ মচাদু পায়রগা । প্রতাপনা তুংলোমদগী মাগী কায়নখ্রবী নৃপীবু য়েংহৌই । নুংশিতোম্বী চহী নীফুগী ময়ানি । ঙর্সিদি মাগী নৃপীবু য়াম্না নৌনা প্রতাপনা উই । মশাদি মহৌশাগুম ইনান নান্দে । থৌশাবীদ্রবা মশমনা ইফা ফারিবদু থোইনা হেন্না প্রতাপনদি পামজনা থোক্লি । থোইনা শেম শারুদনা ইনবা ইন্নফি মতেক অদুনা কুপশিলহৌদ্রবা হকচাংগী শরুকশিংদু ওম্থোকনসু চঙখোন্না উরি । অকে-অমৌ লৈতেং, অরং-অরাক অমতসু মশাদা নপতে । অহাঙবা মনা অনী, মখুদাং, ইকোক কোকপা শিং নানবা ঙকশম-পুন্নমক ওলাংথাগী লৈচীল থাংদবা অতিয়াগুমবরা চাংদম্নরকই । ইচম চল্লবী মাগী নৃপীবু মুন্না য়েংলুবদা তরু তরুবা নাপী মকা অমতং তাদ্রবা ঈপাকুম লৌরকই, খল্লকই - কায়নরবা তুংদা অসুক নীংথিবরা ? মতম অমদনি; মানা - প্রতাপনা তইং তইংবা

তরামরীনি পানবা থাজনসু হেন্দে খল্লিবী নুংশিতোম্বীগী তবুব তবুবপা মপামবোমদনি হীকথরবা মাগী হকচাংনা মোনখাঙনদুনা পোত্থাখিবা ।

নুংশিতোম্বীনা মচাবু হীদাক-লাংথক পীজপীথক পুমলোই লোইরদুনা প্রতাপতা হায়রকই - "অশ্বাইদা ......... ব্রারী অমত্তা শাসি ।

মাঙ থানা থোকখি । অয়ুক ঙন্তানি । হোসপিটালদা মী পঙতিন তিন্দ্রি । অনাবা লৈত্রিবা বেড অহাঙবা অমদা নুংশিতোম্বী ফমথৈ । প্রতাপসুনি । নুংশিতোম্বীনা ব্রা হৌদোরকই, - নঙগীসি, ঐনা অব্রা অনা তাবসিদা লাকলিবা নত্রা ?

- উম্ ।

মঙক খিত্তং নোশ্মী প্রতাপনা । মখা তারকই নুংশিতোম্বী ।

- ঐগী অব্রা-অনা হংলবসে ঙসিনা অরোইবা ওইরো । ঐগী পুন্সিবু নঙনা য়াম্না লায়না জয় তৌখি । মদু নঙগী নৃপা ওইবগী গুননি । কায়নবসু নৃপা অমা ওইনা য়াম্না লায়না ঙমফম থোকপনি । নৃপা অমা ওইনা নশাগী গুনবু ঙাকচ-শেঞ্জবা ঙমনবা হোৎনবীয়ু । ঐগীদি অরায়বনি খুদিংমক্তা অদুম ঙমগনি ।

প্রতাপ করিসু খুমদ্রে । হোই মাই হায়দ্রে । নুংশিতোম্বীনা মখা অমুক হায়রকই ,-

- নঙগী ননাক্তা নৃপী লৈ নচা লৈ শেল লৈ । করি অমুক নঙগী ব্রাংলিবগে ? ঐগী নাক্তা করি লেমহৌরিগে ?

ঐগী ব্রাকৎ, ঐগী ইওং-ইতৌ নঙনা তানীংদ য়েংনিংদনা মতম শাংনা ঐনা ননাক্তা লেল্লমবনী । হৌজিকতি ঐনা হায়জবগী মতমদু হেনখ্রে । তানীংলোইদবা ব্রা ঙাঙবা ঐসু হৌজিক্তি য়াম্না ব্রারে । ঐগী ইনাক্তা ইচাতোম্বীখক্তনি । থাংদোকখ্রবা খোঙথাঙদুদা নুংঙাইনা লৈয়ু নুংঙাইনা হিংঙু । তৌবতবু ঐগী অব্রাবা সংসারদা নঙ অয়েৎপা পীরক্কনু । ঐ য়াম্না ব্রানা হিংলি অদুবু নুংঙাইনসু হিংলি ।

ফুক হৌগৎখি নুংশিতোম্বীদু । হন্নফাও য়েংলমদে প্রতাপতা ।

নারিবী মচাগী মরায়বক্তা হন্না হন্না চুপলকই । মচাগী মোন ময়াদা প্রতাপনা থমলমবা ওইরমাল্লে অচাপোৎ মখল মখল য়াওবা প্লাসটিক খাউ

অমা লৈরমবদু নুংশিতোম্বীনা খোঙলৈ থুনা পায়দুনা থোরকই । মদুফাওবা প্রতাপ মরু লুকথদুনা ফমদুনা লৈরম্লি । নুংশিতোম্বীনা খাউ অদু প্রতাপকি মনাক নক্লা থম্লগা হায়রকই, - ঐগীদি অব্বাৎপা লৈতে নচাশিংগী পুবীখো ।

নুংশিতোম্বীগী মমীত্তা পি মরীক অমতা ফাওবা তারক্তে ।

*ঐচ. বেনুবালা*

*******

# তুলসী নাচোম

কর্ফিয়ুগী তং-তাদবা পুংজা যৌরক্কদৌরদুনা মী পুম্নমক ঐতনা মহাল্লগে খন্না চেন্নরবা, ঐতগী ইমুংগী ব্লাৎত্রগা লোইরে খন্নরবা, কনাগী হন্না য়েংবা নংনদ্রবা মতমনি । চৎলিবা অসিসু য়ৌদনা করি অমুক লাউথোরক্কদগে খন্নবা মতমনি । ঐখোয় তরা (১০) মুক্তি জিপ লুপা মঙা পীবা অদুদা পুন্না ফমথরে ।

মহৌশাদি, লম্বীদা চৎলবসু অউংবা ব্রাখল অমদা উংদুনা অদুম চৎপনি অদুবু হন্দক সিজ-ফায়ারগী ব্রাথোকসিদদি অঙকর্পনি, উংবা য়াদে, খনবা যাদে ব্রাখল ফাওবা, চাম্ম নিফুমরি জাবিপ্রে; ইথক্তফাওবা ধাবনা ফম্বগুম খন্দুনা লৈপ্রে । মহৈ মহৈ লাঙনরি, ঙসিনা বিক্লো বেল্লি, হয়েংনা ভানগী, জিপকি, ঙরাংনা সাইকলগী, নহান্না ধারনানি, বজাব বন্দনি; হয়েংনা লৈ কৎকদবনি মরাঙ মরাঙই । চাকখুমদা চাক থোংফম খণ্ডদে, থিরে চাফম খঙদে, দুকান্দা পোৎ লৈফম খঙদে কনানো অমনা অমবু লাক্কুনা, ফোয়দুনা পুখিগদবগুম ইপাদ পাখৎনৈ, লৈতাদে । খজিক্কুং খোল হাইগৎনবদা ঙক থাংগৎতুনা য়েংনৈ করি তৌনরিবনো হায়দুনা । অমুক মাগী মাগী মপোৎ লোইশিন্নৈ । লাল হায়বদু অসিরা ? খল্লকই । লাল হায়বদু অসিনি, সিদগী হেনবা শাথিবা লাল অমুক লৈত্রে । মচি মচিদা পুল্লপ পুল্লপ ফিরাল অমুবা থেৎতুনা ফিঙৌ শেৎতুনা ফমলিবা মীয়াম, ব্রা মচেৎ অমত্তা ঙাঙনদে । কনাবু ঙাইরিবা ! কনাবু নীংশিংলিবা ! পুক্লিংদা হংজবগুমই, কনানোমদি, করিনোমদি য়াম্না খৌরাংনা ঙাইনবগুম তৌরি ।

অমুক হল্লক্করোইদবা খোংচৎতা চৎনখিবা য়াওখ্রবনি । মদুগী পিরাংতনা ইমাগী তম্পাকসি অয়ুক নুংথিল চোৎলবনি । মহৈ য়াল্লে শোন্নরি । হিপ্পখ্রি, নিঙাইদনা ইম্ফাল তুরেলগী তোর্ব্বান্দা !

জিপ মনুংদনি, হোবে হোবে থবক অমা চৎলিবনি । ঐখোয় পৃম্বা হোবে ঙাক্তনি । ব্রাখলসু হোবে হোবেনি । ভারাকাদু অমুক ঙাইনদনবা চপ চপ চানা হঙ্গৎ হন্দাগী পায়দুনা চৎলবনি । ব্রা-লান পংঙাঙ ঙাঙনদে।

করিসু কনাদসু পঙয়েং য়েংনদ্রবনি, মতম শংনদবনা অদুবু সুম হৈনখিবদগীনি হায়রগে, হেক ময়েংলুই ইনাক্তা ফমলিবীদুদা; খুৎনা নত্রগা মেচিন্না ফজনা তাইবগী খুদোংচাবা ফংদ্রবা ফনেক ফিবান্দু চপ মান্ননা মতোন্দা লংনা কিশি কিশল্লি, কাপমুক চখৎলগা অমুক গুলাপী মচুগী ফনেক্তুদা অঙৌবা লং অমনা অমুক অনীরক চাউতু তুই, অমুকসু অদুম তৌরি, মস্তক তৌবা মোরে মতুপ অমা নীংথিনা ইনশিল্লী । সেন্দল মস্তক তৌবা খুগা পারবা অমা তোংই, ফম্লপ তৌবা লাইবক্তা চন্দন অঙৌবগী বিন্দু নল্লী । নাতোন্দা সিড়ি মচা অমসু নপ্লী, ঙকশমদা উরীক পরেং অমনা হৌনবী ঙাক্লী । কোমগোম পূল্লবা শমজিদুদা “তখেল্লে অনীসু” ফুগায়না শাৎলি; নুংশিখ্রেদকো খন্না মীৎনা কন্না য়েংবা ফাওবা পাম্মুজবনি, অদুবু য়েংনীংমনখ্রদুনা ব্রাত্তবদুদা য়েংলুবি লোন্না, হন্দকমুকসু লৈরম্লে, ইমাদুগী নাকন্দা খুদোম্বী তাংদগী হেন্না চাউরবা, শাংলবা মঞ্জুরী কারবা (শাৎলবা)তুলসী মনা অহুম মরী লোঙবা “নাচোম” অমসু কয়াদা নুংশিখ্রবনো ! হায়ফম খঙদে ঐ; পুন্সিগী মতাং মতাংগী অরাবা পোৎলূম কয়াবু ইমাশিংগী কোকথক্তগী নচোমশিংসিনা খাংথবীবগুম খল্লকই । মৈতৈ নূপীগী থবক, শেঙ্গাও পায়দুনা, খ্বাংদা খ্বাংচেৎ লাক্তুনা চৎলি; অসিসু, মচাগী, মপূবোইবগী অব্রাৎ-অপা মেন্নবা সনা কৈথেল পাংন চৎলিবনি । লৈতেংদ্রে ইমা, মকে শেমদ্রে, মায়থোংদি চিকপক্লা রাশি হাপ্লী, মীৎয়েংদি শাংথরি মম্লবা লম্বীদা, থাউ লোইরক্লবা মৈরীগুমই । ঙানখো ইমা ঙানখো, নঙদি মৈরীদুমক্লি অমত্তা ঙায়রবা ! নঙনা মুৎথ্রবদি জাতি (ফুরুপ) অসি মূৎথ্রনি ইমা ! লাউরি খোঞ্জেলদি থোক্তনা নুংদা, কয়ারক হন্না লাউনীংলি হৌনা “কুইনা হিংখো পোক্রফম লমদম” ! অপোকপী ইমানা য়াইফরে !

য়েৎথংবদা ফমলিবী ইন্দোন্দুনা অমুক নোংশিল্লকই, “য়েংঙোই নখোয়বু তাওনে ইবেমশা - ঙরাং ঐগী ’মৌ অনৌবীদুনা ইথা থাজদনা হায়রকই “ইমানা অসুক কুইনা কৈথেল চৎপবু নোংমতসু “লালমুহোন” লৈরক্তে, “শিংহারা” ফোং ফোং শাবা অমত্তসু লৈরক্কে হায়দে “কয়াদনোনে

মানা হৈরিবা, ঙন্নিবা ! নুংঙাইনা চৎলিবোই খল্লিনে কৈথেন্দা লাল্লকসিদা, জারদা উম্মা উম্মা ।

ঐসু পাংশিল্লি -"লৈবীয়ুদনা ইমাসু, ইন্দোনসু, শেন থোকই হায়দুনা হায়রিবনি পীজৌ পীজৌ লৈবীয়ু ।" "হাহায়ো" নোকই - মনেমদুনা হাইদুনা ঙাঙই, লৈদদিকো,লৈনি চাসনু হায়রগা মচিন খুমদুনা নোকই । চপ মান্নন সরক্তা, ত্রাফিক্তা য়েংনৈ । খুদিংমক্লি হোৎনরিবা, নোমলিবা য়ুম পুরিবনি, মেল্লিবনি । শেন পায়বা, দলাল শাবা, গাড়ী তোংবা, তলব চাউনা চাবা ৱাজাও ঙাঙবা মীনদি মখোয়বু করি ওইনা উরিগদবনো খঙদে । ঐদি মখোয়বু ওম্হোক্লা নুংশি, ৱাংনা থাঙ্গৎনীংই, করিগীনো খঙদে । খুৎনা থবক শূবা, খোঙনা চত্তুনা কোয়না অৱাৎ অপা য়েংবা অরায়বা থবক নত্তে, থৌনা হনখ্রবদি মখা তাররোই । অচম্বা পুন্সি হায়বদু অসিবু নত্রনে ? লৌথুপ লৌকোয় লৈতবা হায়বদু ! চিংখৈ ফীদুপ হুল্লকপদা য়াকায়বা, অয়ুক্কী অইংবা নামিবনা ইরুথোক্লবা হকচাংদা ঙারকপদা কল্লক মিহৌ ৱাখলবু লাপ্পা থমগ্রবা অসিগুম্বা মীগী মমল কনানা লেপ্পা ঙমগনি ! হায়খিবদো তখেল্লৈ চিনবীদুনা "ঙসিদি ইচাগী ফী থীবা কোন্ননবা পোৎ য়োনগনি ।" লালমুহোন চানীংবী মমৌগী মনেমদুনা "হয়েংদি ইশুগী না-হুৎপগী সনা শানি ।"

ফিয়োনবীদুসু - "ঐদি লংফৈদা ইচাগী শেন থাদৌরি, শেন শাগৎলি" অসিনচিংবা কয়ানি । মানা মানা তৌগদবা অচিনবা কয়াগী থৌদাং লৌরিবশিংদু গাড়ী মনুংদা লোইনা লীনৈ । তশেংবদি মসি "মিনি বসতা মেক্সি স্তোরী" হায়বদুনি ।

ঐগী মাঙদা অমুক ফমথরক্লিবা মুসলিম ইপাদুসু মায়থোঙ ইমক মক্লা লুকথরকই, করফিয়ুগী পূংশিং তেনশিল্লকপদা দুকানগী শো ওন্ন-তৈননা পুরকলে হায়রকই। শোল্লি মুকুম মুকুম নুংঙাইতনা । স্বর মপী অশাংবা অমা হোনখি ।

তাঞ্জা অসিদা ইথা থাজদনা জিপকী কাচিন্দগী নুপী অমনা কৌরকই;

"হাইমা ! মেম্ম নঙদি কদায়দা চৎলিবনো ? পোৎ লৈগেরা ?"

ঐনা খংয়েং য়েংথোকখিবদা উরে "ইনে উরীরৈনা" ঐঙোন্দা নোক্নুনা কৌরকলিবদু । ঐনা -

"অং ইনে, কৈথেলদা পোৎ অমা লৈগে হায়দুনা চৎলিবনি। কুইরেদা উদবা ! কমদৌরি ইনে ?" " নুংঙাইরিয়ে, নবোক্না চীঙদগী পান অহাউবগা, নোংথ্রে পরেং অমগা পুরক্কুনা লৈয়ে লৌরু লাউ ।"

ঐনা, "পানদি লায়রি ইনে, নোংথ্রেদু মীঙোন্দা পীগ্রনু, ঐ অয়ুক্তা লাক্কে ।"

"ঙন্না লাকও" হায়রকই ইনেনা । মপাল লোন্দবী সনারৈ মচুগী অমুবা হৎপী চীঙগী ফনেক্কুগা তমগী হঙ্গাম মপাল মোইরাংফি চনবা মতেক্কুগা কয়াদা ফজবনো ইনে উরীরৈ; কর্ফিয়ুগা চঙদে ।

নোংমা ঐনা হংখি - "ইনেগী মিংসিবু কনানা থোনবনো ?"

"ইম্ফালদা ময়াম্না থোনবীবনি, ইশক ফজে হায়দুনা, অশেংবদি বোইনু কৌই " হায়রকখি । ঐনা খনখি, মীয়ামসি ওম্থোক্লা হৈখ্রেদা মিংগা শক্কা অসুক চানবসিদি ।

জিপ খাম্বা খঙহৌদে, মহৈ মহৈ ভারা পীনবা হৌরম্লে । তঙখায় অমসু কূমথনখ্রে; ঐদি মীতৈ ইমাগী "তুলসী নাচোম" অমদি ইনে উরীরৈগী "মায়থোং" য়েংবদা কর্ফিয়ুগী পূংশিং কাউথোক্কুনা জিপকী সিত্তা ফমদুনা লৈথোক্লুরে । হেক কূমথদুনা মায় লৈথোরকপদা "সি আর পি"পরেং পরেং নোংমৈ য়ান্দুনা চৎলম্মী ।

*কেঐচ. আনন্দিনী*

*<u>কেঐচ. আনন্দিনী(১৯৫২) :</u> সোইবম লৈকাস অয়াংপল্লী, ইম্ফালদা লৈ । ফোঙথ্রবা লাইরিকশিংদি ১) শজিবুগী লৈরাং (শৈরেং ১৯৬৭), ২) মহৌশাগী নুংশি মপাউ (শৈরেং ১৯৭৫), ৩) কুমশি কুমদি কুমকাংলে (শৈরেং ১৯৮৬) অমসুং ৪) পায়র খুদাপ হুল্ল প্রলয় (শৈরেং ১৯৯৯) । অইবীগী "মহৌশাগী নুংশি মপাউ" অসিদা রাজ্য সরকারনা ' "ইন্টরনেসনেল ক্রমেন্স ইয়র এৱার্ড (১৯৭৬)" পীখি । অইবীসি রারীমচা ই ।*

*******

# ইমাগী অমোনবা তম্পাক

হো শাফবা, মপুংফারবা, ঈ খেগৎলক্লিবা শান্নরোইশা ? মায়পাকপগী মনা লৌরগা মোমোন নোক্লা হল্লকউ । লম্বীসি অনীনি, অমনা মায়পাকপগী অমনা মায়থীবগী । অনীসিদা নঙনা নঙনা পাম্বদু চঙশিল্লু; থাজৈ, মদুদি লৌশিং লৈরবা নখোয়দি শোয়দনা মায়পাকপগী লম্বীদা চঙশিনগনি হায়না ।

- ইমাহোয়গী থৌজান্দগী নচাশিংগী মায়পাকপা ওইজগে । মচু মচুগী ফিজোল, চোকশিন্না শেৎলবা, অথোই-অহেন তান্নবগী শরিৎ-শরাৎতা শোয়ররোইদবা ফিজেৎ : কয়াদা ফজরিবা য়েংবদা - ফজদ্রনে চান্দনী ? নঙবু মাঙদা অঙম অঙম চেনখৎনরিবসি উদ্রবরা ?
- উইয়ে ফজৈ, অদুম্নদি ওইরগা মখোয়গীদমক ঐদি ঝ্রাদবা ঙমদে; করিগুম্বা শম্না মফৈ অমত্তং শোয়খিবদা অতোপ্পনা হেন্দুনা মনা লৌখিনি । লু লুক্লা হল্লক্কনি, মদুগীনি ঝ্রারিবা ঙমদুনতা লৈবদি য়ারোইদো ।
- পীক্লিঙৈদগী হৌরদুনা ষনজেন-ষনঙাক্কী মতাঙদগীনা মীগা লাম্বা তৌবা ঙম্নকপা অমদি মমা মপা ওইবশিংনা য়াম্নমক চৈরাক কন্না শেন্নজরকপগী মহৈনা ঙসিদি মীমাঙ থোক্কুনা মরাইবক চাং য়েংনরি । মমায় পাকপা ওইসনু ।
- চুম্মী জিনী, শোয়দনা ঐখোয়না মায়পাক্কনি থাজৈ । য়েংউ, মখোয়গী খোঙথাং মীৎয়েং অমদি চূঙ ফীরাল চারবা শাবানশিং, অফাওবা মীথোই মীহেল্লবা জাতি অমগী মচা মাল্লদনা কয়াদা ফজরিবা ! চাউথোকচনীংঙাইনি ।
- ঙসি অসি অরোইবা নুমিৎনি । লানগা পাংখকনি । চীঙ-তম অপূনবা শান্নগনি । মালেমগী মমাঙদা উৎলিবা ফজরবা কুম্মৈ মুক্লা-কাংজৈনি ।

খঙজসনু চীঙনা কোয়শিল্লবা পীকলবা লমদমসিগী মীশিংসি লেম্লা মাঙফদে হায়বসি। মায়কৈ অনীগী মরক্তা অমনা অমবু ইকায় খুম্নে। শেম শাবগী লোইবা লৈতে। থরক হুনগৎলবা মীয়াম্না মীৎ কুপ্তুনা শ্বর ফাওবা থিংবগুম ঙাইনরি, য়েংনরি। অহল লম্মনগী পূক্লিং থৌগৎপা ৱাহৈ কয়ানা থৌনা নৌনা হাপ্পীরক্কবা শান্নরোইশিংনি। তম্বীবা ওজানা অমুক্কসু মায়পাকউ হায়না থৌনা পীবিরি। মীয়াম্না চোন্না তিল্লবা শান্নবুংদুদা চাং য়েংনরে।

চান্দনী, করিগুম্বদা ইচাশিংসিগী মনীং থুংদবগী মমায় মায়থোং লাংশিন্না উরিবসি করি অৱাৎ-অপা লৈবননো ? লাম্বা তৌনরকপদদি থৌনা হনবা যাদে। মখোয়না মায়পাক্লকপদুগীদমক মীয়াম্না খৌরাংনা ঙাইনরি। ফরেনে মখোয়না ঙম্লবদি নঙ করি তৌনীংই ?

- ঐবো ! তৌনি য়েঙ্খাং মথেল লোঙদুনা হাউনা পীজগনি, জিনিদি করি তৌগে খল্লিবা ? করি লৈরবগে পীনবা ?
- ঐগীদি মখোয়না মায় পাক্লক্লবদি "ইমাগী মোল্লবা তম্পাকতা" পোথাহনগনি। মায় পাক্লবা মচানা মতম্পাক্তা পোত্থাজবদা কয়াগী মতিক পেঞ্জবা ইমানা। পোক্লফমগী লেমজফম ওইরবা মপাঙ্গল মরৌশিংবু মীয়াম মাঙদা উৎপগীদমক মোমোন মীনোক্কা লোয়ননা ঈংনা পোত্থাহনগনি।
- ঐনা হাউনা পীজরবা, নঙনা নীংথিনা পোত্থাহল্লবা মপুং ফারে। মী পূম্নমক শান্নরোই ওইগে হায়রকপা তারে। হাঃ হাঃ নোকমিন্নে ময়াম।
- ওইসনু, থোরকসনু শান্নরোই কয়া কয়া। শান্নবুংসি চন্দনা পাথোকসনু অঙাংশিংনা; অনৌবা শান্নবুং অমুক শেমগৎনবা।

তশেংনমক জিনিদি তত্তনা হায়জৈ; লৈকায়দা শান্নবুং অমত্তা লৈত্রবদি শ্বর ফুনগদৌই। লম্মাং, শংবান্নবা পাক্লবা লৈতেম মান্নবা লমনা ৱাখলবু ঈংহল্লি অমদি পুকচেল চাওহল্লি, মকা লাম্না হিংহল্লি। মপারী মমোম কয়ানা মালেমগী মমাঙদা থৌনাগী মিংচৎ পুরক্কুনা মীরমনা ইচাবু ইকাইখুম্নবা উৎসনু। জিনিনা খঞ্জে জাতিগী পাউজেল পুদুনা মশুং মমান্নবা কয়াগা লোয়ননা চাওখৎপগী খোঙজেন্দা

চেনখৎখ্রিবা নুপী নুপা পূন্না মতম শাংনা য়াইফবা ওইসনু হায়না ।

চীংলোন মাপন্না কোয়শিল্লবা পীকশ্রবা মণিপুর লমদমসে তাঙলবা মণি কয়ানা চেনচোংদুনা মানা মানা ঙমজবা মহৈগী লমদা শান্নরিবা উৎনরিবা লমদমনি । নুংশিরবী ইমাশিংনা মচা মশুশিংগীদমক অৱা-অনা থিদনা অহীং মীংশেল খাঙদুনা শিনশুরি শেল তাল্লি । লমজিংবীনবা ৱাৎপনা তাঙলবা নহা কয়ানা কাঙখা থাঙ ওইনা তাদুনা লৈরে । মরকসিদা খঙনীং নীংশিংলকই,

- "নত্তে চান্দনী, ঐখোয় অনী খুঙ্গংদা চৎতুনা নহান মখোয়গী লম্পাক্তা শান্নহৌবা মশা ফরবা শান্ননীংবনা ঙাওরবা অঙাংশিংদো কৌরুসিরা ?" অমদুসু তাপ ওকই,

- কৌরুসি, লৌরুসি, অদুদা মখোয়গী অহল লম্মনশিংদুনবু চৎহনগদ্রা য়ারক্কদ্রা ? ঐখোয়বুদি মখোয়না শক খঙবদি নত্তেদো ।

- করিগী চৎহন্দনি, খুদোংচাবা ফংদবগী লৈবনি । চিঙ্গাক্তি ফবনিনা মশাদি মখোয়না হেন্না ফরিবনি ।

- সাইগী খুদোংচাবদু ফংলবদি মখোয় শোয়দনা মায় পাক্কনি । মখোয়না খঙদবশিং তাকপীরুসি চৎসি ঐখোয় । অদু কৈদৌঙৈ চৎসিগে খন্নসি । নোংমাইজিংদা চৎনসি লেপ্পরে ।

ঙসি অসি নোংমাইজিং নুমিৎনি । ঐখোয় পূন্না মীওই মরি খুঙ্গংগী অঙাংশিং লৌরুনবগীদমক চৎলে । ঐখোয় অয়ুক্তা খোংশানবনা পঙথেঙ থেঙদনা য়ৌরে । ঐখোয়বু মখোয়গী অহল-লম্মনশিংনা য়াম্না থৱায় য়াওনা ওকপীরম্মী । অরৈবা পীজ পীথক্লম্মী । ৱারী ৱাতায় কয়া শান্নরবা মতুংদা অঙাংশিংদু পূন্না ঐখোয়গী খুৎতা শিন্নরক্লম্মী । অমরোমদা কয়াদা নুংশিপ্রবা ইনাওশিংনো ? নহানমখৈ অঙনবা অয়ুক্তগীনা অথেঙবা মতম ফাওবদা লৌবুক্তা অমদি অৱাঙবা চীঙদা চৎতুনা মখোয়গী পুক্সি লেল্লম্বা ঙসিদি অনৌবা মঙাল অমা ফংলবগুম মচাশিংদুবু শান্নরোই অমমম ওইরুনবা থাদোরক্লে । লম্মাংনরুরবা অঙাংশিংদো লম্বী অচুম্বা ফংলবগুম অনৌবা ৱাখল'মদা ইতুং ইল্লক্লে ।

অহল পংওই ওইদবা, অঙাংশিংদুগী মখুরা অমা য়াওনা ঐখোয় লাকমিন্নরে।

ঐখোয় ঙসিদি অপূনবা খোঙচৎসিদা চীংয়াগী তান্নবা মফমশিংদা লৈরিবা নুংশিরবা ইচা ইনাওশিংগা পূন্না ৱারী-ৱাতায় শাদুনা ঙাইহাক লেনসি। ঐখোয় পূন্না নকশিনখি, হঞ্জিন হঞ্জিন্না ঙসিসু লোক্তাক ঈরৈমগী মকাদা। চিংশিল্লী ইমানা ঐখোয়বু কৌরকপগুম। চান্দনীসু, মরুপশিংদুসু মান্ননা হায়রকই। ঐখোয় অহানবদা ঙসিদি ঙাইহাক্তং লোক্তাক খোঙবান্দা মমিগী ফজবা শক্তমসি য়েংখ্রসি। মতুংদদি অমুক ইচাশিংগা লোয়ননা পূন্না চৎমিন্নবা ফংদবা য়াই। ময়াম পূম্নমক হরাওনা যারে।

লোক্তাক ঈরৈমগী ফজরবা শক্তম্সু উজবদা হায়ফম খঙদনা নুংঙাইবা ফাওখি। অওইবমক ফুমদিনা কূপশিল্লবা ঈয়ায়গী মচি মচিদা ঈশিংগী শরুক্তা তরু তরুরি। অতিয়াথক্তা পাইরিবা অঙৌবা চেক্লাশিংগী মমিনা ইয়ায়থক্তা চাম্মথোক্লা তারি। লোয়ননা ঐখোয়গী থম্মোয়গী ঈথক হৌরি। মালংনা হুম্বা মায়কৈদা চেক্লাগী তুংওইননা খোঙবান তম্না পাইকরি। নুংশিরবা ইচাশিংদুনা মীরমদা কোয়বা চৎপগুম ইনকনকপসিদা নুংঙাইজরি; মরিং-মরাংবা মতৌনা ফজবা মশক উরকপদা ফোঙদোকপা ঙম্বগী ৱাংমদা মতু মমান চুংনা হায়রকই।

- ইমা! লোক্তাকসি অসুক ফজবা করিগীনো? ৱাহংসিগা লোয়ননা মখোয় পূম্বা মুন্না লাংতক্লনা য়েংদুনা লৈ। চুমখ্রবা, চমলবা ৱাহংনি।
- ইবুংঙো মণিপুরগী খ্বাইদগী চাউবা, ফজরবা পাৎনি। লাই হাক্তক্তগী হৌনা ঙান্দুনা লৈরক্লবা ঐখোয় পুম্বগী থৱায় য়োকপীরিবা ঈপাকনি। অদুবু ঙসিদি মহাক্কী ফজরবা শক্তমদূদগী য়াম্ন হম্থরে। অমোৎ অকায়না থল্লে।
- ইমা ঐখোয় ঙাহাক্তং য়েংখিবা য়াব্রা ?
- করিগী য়াদনি, য়েংউ য়েংউ।

অদুগা, নখোয় কায়নবা য়াদে, পূন্না য়েংমিন্নগদবনি । অতোপ্পদা লাপ্পা চাইনা চাইনা চৎকনু । ঐখোয়না উবা মফমদা লৈয়ু ।

মখোয় মশেল ওক্সন্নদুনা ৱারী শানৈ, হায়নৈ ফজদ্রা, চাউদ্রা নুংঙাইকো অসিনচিংবা । অমনা অমুক হায়, লাইগী পুখ্রি মান্দ্রা ? অঙকপনি ফজখ্রেদকো । অসুম্না মখোয় মশেল মীৎ কুপ্তুনা য়েংলি, ঙাওরি লোক্তাক্কী ফজবা উবদা; অমুক্তা উদ্রিবা মখোয়দি লায়রদনা হঞ্জিন হঞ্জিন উরবা ঐখোয়ফাওবা য়েংবগী পেনবা নাইদে; খঙদে অমত্তা পোকপী থাদোই, ইমাইবেম্মা ঙাংখরৈমা, খোইমোম লাইরেম্বী পাম্হোইবী, লৈমরেল লাংওন চঙখোনবী অসিনচিংবা মতিক ময়ায় চেল্লবী লাইরেম্বীশিংনা ঈরৈম লোক্তাক্কী শক্তম লৌদুনা শুন্দ্ধৎলিবরা ঐখোয়বু ।

*কেঐচ. আনন্দিনী*

*******

# হাঙহৌরবা যূম

"করিগী হিংগদৌরিবা ! করি তৌনখিনি ঐবু ! হিংবগী হক ফংদ্রবদা মীওইবগী থাজনবা মাঙখ্রবদা করম্না হিংগদগে ? শিখিবনবু ফরেদা !" মথন্ত ঙাঙজৈ । গাড়ী থাফমদনি :-

অঙাওবা মাল্লবা, ময়াং কংলবা, চহী লৈশিল্লবা নিপা অমা লম্বীগী চিদাইদা ফল্লী । ঐসু মী অমত্তং উন্নগে খন্দুনা অনকপদা লম্বীগী মতাইদা হৌরিবা উ'মগী উখা-উরুমদুদা চঙশিল্লি । ঐনা লেপলিবদুগা অহলদুনা ফল্লিবদুগা লাপ্লদরে, ব্রা ঙাঙবা তানরে । ইথা থাজদনা হংলকই,

- নখোয়গী গাড়ী হায়বদু লাকখ্রবরা ?

কনাসু উদে,ঐনা খুন্বা তাখি, "লাক্লি ।"

অমুকসু, ডিমাপুর য়ৌবা গাড়ী লাক্লিকো শোয়দ্রবরা ?

- মপানগীদি ঙসাইনা থাখ্রবনি । কদাই য়ৌগদবনো ?

- আসামদনি ।

- মথং নুমিৎ অমদা চৎপা তারে ।

- "ঙসিমক, হৃজিকমক চৎনীংলবনি ।" য়াম্না ঙমদনা শোন্না উরে, চহী য়াম্বা য়ামদবা ফিভমদু শোকচিল্লে । মুরুম মুরুম শোল্লি, মথন্ত ঙাঙজৈ । অমুকসু

- নোংমা নিনিদংদি হিংখিগে করিগুম্বা অমত্তা ... ... ... ।

- তুমিন লৈখি, নিংশা মপী অমা চাউনা হোল্লি । কারিমত্তা চাদ-থক্তনা মতম শাংনা লেল্লকপা মাল্লি । ঙাইহাক খল্লুরগা ঐনা "করিমত্ত চাদ্রবরা খুরা" হংলুই,

- "চাদ্রে, চানীংবা পোক্ক্রে" হায়রকই। ঐনা পৈশা পুথোক্তুনা পী, লৌ হায়বা য়াদে।

- ঐবু হঙ্গোইব্রাউ ?

- "হঙ্গোইদে" ঐনা খুমখি। "অদুদি ইচাগুম্বী, মিকুপ খরদংগা ইচাশিংগী তাইবং কুম্মৈসি য়েংখিগে।"

অনৌবা থৌনা লাকপগুম তৌরকখি। অনকপদা লৈরিবা চাক্কী হোটেল অমদা চঙমীন্নদুনা ফমথরে, ঐনা টেবল'মদা অহন্দুনা অমদা।

ঐনা ওর্দর তৌখি, পুজারীদুদা, ঙা, হৱাই, ইরোম্বা য়াওবা চাক অমা অমদি ঐগী চা অমগা। খল্লকই, লাল্লবা মীবু মবুক থন্না পীজবদি ধর্ম্মনি। অহলদুনা,

- "ঙাইহাক্তং ফমখো, ঐগী ৱারী অসি তাখো। কনানা খঙগনি, ইপাগী ৱারীসিনা কান্নরকপসু নখোয়দা"; ঐহাক ৱারী তাবা তারে, লাংতক্রে করি ৱারীনো ?

- খুবা ! চাক্তু হান্ননা অমুক্তং চাবীখো অদুগা ঐহাক ৱারী তাজগে ?

- চাগে।

চাক্তু চখোম অমা'নি হাউনা চাবা হৌগৎলকপদা কনানো অমনা খাল্লকপগুম তোকখ্রে চাবদু; মীৎতু পিরাংনা তপ্না থনগৎলকই; ৱারী হৌরকই;

নোংম কুইরবগী মমাংদনি,

- ইচাশিংগা লোয়ননা ঐগী "নুপী" নমাদো ফি শুদুনা, ইঙ্খাং থাদুনা, থবক ইঙ্খাং নোমদুনা লৈহৌই। ঐনা চাক চারগা ওফিসতা চৎলি। ঐ গ্রেদ ফোরনি। ঐগী থবক্কী মতম নাইদে, কাবা ঙল্লী কূম্বা থেঙই। থৌয়াম পুই, তলবতি খ্বাইদগী পীকই, অচৌবশিংনা মরক মরক্তা ঙা-চাক খরা খাইবীবকই। য়ূমদদি উচেক ৱায়ানা মকোন্দা য়ারেকপদুমঙায়রে।

য়াচঙবদনি, হোবে হোবে থবক হল্লকপদা ইচাই চাইদুনা মাঙ্গোলদু খোঙ্গুলঙাক্তা নৈরদুনা ইকায় কায়রদুনা লৈরম্মী। ঐ সাইকলদু তনইন ইনখৎলগা, "তোম্বী, মৈ অমত্তা পুথোরকউদনা, মম্বনা উদ্রে, ইলেকট্রিক থান্দবনিনা মমদুনতা লৈরে" হায়খি।

ঐনা ঙাঙদুনা কৌই অদুবু মমাদি সুকখুম খুন্নক্তে, থোরক্লে, ইচা অপীকপা অনীদুনা মনুংদগী হানবা তান্নদুনা কৃক কৃক ইন্ননা চেন্থোরকই, মৈসু য়াওদে অমস্বদা, বাবা, বাবা কৌদুনা মমায় অনীদু ইমক মকশিন্না তুমিন তুমিন লেপ্তুনা লৈ, ঐ ঙকচানৈ, তনহং হংই

- "নমাদি" ?

- "ডাক্তরদা" খরা চাউবদুনা খুম্মকই, তুমিন তুমিন লৈ, মপি ঈরা চেল্লি; খরা পীকপদুনা হৌনা কপ্লকই । ঐ ভাব অমত্তা তাদ্রদুনা সাইকলদু ফক্লাংদা ঙাসিল্লগা অমস্বদা প্রপ প্রপ চঙশিন্দুনা মৈখেৎ খেৎতুনা,- "নমাবো কেদৌরবা ? ঙসাইদি নমা-নচা নখোয় পূন্না থবক তৌদুনা লৈহৌবদাই ? থাং-তেন্না শোকপ্রা ? খুম্মুনে নখোয়বো," নমহং হংজিনখি ঐনা ।

খরা চাউবদুনা - বাবা, থাঙনা শোক্তে, অর্মী অনী লাক্লগা মী লৈব্রা পুথোরকউ হায়না ঐখোয়দা লাউই থোং হাংদোক্লগা ইমুংদা নোংমৈ পুথোক্লগা ইমাবু চিংদুনা ফুবী, ইমানা হৌনা কপ্পী, ঐখোয়সু কপ্পী ।

- কনাসু তাদ্রা ? নেনে তোন্দোন লাকপ্রা ? কনাসু লাক্তব্রা ? ফরে, নখোয়নী তুমিন্না ফম্মু, বাবা নেনে তোন্দোন লৈব্রা য়েংগে ।

য়েনখাদা কৌই ঐনা

- হো ইচে ! ইচে তোন্দোন লৈব্রা ?

- লৈ লৈ, (থোরকই) ঐ হল্লকপদা ঙায়রি করিসু তৌররোই পাখৎলুরনু।

- করিনো ব্রাফমদু অমুক্তা শেংনা তম্মু ।

- 'আর্মী অনী লাক্লগা ইমুংদা মী লোৎপা লৈব্রা হংই হায়, মদুদা মোচা 'মানা কনাসু লৈতে লাক্তে হায়রুবদা, থোং হাংদোকউ মখোয় থিগে হায়রগা অওৎ অপা শাদুনা মরাল লৈতবা মীবু ফুবনে, চৈবনে মথোং হুক্তবা থবক চথখি । মসিনি । শাহিং চাবা শা ঙাক্তনি ।"

ইচেদু পাউ অসিতং তম্নবা হোৎনবদা মশাদু নিকখি । ব্রারীনবদু ঐগীদা থোক্লবা ! ঐগী করিস্ তমলমদ্রবা, অব্রাবা নত্তনা ! অচুম্বা ব্রাখল মচেৎ অমত্তসু খনবা ঙমদবা, অফবা থবক অমত্তসু তৌথোরক্তবা, মতু শোনবা,

পাঙ্গল শোনবা নুপী অমদি অঙাংদা মরিংজেল ফুদোকপা, চাওখৎপা হায়বদু অসিগুম্বসিরা ? মালেমসে লূম্নবা হিংলিবনি । আইন ঙাক্লবা হোৎনদদুনা জঙ্গলগী লো চৎনরি । মীওৎ-মীনৈগী লাংদা থুরবা শিবা ঙাইরিবা শোল্লবা কাঙবুদুরা ঐখোয়সে ? ওফিসতগী য়ূমদা খজিক্তং ঙন্না হনগে হায়বসে য়াবা কৌবা লৈতে । "পেল্লো নখোয় পেল্লো !" লাউখি, তাবীনবদি লৈতে, কন্না লাউখি; ঐগী থৌনা পূম্বা খোমজিল্লগা ! ইচেনা থেমজিল্লকই,

- চৎলো, চৎলুরো ইচেসু হল্লকপদা ঙায়রি । মশাদুতং ফনবা হান্না হোৎনখিসি । নঙনা লাউরিবদু অরেম্বনি । অঙাংশিংসু সিদা থনম্মু ।

ঐ থুনমক সাইকলদু ডাক্তর তান্না থৌরে । ফনা শাংবা লম্বীনি য়ৌখিবা খঙহৌদে । মহাক মীয়াম্না কোয়শিন্দুনা লৈরম্মী । মমাই মমিৎতু খেগাই-খোৎকায়বা মাল্লি, ইপোম পোম্মী, মশম মনা ফাদুনা লেঙদনা শাংনা হিপ্লি । ঐগী মোচা'মা মান্দ্রে, কনা লৈত্রবী, ব্লাকচাংগী উল্লেন নংলবী, মনা মশা কংথ্রবী, লৈয়ী চৎলবা শুমাংদা লেপ্লীবী তুলসী পাম্বীগুম্লে । ফৈ করিসু কায়দে, অসিদগী হেনবা করিদি চাউথোকচরুনীংঙাই লৈরি ! শিরমদ্রিবসি ফরবনি । ইচাশিংবু চাউনবা, নাদ-য়েক্তনবা হোৎনবা, মহৈ-মশিংগী শোয়দনবা, অফবা ব্লাখল খন্ননবা অমদি অকি-অখং নংলুরবী ঐগী মোচা'মাগী মশা ফগৎনবা হোৎনবা অসি নত্তনা করি তৌরুখিনি । ঐগী তঙায়ফদবশিংদি হায়রিবশিংসিনি; মসিসু ওখাক লূম্লবনি ।

- খুরা ! ব্লামনগ্রে, চাকসি অমুক্তং নীংথিনা চাবীয়ু ।

- ব্লাবা নত্তে কিবনি, অকিবগী মশকনি । তুংগী মীরোলশিংনা হিংহৌগদবসে খল্লুবদা নীংঙমদবগী মৈরীনা কাথেকপগুম মৈশা ফাওরে ইশাদা - ঐনা ফনা কন্না হোৎনৈ অদুবু মশাগী অনাবা অমদি নীংঙমদবা ব্লাখন্না লাকহৎতুনা চাদ-থক্তবদগী মশাদা লায়না চেল্লকখি; ইকুই কুইদনা মচাশিংবু ইখুৎতা শিন্নরম্লগা তাইবংপাল থাদোকখি ।

'লম্মন খুম্বা' চোংথোরকখি মাঙদা শং শংনা ! খুৎলাই পায়বা, মীগী ঈ থকপা ঙম্বা মখোয়গা করম্না থেংনবা ? মখোয়গী মখুত্তা শিগদবগী শরুক্তি ইথন্ত চাদদুনা শিখিবনা শরুক চাম্ম হেন্না ফৈ, খল্লকখি । করিগীদমক লম্মন ! কনাদা করম্না কদায়দা কৈদৌঙে ! খম্থুরকই তপ্না, ঐনা লম্মন খুমদ্রবসু মখোয়

অদো শোয়দনা শিরগনি; ৱাখল অসে লাক্লে; ফাজিঞ্জে ইপূক্লিং ঐদি, ফাজিঞ্জরে ইদোম !

ঈ খেংগৎলক্লিবা, হৌগৎলক্লিবা ইচা অনীদুদি কদায়দা করি শোয়খিগদগে খন্না হোৎনজরম্বী মমানা লৈত্রবদা কনানা মপূক্লিং থেমজিনবীগনি । পূং কুনমরি শাউদুনতা লেল্লি । মমাগী খুৎশিদুদা পেন্দবনা মচীন-মনাও অনীদু করিগুম্বা মথৌ অমত্তদা মপূক্লিং চঙদে ।

ৱারী লীনা লীনা অহলদুগী মীৎলুদা পিরাংনা থনগৎলকই । ঐনা মরক থৎলুই ,

- খুরা কপকনু চাকসি চাবীখো ।

- কপ্লোই, ঐ কপ্লোই । ৱারীসে মখা তাখো, - নোংমদি,

- 'বাবা' ঐ থবক অমত্তং চৎলুখিগে, পংকুই কুইরক্লোই" হায়রল্লগা থোঙ্গাল্লোমদা থোকখিবদগী ঙসিফাওবা হল্লক্ত্রি । মরী মখোং খঙদে, থিফম খঙদে । মতমদুদা মহাক চাউবে মনাওনুপা মোচানা "ইমাগী লমন খুমগনি" হায়দুনা নীতিগী খুদুম শীংই হায়না তস্মী । ঐ তৌফম খঙখিদে, লাইরিক্তা ওন্সন্নবা হোৎনৈ য়াদে । থবক শুহন্দুনা য়েংই কান্নদে; হেন্নদুম মৈচাক কনখৎলক্লি । ইচাশিংগী মায়থোং য়েংবা ঙমদে । অচুম্বদি ঙসিসু পাস্মী - ঐহাকসু, মখোয় অনী য়াওরমদ্রবা, খঙলমদ্রবা, ঐগী পাঙ্গল থোক্লমগনি । অদুবু, ইচা অনীনা মরম ওইদুনা মখোয়গী খনবদা ঐগী থৌনা, মৈচাক পূম্বা মথৌ হল্লবা থাঙগুমলে । পাঙদ্রবা ঐসে মনি মতুম অনীসিগীদমক হিংলিবনিনে । মখোয়না মফম খঙদনা চৎত্রবদা ঐ হিংলুখিবগী করি কান্নখিনি ।

- খুরাগী ৱারী তাবদা ঐহাক করি তৌগদবনো খনফম খঙদরে ।

- ইচাশিং করম্না লৈরিগবা অমদি করি তৌদুনা লেল্লিগদগে খল্লুবদা খুরাগী পুন্সিসে কংশিল্লক্লবা মপাল মরা ফুক্কদৌরবা উপালগুল্লে ।

- অঙাং অহলগী ঈ-পাউ অমত্তসু ফংখিদবরা ?

- ফংখিদে, হল্লককবরা হল্লক্তে, থস্মোয়সে মৈরী থোক্লা চাক্লবগুমখি, ঙসিসু চাকলি । মমান্নবা কয়াদা হংলুখি, খঙদে উদেদা মহায়রকই । নোংমা অযুক অমদা কনানো মহাক্কী মরুপলা অমখক লাকখি । মোচাবু কৌথোক্লুনা ৱারী শাহনখি,

"নখোয় দদাদি মীরমদা লৈ; অতৈ পাউদি হায়রক্তে খরা লৈরকখিনি হায় লৈফমদি থারক্তে।"

মনাওনা, "কনাগা লৈরিবনো ? কয়াম কুইরগা হল্লক্কনি হায়বগে ? থুনা হল্লকলো হায়রকই তন্থীয়ু" হায়খি।

মোচাদু ময়াম্বা ঙাইজৈ, মতমদি হৌখি অসুম। পাক্লা হল্লক্কদবা মান্দ্রবদা লৈফম খঙখিদে ৱানা লেনখি। মমা লৈত্রবসু মচিন মনাও তান্নদুনা ঐগী চান-থক্লবা হোৎনদুনা লৈবনি। যূম শঙদুনা লৈবনি। অদুবু মথন্ত ঐনা থবক কাপ্লগা লৈহৌবদু অঙাওবগুমখি। ফনা কুইনা ময়াম্ববু ঙাইরম্বনি, লাইরিক্কী ৱাখল থাদোকপ্রে, তূম্বা চাবা চঙদনা লৈতাফম খঙদনা ওল্লাং ওঙ্গাওনা হঙ্গৎ-হন্দা চত্তুনা লেনখি। ঐগী অৱাবা নুংঙাইতবা উবদা মশাগী পেন্দবা কয়ানা নোংমদি যূমদা হল্লকখিদে। মমান্নবগীদা খরা, মনেগীদা খরা অসুম্না চাং নাইদনা পংলৈ লৈবা হৌরকখি। শেন খরা ফংনবা হোৎনবদা ঐগী ইমুং অপীকপদো অচৌবা দলান নিঙখায়রকপগুম মতোন্দগী কিম্থরক্তুনা যূমফম য়াওনা চেকখায়রকলে; ইচাদো নিনি হল্লক্তা নোংমা লাক, মঙানি হল্লক্তা অসুম অসুম থা অমা লাকখিদ্রে। ঐনা থি মফম খঙদে। ফাজিনবীনবা, যূমকোইবীনবা লৈত্রবা ইমুংদুদা নুমিৎ-থাগী মঙাল, হৈ-লৈগী মনম, ধুপ-থাউমৈ অমদি হূই হৌদোংগী খোঙ্গুলফাওবা তাখিদ্রে - ফক্লাংদা থেৎলিবা লাই, ইমুংদা য়ারিবা সনামহীগী খুভম, পাক্লবা শুমাংদা বৃন্দাগী খুভম পূম্নমক মমি শামপ্রে; লোয়ননা ঈশিং মনম নম্বা ফি মচেৎ অমত্তা ইমুংদুদা লৈখিদ্রে, কোল-লিক অমত্তা মশেক মঙাল নাইখিদ্রে; শুমাং মাঙ্গোল ইমুং য়েনখা-লুখা পূম্বা ৱাই তৈবগী মমিদি থম্মু থমখো, লৈক্রক মচা চৎলক্লে। য়েংহৈদ্রবা ইমুং ওইপ্রে। অসিরা ঐগী মোচা'মাগী মগুন !

মোচা নুপীমচা ওইরম্নবদি নোংম নীনীতসু খাঙহৈরমগদ্রা ! ঈংথনবগী মচল শুদ্রবা ইনখৎলকপগী মতাংদা মনিংথুংদ্রবা মরোমদোম পূক্লিং ফাখজবগী মহুত্তা থোঙ্গাল্লোমদা ইন্দুনা পুথোকচরকখি। ঐসু মতম খরা ইচাশিংগীদমক মাঙ্গোলদা হিপ্তুনা ফমদুনা মতম লেল্লম্মী। চাবা চাদবা লৈকায়গী মথৌ মঙম অমত্তদা খোইজঙবা ঙল্লমদে। লৌশিং পূম্বা মাঙখ্রবগুম মখোয়গী ৱাখন্দা খন্দুনা হঞ্জন হঞ্জন ইশাবু কোমহনখি। ঐগীদমক নোংমনা ইচে তোন্দোন্না,

নোংমনা ইতৈমনা, নোংমনা ঐগী মরুপ অমনা অসুম্না শিন্ন-শিন্ননা পীজনবা হোৎনবীরম্মী। অদুবু, তাইবংগী পুল্সিগী শরুক তঙ্খায় হেন্না থাদোকখ্রবনা শিবা ঙাইবগুম খল্লকখি। ইথা থাজদনা নোংমদি, ঐনা মাঙ্গোলদা হিপ্তুনা লৈরিঙৈদা মঙওই করিওই কনানো অমনা কৌরকখি নুংশিনা,

- ‘বাবা’
- কনানো মোচারা ?
- নত্তে, মমান্নবনি।
- মোচাদি ?
- ফাখ্রে,
- কনানা
- পুলিসনা
- করিগী কদায়দগী ?
- খঙদে বাবা

ঐহাক মৈনা চাক্লবা মীগুম মৈশা ফাওখি। অমুক্তসু হংই ঐনা নঙ কদায়দগী তারকপনো ?

- ঈ-পাউগী ওফিসতগীনি।

তৌবদি মহাক নাম্বোক্তুনা চেনখ্রে হায়, মহাক মীরোৎ নত্তে; মমা অমদি ময়াম্বা অনীগী মৈচাক্লনি। লালহৌবগী ব্রাখল নত্তে; কায়নবদগী ঙাওচৎনরকপনি। ঐ চমম্লে। মহাক ঐবু নুংশিদবা নত্তে; ময়ূম মরৈকাই নুংশিদবা নত্তে। অমদি মহাকপু শেরান্নবা মীৎয়েংদা উহনবা হায়বসি ঐত নত্তনা অব্রাবা নংলবা কনানসু খৈনা য়ানীংলোই। ঐ অঙাওবগুমলে। ঐগী লমথুং কৈদনো ঐ খঙদ্রে। ঐনা কনাগীদমক হিংলিবনো খঙবা ঙমদ্রে। ঐবু কনানসু উবীরম্লোই। ঐগুম্বা কয়া লম্বীগী চিদাইদা তাদুনা লৈরিবনি। ঐগী পুল্সিগী থাউমৈ মমশিল্লক্লি। থাউ লোইরবা দোশীনা লংগী মৈচাক্তগী হেন্না করিবু ঙানখিনি।

- খুরা চাক অসি লোইনা চজিক ওনখ্রেদো ? পাঙ্গল কন্নবা হায়রগা অরেম্বদা তারেদো।
- ইবেম্মা ব্রারৌনু, ইচাগী শেন, মতম অরেম্বদা মাঙহল্লে। তাখো ব্রারীসে,

ঐগী অরোইবা খোঙফম ফূক্লনবা, ইচে তোন্দোন্দা শিন্নরম্মী য়ূম-ইখ্খোল অমদি অরৈবা শেল খরা ।

ইচেদা মমা-মপা শক্লা করিগুম্বা ইচাশিং হল্লকপা থোকলবদি কোনশিনবীয়ু, নৌপ্পাদি চৎখ্রগে হায়খি ।

ইচেনা হায়রকখি নুংঙাইতনা,

- "কদায়দনো নঙবু ? করি মতৌনো নঙনা তৌরিসি" । হায়না হায়না ঐহাক থোঙ্গালদগী শরক্তা খোঙ থাঙদোরকখি । ইচে উপায় লৈতনা মাঙ্গোলদা লেপ্পুনা ঐবু য়েংদুনা লৈহৌই ।

*কেঐচ. আনন্দিনী*

*১/৫/০৪*

*******

# ইচা

মখোয় মচিন-মনাও তরুক্কি পোক্লিবা। নুপী ঙাক্তনি হেল্লোই তরেৎ হায়বদু য়ৌগদবা অমখক্তা ঙায়রবনি য়ৌবদি য়ৌবজাৎনি অদুবু মরাইবক থীবা হায়গদরা ফবা হায়গদরা তরেৎশুবীদু হেক পোকপগা লৈখিদ্রে। মপানা হায় মচানুপা পাম্মী, মচানুপা পাম্মী, মচানুপা পাম্বনা অসুক য়ামখিবনি। অদুগা করিগুম্বা মতমদসু মাগী নুপীদা হায় 'ইচা নুপাসু পোকপা ঙমদবা নঙবু কৈদৌনদোইনো নপাম চৎচগ্রো।' মদুগী পাউখুম ওইনা মাগী নুপীসু খুম্মী 'নচানুপা পোকপা ঙম্বা নুপী অমত্তা পুশিল্লকউদনা।'

নঙ কপ্লোইদরা ?

ঐনা কপ্পরা নঙনা কপ্পরা মদুদি হয়েং থোক্লগা খঙবা তারেদনা।

ইহান হানবা মচাদু পোকপা মতমদদি মপাসি য়াম্না হরাওখি নুপা-নুপীগী ব্রা লৈখিদে। অনীশুবা পোকপা ফাওবা মচিন থোকলমদে। অহুম শুবদদি হংলকই 'নুপারা ?' মরিশ্তিবদদি তকশি শোল্লকই 'ঐবু শাগে মুৎপা তারবরা।' মঙা শুরকপদদি মখোল থোক্লা কপখি। তরুক শুরকপদদি লাপ্পা লৈখি। তরেৎশুবীদু পোকপদদি মমাগী মশা য়াম্না ফত্রে মদুমক্লা মতুংদা অমুক পোক্তনবা ওপরেসন তৌগ্রে।

কপ্পা কিবদগীরা, নোকপা পামদবগীরা খঙদে মপানা নুপীঅমা পুশিল্লকপদি তৌখিদ্রে। অদুবু মমানা ওপরেসন হেক তৌখিবদগীদি মপাদু হান্না লৈরম্বা ব্রাখলদগী ইমান মান্নদবগুম তৌই। ব্রাঙাং-শঙাং ইহোং হোংগ্রে। মচা নুপাগী আশাদা তাউরম্বা ঙাইরম্বদু পুমলোই লোইশিনগ্রে। ফমেন্দা ফম্লগা তৎতনা শোল্লি 'ইচা অসুক য়াম্না পোকপবু ইতুং ইনবিহৌনবা হেক লৈতেদা, ঐসিদি ইরাইবক্তি থীগ্রবোইদকো।' ব্রাফমসিদ নত্তে মফম মতম নাইদনা মচিন্দা হেক্তা থোকলকই 'হয়েং ইচাশিংনা লোইনা লুহোংগ্রবা,

নমাগা ঐগনা শিথ্রবা মতমদা মফম অসিদি হাঙহৌবা তারেদো । মচানুপী থাদক্কীদুনা হংই

'পাপা কৈদৌবগী হাঙগদৌরিবনো ?'

'ইবেম্মা নখোয়সে হয়েং মীগী ময়ুমদা লোইনা চংখিগদৌরিবনিনে ।'

'পাপা ঐদি চংলোই'

'অদু ওইরবসু ইপাগী শাগৈদি মুংলনি ।'

'মুংলোই ঐ লৈরিবসিদি ।'

'য়ারোই, ইপাগী ইবেম্মা থাজমানবী য়ারোই ।'

'য়ানি, য়ানি ।'

হায়রম্লগা চহি নিপালতা শুরিবী মচানুপীদু হৌদুনা চেনখ্রে ।

নোংমা নোংমনা কুমওন ওনখি । মচানুপী অহল লুহোংখ্রে, মথং য়াইমসু হোংখ্রে । অহুমশুবী অদুদসু নত্তনা ইতোন তোনবী অদুসু মখোঙনা থোংনা চেনখিদুনা লুহোংখ্রে । মচিন-মনাও মঙামক লোইনমক লুহোংদুনা নুপা ময়ুমদা চংখ্রবনি ।হৌজিক হোংদ্রিবা হায়ববু মচানুপী মঙাশুবী অসিতা ঙাইরবনি । চহীদি ফনা হাইগংলক্লবনি। সরকারগী চাকরি অমসু তৌরবনি মশাদা অরাংপা হায়বদু লৈত্রে রাংলিবা হায়ববু বড়তা মঙাইরে ময়াম্না হায়নবা রাফমনি, হায়ন-শিংনবসু কোঙ্গায়নি অদুবু লুহোংদনা হেক্তা তোক্লখি । মাগা নহা ওইরিঙৈদগী নুংশিনৈ হায়বা ককরাদগী খাগেম্বগী অহল লমনসু কয়ারক হন্না মখোয়গী মাঙ্গোল অসিদা লাকখ্রবনি মদুসু হেক্তা মখা চংথনদে । মনুংদা করি লৈনবনো খঙদে, মরোল লোনবা মীওইবগী পুক্লীংনি । করিনো মানা পাম্লিবসিবো হোংলরোইদরা হংলবসু হোংগনি মহায়, মসিদনি নুপাময়ুম নুপীময়ুম অনীমক্লা জ্ঞান তাদ্রিবসি ।

খাগেম্বগী মমা মপানা মচানুপাদা তংতনা হংই 'ইবুংঙো নঙগা মমাঙৈঙেদগী খঙনরকপনিসু হায় কুঠি-নুংথিসু পক্লুরে অদুগা লুহোংলমদাইদা য়াদ্রিবসিবু করিগীনো ?'

খাগেম্বনা পম্বুদনা হায়রকই 'ইমা চংলুরনু ।'

পাখঙ লৈশাবী অনীমক ঙল্লিগৈ মতমদগী নুংশিনরক্লবা শাংলবা মতম অসি খৌরাংননা ঙাইনরম্বা, উন্নরম্বদগী অসুম অসুম উনরক্তবা হেল্লকই অমনা অমগী মরা মপাওত্তা চেন্নরম্বা, ঙাইনরম্বা পুম্নমক অমত্তা তৌনখিদ্রে। তুমিন তুমিন লৈনবতদা মতম কয়া হৌখ্রে । পাখঙ লৈশাবী ওইবগী দেদ ইয়ার লৈতে হায়বগী মতাগুম অনীদু মনীং তম্মী । খাগেম্বগী ইমুংদদি খৎন- চৈনবা ফাওবা থোক্লবনি । মাগীদমক লেপ্পীরকত্রবা নুপী অদু খল্লুরনু মসিনি খাগেম্বগী মথক্তা নল্লিবা । মসি ফাওবদা নিংঙোল পাখঙ অনীমক তুমিন তুমিন লৈনৈ অমসু অমসু রা অমত্তা হায়নরক্তে, পাউ চেন্নরক্তে । উননবগী মতম শেমনদে । লৈশাবী পাখঙ অনীমকসি তানবা ফংদবা মতমবু য়াম্না লায়না হৌহনবগুম তৌরি । অদুবু নোংমদি ইথা থাজদনা খাগেম্বনা মী থারক্লুনা থাজমানবীবু অমুক্তা উন্নসি হায়রকই । তাং তরেৎকী অয়ুক্কী পুং ১১.০০ নরসিং হোটেলগী মমাংদা ।

নুমিত্তুনি, নরসিং হোটেল মমাংমক্তদা খাগেম্বনা হান্ননা য়ৌরক্লুনা থাজমানবীবু ঙাইদুনা লৈরে । থাজমানবীনা, মহাকপু উই, ইনখৎলকপগী মতম লোইখিদুনা লেম্বা লোয়নরক্লবা মিৎ খাংলক্লবা ওম্ভোক্লা ফজখ্রবা শকফমনি । সুট-তাই তৌদুনা লেমলম্বা নত্তে, কেবরা কেদবরা ফুরিৎতুদি ভ্রৌই । মশমদু কেয়রফুল দি কেয়রলেস হায়বদুগী মতানি । চুরুট অমা থকপনা ওম্ভোক্লা হি-মেন ওইজখ্রে । থাজমানবী চঙশিল্লক্লুনা অনীদু নরসিং হোটেলগী মমাংমক্তদা উন্নররে ।

'পুঙসে খরদি হেল্লেনে ।'

'চাবিদি লৈখৎতেকো ?'

'লাকও অম্বাই ফাওবদং চৎলুসি ।'

অসি হায়রগা মনাক্তা লৈরম্বা কার অদুগী থোঙদু খাগেম্বনা হাংদোকই ।

'কনাগী কারনো ?'

'ঐগীনি ।'

'অস ! ঐখোয় অনীসি য়াম্না লাপ্পরবা জাৎনি কার লৈবকা তাদ্রেনে ।'

থাজমানবীনা মমাংগী সিত্তা ফমদুনা মখোয় অনী অৱাংলোমদা থৌদরকই । খাগেম্বনা নৌহৌননা অমুক

'ঐখোয় অনীমুক লাপ্লবসিবু কদায়দা লৈরমগদগে ?'

'করম হায়না ?'

'নুংশিনরগা লুহোংবা ঙমদবসিবু মসিদগী হেন্না লাপ্লবসিবু করি অমুক লৈরিবগে ?'

গাড়ীদু থৌরি । মখোয় অনী তুমিন তুমিন ঙাইহাক লৈনৈ । গাড়ীদু খরা তপথরক্লগা খাগেম্বনা তপ্লা

'থাজমানবী লুহোংনবগীদমক পুম্নমক শেম শাবা লোইশ্লবনি ঐঙোন্দগী 'হোই' হায়বা ৱাহৈ অসিগীদমক নুমিৎ লেপতবদা মঙাইরে । ঐসু মসিমতংদি নঙগীদমক ঙসি ফাওবা হায়দ্রি । থাজমানবী, জ্ঞান তারো হৌখিবদি হৌগ্রে হৌজিক মতম লৈত্রবনি ।'

'নহাক্কী ৱাখলদি হান্নদগী করিসু হোংদে ।'

'হোংবা হোংদবা নত্তেনে মদুবু ওইবা য়াবরনে, চৎনবী নিয়ম কানুন হায়বা অমা লৈবনি ।'

'চৎনবী অদুনি ঐনা নোক্লিংলিবসে, কানুন অদুনি ঐনা য়ানিংদ্রিবসে । নিয়ম কানুন হায়বসিবু মীনা শেম্বা নত্রা, মসিবু অমেন্দ তৌবা হায়বসিসু ঐখোয় মীগী মথৌনি ।'

'করিনো অমেন্দ তৌগদৌরিবসিবো, ঐ নখোয়দা লৈগে হায়রেদনা মসি ফাওবা নঙ করিসু খন্দে ।'

'ঐহাক করিসু মখা তানিংঙাই লৈতে নহাক্কী ৱাখলনা হান্নগুম লেঙদ্রবদি লুহোংগনি লাঙলিবদু হোঙবিরো ।'

'খঙ্ৰৌ থাজমানবী ঙসি উন্নবা অসিনা অরোইবা ওইহনগুমসি, নঙ তুংদা নীংঙমলকওই ।'

গাড়ীদু থৌবমখৈ থৌরুরগা হান্নগী হান্না লৈখায় তাবা ঙমদনা অনীদু হল্লক্লে ময়ুম ময়ুমদা চঙনখ্রে । অহলথংদা লৈশাবী পাখঙ অনীদু য়াম্না নুংঙাইনদনা কায়নখ্রে । খাগেম্বদা পুক্নিংবু য়াম্না লুনা থোকলকই অদুগা থাজমানবীদনা য়াম্না লায়বা মাল্লকই ।

মতম কয়া চুপ্পা তুমিন্না লৈনরুরবা মতুংদা নোংমা অমুক থাজমানবীনা খাগেম্ববু অমুক্তা উন্নসি হায়দুনা মী থারকই । নোংঙানবগা উন্নে । খাগেম্বনা চীংলেম্না হংলকই 'থাজমানবী, ঐখোয় অনীবু লুহোংবা য়ারবা নত্রা ?'

থাজমানবী তুমিন লৈ । খাগেম্বনা নুংশিনা 'নঙগী ব্রাখলসিবু ইহোংমক হোংদ্রিবরনে ?'

মদুদসু থাজমানবী করিসু খুমদ্রে । খাগেম্বনা লেপ্তনা চৎথরকই ।

'অদুগা করিগীনো ঐবু অমুক কৌরক্লিবসিনা ?'

'নঙগা উন্নবসি য়াদ্রবরা ?'

'উন্নরগা করিবু কান্নরিবগে ?'

'কান্নবা ঙাক্তগীসু খনগনু পুক্সি হায়বসে ওইজ-ওইথক্কীদমক্তা শেমলকপা নত্তে।পুন্সিদি চাংয়েংনি । নুপী হায়বা জাতিসিনা নুপাশিংদা খুদোংচাবা য়াম্না পীবনি । ঙম্নমক নত্রবসু খরতনি হনবা ঙম্বসু চোংথোরকউনা, অদুওইরবদি ঐখোয় মীওইবা হায়বসে কয়াদা মপুং ফারমগদবা ।'

'থাজমানবী মদু ওইবা য়ারোই লাই হাক্তক্তগী চৎনরক্লবনি ।'

'লাইশিং অদুসু মী ঙাক্তনি অদুননি মখোয়না শেম্লম্বদা অশোয়বা য়াওরিবসি । ঙসিদি ঐখোয় মীনি লাইশিংগী অশোয়বা শেমদোরক্লিবা মীনি ।'

'নঙগীসিদি লাই ফাওবা শিংনরক্কদৌরিনা ।'

'নখোয়না ঐবু য়াম্না তৌবা ঙশ্বী তাহনগদৌরে । ঐহাক ঙম্বা নত্তে তৌবা য়াবা য়েংবনি । মসিদা নহাক্না সপোর্ট তৌবিদ্রে । ঐহাক করিসু হায়জবা ঙমদে । নুংশিবসু লৈতে অশেম্বনি, ইশাগী ওইজনবগীদমক থম্বনি। চৎনবী সমাজনা হেন্না লুই ।'

'থাজমানবী নঙগী অথোংপা থম্মোই, নঙগী নুংশিবা, নঙসিবু ঐগী অমত্তা ঙাইরবী থাজমানবী অদুনিকো । করিনুংগী নুংশিরুবা মায়থীবা ফংনবা ওইরমলে ।'

অসি হায়রগা খাগেম্বদু মথল্লাই নুংঙাইতনা লৈ ।

'মায়থীবা নত্তে মায়পাকপনি খল্লু । নুপী পূম্নমক নখোয়গী ঈদা তিঞ্জদুনা নতুং ইনজরি । ঐগী ইচিন-ইনাও মঙামকসু চৎনবী অসি ঙাক্লুনা লৈবনি । মদু ঐ করিসু হায়জদে অদুবু ঐগী ইপানা মবুকথোক্কী মচা অসুক য়াম্না পোক্লগা মচানুপীগী অশোনবনা শিবা ফাওবা খুয়া তুশিৎলোইদৌরি ।'

'ঐ নখোয়দা য়াওং ইল্লগে হায়রেদনা ।'

'তোক্লসি, তূমদবা মী হৌদোকপা লুই হায়বদুনি । নঙ লুহোংগনি হায়বদো হোংদ্রবদি কৈদৌরে, হোংলম্লবদি ঐগা ঙসি উন্নরিবসে উন্নরমদ্রবসু য়াবনি। ঐনা ঙসি কৌজরিবসিসু নঙ ঐতগী ওইবা শাংলবা চহি ১৮গী ৱারীনা ঙমহনবনি অদুবু ঐনা ঙসি অরোইবা ওইনা হায়নিংবদি ঐহাক অঙাং অমা য়োক্কে খল্লে, অঙাংসি ফংদুনা হয়েং মমা অমা হায়বদুগী শক্তম লৌরবা মতুংদা লুহোংবগী ৱাদি অমুক হন্না হৌদোকপিবক্লনুকো মসিমতং হায়জগে নীংবনি ।'

'থাজ নঙগী ৱাসিদি ঐবু য়াম্না ৱাহল্লে । কাল্লে ফুনি কাল্লে ফুনিগী কনদিসন অমদা থমলে । অসুম্না তৌগদবা লৈরবদি ঐ আমেরিকাদগী হল্লকলমলোইদবনি অমেরিকান সিটিজেন্ট ওন্দুনা অদুমক লৈজরমগদবনি ।'

'ক্ষরে, ঐহাক ৱাফমসিমতং খঙহন্নীংদুনা তৌবনি । লুহোংলোইদবা লৈরবদি ঐখোয় অনী পূনবগী কান্নদে মীগী মমীৎ নানবনি কায়নরসি ।'

'হোই মদুনা চুমগদবা মাল্লি ।'

পাখঙ লৈশাবী অনীদু অরোইবা মতাগুম কায়নখ্রে । কায়নরমদাই মিকুপ্তা অনীমক পি হৌই থম্মোই শোকনৈ, ঙসিনা লোইরে খন্নে । থাজমানবী মপি চেম্থরকই, রুমান্না তৈথোকই । খাগেম্বদদি পাখঙগী কল্লবা শিংলি নাওরিদগী মপান থোকলকপদি ঙমখিদ্রে।

মতম কয়া কুইনা ৱারেপ লৌবা ঙমদনা লাকপা, অহিং নুংথিল নাইদনা ৱাহং পাউখুমতা তৌরিঙৈদা কুমওন মশীঙ হেঙ্গৎলকপা, অদুগা করিগুম্বা মতমদসু মদোম তরক তাশিঞ্জদুনা লোইথ্রসিরা খলম্বা, ঙসিদি থেংলবা অহিং অমগী মমৈদা খাগেম্বা ৱারেপ লৌরে। ২৬৪৯দা ফোন তৌরকই ।

'হল্লো' ।

'তূমদ্রিবরা ?'

করিসু খুমদে ।

নক্করমলবদি অইংবা অহিং অসিদা পাউখোন অমা হায়রমগদবনি ।'

'করিনো হায়রিদুবো ?'

'চা অহাওবা অমত্তা লোল্লকউ হায়গে তৌবনি । থাজমানবী ঐহাক ব্রারেপ লৌরে । হয়েং নখোয়দা অহল-লমন লাক্কনি ।'

হন্দকসু থাজমানবী তুমিন লৈ করিসু হায়রক্তে ঙাইহাক লৈরগদি কপ্পগী মখোল থোকলকই ।

'হাইমা থাজমানবী করিনো থেংলবা অহিং অসিদা ঐবু অমুক অদু তান্না লাকপা তারিবরা, সে তোক্লো ...... তোক্লোমী ।'

লুহোংবদু ময়ামগী হোংনরিবা অদুগা করিমত্তা খেন্নবা নত্তে চপ মান্নে বজাই বেঙ্গুন খোংদুনা বড় লাকই তৌবতবু মনুংদদি পুমওন ওন্নবা হায়দু তৌরে । বড় ওইরিবা মহাক্কী শোনবা খোৎপা পূন্নমক নুপী ময়ুমগী থাজমানবীগী শাগৈদা তিনদ্রে । অদুগা বড়না অমুক ময়ুম হনবসু তৌখিদ্রে । লুহোংবদু য়াম্না চাওনা হোংই । নুপা ময়ুমগী মী নুপী ময়ুমগী মী পূন্নমক চা-থকই, মথেলনা লৌখৎপা ঙমখিদ্রে হায়নৈ ।

লুহোংবগী কা ওইগদৌরিবদু মথক্তা লৈ । ওহোক্লা চাওনা ফজনা লৈতেংখ্রে । মতম কয়াগী মমাংদগী বড়গীদমক শেম্বা মাল্লি । নুমিদাং থেংলক্লে থাজমানবীনা চঙলকপদা খাগেম্বা চুরুট অমা থক্লদুনা থোংনাও ময়াদা চৌক্রিদা ফমদুনা লৈরম্মী । মেগাজিন অমা ফাকতোক-ফাকচিন তৌদুনা মতমবু তাইনরম্বা মাল্লি। থাজমানবীনা চঙখিবদা মমিৎতু ব্রারৌরপ য়েংলক্লগা হংলকই ।

'ঐগী ফমুংবু করম্বনো ?'

থাজমানবী তপ্না চঙলক্লগা মাগী মনাক্তা লেপ্লম্মী, কুম্থরক্তুনা মপুরোইবগী খোঙুপ্তু অমমমতা ওইনা লৌথোক্লম্মী অদুগা

'নওদি ঐগী ঈশ্বরনি ঐনা কনাবু নীংগদৌরিবনো, ঈশ্বরনা তৌদবা থবক ফাওবা নওনা ঐগী তৌবিরে, নওদি অথোইবনি পূম্নমক্তগী অথোইবনি, অশেংবা ঈশ্বরনি ।'

অসি হায়রগা খাগেম্বগী মথোঙ অদুবু মরাইবক শোক্লা খুরমলম্মী । মদুম্না তৌরক্কনি হায়বদি খাগেম্বা শুকথা থাজরুদে । তপ্না মাবু মখুৎ অনী চঙনা কোনখৎলম্মী । মমায় অদু পিনা পূমথূম থূমলমলে খজাই অনীদা পাথরকই । খাগেম্বা মদুবু কুইনা য়েংদুনা লৈবা ঙমদ্রে । মথবাক্তা তপ্না কোনশিনবিরগা মপিদু তৈথোকপীরম্মী ।

*খুন্দ্রাকপম ওংবী সত্যবতী*

*<u>খুন্দ্রাকপম ওংবী সত্যবতী দেবী (১৯৫৩) :</u> সগোলবন্দ মৈনো লৈরক, ইম্ফালদা লৈ । উপন্যাস, ৱারীমচা অমদি রেডিও দ্রামানচিংবা ই । ফোঙলবা লাইরিকশিংদি ১) মল্লবা ডায়রি, ২) শকখণ্ডদবী, ৩) পোক্লফম ।*

*******

# ক্লাক ক্লাক করি ক্লাকনো

ঐনা য়াম্না পামজখিবা অমদি নঙনা ফংহনখিদ্রবনি । মতম কয়া চঙনা পুক্লিং অসে চপ য়ুংনা নীংখিবা অশা অমদি নঙনা মাংহনখ্রবনি । ঐ নঙবু য়াম্না ব্রারৌখিবনি, ব্রারৌখি মতুং ইনবা ঙমখিদবগী তৌবনি -

অদুবুনে হা চেক্লা, - নশক্লা নমিং কৌজবা ঐ হৌজিকসু নঙবু খল্লি, নঙবু নীংশিংদুনতা লৈরি নঙবু ঙাইরি ।

ঐনা য়াম্না কন্না হোৎনদুনা লৈজখিবনি মখোয় অহুমবু । মখোয়বু ফংননবা হোৎনবদা থা কয়ানি তূম্ফম চাফম খঙখিদবা, মদুগীদমক ঐহাক মতম কয়ানি ফুস্বংনখিবা । অহিং মীকপ থোকপদা মখোয়গী ব্রাখলতনা তূমথবা ঙমখিদে । য়াওশঙ মতম ওইরকপনা ঐনা ঐগী অপাম্বদু ফংজনবগী অচৌবা তাঞ্জা অমদি ফংখি । ইমাদা হংখি 'য়াওশঙ কয়াম ব্রাৎলিবগে ?' ইমানা হায় 'খিত্ত ঙাইরে' । খরা লৈরগা অমুক হংই 'ইমা য়াওশঙ কয়াম ব্রাৎলিবগে ? 'খিত্ত ঙাইরে ।'

'ইমা খিত্ত হায়ববু কয়াম কুইননো ?'

ইমানা 'তরানি হেন্না ব্রাৎলিদা পানখৎলকপদা ঙাইরি ।'

নোংহেক ঙানবগা হংই 'ইমা কয়ানিদা ঙাইরে ?' ইমানা খুমলকই 'মাপন্নী ব্রাৎলি ।'

অয়ুক চৌবী চাদুনা স্কুল চৎলুরবনি, তোম্বীখোয়, মেম্মখোয় দিপককসু য়াম্না কুইনা শান্নরুরবনি । ইমাগা চাকলেনসু চাখ্রবনি । নুংথিলগী চরাসু ব্রানখ্রে, নুমিদাংগী চাবা লোয়রগা চাক মরিরক চাদুনা তূম্নগে হায়দুনা ফমুংদা চঙলমদাইদা ইমাদা হংই 'ইমা য়াওশঙ নুমিৎ কয়ানিদা ঙাইরে ?

'নুমিৎ মাপন্নী ।'

অসুক য়াম্না লোইখ্রবসিবু করিগীনো শুকলেং লেংদ্রিবসিবো । নোং হেক ঙানবগা ফমুংদগী হংই ইমানা নিপান্নি ব্রাৎলি হায়রকই । ও! অমখক্তমক ৭, ৬, ৫ য়াম্না ব্রাৎলি ।

য়াওশঙ ওইরে । মৈ থাবা নুমিৎতু ঐহাক নাকথেংবা চৎলি, পীরকপসু য়াওই পীরক্তবসু য়াওই অদুবু ঐ নীংহন্নখিদে, ফনা থেংলবা ফাওবা যুম অমদগী যুম অমদা ঐ শেল নিবা কোইচৎ চৎলি । যুম অমদা চঙদুনা হায়রুই 'নাকথেং লাকই পৈশা পীয়ু ।' ইমুং মনুংদগী অহল অমনা লাউরকই 'অসুক থেংলবকানসিদা নমাগী পৈশা তোল্লিবরা হে।' ঐ শ্বাই লাউই দারিদগী চোংথৈ। ইপাগী মাঙদকা অসুম্না চৈবা ওইরম্লবদি ঐ অদুম তুস্মে । ঐ মখা চৎথরুদ্রে যুমদা অদুমক হলক্লে ।

মাঙ্গোলদা ইমানা ঐবু ঙাইদুনা লৈরম্মী । ইমাগী মশক উবদা নুপীদুনা চৈরকপদু খঙনিং নীংশিংলকই, ইরাল লৈবগুম পুক্লিংদা ফাওই । ঐ ইমাবু য়াম্না নুংশি । ইমানা করিমত্তা তৌদনা য়াম্না নুংশিনা লাকও লাকও হায়দুনা ঐবু কোন্দুনা পুশিনবিরম্মী । ঐ কপনিংলকই হনুবীদুগী খুৎচৈদু।

নোংঙাল্লগা ঐনা হৌগৎলকপদা নুমিৎ ফনা থেংলমলে ময়াম পূম্নমক লাঙনরমলে । ঐখোয় মাঙ্গোলদা অঙাংনা পীক থল্লমলে । ঐ পন্থদ্রে হৌদুনা অদুমক চেল্লে ঙরাং চৎখিদবা মায়কৈদা।

ঙরাংগা ঙসিগা পুন্না লুপা অহুমদি শুরে । তশেংবদি লুপা অহুমগা আনা শুগদবনি অরোইবগী লৈশাবীদুনা বোচাউগা ঐগদা পুন্না সিকি অমা পীরকপনি অদুবু বোচাউনা মাঙোন্দা য়াওবা পৈশা মরিদুতমক ঐঙোন্দা পীরক্লগা লেমহৌবা অনা পৈশামরিদু মানা লোইনা ওইখি হায়রুরগা যুমদুগী মপাদু মখোয়দা য়াম্না তোইনা লাকই হায় । ঐ থোইনা মখা তারুদ্রে, লুপা অহুমবু শুরবদি য়ারে অমমমদা লুপা লুপানি অহুমবু ফংলবদি ওক্লে ।

নুংথিলদুমক্তুদা ঐ নাওবীখোয়দা চৎলগা কৈথেলদগী ঙানুমচা অহুমখক্তা লৈমিন্নরুসি হায়রুই । নাওবীনা হৌজিক্তি অমত্তা য়োল্লমলোই হয়েং য়াওশঙ লোইরগা লৈরুসি মাগীসু লৈগনি হায়রকই । ঐদি ঙসিমক লৈবা পামবনি অদুবু উপায় লৈতে, অতোপ্পা মী অমা হৌরুবসু ঙমদ্রে মরমদি নাওবীগা লৈমিন্নবা পাম্মী । মাদি ঙানুমচা লৈবা য়াম্না হৈ নহানমুক মাগী মাপলখক

লৈরুবদা মাপলমক হিংই, খরা লৈরগা মরুম কোকপা অদুম হৌরে। নাওবীনা ঙানু মরুম তল হৌরগা হৌবদগী মকোক্তগী ঐবু কোইচেল চেলহন্দুনা মাইরেল মনাগাদু ঐবু হেকহন্দুনা হৌবা লোইরগনা খজিক্তং পীরকপা,ঐ হায়বদি ঙমদে মরমদি নাওবীসে হায়বদা কয়া য়াগন্দে। সিদগীদি ঐগীসু লৈরগনি অদুগা মরুম কোকচরবদি নুমিৎ খুদিংগী অমমম হৌদুনা চাগনি অমনা তুংশিনগনি অমদি কোকলোই লাবনি।

য়াওশঙসিতবু খৌরাংনা ঙাইজরম্বা মসিতবু খন্দুনতা লৈরম্বা ব্রাখল পুন্নমক হৌজিক অমুক অমত্তা লৈখিদ্রে; লোইহন্নীংবনা ইশাসি মরেংমরেং চৎলি, শ্বর ফুল্লি। অতোপ্পা মীওইগা লৈনবা ব্রাখলগী মরিকা ওইরম্লবদি ঐবু ওম্ভোকপা মখলগী মিংথোল ফংলম্বসু য়াই পুকচেল থুনা হোংমল্লি হায়দুনা। অদুবু ঐহাক মীপাইরুদ্রে ইথস্তনিনা নীংতমজরে। লাকপা ঙাইবগী ব্রাখিবদগীদি লোইবা ঙাইবনা খরদি হেন্না ব্রারে। নুমিৎ কয়ানি মতুং কোয়ইন ইন্নরবা মতুংদা নোংমা নাওবীগা ঐগা কৈথেল চৎতুনা ঙানু মচা অহুমখক লৈমিন্নরুরে। জয়পুরদা ফীগাও শানা য়োমদুনা মখোয় অহুমবু পুরকই। য়ুম হেক য়ৌবগা ঐনা মখোয়বু শুমাংদা থাদোকপি, কয়াদা নুংশিব্রবনো ঐগী ঙানুমচাশিংসে মমিংদুম থোনবিগে খরা চাউবসিনা অরাংবী চৌবী, অরাংবীমচা অদুগা অমসিনা হব্রাইমান।

খরনি হৌখি, ঐগী থম্মোই অসে মখোয় অহুম্না পীক থনপ্রে। অহাংবা মচেৎ অমত্তা লৈখিদ্রে মতমসু মখোয় অহুম্না লোইনা লৌশিনপ্রে। ঐহাক শান্নবগা চৎত্রে মখোয়গী মনাক্তা লৈবদা। ঐগী চাক শরুক্তগী মখোয়গী খাকলিবনি।

ঐনা অয়ুক্কী মখোয়বু শেনবীরগা ইমুংদগী চাক থাবিনবা লৌরুরগা থোকলকপদা শুমাং মতোন্দা মখোয়না লৈবদো কদোমদগীনো খঙহৌদে ক্বাক অমনা ফৎ পাইথরক্লুনা ঙানু মচা অমা লুশমদা লাক্লুনা পুখি। ঐ চেনথোকলকই লাওদুনা তান্নখি অদুবু মিকুপ্তা মশক উখিদ্রে। ঐ কপনিংই হৌনা তেংথাদুনা কপনিংই মরোল থোকলক্তবগী ব্রানি; পিসু হৌই চেম্ভরকতবদনি। অহাংবা মালংদা ঐ মাবু য়েংদুনা লৈহৌই। কয়াদা লাকচব্রবা, নহানসু অমা চেনব্রবনি ঙসিনা অমুক ইমাংমকসিদা পুখিবা, হৌজিক্তি অমখক্তা ঙায়রে।

নঙ, নঙ, ক্লাক নঙনে ঐনা ফাবা ঙমদবগী তৌবনি ফংলমলবদি খুৎ অনীসিনা নতুশিংদু লোইনা ফোইদৎকদবনি অদুগা মনিং লৈকাইগী ক্লাকচাবা বুদ্ধিখোযদা পীথোকলমগদবনি, নবমচৎতুর্ননিনহে মীনা নঙবু থীনা থীনা চৈবিবিবসে ক্লাকমু ক্লাকমু অথীবী নুংশা শায খোঙগনু তানিংদে। নঙ ঐনা হাযবিবোই হাযনা হায়দবনি নঙনা তোংলম্বদা পোলাংখোক্লী ফি কযা অমুক হন্না তুমলিবনি ইমানা। নঙমুক ফত্তবসে লৈতবজাৎনি। ঙসিনা অমুক ঐগী থম্মোই অসে মকুপ মকুপ থুগাইবিবে, অবাংবী নুংশিগ্রবীদো নঙনা হন হন্দুনা চাবমগদবদো খল্লুবদা ঐসে লৈঙমদ্রে।

অদুবুনে অমু! ঙসিদিনে ঐ নঙোন্দা হাযবি, ঐ নঙোন্দা হাযবিবর্সিনি, ইথম্মোই অসে হাংদোক্লুনা উৎলি মখাক অমুক লৈহৌদ্রবনি। অমুক্তা যেংলখোনে শাওদুনা নমায লৈখিনু, কযা অমা হোংখ্রে কযা অমা লোইখ্রে কয়া অমসু হৌবক্লি। যেংঙু বাঙ্গলাদেশকী লান লোইখবে ইমাসু লৈখিদবে। ঐ নঙবু নীংশিংলি কাওবা ঙম্লোই। নঙদি ওমোর্বান হাযবদাই লাকখো, পাইবখো, নবমদম অসিদা চাকতাবখো, যেংনর্খিসি নশক ইশক। মমাংদা লানখিবা নঙসু থব্রায পানবা জিবনি ঐসু জিবনি ঙাকউ, মলোম অমুক থম্লবগুমসি জিব মশেল ঙাক্লদনা কবম্লা হিংগদৌবিবনো নঙ ঐগী সংসাবসিদা। চহি মতাং অসিদা নশুংলাংগীদমক জিব অমুক লোইবদি তৌববোই অদুবুনে মুবী, লাকনিংবা লাকখো চানিংবা চাবখো, থাবর্বনি পুম্নমক ননিং তমজববো লাও। নঙদি তাইবঙ শেম্নগী দুর্তান, মীওইবগী অন্না-অনা নঙনা মাঙজৌননা খঙদুনা হান্না পাউজেল পীর্বানি। নঙনবু লাঙলবদি মীওইবগী লৌশিং হাপ্লনি। অদুগনে অবাংবা, নঙমুক চাবা ফজবসিবু কনাগা চাংদর্মনিংঙাই লৈবগে; নচিঞ্জাক অমতং উবদা নবোই ননাও কৌবনি তর্মবিবমখোনে তাইবঙ মীওইবদা। নোংঙালমদাই নঙনা লানবাও শিনদুনা তাইবঙবু হৌদোকপিবদাই কনাদা শিন্নবম্মী? অমুবা নঙনা লাকত্রবদা চবোই তেতুসু খোংলখিদবে লাকখোনে শিনাইদবা। নমান্নবা কযা লৈহৌবি মফমখুদিং চাকতাহৌবি চাদা-নাওদা তমহৌবি। হে ওমোবি, চৎখিনু পাইখিনু পেলহনবা ঙমলোই মখোয়গী মশক্লা নঙগী নশকপু কাওথোক্লুনা, খেন্নবা লৈ থম্মোইসিদা নঙগা মখোযগা শক-চু অনীমক্তা। ঐহাক ইচা-ইশু ব্রাবক্কে অহন লমন্দা হায়জগে শামান্নবসু তান্নগে দি দি তি,

এলদ্রিন পায়দনবা নঙগী নফম শোক্তনবা,লাওনে নঙ ঐ কাযনরগা করি ওইজবা লৈবগে । ঐনা মতম খরা পুং খরতমক নঙবু ৱারৌদুনা চৈখিবদুনা অসুক খোইখা-লিনখা থাবদি হেনমল্লি চেক্লাচা ! নঙনা লৈত্রবদি নমান্নবশিংসু লাক্লরোই চোংঙারাবা, ককয়েন, ঙানুথংগোং মখোয়সু শমায় লৈগে হায়রনি লাক্লোগবা নহাকপু । ঐহাক ৱারৌখিদ্রবনি অশেংবনি থাজৌ হৌজিক নঙনা লাকতবগী ৱারৌবতা মঙাইরে । লাকখো, চাকতারখো, হিংমিন্নখিসি মীহৌরোলগী লমদম অসিদা হে খুমন কুচুবু ঙমজবা ।

*খুন্দ্রাকপম ওংবী সত্যবতী*

*******

# ফুরিৎ ফুরিৎ

বিষ্ণুপুর ডিষ্ট্রিক্কী মনুংচন্না লৈবা নাচৌ হায়স্কুলগী লম্পাকনি । স্কুলগী হাফ থাবা মতমনি । নুপামচা নুপীমচা কয়ানা মখেল লাংনা শান্নরি চেনবা,চোংবা ফমিন্নদুনা ৱারী শান্নবা, কয়ানা পোৎফম ফম্বীদগী অচাপোৎ লৈদুনা চারি । পুংকক চাউবী নুপীমচা খরদি স্কুলগী উখোংদা ঙাদুনা মখা থাবা কয়ানা শান্নরিবদু য়েংলি । করিগুম্বা মতমদসু শান্নরিবা কাংবুনা চুম্মি-লাল্লি খৎনরকপদা মখোয়না অচুম-অরাল ৱায়েল পী ।

"কাং কাং কাং" স্কুলগী চৌকিদাবনা মালগাড়ীগী স্পোক্তগী শেম্বা যোংকী য়াল্লিবা অকোয়বদুদা য়ৈরকপগী মখোল তাবদা মহৈরোই পুম্নমক শান্নরম্বা তোক্তুনা মাগী মাগী ক্লাস তম্নরকই । অচৌবসু ঙসাইমখৈ নুংশা মরক্তা চেন্দুনা শান্নরুবদগী মমায় মমিৎ পুমঙাং ঙাংবমখৈ ক্লাসতা চঙলকই । কন্না চেন্দুনা শান্নরুবগী নুংশাশ্বর চাউরি । চিরাইদগী হ্মাং মরি মৰি চেম্বৰি । ক্লাস থ্রিগী কাদুদা চঙলক্তুনা মাগী ফমফম বেঞ্চদুদা হেক ফমথবদা খঙনিং নীংশিংলকই ওজা বোরাচাউবা । থংনবা মমান্নবদা হংই 'তোনজু হৌজিক করি থোকই ?'

'মণিপুরী ।'

অচৌবা খল্লি সোয়দ্রে ওজা বোরাচাউবা লাক্লনি । শান্নবগী ৱারুবা শৌরম্বা হ্মাং মথন্ত হঞ্জিনখিবগুম তৌই পুংইং ইংথখি । অচৌবা খঙশোন শোম্বুখি । তোনজুদা য়েংলক্লগা হায়রকই

'ভাই ঐ ছুটি লৌখ্রগে ।'

'কৈদৌরগে ভাই ?'

'ঐ ইশা ঙমদ্রে । ওজা হেডমাষ্টরদা নঙ অমুক্তা হায়বিরুচো ঐ ইশা য়াম ঙমদ্রে ছুটি লৌরগে হায়না ।'

'ভাই নঙ হৌজিক্তা অদুক য়াম্না কল্লগা ...... ।'

তোনজুনা হায়রকপা তাবদা অচৌবা ঙাইহাক তুমিন লৈ অদুবু পন্থুবা ঙমলক্কে অমুক হায়রকই

'চৎলো ভাই, ওজা বোরাচাউবা লাকপনা হাল্লনি ।'

'ঐখোয় অনী চৎলগা হায়মিন্নরুসি লাকও।'

'ঐ চৎলোই ।'

'কৈদৌরগে ভাই ?'

'ঐ ওফিস চঙবা তল্লি । নহানসু ঈশিং থকপা চৎপদা ওজাশিংনা ঐগী ফুরিৎসে কুদাম মখুনসু চান্নদ্রে, ওজা মেনকানা ঐগী ফুরিৎসে, করি মচুনো হায়রগা ময়াম ব্রা নোকই । নঙ খরা হায়বিরুচো ঐ চঙবা তল্লি ।'

ফুরিৎকী ব্রা পল্লকপদা তোনজুসু নীংশিংলকই নহান ওজা বোরাজাউবনা মখুবাক্তা চৈ মঙা ফুখিবনি । মদুগী ফুরিৎতু অমুক হন্না লিংলক্লবদি চৈ তরা ফুগনি হায়খি । অচৌবা কপখিবনি । মহাক লৈথবা ঙমদ্রে ।

'ভাই নঙনা হায়বিদ্রবদি ঐ ছুটি হুরানখ্রগে' হায়দুনা চেনগে তৌই । তোনজুনা 'ঙাইখো ভাই, ছুটি হুরাল্লবদি ওজা হেড মাষ্টরনা অমুক হেন্না ফুরনি । ঐ হায়রুরগে অদো করি হায়না হায়যুগে ?'

'ভাই নঙনা হায়নিংবা অমা হেক্তা হায়রুরো ।'

তোনজু হেডমাষ্টরগী মনাক্তা ছুটিগী হায়বা চৎখি । মহাক্না চৎখিবগা লোয়ননা অচৌবা মাগী ফমফমদগী থোরক্লে, ক্লাসকী থোঙ মনাক্কুদা লেপতুনা তোনজুবু ঙাইদুনা লৈ । মখোঙ নামদি ক্লাসতগী থোরক্লবনি । মমিৎতু তথক তথক শাদানবগী মাংদা লৈরবা শানা চেনগদবগী খোঙফম য়েংবগুম মিৎনহা মচা অদুনা তোনজুগী মহুত্তা ওজা বোরাচাউবা ওইনা ফাওদোরক্কদরা হায়না পাখৎপা, অকিবা, তুজুংবা শুনা তিল্লবা মিৎয়েংনা য়েংদুনা লেপ্লি । অঙৌবা মচুদগী শুবদসু ঙৌখৎত্রবা উফুল মচু তাবক্লবা মদুগী মথক্তা অচা-অথক, হৈতুপ-হৈরা চাবগী মপাক মপাক চুদুনা লৈরিবা কুদাম তৎলবা মাংদুগী মচিদুনা মমায়গী হুমাং তৈথোকখিবগী মমিনা, নুরানা লৈমায়দা হকথেংননা তক্লরুবগী মমিগুম তারবা ফুরিৎ অদুনা মাগী মশাদা থোংলিবা অচৌবনি । ফুরিৎতুগী

মথক্তা মচু মান্নদ্রবা লংনা শাংনা ফোৎতুনা তাইরবা মপুক হাপ্পবা লাইরিক খাওদুনা ঙকশমদগী নাকনদা খাওন ওন্থদুনা য়াল্লি। ছুটি লৌবা মরুপ্তু ঙাইবদা চহি তরা মপুং ফাদ্রিবা মায়থোং ওইরবসু বর্জনা শোক্লবা শ্রীযুৎ গরিবনিৱাজগী সনামাইথোংদগী হেন্না শোকচিল্লমগদবা মাল্লি । ওজা বোরাচাউবা লাকত্রিঙৈদা চেনখ্রসিরা খল্লি। মিহুন চেঙ্গুম-চেঙ্গানরিঙৈদা তোনজু লাক্লে। মহাক লাকপা উবদা অচৌবদি অদুমক থোরক্লে । তোনজুনা হায়

'ভাই য়ারবনি । ঐনা নঙ নশা ঙমদ্রে নখোয় ইমানসু ছুটি লৌরকউ হায় হায়দুনা অনীমক হায়বদা অদুম য়ারক্লে ।'

হায়রিবসি অচৌবদি স্কুলগী লম্পাক লানখ্রে তোনজুনা হায়দুনা লৈহৌবনি ।

অচৌবা ময়ুম য়ৌরকই থোঙ্গাল হেক লানশিনখিবদা হান্না ৱারম্বা ৱাখল পূম্নমক লোইশিনখিদুনা নোংঙানবদগী করি অমত্তা তারকত্রিবা পুক্কী অরাম্না, ফাওরকই। শুমাংদগী চেনশিলক্লুনা কৌবকই 'ইমা চাক লোইরবরা ?'

নোংঙানবদগী মমাসু পাৎতা চৎলুবনি হলক্লগা স্কুল চৎখিবা মচাবু পীজনবগীদমক চাক থোংলম্বনি । মচাবু উবদা হংলকই 'নঙ হলক্লবরা, হৌজিকপো কয়াম থেঙখ্রবগেনে ?'

মমা মচা অনীমক অমনা অমগী হংনবগী পাউখুম অমত্তা পীনদে । মাগী মাগী ৱাখলতমক ফোংদোক্লে । মমানা চাক থোংলম্বা উবদা অচৌবা মপুক্লিংদা নুংঙাইবা ফাওই । চাকখুম্মাংদুদা লেপ্তুনা কদায় য়ৌরবগে হায়বগী ৱাখলদা য়েংদুনা লৈ । নৌহৌননা অমুক হংলকই ।

'ইমা ঐগী ফুরিৎ করি নুমিৎতা লৈগদৌরিবনো ?'

মমা, মচানা হায়রিবদু তাবরা তাদবরা খঙদে চরু মৈ য়াংদুনা থোংলিবা চাক্তু লোইনবা কন্না হোৎনরি ।

মথংগী নুমিৎনি, অচৌবগী মমা য়েনখাদগী ইন হঙ্গেল পুথোরক্লুনা ইমুংদগী তুঙ্গোল লৌথোক্লুরগা পুনশিন্দুনা পুননবা কন্না হোৎনরি । মনঙ্গন্দনা চহি ফাদ্রিবা অঙাংদু পোরী । মচেৎ মচেৎ কিস্থরবা দারী মথক্তুদা বোরা অমগী মথক্তা অচৌবা ফমলি, পাবা পাদবদি খঙদে মমাংদা লাইরিক ফাকতোক্লুনা লৈরি । মমাদা হায়রকই

'ইমা ঐগী ফুরিৎ ঙসি লৈরুসিকো।'

মমা তায় অদুবু পাউখুম পীরক্তে, হঙ্গেন্দু নাম্থোকপা মপা অমদা কন্না পুন্নবা হোৎনরি। মচানুপানা মখা তারকই

'ওজানা মসিগী ফুরিৎসি লিংলগা স্কুল কারকনু হায়, ফুসু য়াম্না ফুই। ইমা ঐ স্কুল কারোইকো, ঙসি লৈরুসি।'

মমা চৎখ্রে। অচৌবা অমুকসু লাওহৌই

'ইমা ঙসি ঐগী ফুরিৎ লৈরুসিকো।'

মমানা চৎখিবা য়েংদুনা লৈহৌই। দারি মথক্তুদা অদুমক ফমদুনা লৈরি। লাইরিক পাবসু তৌদে তুমিন্না ফম্লি, ফনা কুইনা ফমদুনা লৈ অদুদগী করি খল্লুরবনো খঙদে মানা লিংলম্বা ফুরিৎতু লৌথোক্তুনা থম্মি অদুগা ইমুংদা চেনশিনখি শাবন থিবৈ, কোয়থি থি মফম খুদিং য়েংই, কাঙ্খ-লুখা, য়েনখা-লুখা পুম্নমক থুংলে, চেংহি চফুদু ফাওবা থাঙ্গৎলুরে। ফিসু শাবনবু ওইরবসু হকচাং শাবনবু ওইববসু মচেৎ অমত্তা ফংদ্রে। মপান থোবক্তুনা বোরা মথক্তুগী ফুরিৎতু লৌখৎলগা ঙাইহাক লেপ্তুনা লৈ অদুদগী পুখ্রিরোমদা চৎখ্রে অদুগা ঈশিংদা চুপ চুপ লুপ্তুনা শুদোক্লে। ফুরিৎতু ফৌবম্লগা লেংজুম শুপলপ, পাম্বোম নৌবা, শাদোন য়াংলপ শ্বর চিংখৎপা মানবা শাবান্দো চোং চোংদুনা মনিং তেকথোক্তুনা খুললোমদা শান্নবা চেনখ্রে।

নুমিৎনা কোক্তোন্দগী লৈথরক্লবা মতমদা অচৌবা ময়ুম চঙলকই। মমা হলকলমদ্রি। ইমুং চঙদুনা অমুক অনীরকসু কৌরুরে। মপান্দা থোরক্তুনা মমাবু ঙাই। ঙসাই অয়ুক্তগী থাবা বোরাদু লেঙদনা লৈরি। মবুক হাপ্লবা খাও অদুসু মফম হোংদনা লৈ। অচৌবা তপ্না চঙলক্তুনা খাওদু ইমুংদা পুশিল্লে, বোরাদুসু লৌখৎলে দারি মচিন্দুদা লেপ্তুনা মমাবু ঙাইদুনা লৈখ্রে।

ফনা কুইনা লৈরবা মতুংদা মমা মহৌশাগুম হল্লকই ইন হঙ্গেন য়াওই, তুঙ্গোল য়াল্লি। মখুৎ য়েৎনা খাও অমসু পায় মদু ঙসিগী চরানি। অচৌবা মমাবু হেক উবদা চেনথোরক্তুনা ওক্লে মমিৎতু মমাদা য়েংখৎলদুনা হায়রকই

'ইমা চাক চাদ্রিদৌঙদা ফুরিৎ হান্না লৈরুরসিরা?'

মখা তারকই।

'ফুরিৎতু ঐনা শুদোক্লবনি ।'

মমানা

'সে অমুক্তা পায়য়ুসে ।'

খাওদু পী ।

মমানা চাক থোংগদবগী হোৎনবদু উবদা অচৌবনা 'ইমা ফুরিৎ লৈবা চৎলরোইদরা ?'

'ইবুংঙো পৈশা শুদ্রিনে, ঙসি নিনি-হুমনি লৈরগা লৈশি ।'

মমানা মচাবু য়েংলগা মখা শমথরকই

'ইচাগী ফুরিৎ লৈগনিদা, শুকসোই সোইদনা লৈগনি ইমাগা পুন্না খ্বাইরবন্দ কৈথেলদা চৎমিন্নরগা নঙনা অপাম্বা খনগদৌবিবনি ।'

ফুরিৎ লৈরোই খল্লুবদা মথৱাই নুংঙাইরমদবদু মানা অপাম্বা খনগনি নীংলুবদা খরমখৈ শাফৈ অদুগা খ্বাইববন্দ কৈথেল পল্লকপদা নুংঙাইবা ফাওই

খ্বাইরবন্দ কৈথেল - মমানা নোংমা পুবিখিবনি । বস তোংদুনা চংলি । অচৌবা কাউদ্রি । পেৎ পেৎ লাওরবা ফমফম, ফজরবা থোংনাও, লম্পাক্রুম ঈশৈ থোংই, অঙাং অহল, নুপা নুপী মীয়াম অমা পুন্না চৎমিন্নৈ । পিংপোং বসকী অহানবা হোর্ন খোংলকপদা মখোল তাবদা কয়াদা নুংঙাইখিবা, খোংলিবা ঈশৈদগী মদুনা হেন্না নুংঙাইখি । মখোঙ অনীদু মখা শোকপা ঙমদনা ফমলম্বদু মখাদা চোংথৈ । ড্রাইভরগী মনাক্তা চঙশিল্লগা হায়কই অমুক্তা খোংঙো অমুক্তা খোংঙো । মহাক্তা খল্লি ঐনা গাড়ী থৌরবদি মকোক্তগী লোইবা ফাওবা খোংদুনা থৌগনি । কৈশাম্পাৎ জঙ্কশনদা বস খামলে । পাক্লবা শরক, মীনা মরি মরি, রিক্সো, সাইকল,গাড়ী কয়ানা খুরক হাংদে । লমলোং মরি ফাংবগী ময়ায়দা লেপ্তুনা সাইন তৌরিবা নুপাদুনা মখুৎ মশা হায়দুনা লম্বী তাক্লি। অচৌবা মমাগী ফিজি পায়দুনা পাকখ্রবা থোংদু লাল্লি, ঙাইহাক খ্বাইরবন্দ কৈথেলগী ব্রাখলদা লুপ্তুনা লৈ । মহাক কাওদ্রি মপুক্লীংদা খল্লি শামু লৈহৌবদু হন্দক্তি য়াম্না মুন্না য়েংলক্কে, খল্লিঙৈদা মমানা হায়রকই

'নঙবো ঙসি স্কুল কাদ্রবরা ?'

'ইমা ওজানা য়াম্না ফুই, ফুরিৎ অহনবা লৈরগা কারগে ।'

হঙ্গিন হঙ্গিন তারবনি ওজানা ফুই ওজানা ফুই । লাইরিক হৈজদ্রবী নুপীদু লাইরিক হৈবা ওজাশিংবু ব্রারৌজৈ থম্মোই শোক্লা চৈ 'মপাদৌবই ফুরিবনি হায়বরা মখোয়গী মথৌদি লাইরিক তম্বীবনি ফুরিৎ পান্নবা নত্তে হায়য়ু ।'

ঙসি নুমিদাং অসি অচৌবা হায়নিংঙাই লৈতনা নুংঙাই মরমদি মাগী ফুরিৎ হয়েং লৈরুগনি । মমাগা মাগা চৎকনি অঙাংসু পুগনি । বস তোংগনি । হয়েংগী খল্লুবদা নুমিদাংদু শারবা কালেন মৈশানা লৈক্রক চৎহল্লবী মালেম লৈমায়বু বরিশাগী নোংনা মাঙহনখিবগুম অচৌবগী থম্মোই অব্রাবা কোকই তপ্লা তপ্লা মমিৎ উইশিনখরে ।

নোংঙাল্লগা মমা মচা চাক চারগা বস তোংদুনা খ্বাইরবন্দ কৈথেল হাইগৎলকই । হাকুমগুম কুমশিদি অচৌবা হোর্ন মখোলদা অদুক য়াম্না পুক্লিং চঙলুদ্রে । মমাগী মনাক্তা ইরেন্না ফমদুনা লৈ । গাড়ী খামলে কৈশামপাৎ জঙ্কসন য়ৌরে মী পূম্নমক কূমথনরে । মমা মচাসু কূমথরে ।

'ইমা কদোমদা চৎকনি ?'

'ইবুংঙো মোরে দুকানলোমদা চৎশি' অসি হায়দুনা পাউনা বাজারলোমদা লাক্লে ।

'ইমা ফুরিৎ য়াম্না য়াম্দুনা লৈরে ।'

মমা মচা দুকান অমদা চঙলে । ফুরিৎ অঙৌবা অমত্তা লৈগে হায়দুনা পুথোকহল্লে, অমা খন্দুনা অচৌবদা লিৎশিনহন্দুনা য়েংলে চপ চায়, খুদাং চোনবিনি মখুৎতু খুদাং চোনবনরা করিনো ফলপ থাদৈ । মমানা মচানুপাবু য়েংজৈ তপলপ্লা হায়রকই

'অদু অদুম লিৎলগেরা ।'

'হুম, চেরংদা হাল্লগা পুখিসি ।'

মমানা দুকান্দারদুগা মমল ঙাংনদুনা পৈশা পীথোক পীশিন তৌদুনা লৈ । অচৌবা ফুরিৎ য়োম্বা চেরংদু মখুৎ অনী চঙনা মথবাক্তা কোন্দুনা থম্মী । মমাবু ব্রা অমা হায়গে হায়বগী ঈঙ্গিৎ পী । মমানা নোম্হ্রক্নুনা করিনো হংই । অচৌবনা মমাগী মনাকোং ময়াদা লোন্না

'অবোকখোয়দা চাক্লৌবা চৎপদা মসিগী ফুরিৎসি লিৎকেকো ।'

মমা মচা দুকান্দগী থোরক্লে সিড়িদা কুমথরক্লুনা ঙাইহাক লেপ্লী, খাব্রাং য়েংই, কদোমদা চৎশিগে খনবগী মওং মাল্লি । অচৌবনা হায়রকই

'ইমা ননাওগীসু অমা লৈবিসিরা ?'

'মাগীদি কোন্না লৈশিদা ।'

মমা মচা ব্রারী শায় ।

নুংথিলগী পুং অমা-অনীগী মনুংনি । মফম খুদিংমক মীনা কৃক কৃক ইন্নে । মমা মচাসু পাউনা বাজারদগী মমায় অব্রাং ওন্দুনা থাঙ্গাল বজার তন্না লাকই । ব্রান ব্রে ট্রাফিক লৈ । ইঞ্জিন পানবা গাড়ী খুদিংমক অব্রাং পাংনা থৌবিয়ু মখারোমদগী থৌজিনবিরক্নু, স্কুটরশিং মনিংগী মায়কৈদা টু হুইল্লর পার্কিং থাবা মপাদা থম্বিয়ু কারগীনা ফোর হুইল্লর মপাদা থাবিয়ু হায়বনিচিংবা লাউর লাউরদুনা ট্রাফিক্কী জিপতু ব্রান ব্রে মায়োক্লনা থাঙ্গাল বজাররোমদগী পাউনা বাজাররোমদা মমায় মখা ওন্দুনা থৌজিল্লক্লি । শো-কেস মনুংদা ব্রাং চাউরবা নুপা অমনা মখুৎ তিংথোক্লুনা লেপ্লিবদু অচৌবা য়েংদুনা লৈরম্বনি । পাখঙদুনা লিৎলিবা ফুরিৎতু মহাক্কীগুম লংনা ফজে । মাইক মখোল তাবদা অচৌবা য়েংথোরকই, লাউরিবা মাইক্তু ময়ামগা মান্নদে ইতোপ তোপ্লী । মখোয়গী লম্পাক্তা হেক হেক খোংবদুগা মশক মচু খেন্নে, ঙাইহাক য়েংদুনা লৈ । লৈথোরকপদা মমা লৈরমদ্রে, অকোয়বদু য়েংই, উদে পাখৎনা মমায় অব্রাং ওন্দুনা চেনখৎলকই মমাবু থিরকই । করম্বা কালগী করম্বা তাঞ্জানো ট্রাফিক্কী জিবতুগা মাগা মায়োক্লরে । অচৌবা লৈমায়থক্তা হায়থখরে খঙহৌদে লৈরম্বা মীয়াম চেনশিন্নখি । অরাঙবা মখোল তাবদুদা অচৌবগী মমাসু মমায় লৈথোরকই । মচানা শরক মথক্তা হিপলিবদু উবদা 'ইমাগী ইবুংঙো' হায়না চেনশিল্লকই মচাবু কোনখৎলি। ঙাইহাক্তংগী মনুংদা মফমদু মীনা পল্লোন তরেৎ কোয় । মনাক নকপা অঙাংদুবু উহৌবা মীওইশিংনা লাওরকই অঙাংদু সাইডতি চুম্মি, সাইডতি চুম্মি । পীক্লিবা অঙাংদুগী মতৌ উবদা লৈরমলিবা মীপুম খুদিংমক্কী থম্মোইদা নুংঙাইতবা ফাওই । মশাদু ঈ চেম্থরক্লে । মমানা মচাবু হন্না হন্না কৌই মনঙ্গন্দনা অপীকপনা তূমলি । মীয়াম মরক্তুগী হায়নরকই 'হোস্পিতালদা পুরো হোস্পিটালদা পুরো ।' অচৌবা য়াম্না তপ্না হায়রকই

'ইমা ঐগী ফুরিৎতি ?'

মমা লৈদুনা য়েংই শরক মথক্তা মচাগী ফুরিৎনা তাদুনা লৈরিবদু উই, হৌগৎতুনা লৌশিল্লী মচাগী মথবাক্তা থম্মি । অচৌবা তুমিন লৈ । পিরাংনা থুব্বাৎলবা মমিৎ অনীদু য়েংখৎলদুনা মমানা অকোয়বদুদা লাওরকই' 'নখোয় কনানো অমত্তদি ইচাগী ফিবম অসে ময়েক শেংঙুবা' মশা ককথৎপীরবা উচেক্লুম মথানুংদা মচাবু কোল্লগা মমা হৌগৎলকই । মপাদা লৈরম্বা হোটেলগী শো-কেস মনুংদা অথুম্বগী নাপল তৌদুনা লৈরিবা লদুগী পেরামিটনা মখোয়বু য়েংবগুম তৌরি । মপাদু লানথোরকই ।

*খুন্দ্রাকপম ওংবী সত্যবতী*

*******

# হয়েংনা করি তন্নমগবা

**A.I.R.** *দা পাথোকখ্রবা ৱারীমচা ।*

ঐবু পোৎলোই শেৎচিনবিরে। ঐ ভাব অমত্তা তাদে । তশেংনা মঙনি । ঐনা সঙ্কির্ত্তন ময়ায় তন্না চঙলকখি । ঐ খোঙ থাংই হায়বা ফাওবা খঙজদে । ঐগী খুৎ পায়দুনা ঐবু পংকোইদা কোইবী, লৈ চাইথহল্লি ।

লুহোংবা লোইরে । খোমদোনবীখোয়গী পাবনা ঐঙোন্দা হন্না হন্না নানবীরগা হায়রকই, - ইচাগী আউনপোৎতি ইপানা খোমদোনবীগী লাঙইবা পুন্বা ওইরগদবনি । ঐখোয়গী ইমাবুসু হন্না হন্না খুরুমই, ইচে নংনা শিবদগী কল্লে হায়দুনা ।

লুহোংবা লোইরে । ইমা থাদোক্লমগনি খনবদা ঐ কপ্লে, কপ্তুবসু ঙমদে । ঐগী তুরেন্দো লাপ্না হুন্দোক্লম্বা তারে । শনবী অমুবী তামহৌবা তারে । হয়েং লৈঙোই লৌবা লাক্কনি হায়হৌবদু, ঐবু পোঙই হায়খ্রনিদো ।

ঐ কার তোংলে । মফম মরাং অমত্তা খঙদে । ঐনা চৎলিবসে আ ইম্ফালদনি, নিপা ময়ুমদা । বাঝায়, বেঙ্গুল খোংলে ঐ নিপা ময়ুমদা চৎপা হৌরে । উচান পাম্বীগী উমং, চীংগোন মথং মথং লাম্থোক্লে, ঐগী পিনা জর জর শিন্থুরকই ।

ঐনে খোঙহামপাৎকি লৈরেনতোম্বী হায়বীদো । করিগুম্বা ইনাক কৈরাক খুনবা ইমুং বিল্ডিং অৱাংবা শাবা নত্রগা চেক্কি বিল্ডিং শাবীগে খননবীরবদি ঐগী ইমিং তারমদ্রবসু শোয়দনা তারক্লনি । লৈঙোই লৌবা লাকপশিংনা হায়নৈ - লৈরেনতোম্বীনা নীকপা লৈঙোইদি ওম্থোক্লা ফজখ্রে, হেক কোৎপগা চেক অদুম চনবা য়াই । ঐসু হরাওজে থম্মোয়দা ।

ঐনা খরা ঙন্নকপদগী ঙসি ফাওবা খোঙহামপাৎকি তুরেল মপান্দা লৈঙোই নীকপী অমা ওইনা লৈরক্লে । তুরেন্না ঈশিং চাওরক্লবদি থম্মোয়দা মিপাইজৈ হয়েং লৈঙোই নীকপা ঙন্নরোইদ্রা হায়দুনা । ইমা অহল ওইরে অদুনা য়ুম শঙনহল্লে, পাবদি ঐনা খঙলকপদা লৈরমদ্রে ।

শজিবু লাক্লে অদুদগী কালেন, ইঙা ইঙেন মথং মথং অমুকসু শজিবু ঐগী ইথৌদি লৈঙোই নীকপা । অদোমবু পোৎশঙবমগী হঙ্গাম য়েলাগী মহাও খঙবীদ্রাও ? পোৎশঙবম য়েলা হায়দুনা কৈথেলদা য়োনবদো ঐখোয়গী ইঙ্খোলদগীসু য়াম্না য়াওবনি । লাইবক ফরবদি ময়াম্না লৈবীরকপা য়েলাদো ঐনা হেকখিবদু ওইরম্বসু য়াই । অদুদগী ঐখোয়গী ফাইরেন থাসিদি য়োংচাক্তি শেল য়াম্না শাথ্রপোৎনি । হিয়াঙ্গৈ, পোইনু লৌখাওবা ঐবু খুৎনেক নেকপা য়াম্না লাকই । খঙদে ঐনবু য়ৈরবদি অহল লমনশিংনা মচু তাই হেক্তা হায়রকই । ইম্ফাল হায়বদো ভাড়া শিকিহুমতনি হায় অমুক্তবু য়ৌরুববু ঙমদেনে ।

পাখং অনিখক লাকই, ইকপু ইকাইজৈ । খঙহৌদনা হায়রকই - শমনগা শাংবনে ওস্থোক্লা ফজখ্রে সত্য শক ফজবা হায়বসে য়েংদবা ঙমদেকো । খঙদে, অসিগুম্বা ব্রাসি তারগা ঐগী থম্মোয়সে হরাওদবা হেক্তা ঙমদবা । অদুবু ঐগী ইথৌদি কায়বা য়াদে, ঐ লৈঙোই নীক্তুনা লৈ । পাখং অমনা অমুক হায়রকই - ইম্ফালদা লৈরুরসি । পূক্লিংসি মিপাইবা অমবু পোক্লকই, য়াদি য়ানীংই । অদুবু ঙাইহাক লৈরগা অদুম চৎখ্রে খঙদেদা ঐনবু ইম্ফালদা করমহায়না লৈদৌরিবনো ।

গাড়ীগী ড্রাইভরশিংসিনা ঐঙোন্দগী লৈঙোই হাপকেদা হায় । ঐদি নীকপা ঙমসু ঙমদনা ঐনা অঙম্বা খরা নীক্লিবসু মুন্নে ।

মনিশঙখোয় খুদোপ ফজবা শিরদুনা ফি ফজবা শেৎলদুনা সাইকল মনীংদা ইম্ফাল চৎখিবদো ঐসু চৎনীংই ।

লৈঙোই অসুম নীকপদা সনা খুদোপ অমা ফংখি । মসিবু মপু থিসিরা কনাগী ওইরমগবা ঐবু হুরানবনিকা হায়রক্কদ্রা ? ইমাদা পিশিনখ্রে মপূ লাক্লগা পীখিনবা ।

মীনা ঐবু লৈশাবী ফারে, শক ফজবা হেনগৎলে, মণ্ডাল তারে পঙহায়দা হায় অদুবু ঐনা লৈশাবী ফাবা করম হায়না তৌই তাকউ হায়বা সুকয়া য়াদে। ঐবু চাক খরা য়াম্না চাও, চাউগদবা ব্রাৎলি হায়।

থবক শূরুরগা হল্লকপদা ইমানা চাক লোইদুনা হেক্তা লৈরমই। ইঞাং ওহোক্লা হাওখ্রে য়েন্দেমনে, কারোননে, ঙা অয়াইবা খরা থাক্লগা মোরোক খরা শারপ্লা থোংবদুদি সে করি অমুক হংলুগদগে ?

ঐখোয়গী তুরেলগা ঐগা য়াম্না নুংশিনৈ। তনবু তল্লি ইঙাও ঙাওশিন্নরদুনা ফনেক পুরকপদো ঐ উদ্রিঙৈদা হেক্তা পুদুনা চেল্লম্বা। ঐনা তান্নবসিদি অদুদগীদি মাসু ব্রা ইতীংলিবদুদা য়ান্দুনা হেক্তা থল্লমই। লাইরেন মাল্লদুনা থেক্কোই থেক্কোই ঐনা কুমথরগা লৈঙোই কোৎপদা ঐগী খোঙ ময়াদা করিবু হায়রিবনো চ্রোক চ্রোক উরু রু খোঙসিদা উরু উরু লৈদুনা শান্নে। শাওরমালে হায়দুনা লৈরাইদা কাখৎলবদি হেক্তা ফখি। মরক মরক্তা ঐনা ঐখোয়গী ইংখোলদা শাৎপা লৈহাও অদো হেক হেক চিল্লি মঙোন্দসু অমমম হেক পী।

নোংমা খন্বা থোইবীগী ব্রারী তাইয়ে অদুদা ঐসু লোক্তাক য়েংনীংবনা খাঙবা ঙমদে। ইমানা হায়রিবা ঐখোয়গী তুরেন অসি লোক্তাক্তা তাই হায় অদুদগী ঐনা চেনা শাবা হি অমা তাওথহনখিবনি শোযদনা লোক্তাক্তা তারম্লনি।

লাপ্লা পুন্দুনা লৈরিবা শজিক চারিবসে ঐখোয়গী শনবী অমুবীদুনি। নুংথিল ওইরবদি হম-পো হায়দুনা হেক্তা খোংলকই অদুদগীদি ঐসু শম্বল্লে পাম্বী মরক অদু ফাওদুনা মাবু তুরেন্দা পুথদুনা ঈশিং পিথকই।

ঐখোয়গী ইমান্নবা ময়াম লুহোংনখ্রে। মখোয়গী লুহোংবদা ইমাগা লোয়নদুনা হেক হেক চৎলি। করিগীনো খঙদে দোলাই তোংলমদাইবু য়ৌরবদি হেক্তা কপ্পা। খঙদে দোলাই তোংবসিবু য়াম্না নুংঙাই হায়নবদাইনে।

ঙসিদি খোমদোনবী লুহোংবনি হায়। লৈঙোই কিলা কুম্থ্রা পীদবা য়াদে হায়রমই। থবক্লগা চিনবনে, ফিরোলনগা নাতে চাদবনে চৎপা ঙম্লোইদৌরিয়ে। মাগী নিপা বর অদু আ ইম্ফালদগীনি হায়য়ে। হাইস্কুলগী

ওজানি হায় । য়াম্না ফরে, ঐনা হয়েং ইস্ফালদকা চৎলবদি খোমদোনবীখোয়গীদা চঙবা য়ারেদনা । ঐখোয় মখারোমগী অবোকখোয় ইমহালখোয়সু লৈঙোই নীকপা হেক হেক থোরকপনি অদুবু ঙসিদি লুহোংবা চৎকনি হায়দুনা অমত্তা থোরক্তে ।

বর লাকপ্রে হায়নৈ । ফরে, হোরেন য়েংহৌবা হায়বদুনি । মতম অসিদা তুরেল মপান্দুদা বরগী কোয়েৎ য়েৎপা অমা ফৈজোম তাখৎলদুনা ঐগী ইনাক্তুদা কন্না চেল্লকই । ঐ উবদগী অমুক্কা হেন্না য়াংনা চেনখ্রে । ঐ লৈঙোই নীকপা অমুক হৌরে ।

ঙাইহাক লৈরগা মী খরা অমুক তান্নরকই । ঐঙোন্দা বর কদোমদা চেনখি খঙহৌব্রা হংলকই । মানা চেনখিবা মাইকৈদা খুৎ থিন্দুনা ঐসু ফজনা তাকখি ।

মী তরামুক চেল্লক্তুনা ঐঙোন্দা শোর থবেৎ থবেৎ হোনবখৈ হংলকই - 'কন্যা চেনখিবা উহৌব্রা ?' মী অনি অহুম অমদি হেক উবদা হাৎকনি ফাওবা হায়নরক্লে ।

ঐ কিবনা লোইরে । পোৎ চৈ লোইশিল্লে থুনা ইমাগী মনাক্তা চেল্লে । ইমানসু থবকশূবা চৎলুরনু ঙসিদি ইরাঙ লাঙলে হায়দুনা ঐ ফিরোল হোংদোক্তুনা পোথাগে তৌই ।

ঙাইহাক লৈরগা ঙসাইগী তুরেল মপান্দা ঐবু কন্যা চেনখিবা উহৌব্রা বর চেনখিবা উহৌব্রা হংখিবা ময়ামদো ঐখোয়দা লোইনা হুপচিল্লক্লে ।

হুজিক্তা থোকখিবা থৌদোক অদু নিংশিংলুবদা বর কন্যা মাঙখিবা ঐঙোন্দা তাইনরক্কদৌরমাল্লে হায়দুনা ঐ কাংখদা চঙলে । ঐ না থাঙ্গৎতুনা তারমই ।

ইমা মপান্দা লংচাক চাক্তুনা লৈ । অহল অমনা ইমাদা হায়বদু তায় ইতৈমা ঐখোয় ময়াম লাকচরিবসিবু করিবু হায়না হায়শিগে খঙজদ্রেনে ।

ইমানা খুমই - করি তাকপিগদবনো হেক্তা হায়বীয়ুনে ইবুংঙো । অহল অদুনা হায়রকই - ফরে, হেক্তা হায়জরগে ইতৈমসু তাবীবম্লগনি লুহোংবগী কন্যা চেনখ্রে । হৌজিক লুহোংবা অসে কায়রবা হায়বদুনি ।

অদুদা ঐখোয়গী নিপামচাদি শিরনিবু হায়রে । চেনখিবদগী ময়াম চণ্ডদুনা তান্নদুনা ফারে । ঐগীদি মথন্তনি পোকচবা শিখি নাখিবসু থোকহন্নিংদে । অদুদা ঐনা ইতৈমদা অমুক্তা খুরুমজগে ঐখোয়বু মায় ঙাকপীদুনা অমুক্তা কনবীয়ু হায়জগে লাকচবনি ।

ঐখোয় ইমা করিমত্তা খুমদে । ঐসু কাংখা মখাদগী থোরক্কুনা লোন্না য়েংই । ময়ামদু তুমিন্না সুমাংদা লেপ্তুনা লৈ । অহল অদুনা অমুক মখা তারকই - ইতৈমগী ইচানুপী লৈশাবী অমা লৈ হায়না তাজে অদুনা ঐখোয়গী অঙাংসিসু থোইদোক্না মরম ওক্কবা নত্তে, হন্দক্কি মতাংসি খুয়ৌনরবসু ঐখোয়বু কনবীয়ু । অসি হায়রদুনা লোইনমক ইমাদা খুরুমই । খোমদোনবীখোয়গী পাবসু ইমাদা খুরমই, হায় - ইচে ইচাগী আউনপোং ঐনা লোইনা তৌনি ।

ইমানা ঙাইহাক্তং তুমিন্না লৈরগা অমুক্তং খুমই - খঙদেনে তৌবিসে । অদুদগী ঐবু কৌথোরকই, ঐবু পোংলোই শেৎচিনবীরে, ঐ লুহোংলে । ঐ লৈঙোইনীকপীনি ঐ লুহোংলে, ঐ নিপা ময়ুমদনি চৎলিবসে । থাংমৈ অচৌবা অশাংবা পরেং পরেং শানা থানবা মফম অমা যৌরক্নে । নুংথিলগুন্না ঙাল্লি । ইম্ফাল যৌরমালে । হয়েংনা করি তল্লমগবা ?

*চোংথাম ওংবী সুবদনী দেবী*

*<u>শ্রীমতি চোংথাম ওংবী সুবদনী</u> (নাবেম্বর ২৮, ১৯৬৩) : কৈশামথোং তোপ লৈরক্তা লৈ । হৌজিক হৌজিকমক ষ্টেণ্ডর্ড কলেজ, কোংবগী মণিপুরী লোন অমদি সাহিত্য বিভাগকি সেলেক্সন গ্রেড লেকচররনি । সাহিত্যগী চেফোঙ কয়াদা অইবীগী শৈরেং অমসুং ৱারীমচাশিং হাপখরে । "মালেম অই কোল" না পুথোকপা শৈরেংগী লাইরীক "ঐখোয়গী খোঞ্জেল" দা অইবীগী শৈরেং হাপখ্রে । অইবীগী ফোঙখ্রবা লাইরিক্তি "পারী নঙবু কনানো" (শৈরেং, ২০০২) নি ।*

*******

# ঙসি বুদ্ধ পুর্ণিমানি

**A.I.R.দা পাথোকপ্লবা ৱারীমচা ।**

ঙনগনবা তাইবঙসিদা ঐ নিপা অমা ফংজরে । যূম পানবা হায়বসি য়াম্না কিরমই । ইথক্কী অহন খরনা লৈশারিঙৈদা ইনশিল্লি ঐবু হেক্তো অপাম্বা নিপা অমা খন্দুনা ইশানা য়ানা চেনখিনবা অদুবু মায় পাকখিদে । অকোনবদা ইমা ইপানা ইঞ্জিনিয়ার বাবু অমদা থাজবিরে । অরাপ্পা খুঙ্গং ওইবনা লুহোংবা থিনবা মতমদা ময়াম্না লক্লখি, গমবুট তোংলগা লাকহৌদবনা ফৈজোমসু লৈখোম্না লোইরেদো হায়দুনা ।

মতম হৌখিদুনা ঙসিসু পুদ্ধ পুর্ণিমাগী অহিংনি । মপুংফারবা পুর্ণিমাগী থা নোংপোক্কী চীংলক্তগী তরং-তরং থোরকই । চীক্লবা য়ুমসিদনা ইথন্তনি মাদি হল্লকখিরোই হোরেন নোংয়ায় মতৃংদনি । তুফক তুফাই চল্লবা পুন্সিসিনা হৌখিবা ৱা কয়া অমসু পংনীং নীংশিংলকই ।

হৌখিবা পুন্সিদি ফিশা লোনশা তৌদুনা লোংখোন্দুনা হৌরকপনি লোয়ননা লাইরিকসু তম্বা ঙম্নবা হোৎনৈ । পোইনু থাদা খুঙ্গংগী স্কুল, কালেন্দনা লৌ লোকপগী ছুটি থাবা মনুংদু মিকুপ অমত্তসু পোথাবা ফংলক্তবনি । লাইরবী ইমা বাজীগী মতেংসু ওইখি নোংমগী লৌ খুৎনেক্তা লুপা ৮/-দুনা । মরম খরা মোকপা শারুবদুনা ঐ লাইরিক মখা তমথবা ফংখিবনি নত্রবদি মামখোয়না লাইরিক তম্বা তোকহল্লো হায়দুনা ঐবু য়ুম পালহন্নবা হোৎনবদু ঐ ফনা অঙাং ওইরিবনি । মামখোয়না য়াবদি তা-সেলুংবনি । মহাক ফক্লাং খাবা বৈবা য়াম্না হৈ । ঙসিগী অসিগুম্বা থাবল ফবা অহিং অমদা ইমাগা ঐগা ফৌ শুমিন্নরম্মী । ইমানা ফৌশু ঈশৈসু শক্লৎলকই -

"কুঞ্জমালা ভাঙ্গায়রে
ভানুবী মতৈ ফৈগঞ্জাও
তোনুগী মবুং কাংদ্রুম খুন
লৌনরে লৌনরে ঙখা তুঙ্গোর শ্বায় ।"

নুংশিৎনা লিরি-লিরি হুম্বা থাবল ফবা অহিংদুদা শৌগ্রী মপালনা নীংথিজনা শাৎপা, চু-ফৈদোমগী চু মনানা লেঙ লেঙ চৎপা মতমদুদা ইমাগী ফৌশু ঈশৈদু পুক্লীংদা নুংঙনবা অমদুম ফাওরকই । তাঞ্জাদুদা তা সেলুংদু প্রপ-প্রপ হেক চঙলকই - ইন্দোন কদায় শৃকতু ঐ পায়গেসে মেরাতোম্বীগা ঐখোয়নি লঙনগে । ইমানা ইমুংদা হেক চঙখিবগা তা সেলুংনা হায়রকই, - মেরাতোম্বী নংনা হায়রিবসিবু ঐসিবু লাইরিক হৈতে হায়রিবরা ? মহাক্কী ব্বাদুদা ঐ খুম্ফম খঙদে, অসুম্নদি খুমথি, অদুগী নত্তেদা তা-সেলুং ঐদিনে য়ূমবু পানগে খন্দ্রিদা ঐখোয়গী খুঙ্গংসে শোথরিবসে অমুক্তং মীরক তিলহন্বা ঙম্নবা হোৎনগে খল্লি ।

তুরেলনা চেম্থরকপদা কাওশিং ময়াম থেংলম্বগুম তা-সেলুংসু ঐগী পুন্সিদগী অদুম চৎশ্রে । অরাপ্পদা লমদা লৈহৌবী ঐনা মীরমদা লাইরিক তম্লিঙৈদা খঙনখিবী সিসতর জোসিলাদুসু নীংশিংই । মহাক য়ূম পান্দবীনি পাম্লরোইসু হায়হৌই । ফিঙৌতনা কুপশিল্লবা অকে অমৌ য়াওদ্রবা পূন্সিনি উরুবদা য়াম্না পামজরকই । কখোক্লবী অপান্বা মিহৌবা লৈত্রবী পুন্সি অমনি । ঐনা লান্বা ফংলরোইকো খল্লুবদা নুংনাংবা ফাওই । ঐ শেল-থুম ব্বাংপা লৈতবা সহর ময়ায়গী অকে-অমৌনা থল্লবা বিল্ডিং অমগী মপুদি ওইহনবিরে ঈশ্বরনা । অদুবু অথোৎপা-অমেংবা মনম নুংশিবা লৈ পারিজাৎ, মধুমতি, জাতিকুম্নী থন্না হৌবা খুঙ্গংগী অহাঙবা লৌবুক্কী শেংলবা নুংশিৎ, ঐখোয়গী খাংপোক অদুদি মমল নাইদবনি হায়বসি হৌজিক্তদা খঙলকই ।

ঙসিদি ইণ্ড্রি শীৎলবা শূমাঙসিদা শাৎলি কেকতস পাম্বীদগী লৈকংগী থম্বাল । মনমদি নমদে অদুবু তিম্খং পাম্বীদুদগী থোৎলবা লৈনা লৈরিক্তনা থল্লবা থম্বাল অমা শাৎকাইরকপদুদি তশেংনা পুক্লীং নুংঙনহল্লী । অয়ুক-নুংথিলগী মতমদসু অরাপ্পদা শন্দোক্লিবা নোংমাইজিং চীংশাং পরেং, নোংচুপ চীংশাং, ঙাপ্রুম চীংজিন বাইনোকুলার থারগা য়েংই বিল্ডিংগী ছাদ মথক্তগী ।

ঙসিগী থাবলসিদনা ফমলি সুমাঙদা, ইথন্তা ঙাইহরি কারগী হোরোন মখোন। অদুদগী য়োৎকি গেট হাংবা মহাক খেঙনা হল্লক্কনি। পৈশা চবুন-চবুন পুরগা অদুবু মীরোন তানা ঙাওনবা য়াদনা য়ু ঙাওরগা হল্লক্কনি, মসিবু ওইবা তাই খুঙ্গংদা লৈরিঙৈদা সহরগী মীদি চাউখৎলি হায়নবদো।

অমুকসু নোক্লিংলকই থায়না মীরমদা লাইরিক তম্মীন্নবী ইমান্নবী অমনা হংখিবদো নখোয়গী লুহোংবদি পৈশা কয়া তিংই। ঐনা খুমই, - করিগী পৈশানোনে ঐনা অপাম্বা বর অমা খঞ্জরগা ইমা, ইপানা লুহোংবিরগা অঙম্বা অউনপোৎ খরা পীরগা লোইরে। মরুপ অদুনা নুংঙাইতনা হায়খি, - ঐখোয়গীদিনে নিপা অমনা মচানুপী অমা হেক পোকপদগী লুহোংবা নুমিৎ ফাওবা তান্বা শেলদুনা মচানুপীগী দহেজ ফাওবা কোন্নদে। ঐনা খঙদি ইখঙ খঙদনা অহৈবা শারদুনা হায়জিল্লি - মণিপুরগী নিপাশিংদি য়াম্না ফৈ কৈদৌনুংদসু নুপীবু হম্বনা য়েংদে। নংসু লাকও মণিপুরদা য়ুম পাল্লুরসি।' ঙসিদি খল্লকই মরুপ অদু মণিপুরদা লাক্কুনা য়ুম পাল্লমদবা ফৈ।

মতমদি হৌখি ঙসিগী বুদ্ধ-পুর্নিমা বুদ্ধদেবনা অরান খুভম ফংখিবা শেংলবা পুর্নিমা নুমিৎসিসু অদুম হৌখিনি ঐগী পুন্সিসিদি অওনবা লৈররোইদরা!

গেটতা সাইকলগী মন্দিলা খীঙলকই - কনা ওইরিগবা। গেট হাংদোক্লুই মহাক চঙলক্লে হেরো সাইকল অঙাঙবা অমা তোংলকই। কার মমান্নবগীদা থনম্লে হায়। হাউসি কক্লুবদা ফাওরকপা সাইকলনি হায় - মহাক য়ুদি ঙাওরক্লবগুম তৌই। ঐনা খল্লকই, - মহৌশাগী ফজবা থাবলনা চামথোক্লবা লুপামচুগী অহিংসি যাগী থম্মোইদদি ইপান পান্দবজাৎলা, ঐনা হায়রুই, - ঙসি বুদ্ধ পুর্নিমানি নঙবু খঙদ্রো। মানা খুল্লকই, - ও, অদু ওইরবদি ঙসি লমজাউগী থোংদু শঙ্গারম্লনি হয়েংদি বিল খরা লাক্তৌরিসে।

অহিংনা থেঙজিল্লক্লবা মতম বুদ্ধ পুর্নিমা নুমিৎ কনানসু উবিররোইদবা মতমসিদা মকা ফন্না শাৎলি লৈকংগী থম্বালনা।

*চোংথাম ওংবী সুবদনী দেবী*

*******

# থম্মোয়গী কাচিন্দা ওমচাক্লরিবি থাবল্লে

হয়েংদি চৈরাওবা নুমিৎ ওইবনা খ্বাইরম্বন বাজারসু মীনা চীক্লা চাইনা ঙমদরে। চহী অমগী অমুক্তং থোকপা চৈরাওবা নুমিৎসিদা কৎনবা চৎনদুনা লাকপা পোৎলম কয়া মাইকৈ, মাইকৈদগী পুখৎনরক্কুনা য়োন্নরি। কনানা থোং-থাক্লবগী মথেন, কনানা যুমগী থোংগান্দা কৎননবা হৈ-লৈ কয়া অৱাৎপা অমতবু লৈতে ইসু হেক শুই। পুম্নমক লমদমসিদা হৌজবা মহৌশা লাইরেম্বীগী পোৎথোক ঙাক্তনি। য়েংবদা ওস্থোক্লা নুংশিখ্রবা কৈথেলগী শক্তম অমনি।

পোৎ য়োল্লীবা ময়ামদুগী মনুংদা কুসুম, লৈরি, কোম্বীরৈ ইপুন পুন্না শেমজবা নাচোমবু লুকমাই চোন্না য়োনজরিবী অমদি থাবল্লেনি। থাবল্লে মতম, মতমগী মাগী ইখোলদা থাজবা ইঙ্গাং নাপী কয়া য়োঞ্জদুনা পুন্সিগী লানফমদা মায়োক্লজরিবী অমনি। ঙরাংদগী হৌনা মাগী ইখোলদা মতম চঙনা থাজবা কুসুমগী ফৈদোম অদু হেকচরদুনা অহিং মিংশেল খাঙদুনা নাচোম শেমজবনি। চৈরাওবা নুমিৎনা লাকপসিদা থাবল্লেগী পৃক্লিং অসি অনৌবা আশা অমুক অমুক চোংখৎলকই। কুমশিসু মহৌশাগুম্না কুসুমগী নাচোমশিং অসি য়োঞ্জবদা ফংলকপা মসিগী অশিৎপা পৈশাদুনা মহাক্কী ময়ূমগী চৈরাওনবা মথেল-লুকোই লাংজনবা ওইগদৌরিবনি। মতম অমদা মাগী মপুরোইবা তোমালনা হিংলিঙৈদদি পুন্সিগী পোৎলুম য়াওরমদবনি। ঙসিগা য়েংনরুবদদি ওস্থোক্লা খেৎনরবনি।

মতম অমদা লৈকাইগী চাক চা হৈজান্নফম ওইজরম্বা যূম, ময়ামগী পুনফম ওইজরবা যূমদো ঙসিদি তুমিৎ ফাওবা পাইরদরে,- যূম্লোন কৈরোন্নবনা হঙ্গোইনবা, কি-তুক্কচনবা যূম ওইরক্লে। মতমসিগী চৈথেং

ফংলবা থাবল্লেগী ইমুংনি । মাগী ফিজিগী লন ওইজরম্বা মচানিপানা মতৌ করম্না ময়ূম থাদোক্তুনা চংখিবনো হায়বদুদি কনানসু খঙবীবা নত্তে । অরাপ্পা খুঙ্গংগী চিদাই অমদা লৈজরবসু অহানবা ফংজবা মচানিপাবু মহে-মশীং মতীক চানা হৈহনখি । মমান্নবশিংগী মরক্তা মীথোই-মীহেনবা ওইহনখি । লৈকাইনবু হায়নরম্বনি নখোয়দি নচাগী নপান নৌনা চাগদৌরিদা মচা শেম্বা কনথ্রেদা হায়দুনা । পৈশা মতীক চানা পায়হৌদবা, শঙ্গ-পঙ্গ লৈজদবা থাবল্লেগুম্বগী মচানা লাইরিক ফনা হৈদুনসু কৈদৌনি । লমদমসিগী অঙম অথৌশিংনা য়েংলিবা মীৎয়েংদি পৈশাগা মনতীক্লবা ঙাক্তনি । অসিগুম্নবা মখোয়গী ব্রাখল্লোন কয়াদুননি কাং-খোং চাইরবা সমাজ অমা ওইরকইবা । মচাগী অব্রা-মৈচাক্লা মনুং-মতম চাদনা লৈখিদবনি তোমালসু ! অদুবু হিংদবদি য়াদবনিনা ঙসি ফাওবদি থাবল্লে হিংলি ।

চৈরাওবগী কৈথেল কানরকপা কয়ানা মতম কুইনা উন্নবা ফংখিদ্রবা মরুপ-মপাং, মশুঙ মমান্নবী কয়া থেংনজদুনা হৌখ্রবা পুন্সিবু নিংশিংদুনা হরাও-মোমোন নোকচরি, কয়া অমনা শকফম হঞ্জীন্না মচা কায়নখিবগী, মপুরোইবনা ইম্মোকপীরম্বগী ব্রারী কয়ানা অব্রাবা শরুক য়ামিন্নবসু কোঙ্গাইনি । অব্রাৎ-অপা লৈত্রবী কয়ানা মকে শেমদুনা চৈরাওবগী কৈথেল কানরকই, কয়া অমনা মমাইদা মাইহিংনা পুন্নবী অরূ-অনানগী ব্রাখল লাপ্পবী কয়ামসু য়াওরি । অব্রাবা নুংঙাইবনা থল্লবা চৈরাওবগী কৈথেলনি । কৈথেলগী চিদাই অমদা পোৎ য়োল্লীবী থাবল্লেসু উচিন-নাচিন্না তঙখাই অমমুক্তী শিংখরে । থাবল্লে নুংশা শ্বর খজিক্তংদি হোন্দোকচরে চৈরাওবগী মথেল লুকোই শিঞ্জনবদি শিংচরে হায়দুনা । ফনা ঙন্নদি লাকচবনি অদুবু পোৎতি লোইবা খমবা লৈতরে । ব্রাখলদা লাংতক্লবসু ফাওরকই নাইতোম তারবা মাগী য়ূমদা লৈহৌরিবা মচিন-মৌপ্পাদুনা কমদৌরমগবা ! খুৎলাই পায়বশিংনা য়ূম অদুবু কৌয়শিল্লমগদ্রা ! থাবল্লেগী থম্মোয়গী ঈপাক্তী অব্রাবগী সরুক্লা মতম চুপ্পদা খোম্থাং য়ৈরিবা ঈরাওখোলনি । ব্রাখলনা নুংবংনরিঙৈ তাঞ্জাসিদা খঙহৌদনা অতিয়াসু ইমম মমশিল্লকপগুম তৌরি । মমশিল্লকপদা নত্তে নোং-খোংবগী খাক-লাওবগী মখোলনা পুমনিন নিলখরে । পোৎ য়োঞ্জরিবা অমদি লৈবা লাকইবা পুম্বমক পঙচেন্দা চেন্নে-পঙলাওদা লাওনৈ । অকনবা নোংলৈ

অমা য়াওনা চুথরকইবা নোংলকুদা চহী মশীং নাইদনা হন্না হন্না ফোৎচরবা থাবল্লেগী ছাটিন অদুনদি কৈদৌনি । অকনবা নুংশিৎকী শাহুম অমদা খণ্ডহৌদনা থাবল্লেগী লুকমাইদা লৈরিবা কুসুমগী নাচোম ময়ামদুসু লোইনা হুমদোকখিদুনা লৈমায়দা মচোই মচোই তাখরে । মফম খণ্ডদা চেন্নরিবা মীয়ামগী মখোঙনা কুসুমগী নাচোমশিং অদুবু নেৎশিনবীদুনা চন্নফম খণ্ডখিদরে। খোঙনেৎনরবা কুসুমশিং অদুবু উরুবদা থম্মোয় কায়রবী থাবল্লেগী মমিৎতা পিগী ইরা চেল্লকই । ঙহাক্কী মনুংদা শাগৎচরুবা আশাগী দলান কায়রম্মী । মাগী লুকমাইগা থঙননা ফল্লিবী মচে তোম্বীদা হায়রকই - ইচে য়ুমদা হন্নবা তৌরসিরা ? - ইচেগীদি পোৎ লোইনা শিৎলবগুম্বনি ।

মচে তোম্বীনা ঙসাইনা হায়নিংলিবা ৱাফমসু অসিনি অদুবু থাবল্লেগীদমক্তা য়েংবীদুনা হায়দবনি ।

ঙহাক্কী মমাংদা পুমনিন নিল্লম্বা ইমা কৈথেলসু খুন্তাক-লানশিবগুম তৌখরে । নোং হাংখিবদি লাইরদুনা হেন্নদুম কুঙনা চুথরক্লি । নোংথাং কুপ্পা, খাক লাওবনা অতিয়াসু ভৈরবীগী শক্তম লৌরক্লে ।

তফিং, তফিং অথুবী খোংথাংদা থাবল্লেগা ইচে তোম্বীগা ময়ূম মাইকৈ পাংলক্লে । হৱাগাড়ীদা হেক হেক হনবনি অদুবু গাড়ীসু অমতা থেংনদে । মবান্নি ৱারী শানা শানা লাকপদা নুমিৎসু ময়ূম চঙখরে । চৎনা, চৎনা মচিন্দা ৱা পঙাঙদা ঙাঙবা হৌরক্লে । মানা ঙাঙলিবদো ইচে তোম্বীনা তাবদা ৱাখল চোইরবী অঙাওবী অমনা ঙাঙবগুম্মী । ইচে তোম্বীসু হেক হৌদোকলুই, থাবল্লে-হায়গুম্মনা নঙগী নচানিপাদো লৈজরম্লবদি নঙগী মতেং খরদসু পাঙলমগদবনি । মচানিপাগী ৱা পল্লকপদুনা অচাকপা মৈদা ঘী হৈজিনবগুম থাবল্লেগী থম্মোয়সে মৈরী থোক্লা চাকখৎলক্লে । হৌখিবা কয়াসু নিংশিংলক্লে । মাগী মচানা ইন্টর্ভিয়ু কয়া য়াওখিবা; অঙাং ওইরিঙৈদগী মকোক্তা তাদুনা লাকচরবসু থবক ফংখিদবা মচাবু ইনথুদুনা থম্বীরম্বা । নোংমা খণ্ডহৌদনা মচানা য়ূম থাদোক্কুনা চৎখিবা ! ঙসি ফাওবা মচাগী মরি মখোং খণ্ডদনা থাবল্লেনা লেপ্লীবা ।

ইচে তোম্বীনা ঐ চঙহৌরগেকো হায়রকপদা থাবল্লে-ভাপ খণ্ডতা তারকই ময়ূমগী কোহ্বোং য়ৌরম্লে । ৱাহৈ অমতং লৈজবী থাদুনা হায়রকই

- ইচে চুমদ্রনে ঐগী ইচাদো য়ূম থাদোক্লুনা চৎলমদবা য়াবনে ঙসিগী মপুকচেল শেংদবা অঙম্বশিংনা থোকহনবনে, থোকহনবা !

থোঙ্গান্দা মমাগী মখোন তাবদা লোনশিলম্বা থোঙ হাংদোক্লদুনা মচিন মৌপ্পানা মমাবু ওকচরম্মী । 'ইমা লাকও ঙসাইদগী নহাক ঙাইবদা শিগদৌরবনি, হয়েং চৈরাওবগী পোৎ-চৈ লৈরক্লবা নৎত্রা ?'

*চোংথাম ওংবী সুবদনী দেবী*

*******

# মুৎশিরবা আশা

কালেন নুংশাগী য়াক্লবা মৈশা নেমথরকপদা ঙাইরি । য়াচংলকপগী মমলি মমলি তৌরকপা মীশক খঙবদা ব্বারবা মতমনি । থাবল্লৈ ঙসিদি কৈথেলদগী ঙন্তক কুল্লকই । মচানা লৈখিদবগী কুমওন য়ৌরকলে । লময়াইদা ফল্লদুনা কৈথেলদগী মচাগীদমক লাইদা কৎলুনবা লৈরকপা পোৎচৈশিংদু অমমমতা ওইনা লৌথোক-লৌথোক্লা মচাবু নীংশিং-নীংশিং মিৎলুদা ঈরা চেল্লকই। কদোমদনো খঙহৌদনা লাপ্তুক্লা লাকপা নোংমৈ মখোলনা থাবল্লৈগী ব্বাখলগী খোঙজেলদা অপনবা পীরকই - তোক-তোক-তোক-তৎ-তৎ-তৎ-তৎ লকক তৌনা তোক-তোক-তোক-তোক, ঙাইহাক কাপ্পল্লগা মখোলদু মমি শামখ্রে ।

হান্নদি নোংমৈ মখোল তাবদা থককৎনা মথোঙ খঙদনা কোইচেন চেল্লস্বী থাবল্লৈনি । ঙসিদি নোংমৈ মখোলদুনা থবল্লৈবু মচি ফাওবা লেংহনবা ঙমখিদরে । থৌ-ব্বা শারুদনা সন্ধ্যাগী ধুপ কৎনবা থৌরাংলকই । ইমুংদা ধুপ কৎলিঙৈদুদা গুরুং-গুরুং, গপ-গপ, নুপামচা অনিদুনা চেনশিল্লকপদু উহৌদ্রে ।

'ইমা-ইমা' তুংলোমদগী ইপা পাখৎনা কৌরকই ।

লাই খুরুম্লস্বদগী মমায় ওনথোক্লকপদা লময়ায়দা থাজদনা লেপ্পমলিবা অনিদু উরকপদা শ্বায় লাওরুরে হংলকই ।

'কনা-কনানোনে ইবুংঙো নখোয়নিবো ? ইমা ঐখোয় চাউথোইবগী অঙাং ওইরিঙৈগী মরুপনি । মীয়াম্লদি ঐখোয়বু লালহৌবনি হায়বী অদুবু ঐখোয়না খুৎ থারুরিবদি লৈবাকসিগী মীচম প্রজাশিংবু অচুম-অরান য়েংদনা নৈরবা ময়াং সিফায়শিংগী মথক্তনি । ইমানা মতেং খরদং পাংবীয়ু হায়না চঙজরকপনি ।"

অহল ওইরপ তৌবদুনা হায়রকই । "ইবুংঙোখোয় ইমাদি ইতোমতা লৈবনি, নমান্নবদুসু লৈখিদবা কুইরে, নপা অমা লৈবদুসু অরাপ্পদা থবক শুবা চৎখ্রি, ইমানা করি পাংবা ঙমগনি অতৈ অমদা য়েংখিবনা ফরোইদ্রা ?' থাবল্লৈনা তপথনা হায়রকই । "ইমাদা থোইনা ৱাগদবা নত্তে, ইমানা ঐখোয়দা পাংবীগদৌরিবসি হোংদোক্লবা ফি অনীগা ফুরিৎ অনীদংগনি । য়াম্না থুনা মফমসি থাদোকহৌদ্রগদি আর্মিনা কোয়শিনখ্রগনি অদুনা খুল অসিদগী লাপথোকখিবা য়াবা অশন্বা লশ্বী অমতংগা তাকপীয়ু ।" খর নহাদুনা ফিংলপ হায়রকই । "অদুদা ইবুংঙো ইমাগীদি নিপাদি নঙ বাজি মতোমতনি, অহনগী ফুরিৎ অমদি লৈরমগনি অনিদি শুররোই । ইচাশিংনা পীয়ু হায়রগদি অদু মঙাই ।"

"হোয় ইমা কুইথবিরনু অরৈবদু পুথোকপীরকলো ।"

খর অহলদুনা ৱা তেনশিল্লকই । অঙাং অনিদুগী তহা তহাবা মতৌদুদা থাবল্লৈদু চঙখিদুনা খূয়াদা থারিবা অমনবা উপুদু হাংদোক্লগা মপুরোইবগী থপুনা থমলিবা মনজুনরবা ফৈজোম অনিদুগা পুময়াংতুগা চিংথোক্লক্লে । ফিশিংদু চিংথোক্লকপদা লৈখিদ্রবা মচাগী নীংশিং খুদম ওইনা থমলিবা ফুরিৎতু উরকলে । মাবু হান্না নীংশিংলম্বদগী হেন্না নীংশিংলকই । মচাগী মমান্নবনি হায়খিবদুগা মতেং পাংবিখ্রসিরা অমুকসু খল্লি । লৈখিদ্রবা মচানি, হল্লক্তুনা অমুক লিংলরোইদবা ফুরিৎনি, পিথোকখ্রগে খল্লদুনা ফুরিৎতুসু য়াওনা চিংথোক্লক্লে । মচাবু নীংশিং-নীংশিং হেন্না-হেন্না থিংবা ঙমদনা পি-শীন্থরকই ।

"ইমা খর থুবিয়ু" অহল ওইরপ্পদুনা হায়রকই । থাবল্লৈনা মপি তৈথোক-তৈথোক্লা মপুরোইবগী ফিরোলশিংদুগা মচাগী ফুরিৎতুগা পুথোক্লক্তুনা মাগী লেংমান্নবদুদা পীরকই । থাবল্লৈগী নুংশুক-নুংজানবা মতৌদুদা ফিরোল হোংনা-হোংনা অহল ওইরপ্পদুনা হায়রকই -

"ইমা ঐখোয় অমুক শোয়দনা লাকচখিগে, ফিশিংসি শোয়দনা থিনজরকখিগনি ।"

থাবল্লৈনা শকখঙদবা নহাশিংদুবু মচাগুম্না খঞ্জিল্লকই, হায়রকই -

"য়ারে-য়ারে ইবুংঙো, থিল্লক্রবসু য়ারেদা।" "ইমা লম্বেল খঙলগদি অমতগা তাকপীয়ু।" খরা নহাদুনা হায়রকই।

থাবল্লৈনা লম্বী তাক্লকই -

"অসে, মনিংগীসিদা ফাওরগা লম্বী মচা অমা লৈবনি। মদুদা চুম্না সুম চৎখ্রগা তুরেল থেংনগনি। তুরেল খোংনুংদুদা সুম চৎখ্রো অদুগা ৱান শাবা থোং মচা অমা লৈবনি, মদু লাম্ব্রোক্লগদি খুনদোলগী সরক অচৌবা তারবনি। মদুদগীদি নখোয়না ঙম্নবা চৎখ্রো।

নহা খর ওইবদুনা অহল খর ওইবদুদা করিনো খরা হায়রগা মখোয় অনিদু জু-জু তৌনরকই।

থাবল্লৈনা মখোয়নিগী মতৌদু য়েংলগা হায়রকই -

"করি তৌরে নখোয়নিবো থুরে হায়বদাই।"

"ইমাদা য়েৎশিল্লরোই খলম্বনি, মতমসিনা য়ারোইদৌরে, ইমাদা হেক্তা হায়জরগে।

মচাগা লেংমান্নবদুনা হংগোইনা হায়রকই।

"ইমানা ঙমগদববু ওইরবদি করিনো হায়য়ুনে।" থাবল্লৈনা হংলকই।

"পোৎ খরা য়াওরি, পুরগা চৎখ্রগে খল্লম্বনি অদুবু থেঙজিল্লকপসিদা লম্বীদা করিগুম্বা থেংনখিবা থোক্লগদি শোয়বা তারে, অদুনা ইমাগীসিদা নোংমা নিনি ঐখোয়না লাক্ত্রি ফাওবদং থম্বীরম্মু হায়গে তৌবনি।"

অহল ওইরপ্লদুনা মখা তারকই। থাবল্লৈদু অঙাংশিংদুনা হায়রিবদু তারগা ঙাইহাক তুমিন্না লৈরুরগা করি খল্লুরবনো খঙদে থৌনা ফনা হায়রকই -

"কদায়-কদায় ইমাদা পীরমলো, লময়াইসিদা থম্মুগে, লাকও নখোয়সু থেংখ্রনি, ইমা নখোয়বু মনিংসি ফাওবা থিনদোকপীগে।"

ঙাঙনা ঙাঙনা থাবল্লৈ লেপ্লম্বদগী লময়াইদা থাল্লিবা থাওমৈ লেমতর্নদু পায়খৎলদুনা অঙাং অনিদুগী মমাঙ থারদুনা ইমুংদগী মপাল থোকখ্রে।

থাবল্লেগী মতৌদুদা লাকলিবা অনিদুসু ঙক্লপনা য়েংনরগা পায়রম্বা খাউদু লময়ায়দা থনম্লগা মাঙদা চৎখিবদগী মতুং ইন্দুনা মপান্দা থোক্লক্লে ।

"লাকলো-লাকলো থুরকলো, তু-সিদগী লম্বী মচাসিদা চুমদ্রিং চৎপ্রো অদুগা তুরেল তারগনি ।'

থাবল্লেনা মনিংগী লম্বী ফাওদোকফমদুদা লেপ্লদুনা হায়রকই ।

"ইমা ঐখোয় চৎচরুখিগে, ইমাগীদা শোয়দনা অমুক লাকচখিগনি ।"

হায়রগা লাকলিবা অনিদুনা থাবল্লেগী মখোঙ শোক্লা মরাইবক কৎলকই । থাবল্লেনা মখোয় অনিদুবু নুংশিনা মকোক্তা নানথবিরদুনা হায়রকই

"নতু নাম্মা তেক্তনা য়ৌখোকো ইচাশা ।" হন্না য়েংলমদনা অনিদু খোঙলৈ থুনা অমম্বা মরক্তুদা মাঙখ্রে । থাবল্লে শকখঙদবা মচাশিংদুবু থাদোকখ্রগা হঞ্জিল্লম্লগা চংশিল্লক্তুনা লময়ায়দা তপ্না ফমথরগা অঙাংশিংদুনা থল্লম্বা তারিবা খাউদু ফাক্লকই । খাউদুদা য়াওরিবা নোংমৈ মচা অনিগা লোয়ননা প্লাসটিক্লা য়োমশিল্লিবা মশিং য়াম্লবা নোংমৈ মরুশিংদুবু থাবল্লেনা মুন্না য়েংলকই । য়েংলম্বদগী পোৎশিংদুবু মথং মথং অমমমতা ওইনা খাউদগী লৌথোক্লগা লময়াইদা থল্লকলে ।

অসিগুম্বা নুমিদাং অমদনি, থাবল্লেনা কৈথেল কুমলকপদা সুমাং চোন্না লৈরম্বা সিফাইসিংদুনা ইমুংতম্মা গুরুং-গুরং চঙখ্রগা মথোং মরম অমতা খঙহৌদনা মচানিপাবু ফারগা পুখিবদু । মানা কপ-লাউদুনা মচাবু পুখিদনবা ফনা হায়জৈ অদুবু হন্না ফাওবা য়েংবিরমদনা পুখ্রগা নোংমতা মপান থোকচদবা মচাদুবু লালহৌবগী মিংদা নোংমৈগা নোংমৈ মরুগা কোন্ননা য়ুমদগী ফাবনি হায়না জেলদা থমজিনবিখিবনি । থা খরগী তুংদা মশা ঙমদ্রে হায়দুনা হোসপিতালদা পুরকখি । থাবল্লেনা অচৌবা ফম্নাইবা শেঞ্জাও পায়বা কয়াগী মফমদা মচাবু লায়েংবীনবা কয়া হায়জরুই । অদুবু কনানসু তাবিখিদে । নুমিৎ খরনি হোসপিতালদা লৈরম্লগা মচাদু লায়েংবীবা ঙমদনা লৈখিদে । থাবল্লে মাঙদা তারিবা পোৎশিংদু উরুরগা থোকখিবদা ঙায়রিবা থৌদোক্তুম মরী-মরী নীংশিংলকই । থম্মোয় ফুক্লা কপনিংলিবদু ব্রানা খাঙলকই ।

মপালদগী থোঙদা কাক-কাক থীল্লদুনা অব্রাংগী ইবেথোইনা কৌরকই ।

"ইচে ইচে, ঙসাই কাপ্লবদুদা মী চেনশিনখ্রেয়ে, কোম্বিং ওপেরেসন তৌগনি হায়দুনা লাউরিসে তাদ্রবরা ? য়ুমদা মী লৈহৌবা য়ারোই ঙম্না থোক্লককলোয়ে। মৈরা পায়বীশিংসু থোক্লবা হৌখ্লবনি থোক্লককলো।"

"হোই-হোই নখোয় খরা হাল্লমলো ঐসু লাক্লগে।" থাবল্লেনা ইমুংদগী খুন্লকই।

"অদুদি থোক্লককলোকো"

ইবেথোইনা চৎখিবগী খোঙথাং মখোলদু তানা-তানা থাবল্লেনা মাংদা লৈরিবা পোৎশিংদুদা মুন্না য়েংলগা খল্লকই, পোৎশিংসিনা কমদৌবা ? মওন-মওন খল্লি, ঐনা থোকখ্রগা সিফাইশিংনা ইমুংদা পোৎশিংসি থেংনখ্রগদি কমদৌবা ? থনমদবা তারগনা করম্না কদায়দা পুগনি। তৌফম খঙদনা ইমুং শিনবা থুংনা কোইয়েং য়েংলকই। থোংজিন ময়াদা ঙারিবা মপুরোইবনা থবক চৎলমদাইদা শেম্বীরম্বা মৈনম ব্লাকক্তু উরকলে। খঙনিং-নিংশিংলকই, কেরোসিন হাপখিদ্রি। করি খল্লুরবনো খঙদে ফন্নম্বদগী ফুক হৌগত্তুনা মৈনম ব্লাককতু লৌরুরগা থাঙ্গত্তুনা মনীং-মমাং থোক-থোক ওল্লগা য়েংলকই। ব্লাকক্তুগী মচিন্দা নমশিল্লম্বা ফিজেত্তু লৌথোক্লগা লময়াইদগী নোংমৈ মরুশিংদু অমমমতা ওইনা মৈনম ব্লাকক্তুদা হাপচিল্লকলে। নোংমৈ মরুতনা থনকোক তৌরবা মৈনমগী মচিন্দনা ফিজেৎ-ফিগায় খরগা হেন্না থিরুরগা মনুংদা য়াওরিবা পোত্তুনা মখোল থোক্লকতনবা ফিজেৎশিংদু গিৎ-গিৎ নমশিল্লকই। লুম-লুম লাউরবা মৈনমদু অমুকসু থাঙ্গৎতুনা নীক্লকই। মখোল থোকখিদ্রে। পোৎ অমগীদি লোইশিল্লে, থাবল্লে নোংমৈ মচা অনিদুগী অমুক খল্লকই। লময়াইদা হঙ্গৎ-হন্দা কোইচৎ চৎলন্নগা খ্বাংদা খ্বাংচেৎ লাক্লিবা খুদৈ মচাদু লৌথোক্তুনা নোংমৈ মচা অনিদু চেৎন য়োমশিল্লগা ফনেক মথক্তুদা অমুক হন্না খ্বাংচেৎ ওইনা লাকশীল্লকই।

মপুরোইবনা নিংথমথাগী অইংবা খাংনরিবা থা-থা লাউনা চাউরবা মচু শিথরবা শামতুগী ফুরিৎতু উপুদগী লৌথোক্লুরগা মঙোন্দা লিৎশিল্লে। মতোমতা হনথদুনা অমুকসু য়েংলকই। ফুরিৎতুগী মথক্তা মাগী তুম্বদা সুপ্লবা হাকথং ফিজাউদু ইনশিল্লগা কালেনগী শারবা নুমিদাংদুদা মৈ য়াওদ্রবা মৈনমদু পায়রদুনা অমম্বা মরক্তুদা থোঙ্গাল তম্না থোক্লকলে।

থাবল্লৈনা নুমিদাংগী অমম্ববু মৈরাশিংনা ঙালহল্লদুনা য়া-য়া লাংলিবা শঙ্গাবুং লম্পাক্তু য়ৌরকপা মতমদদি খুঙ্গংদুগী মীশিং অমত্তা চিংখদনা শুনা তিল্লমলে । থাবল্লৈগী মতৌদুদা ময়াম মরক্তগী অমনা -

"ইনম্মা কৈদৌরে নঙদি, অসুক শাখ্রবসিদা ফিজাউদুগা, নশা ঙমদ্রবরা ?" হংলকই । অমনা অমুক ওকলকই -

ইচে মৈনমদুসু মৈ য়াওদ্রেনে, কেরোসিন লোইথোকখ্রবরা ?

"কেরোসিন লোইথোকখ্রগা ঐগীদগী খাইরক্কে ।"

"য়াম্না ঙমদ্রমাল্লে হায়রুরনু ।"

"মচা নীংশিংলক্লমগনি, মচানা লৈখিদবদু সিগুম্বা মতমসিদনি ।"

অমনা অমা অমনা অমা ঙাংলিবশিংদু করিসু খুল্লমদনা থাবল্লৈনা ময়ামদগী লাপ্তক্লা থোক্লক্লগা লমপাক্কী মচি অমদা তুমিন্না ফমথরকই । ইবেথোইনা মনাক্তা চঙলক্লগা হায়রকই -

"ইচে ঙমদ্রবরা ? ঙমদ্রবদি কৈদৌবগী থোক্লকলিবনো, তাদসু লৈতে, সিফাই লাক্লবসু নঙোন্দদি করিসু তৌররোইদবদুবু ।"

"লাইহৌ খব লৈবসিদা য়ুমদা সুম লৈববুদি ময়াম মরকসিদনা খরা ফগদ্রা হায়দুনা থোক্লক্লবনি ।" থাবল্লৈনা তপ্না খুল্লকই ।

"ফরে অদুদি তুমিন্না পোখারো, ঐসু ময়াম মরকসিদা য়াওরুখিগে । মৈনমসিসু থাউ য়াওদ্রবরা ? হোরেন হল্লমদাইদা ঐঙোন্দগী খাইরবসু খাইরক্কে ।" ঙাংনা-ঙাংনা ইবেথোই চৎখ্রে ।

ইবেথোইনা চৎখিবদু য়েংলগা থাবল্লৈনা অশাংবা শ্বর অমগা লোয়ননা ফিজাউদ্ হাইদোক্লকই । ঙসাই মখেদি কোক্তা পুবা মৈশাদুনা কালেনগী মৈশা ফাউরমদবনি । অমুকসু খল্লকই, অঙাংশিংদুবু কদায় য়ৌরম্লগনি । শ্বর হন্থরকপদা ঙাইরি ময়াম য়া-য়া লাঙনরকই-সিফাই য়ৌরকলে, সিফাই য়ৌরকলে । হায়না হায়না লংলবা মৈঙালগা কোন্ননা গপ-গপ লাউবা থোংউপশিংগী মখোল লাপ্তক তারকই । মৈঙালদুদা মরী মরী লাক্লিবা সিফাইশিংদুনা লমপাক্তু নকশিল্লক্কে । তফিং-তফিংনা থাবল্লৈ হাইদোক্লম্বা ফিজাউদু অমুক ইনশিল্লগা মনাক্তা লৈরিবা মৈনমদু লাম্লকই । চ্যোক তৌগেকা

হায়রক্লবদি কমদৌবা। মিহুন তিং তিং চোংলকই। থবাক্তা হুল্লিবা মিহুন তিং তিং চোংমনখিবনা মখোল থোক্লবোই খল্লি। পোংশিংসি থেংনত্রগনা কমদৌবা ? কোকচাউবী ফুং কাই, হুমাংনা মশা পুম্বা চোংলকলে। ইথক থক্কংনা মখুংনা মবুক্তা মারকই। কালেনগী মৈশাগী মথক্তা ব্রাখলগী মৈশানা মৈব্রায়রকপদা চোকথরবা মশাদু ফন্নম্বদগী মিং উইশিল্লগা লৈমাইদা তপ্প হীপথরকলে।

মমিং উইশিন-উইশিন্না সিফাইশিংদুগা লোয়ননা মখোয়না পুখিবা মচাদুবু উরকই। গপ-গপ লাউবা নক্লা তাবা খোংউপকী মখোলদা মিং পাংথোক্লকপদা উরকই, মমলি-মমলিবা মৈঙালদুদা মঙোন তম্না লাক্লিবা সিফাই খরদু মনাক্তা নক্লা লৈরমলে। মচাবু পুখিবা সিফাইশিংদুনা নক্লা লৈরম্বদু ঈপাই হৌবগুম মশাদু খঙহৌদনা থক-থক নীকপগুম তৌরকই। ইপা পাখংনা করি অমুক তৌরক্কদগে খন্না হিপ্প্রা-হিপ্প্রা মনাক্তা লৈরিবা মৈনমদু লৌশিল্লগা মোন ওইনা খাঙজিল্লে। পুক্লিং ফাথনবা ব্রানা হোৎনদুনা মফি-মরোলদু হন্না হন্না শেমজিল্লগা মমিং উইশিল্লদুনা তুমিন্না হিপলকই। সিফাই অমনা মনাক্তা চঙশিল্লদুনা হংলকই -

"মা ক্যা হুব্রা" অপায়বা পোৎ অমনা মোন খাংলিবা মৈনমদুদা কোক কোক থেংলকই। সিফাইদুনা মৈনমদুদা থেংলকপা খুদিং থাবল্লেগী থম্মোয়দদি তিং-তিং পাল্লকই। অরৈবা থৌনা খুদিং খোমজিল্লদুনা উইশিল্লম্বা মিৎতু পাংথোক্লগা তপ্প্রা হায়রকই, বিমার -

"ও বিমার, থিক-হে, থিক-হে, সোজাও-সোজাও"

হংলিবদুনা মনাক্তা লেপলিবা খরদুগা করিনো খরা জুজা-জুজা ঙাঙনরগা সিফাইশিংদু মরী-মরী ময়াম লৈফম তম্না অমুক চৎপ্রে। থাবল্লে হিপ্পম্বদগী তপ্প্রা হৌগত্তুনা ফম্লগা চৎখ্রিবশিংদুবু উরিবমখৈ য়েংলকই। হল্লক্তরে খঙলবদুদা মমায়দু খুকউদা উপশিল্লগা মমিং উইশিন্না মচাগী লেংমান্নবশিংদুবু নীংশিংলকই। মখোয়দুবু কমদৌরমগবা? য়ৌরমখিরোইদরনে ? লাংতক্লরকই। চৎলমদাইদা মখোঙ শোক্লা খুরুল্লম্বদুদগী মচাগী ফুরিৎ লিংখিবদুনা হেন্না ময়েক শেংনা মিৎমাংদা থোক্লকই। থাবল্লেনা মশেল মরাং ওইনা মচাগী ফুরিৎ লিংলিবদু মচামক্তু ওইনা উরকলে। শ্বাই

লাউনা মমিৎ খংপাং পাংথোক্লকই । মশাদু হূমাং অনপ্পী কারদুনা ঈতাউ-তাউনা কোয়না য়েংলকই । ময়েক শেংদ্রবা মৈঙালদুদা লাপ্তক্লা নুপী অমনা মাঙোন তম্না চেল্লকলিবদু ওইনা উরকলে । ইবেথোইনা হাথু-হাথু চেল্লক্লগা শ্বর থবেৎ-থবেৎ হোল্লদুনা থাবল্লেদা হায়রকই -

"ইচে সিফাই লাক্লম্বরা ? মোয়না সোমলোমদা চৎখিবদুদা ময়াম্না ইচেদি মশা ঙমদবনি হায়খিবনি । করি করি হায়রম্মী ।"

"কৈদৌরে হংলম্মী, নারে হায়বদগী চৎখ্রে ।" থাবল্লেনা তপ্না খুল্লকই । মখা তানা হংলকই -

"ইবেথোই সিফাইশিংদু সিদা অমুক লাক্লরোইদ্রা ?

"লাক্লরোই ইচে, মোয় চোক কন্না তৌহৌরি ।'

"মীগা ফায় হায়বদি তাদেকো ?"

"হৌজিক ফাওবদি মী ফাখিবগী পাউ তাদে ইচে, ফাগদৌবা মান্দ্রেদা । নহা মখৈদি চোক তৌবা লোইখ্রে ।

"নখোয়গী ওপেরেসন হায়বসিবু লোইগদৌবা কয়াম ব্লাৎলিবগে ?"

"য়াম্না ব্লারবরা ? কুইররোই লোইরবগুম্বনি । চোক তৌগদৌবা অহল খরদা ঙায়হৌরবনি । ব্লারবসু ব্লানা সুম পোথারো ইচে, ঐসু অমুক চৎলুখিগে, হেক লোয়বগা সিদা লাক্কে ঐগা পুন্না হনমিন্নসি ।"

ইবেথোই চৎখ্রে, থাবল্লেদি ইবেথোইনা চৎখিবদুবু য়েংনা য়েংনা মানা হায়রম্বশিংদুবু নীংশিং-নীংশিং, নে তাবগী অশাংবা শ্বর অমা হোনদোক্লকই । ঙসাইমখৈ মৈশা ফাওকদ্রবা অথাবা ফিরোলশিং অদুবু য়েংলুরগা মখ্বাংদা তপ্না মারকই । মখুৎ নাম্মনা মৈনমদুবু অমুক পায়শিল্লগা মমিৎ উইশিল্লদুনা ইবেথোইবু ঙাইরকই । ঙাইনা-ঙাইনা থাবল্লেনা অহিংগী অমম্বদুদা, মৈরাশিংগী মুৎসিবা মৈঙালগা সিফাইশিংগী লংলবা মৈঙালগগী মঙালদা খুঙ্গংগী শঞ্জাবুং লম্পাক্তুদা তিল্লিবা মীয়ামদুবু নমহৎলদুনা মচা মানবা অনীদুনা নোমহৌ নোমহৌ ব্লাগী থোংদু লাল্লদুনা চৎখিবদুবু মোমোন তৌনা মিং কুপ্তনা য়েংলকই ।

মতম কয়া য়াম্না হৌজিনখ্রবনো খঙদ্রে, । "ইচে-ইচে ওপেরেসন লোইরে, লাউরিবসি তাদ্রো, য়ুমদা হল্লসে ।" ইবেথোইনা হন্না হন্না কৌরকই ।

নোংসু ঙানফুং ঙানফুং তৌরমলে । থাবল্লে, মৈনমদুদা ঙাকলৌ পীরদুনা তপ্না হৌগৎলকই ।

*ঐচ. নলিনী দেবী*

*২১/৪/০৪*

*কাঞ্চিপুর ।*

*<u>ঐচ. নলিনী দেবী(১৯৫৬) :</u> থোংজু পার্ট টু, কাঞ্চিপুরদা লৈ । ৱারেং অমসুং শৈরেং ই । ফোঙখ্রবা লাইরিকশিংদি ১) সনামনিক, ২) ঙসিদি শক্লীংলক্লে ইমা (শৈরেং) ।*

*******

# অরোইবা তীর্থ খোঙচৎ

অৰাংলোমদা অঙাং ময়াম ইবাং লাংনৈ । নেনেবোক লাকলে, নেনেবোক লাকলে । নেনেবোক, অৰাংলোমগী বৈষ্ণবীদা অকোয়বগী অঙাংশিংনা কৌবা মিংগৌনি । বৈষ্ণবী বৃন্দাবন্দগী থুংলরমাল্লে ।

থা অনিগী মমাংদা কনামতা খঙনহৌদনা চৎখিবনি । মঙা তকক্লিমুক উরক্লবদুদা ঐসু মচানিপাদা হংলুই -

"ইবুংঙো ইমা উদে কদায়দা চৎখি ।

'বৃন্দবন্দা' মচানিপানা শম্না খুমলকখি ।

"এ ঐখোয়দি করিমতা খঙহৌদ্রেদনা । লাইদা কৎনবা করিসু হাপহৌদেদা' মখা তাথরুই । মা কয়া হৈনিংদবা মাল্লি, মখা করিসু তারমদনা ইমুংদা চঙখ্রে ।

থা-মখাই অমরোম হৌজিনখ্রে, মতোমতা লৈবা মচানিপাদুসু ইউ উখিদ্রে । যুমদুসু শো লোন্দুনতা লৈবা উই । নোংমা নুংথিল তালক্তা সুমাং মতোন্দা ইরুজদুনা লৈরম্মী । হংলুই -

"ইবুংঙো, হন্দক মরকসি ইউ উদে, নঙবু কদায়দা লৈরিবগে ?

"ইতৈমা উরিপোক্কী যুমদা" মানা খুম্লকই ।

"হোয়দা মতম্নগা ফৎত্ৰবসিদদি নতোমতা সিদা লৈববুদি ইমা লাক্লি ফাওবদি আদা লৈবনবু ফরেনে ।'

ঐনা মখা তাথরুই ।

"হোয় মদুম তৌবনা ফরদ্রা খল্লি ।"

থোঙ্গাললোমদা লৈমতোন চংলকপদগী ৱারী মখা চথখিদ্রে । করি করিনো খর লৈমতোন্না কল্লপ-কল্লপ ঙাঙহৌবদু থোইনা তাশিল্লুদনা চঙলকলে।

বৈষ্ণবী থোইনা অহল ওইরুবগী ৱা নত্তে । তাঞ্জানা য়াদবদগী লাইবক্কী ময়িনা ফৈনা য়াংখিবনরা চহী কুনগা তরুক-কুনগতরেৎতা নৌনা লুপ্রাশিঙদা চলহৌই । মচা অমত্তা য়াওদনা মপুরোইবনা হুন্দোকপীরম্বনি । শকচুদা লম য়ৌদ্রবসু তিংদা-য়াংদা চুপ্পী কুলৈ কুচুদা লময়ৌবী বৈষ্ণবীনি । চহী মতাংনা পীরকপা ইথিলবু থিংবা ঙমলিগদ্রা ? লাইবক থীখিবগী ৱাতনি । হিংননবগী লানফমদগীদি মায় ওন্দুনা চেনবা য়াদবনা লংলোন ইতিক কয়া তৌদুনা শেল কয়া তানশিনখি । করম্বা মখলগী করি ললোনখিবনো হায়বদুদি কনানসু খঙনখিদে । মীনা কনা-কানি পংঙাঙ ঙাঙনখি । কোন্নথংদা নিপাময়ুম থাদোক্লন্নগা উরিপোক্তগী লাক্কুনা অৱাংগী য়ুমথংনবা ইশ্মোলদা লম মচেৎ অমা লৈরগা লৈরখি । মবুংশিংগী মচা অমা চাওরোক ওইনা য়োক্লুনা মমা মচা লৈমিন্নরি ।

থোইদোক্লা হাদে বৈষ্ণবী, ইঙনা লিরি থোইরিনা লৈজে, ৱা ফাওবা কন্না ঙাঙজদে । লৈকাইগী অহল-লমন মশক খঙনা কিনা-নোন্না, ইকায়-হুঙ্গায়না লোয়নজে । বৈষ্ণবীগী শাজৎতা, লমচৎ ৱারাওবদা মাঙগী ৱারী লোইনা কাউনখিবগুম তৌখি । বৈষ্ণবীগী মওং-মতৌ, তৌগোক্লকপা থবক, ঙাঙথোক্লকপা ৱাতৈ কয়াদা পূন্নমকপু শেম্বীবিবা ইবুংঙো মগী মকমদা ঙন্না কংথোক্লবগুম উই । ইশ্বর সেবাগীদমক বৃন্দাবন্দা তোঘনা চংলি । মীয়াম্না অমুক্তংদি য়ৌজনিংনা লাইবক্তা তমদেদা শোন্নরিবা তীর্থনি, বৃন্দাবন্দ । বৈষ্ণবীগী নীংজবগী মতিক ইবুংঙো-ইবেম্মা অনীগী কৃপানা য়ৌবা ঙমলিবনি, লাইবক ফবিনি, মীয়াম্না ঙাঙনৈ ।

পীক্লবা ইশ্মোল মচেৎতুদা লাইশং মাওপ মচা অমমম শারগা ইবুংঙো ইবেম্মা অনীগী চিত্রবোৎতা নীতিগী সেবা চৎতুনা নাম শোল্লি । চরা ফাওবা অনী শুদে, 'এক সন্ধ্যা', হিংননবগীদমক্তা চাবগুম খল্লি । অয়ুক, নুংথিল, নুমিদাং 'ত্রি সন্ধ্যা' কায়দনা সেবা চঙই । সেবা চঙবা খৃদিং লাইমাঙদা শক্লিবা বৈষ্ণবীগী মন্দিলা মখোলগা লোয়নবা হিক-হৈরেবা পার্থনা, লালিসা কয়া

ময়েক শেংবোই শেংদবোই, অর্থ খঙবোই খঙদবোই তারুরগা মমি শামি হেক-হেক পুক্লিং লুপশিল্লুবসু য়াওরুই। থম্মোয়সি শেংদোক্লুবোই নিংই। অঙকপনি বৈষ্ণবীগী ইবুংঙো-ইবেম্মা অনীগী মফমদা থমলিবা প্রেম-ভক্তি। তশেংনা খল্লি, কয়াদা শেংঙ্গবা বৈষ্ণবীগী থম্মোয়নো। মাগী পুন্সিবু উরুরগা সংসারগী ময়াশিংসিদগী লাপথোক্লিংবগী ব্বাখল পোকহনবগুম তৌরকই।

বৈষ্ণবীগী শঙ্গশিং অরাপ্পা-অনকপা কয়া তোয়না লাকই। সাধু-সঙ্গ ওইনা ফম্মিন্নরে, নাম শোনমিন্নরে, ইবুংঙো-ইবেম্মা অনীগীদমক থম্মোয় শেংনা পিরাং শিন্থমিন্নবগুম তৌই। ধর্ম্মগা মরী লৈননা থোক্লকপা থৌদোক কয়াদা ময়ামগী অন্ন-সেবা (উসব সেবা) ফংজে। খন্নে শেল য়াওদনদি পাঙথোকপা য়াবা থবক নত্তে। অদুবু মীয়ামগী সেবা, ঈশ্বরগী সেবামক্তি খন্না ভস্না কখোক্লবা বৈষ্ণবীনি। অকোনবগী বৃন্দবন খোঙচৎতসু মরি-মতা অমগী মনাক্তা লৈরগা ইবুংঙো-ইবেম্মগী মিংদা মন্দির কৎলম্বগী ব্বাসু তশিনগুম তৌখি। নহা ওইরিঙৈদা ওনথোক্লা য়াম্না তানশিলহৌরবা ইবুংঙো-ইবেম্মা অনীনা মনাইগীদমক তশেংনা পীবীরক্লবা লন্নি। কনানা করিসু শানখিদে, বৈষ্ণবীগী পুন্সিবু মীয়াম্না কল্লক্লা শোন্নখিবতনি।

সাধু-সঙ্গ তৌমিন্নবশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী তোইনা নোংমা কাংদনা লৈকেসিবদি ইচে লৈমতোন্নি। লৈকাইসিদা নৌনা লাকপী বৈষ্ণবীনি, অদুবু লাকপগা রুপ নপ্পাখি। লৈমতোন্দা নত্তে, তাদা থানিনজাউ, ইচে লৈমতোনগী শপা, মচাশিং ইমুং-মনুং পুন্না বৈষ্ণবীগা অমতা ওইখিবগুম তৌখি। হান্ননা লৈকাইনা শক খঙনেবা মতিজ্ঞাক চানা তাদা থানিনজাউনি। ওফিসকী থবক মথাং ওইরপ চাকিন তৌজরবসু চন্দন পাক্লা থিনবা ‘একাদশি বর্ত’ কায়জদবা নিপানি। ধর্ম্ম কায়দবগী মথক্তা বৈষ্ণবীগা থেংনরুবদগী ঈশ্বর ভক্তিদা হেন্না থবায় য়াওশিনখিবগুম তৌখি। চিত্রবোংকী লাইশঙদা নোংমতা কাংদনা ভক্তি কংলৈ। ধর্ম্ম কর্ম্ম কয়াদা ইমুং মপ্পা বৈষ্ণবীগা ঙমজবা সেবা ফংমিন্নরে। সাধু-সঙ্গী লমদা বৈষ্ণবীগা লেপ্পুনা চার্কা তৌবনা থানিনজাউখোইগী ইমুংগী পোথাকম ওইরকই। ইমুং অনি পুন্না ইবুংঙো-ইবেম্মা অনীগী সেবাদা লুপশিনমিন্নখিগুম তৌখি। বৈষ্ণবীগী বৃন্দাবন্দগী খোঙচৎ খুদিং ইবুংঙো-ইবেম্মগী সেবা থানিনজাউগী ইমুংতনা তৌহৌই।

উনা উনা চহী অহুম-মরি হৌজিনখি। নৌনা হোংলকপা বৈষ্ণবীগী পুন্সি ইবুংঙো-ইবেম্মগী সেবাদা লুপশিন্দুনা নীতি সেবা কায়দনা চখরি। অদুবু অওনবা অমতংদি তাদা থানিনজাউ অমদি ইচে লৈমতোনগী সেবাদংদি খজিক্তং কোমথোকপগুম তৌবরা ? উসব সেবাগী মতম নত্তনা পঙতোই তোয়না উদবগুম তৌই। নোংমা লম্বীদা ইচে লৈমতোনবু থেংনবদা ঐনা হংলুই -

"ইচে হন্দক্তি ইউ উদেদা, করম তৌরি নুংঙাইরিদনা।"

"নুংঙাইরি" তপ্নপ্না খুম্লম্মী। মখা তারমদনা চংখি। মথ্বায় ইনুং নুংঙাইতবা মাল্লি। হান্নদগী কোইনরকপা ইচে নত্তে অদুবু নুমিত্তুদি ঐবু ইকোই কোইবগুম তৌখি। করিগীনো ঐসু মফম খঙহৌদে, খলহৌই, করি তৌরবনো ইচেসিবু।

কুইদে ময়াম্না চিবোন চিবোন ঙাঙনবা তারকই, লৈমতোনগী নিপা থানিনজাউ ওফিসতগী শেল লৌথোক্লগা বৈষ্ণবীগা পূন্না বৃন্দাবন্দ চংমিন্নখি। মফম মরাং খঙদবা ব্রাখল অমনা ঐবু ইনুং নুংঙাইহনখিদে। খল্লি, তাদা থানিনজাউদুবু বৈষ্ণবীগী করম্বা ভক্তিনা পুল্লিগবা ?

বৈষ্ণবীগী সূমাংদা, অঙাংশিংগী অরাঙবা মরক্তা ইচে লৈমতোনগী অকামপেৎকা লোয়নবা ব্রাহৈ কয়ানা অখাক-অরাও য়াওরবা নোংগুম লেপ্তুনা হৈথরম্মী। অচৎ-অওক কয়াসু লেপ্তুনা য়েংনখিবরা ? ঙসিতদা খঙলকই বৈষ্ণবীগী বৃন্দবন্দা খোঙচৎকী থর্চ।

*ঐচ. নলিনী দেবী*
১/৪/১৯৯৩ ইং,
*কাঞ্চিপুর।*

*******

# শেগায়খ্রবা চিঠি

তারিবরা মপান্দা অমুক্তা থোক্লকউ মী লাকই ।”

মহাক্লা মপান্দা লেপ্লগা ঙাঙবদু তায় ।

কনা ওইরিগবা নীংথমথাগী অয়ুকসিদা করি তৌগে লাকলিবনো খঙদে, ইংগা-ইংবনে, অঙাংগী স্কুল চৎপগী সেবা, ইমুংগী কুপ্লোম, চাক্কী থৌরাং, থবক্লা মৈত্রাং পাইরিঙৈসিদা মী লাকপকা অমতা পামদ্রে । লৈতে হায়রগা কোক থাদোকখিগে হায়দে । শাউনিং-শাউনিং মৈথক্তা থাংগৎলম্মা চাগী পাত্রদু থাংথরম্লগা থোক্লকপনি । সূমাংদা ঙাহৌ-ঙাহৌ চৎলম্লিবদুবুদি উই । অসি গুম্না মীতানা ঐবু উন্নবা লাক্লনিসু থাজকদে । অতৈ কনা লৈবগে কোয়না য়েংলুই কনাসু উদে । খল্লি, হঙ্গৎ হন্দা সূমাংদা চৎলিবসিনা কনানো ? হংবসু পাক ঙমদ্রে, থোংজিন মপান্দা লেপ্তুনা সুম লৈরে । চঙক্লনা য়েংলিঙৈদুদা সূমাংদা কোইচৎ চত্তুনা ইংখোল শম্বল য়েংলম্বদগী মানা ওনশিল্লকপদুগা মিৎচানরুরে । মানা হান্না “মেমা ঐবু খঙদ্রবরা ?” নোক্লদুনা কৌরকই ।

মানা কৌরকপদুদা ঐদি পুমঙক ঙকখ্রে । কুইনা উন্নখিদবগী মশকসু খরা ওল্লম্লে । অসুম হায়না ঐগী সূমাংদা লাক্লগা লেপ্লগনি হায়বসু থাজকদে । নুংঙাইবসু ফাওই, হায়ফম খঙদবা হাইফেৎ চরাঙনবা ইথিল অমনা পুক্লিংবু ইরাঙ লাঙহনবগুমসু তৌরকই । কৌরিবদু খুম্বদি লায়রদুনা চপ য়ুংদুনা লৈরুরমাল্লে । মানা মখা তারকই -

- “ফনা কুইরে লাকপা নোইগী ইবুংঙোদুসু থেংনখ্রবনি,মানা করিমতা হায়রদ্রবরা ?”

- "হায়রৈ, সুম্মাইনা লাক্কনি হায়বদি কনানা থাজগনি । ইমুংদা চঙশি কাখৎলকও । শকসু ওল্লমলে, অদুনা পাক কৌবা ঙম্লুদ্রে", শাউনু ঐনা নোক্লদুনা হায়রুই ।

- "করম তৌরি নুংঙাইরিদনা" তপ্লপনা হংলকই ।

- "নুংঙাইরি" শম্লা খুমখি ।

- কয়াম কুইরে থোক্লকপা - ঐনা মখা তারুই ।

- ঙসি মঙানিরোম শুরে ।

- সিদা সুম লৈরদোইরা, অমুক চৎখিগদ্রা ?

- চৎখিনি, ছুটি ওইবগী লাকপনি, উন্নদবা কুইরে হায়দুনা চংলকপনি ।

- উন্নদবা কুইরেকো ?

- উম।

- লুহোংবগী পাউকা পীরক্ত্রিবদি করিগীনো ?

- নঙগীবু পীরকখিবরনে ?

- ঐনা পীখিদ্রবসু ঐঙোন্দদি পীরকপা য়াইদনা ।

- পীনিংঙাই লৈত্রি ।

- "করিগী,হৌজিক ফাওববো ?" ঐনা ঙক্লপনা হায়রুই ।

- "চৎলো, নখোয়গী ইবুংঙোদুম কৌথোক্লকউ ।" হান্না তপ্পা ঙাঙলম্বদগী মানা কল্লপ হায়রকই । মাগী মতৌদুদা ঐদি ঐঙক ঙক্লুরে । অদুবু থংনবা মিকুপ্তা ঐসু ভাব তারকই, মহৌশাগী মতমদু নৎত্রে । ঐগী মতৌদুদা মানা হান্নগুম তপথরদুনা মখা তারকই ।

- নখোয়গী ইবুংঙোদু শকমখৈদি উনরে হায়ববু নক্রা অমুক্তা ফমমিন্নখিদ্রি । ৱারী-ৱাতাই ঙাইহাক শাবসু য়াইনা । করি কায়বা লৈ হা ?"

- কায়দে কৌথোক্লক্কে,অদুবু ইমুংদা চংলগা শাবনা নুংঙাইরোইদ্রা ? ঐ মাগী মতৌগুম তপ্পা হায়রুই ।

- য়ারেদা, নুংশা য়াইবা ওইনা সূমাংসিদা সুম ফম্লগে । অঙাংসিংদি অমতা উদেনা, শকসু অমত্তা খঙনদ্রেদো ।

ইমুংগী মীনা মপান্দা থোক্লক-থোক্লক্লা পাউখুম পীরকই -

- "অঙাংশিংদি ঙম্না স্কুলদা চৎহনখ্রে। কোন্না খঙনবদা তারে। করিনো ফিদাকা অমত্তা থাদ্রবরা ?" ঐঙোন্দা অমুক ওনশিল্লকই।

- "এ ঐদি ইকাওবু কাউথোক্লুরে, ইমুংদা ফমসিসু য়াদে।" ফিদা লৌথোক্লুরগা থানা-থানা ঐনা ইমুংগী মীদা ওনশিন্দুনা লাকলিবদুবু মশক তাকলুই -

- ঐনা ৱারী শাখিবা শিলোং University দা লৈখি হায়বা ওজা বিরেনদো।

- মিংদি তাজবা কুইরে, শকসু ঙসি খঙজরে ইমুংগী মীনা হায়রকই।

- য়ারে-য়ারে নঙ চঙখ্রো, নথৌদুম তৌজরুরো, অয়ুকসিদি নখোয়দি য়াম্না চিনবনি। নখোয় ইবুংঙোগা ৱারী শাহৌরগে। মানা ওইনা ঐঙোন্দা ওনশিন্দুনা হায়রকই।

- অদুদি ঐ চা লোইশিল্লুখিগে। মখা তাথরমদনা ইমুংদা চঙলক্লে।

কোলেজ নৌনা কারকপগী চরাংনবা মতমনি। মতমদুদা মহাক্তি বি.এ. অরোইবা চহীদা তল্লমলি। য়াম্না হাদবা ৱাখল খনগনবা মীতানি। কোলেজগী ভোৎতা কেন্দিদেৎ অমা ওইনা থোক্লকপদগী মহাক্কা শকখঙনবা হৌরকখিবনি। নোংমা ভোৎ খোম্বা চৎমিন্ননবগী হৌবা লাকপদা জ্ঞান ইতা তাদনা ঐনা চিল্লাং-খল্লাং হায়দোকখি - "কাসু কারোইদৌবদা ভোৎ সেপ্লিবসিবু তন্দ্রা ? শেল তিংনবা, মতম মাংনবা, তোকথোকলো। নুমিৎতু মহাক তুমিন্না ঙাইহাক লৈরম্লগা ভোৎকী ৱাকা মখা তারমদনা চৎলগে ফাওবা হায়রমদনা অদুম্মক চৎখ্রে। মাগী মওংদুদা ঐসু নুংঙাই হৌদ্রে, করিনুংগী হায়রুরবা। শাওরম্লগদ্রসু খল্লি অদুবু হায়দোকখ্রবনিনা কমদৌনি।" নুমিত্তুদগী কোলেজদা মাবু তোয়না উখিদ্রে। ভোৎ নকশিল্লকপগা লোয়ননা তারকখি, মহাক কেন্দিদেৎ ওইবদগী তোকখ্রে। পাউদু তাবদা মওন-মওন খনখি, ঐনা হায়রুবদুদগী তোকলিবরা তশেংনা কাররোই খল্লবরা, শেল লৈত্রবরা নুংসু নুংঙাইখিদে। করিগী তোকলিবনো হায়বদু খঙনিংখি। মাগা উন্নরগা অমুক্তংদি হঙনিংখি।

ভোৎ লোইস্রে, সেনিয়র অমা ওইনা মাগা ঐগা তেল্লবা মতম খরদি নকশিন্ননা লোয়নখি। চহীদা মহাক্না ঐঙোন্দগী ফনয়াম্না হল্লবসু মাবু নমহায় তৌদুনা লোয়নবনা ঐগী হৈনবীনি। ঐগী মওংদু মহাক কয়া হৈনফাত্তনা উই অদুবু অদুম্মক ঐনা ঙম্না চৎস্রে। চরাংনবা ফাগী কয়াগী মরক্তা ব্বারী কয়া শাখি, থৌদোক কয়াদসু পূনখি। ব্বাদি ইঙাঙ ঙাঙদনা ইথক থোংবা অমা ওইনাঐগী মতেং কয়াসু পাংবীখি। পুন্সিসিনা মাগীমফমদা শিংঙমদ্রবা লমন তোনশিল্লে খন্না-খন্না মাগী কোলেজ পুন্সিসু লোইশিনখ্রে। অদুবু মাগী মফমদগী খঙনিংনা কয়ারক হংখিবা করিগী কেন্দিদেৎ ওইবা তোকলিবনো হায়বদুগী পাউখুমদুতংদি মানা পীরমখিদ্রে। মতম্না ঐখোয় অনীবুসু তপ্না তপ্না লাপথোক্লহল্লকখি। লাপথোক্লখিবতা নত্তনা মাগা-ঐগগী লম্বীসু তোঙান-তোঙান চৎনখ্রে।

কোলেজ লোইরবা মতুংদা মাদি লাইরিক মখা তমথনবগী মপান্দা চৎখ্রে। অমরোমদা ঐদি ইমুংগী খুদোং চাদবা খরদগী কোলেজগী পুন্সি ফাওবা মপুং ফানা লোইশিনবা ঙমখিদ্রে। মানা মপান্দা লৈরিঙৈদা মাগী চিঠি খরসু থারকখি। চিঠিশিংদুদা, করম তৌরি নুংঙাইরিব্রা, লাইবিক নীংথিনা তম্মু, চেকশিন্না লৈয়ুনচিংবা কয়া নুংশিনা ব্বারক ব্বাতেম্বীদুনা ইবকখি। মতমগী মতুং ইন্না ওল্লকলিবা মীওইবগী পুক্নিং ব্বাখলগী মরমদা পুন্সিগী অরেপ্পা ফিবেপ থমগদবনি, হায়বগী ব্বা তোয়না পল্লকখি। মহাক্নী ঐবু নুংশিনা য়েংশিনবীবা অমদি মমল য়াম্লবা পাউতাক কয়াগীদমক ঐনসু ইথক-থোংবা অমনা হায়রকপনি খন্না নুংঙাইজখি। মাগী মফমদসু ঐনা ঐঙোন্দা ফাওরিবা নুংঙাইজবা কয়াদুসু ফোঙদোকখি। মাগা ঐগগী মরক্তা শক উন্নদ্রবসু অমুক হন্না নকশিন্নরকখি। অদুবু ঐগী নুংঙাইবদু মতম কুইখিদ্রে। থাজদনা অথুবা মতমদা ঐবু ইশাগী অয়াবা ফাওবা হংবীরমদনা অহল-লমন্না য়ুমসিদা থারকখি। লুহোংলবা মতুং ইকান কান্নদনা মহাক্না ইউনিভর্সিটি দা থবক চংবগী পাউদু ঐঙোন্দসু খঙহল্লকখি। পাউদুদা তশেংনাঐসু নুংঙাইখি অদুবু মফম খঙদবা তয়াং-তশোইবা ব্বাখল অমনদি ঐবু লৈতাহনখিদে। মতুংদদি মাগা ঐগগী মরক্তা পাউ ফাওনখিদ্রে। য়ুম্বানবগী চেৎলবা লিপুন্দুনা তপ্না তপ্না মাবুসু কাউহনখ্রে। চহি খরগী মমাংদা নোংমা য়ুমদা ঐগী মিংদা থারকপনি হায়দুনা ইমানা মাগী চিঠি অমদি পীরকখি। চিঠিদুদা -

'মেমা'

ঐবু কেন্দিদেৎ ওইবদগী "কাসু কারোইদবদা তোকথোকলো" হায়খিবা ব্রাহৈ খরদুনা অসুক কুইরবা মতমসি ফাওবা ঐগী থস্মোয়দা করিনো মফম খঙদনা শাফু পীদুনা লাকখি । তত্তনা খনখি, অসুক লায়না ঐগী অনিংবদা অথিংবা পীরিবা মীশকসি ঐগী কনানো ? অদুবু অরোইবদা ঐনা খঙলকখিবদি মহাক্তুনা ঐগী ইফমদা পাউখুম ফংলরোইদবা ব্রাহং অমগা লোয়ননা চাউরবা মফমদি কল্লম্লে । ব্রাহৈ খরসিনা নঙবুদি ব্রাহল্লগদ্রা ?

নহাক্কী
ওজা বীরেন,
শিলোং

মহাক্কী চিঠিদুবু কয়ারক হন্না পাখি । চিঠিদুনা করিনো হায়বদি ময়েক ইশেং-শেংদনা ঐবু মতম খরদি চরাঙনবা পোকহনখি । অদুবু ঐনা খঙনিংনা হংখিবা ব্রাহঙদুগী পাউখুম য়াওবা মাগী থেংনা ফঙলবা চিঠিদুদি মখুৎ য়াওরবা ইচাশিংনা মচেৎ কয়া থোক্না শেগায়বীরমলে ।

"চাদুবু নূঙ ওইনা ফুৎলবরো, ওজা চৎলগে হায়য়ে ।"

মপান্দগী ইমুংগী মীনা লাওরকপদুদা জ্ঞান খংতা তারকই । য়েংথরকপদদি চাগী ঈশিং পুম্বা ঙম্না কংলমলে । মথোং খঙদনা ফিংতক্লা খুমখি -

"পুরক্লে-পুরক্লে" ।

*ঐচ. নলিনী দেবী*
১১/৯/১৯৯৯ ইং,
*কাঞ্চিপুর ।*

*******

# মমিং

লাউরিবা অসিবু - করি হায়বা ! "বজার থোঙ লোল্লে হায়বা" করি তৌবগী লোল্লীবা থোঙনো ? নোংমতা কাংদে হায়বা হেক য়াই - অদু তৌরে অদা তৌরে । ফৌ-চেং খিন্দুনা চাবা মখোয়গীদি ফরে, লুপা অমা অনী তোংনবা হোৎনজরিবা নোংমগী চারা তাঞ্জরিবশিংনা হিংগদৌরিবসিবু করিনো ? কৈথেল কারিবনি হায়দুনা তৌরিবসিসু ফনদি ঈকাইবা ৱানি । মশাগী অরেপ্পা পোৎফমসু লৈজবা নত্তে । ট্রাফিক পুলিস লাক্তবা তাঞ্জা য়েংদুনা লুকমাই কোয়থাং থাংদুনা য়োল্লিবসিদা অমুকসু কৈথেল বন্দ !

ঙসি নোংমা নীনিসিদা লেপ্পা লৈতনা তাখিবা নোং, লেন্না থোম্বদগী চেকখায়রবা কোবী ফুলসিং, ইঙ্গুং নাপী খামেন অশিনবা খর অদু লুপা তরা কুন্দা শিংলবসু ঙারি-ঙাতাইদদি লৈনগনি খন্দুনা হেকচিঞ্জরুবনি । অদুবু কৈথেল ফম্নদ্রবদি অমুক মাঙলগদ্রা খন্না খন্না ইবেচাউবীনা মনীং হাইফেৎ তৎলবা থুম্মোক-লাইতং অদুদা পোৎশিংদু হাপচিল্লি । অমুকসু শাউনিংই, করিদি উপাই লৈরি । মপান্দা তোম্বীনা কৌরকই -

- ইবেচাউবী ! হো ইবেচাউবী লৈতবরা ?
- করি হায়গে ইচে তোম্বী ।
- "ঙসিদি কৈথেলদা ধারানা ফমগনি হায়য়ে । য়াওদ্রবদি লুপা ২০০/- ফাইন থীহনগনি পোৎফমসু ফমহল্লোই হায়বনি । ঙাইহাক য়াওরুসি ।"

"চাক চখোম অমমম চারগা পুং ১০গী অদুৱাইদা চৎসি । ঐসু চাক থোংলুখিগে । মরমবু করিগীনি হায়বগে ?" খুমলমদনা অদুম্মক তহা তহা

চৎখ্রে। তোম্বী নৌনা লুখ্রা ওইহৌবনি। মচা নুপী অনী নুপা অহুমনি মানা থাক্লিবসি। কৈথেলদা লুকমাই পাল্লিবনি হায়দুনা তৌরিবসিদসু লল্লোনশেন চামঙা চাতরুক ফানা পায়জবা নত্তে। নোংমগী অফংবা মনা-মশীঙ খর তিক্লগা হোৎনজরিবনি। মাসু ঐগুম্বনিকো খেন্নরিবা হায়ববু ঐগীনা ইচা নুপাসিখক্তনি।

ওরাং ঐনা কৈথেল কুম্লমদাইদা ইচে শখিখোয় মেম্মখোয়না ঙাওনখিবা হায়ফেৎ তাখিবগুম তৌই - মপাল্লমদা লাইরিক তমজবা পাখংমচা অমা ময়ূমদা ছুটি থোকচরকপনি। দুকান্দা পোৎ লৈদুনা লৈরিঙৈ গাড়ীদা লাকপা কমান্দো খুৎপু অমনা কাপ্পুনা হাৎপীরমলে। মরাল লৈতনা মীবু পংহাত্তা হাৎপা মীওইবগী হিংবগী আধিকার অমত্তা লৈত্রবা! ঐখোয়না হিংলিবসিবু খুৎলাই পায়বশিংগী শরাক তম্ফম ওইরবা। ইচা পোক্লে হরাওদবা, পোক্লে ব্রাবা। হিংবগী মমলবু করিনো? মহাপ্রলয় হায়বদু লাক্লমাল্লে, যুগসে লোইগদৌরব্রা? মীওইবনা মচা মগু পোক্লদুনা মহৈ-মশীং তমলিবা অসি অফবা, চাউখৎপা সমাজ অমা শেম্নবগীদমক্তি। অরৈবা কয়ানা মীরৈবাক্তা থাদুনা মচাশিংবু মহৈ-মশিং তম্বান্দুনা অহেনবা জ্ঞ্যান তানশিন্নবা হোৎনহল্লি। লৈজদবা কনানা চারা নামতা চাদুনা ফিজেৎ ফিগাই শেত্তুনা মীমান্নবা ঙম্নবা হোৎনরি। চুরান থাবনা থেংন থেংনবা মী ফাদুনা হাৎপগুম লম্মখাংদা চিংনৈ হায়দুনা মীবু ব্রাহং পাউহংদনা অচুম অরান থিদনা হাৎপগী চৎনবী অমা কন্না লমদমসিদা চখ্যরি। মমা ওইবীশিংগী ফিজিগী লনবু নমজা নমথেক্তুনা মুন্দুনা পুবিরী।

ইবেচাউবী মফি হোংলদুনা ইমুংগী কাচিন্দা থল্লীবা ঙসাই মানা থাংজিনখিবা থুম্মোক লাইতংদা য়াওরিবা ইঙ্গ্লাং-নাপী অদু চিংনা য়েংজখি। হৌজিক হৌজিক ফাওবা হুকনিংঙাই লৈত্রবী মহাক্লা লুপা চনি কদাইদগী থিবা ওইথোক্তে। অসিগুম্বা খুদোংথীরবা থৌদোক অসি মশীঙ নাইদনা থোকথ্রে। ময়ূমদগী মথানুংগী মচাবু মুনবিপ্লগা মফম খঙদনা মাঙহনবীখিবা। থিঙেন্দা তাইনবা ঙমদ্রগা নাশিখোঙদা তাইনবা। মনা ফংনিংবদগী মরাল লৈজদ্রবা মীবু হাৎপীরি। মসিনা মণিপুরগী অনৌবা ইতিহাস অমা শেম্বদা তেংবাঙলি।

ইবেচাউবী মচে তোম্বীগা লোয়নননা মীয়াম মরক্তা ধারানা ফম্বা য়াওরি।

ধারনা ফম্বগী মরমদি মমিং অনী থোনবগীনি', লালহৌবা ওইরবোই নীংদুনা চিংনবদগী কাপ্পা ওইরম্লে। ওস্তোকপনি ! লৈহৈদ্রেদকো বিষ্ণু ! বিষ্ণু ! মমিং অনী থোনবগীদমকপু অসূক নুংশি হৈত্রবা শাজং । থেংখাং কয়ানো মমা ওইবীশিংগী থম্মোয়বু কায়হনবা ! ইবেচাউবীনা মতম অমগী অনীশুবা নুপীলালগী ৱারী নীংশিংলকই - চেং লৈনা লৈনা চাবা ফংজদ্রবা চারা হেল্লবা মচাশিংগীদমক্তা মপান্দা চেং থাবা থিংবগীদমক সিফাইশিংনা খুৎলাই পায়জদ্রবা নুপীশিংগী মথক্তা খুৎলাই থাখিবা মণিপুরদা 'নুপীলাল' হায়না খঙনখ্রিবা থৌদোক অদু মচাশিংগীদমক্লি, লৈবাক্কীদমক্লি ।

ইবেচাউবী ফমদুনা লৈবা ঙম্লক্রে । মশা পূম্বা হুমাং অনপ্পী কাংলকই মতোমতা পোকচবা নুংশিনা মিংথোঞ্জবা মচা 'থোইথোইবা' স্কুলদনা শান্তিকুমার মচাগীদমক মীপাইজরকই ।

ডাঃ ঙাঙোম একাশিনি দেবী
২০/৪/২০০৪ ইং,

*<u>ডা: ঙাঙোম একাশিনি দেবী (ওক্টোবর ২২, ১৯৫৭) :</u> ললাম্বুং অখেল্লম্বম লৈকাইদা লৈ। এম. এ. মণিপুরীনি। হৌজিক নাওরেম বীরহরী কোলেজ; খুন্দ্রাকপমগী ভাইস প্রিন্সিপাল ওইনা থবক পুরি। মণিপুরী লৈটরেরী সোসাইটি, ইম্ফালগী প্রেসিদেন্ট (২০০১-০২) ওইরকই। মণিপুরী নুপী অইবীশিংগী খোমজিনবা লাইরিক "নুপীগী খোঞ্জেল" (১৯৯৩) দা অইবী অসিগী শৈরেং হাপখ্রে। অতৈ চেফোঙ অমদি এন্থোলোজিগী লাইরিক কয়াদসু শৈরেং অমদি ৱারীমচাশিং হাপখ্রে।*

*******

# মসিসু পুন্সিনি

নীংথমথানি। য়াম্না ঙল্লি, অয়ুক্কী পৃং মঙাতমক তারি। ইবেমহল কৈথেল কাখ্রে। ঙল্লিঙৈদা য়োলহৌদ্রবদি পোৎ শিংতেহায়দুনা ঙন্না ঙন্না চৎলি।

চহি তরামঙাদা ঙাইরিঙৈদগী ইবেমহল নৌনা অহল লমনশিংনা হায়ন-শীংনদুনা ময়ূম পাল্লকখীবনি। থাপ্লবা খুঙ্গংগী নিঙোলনি। মনেম নৌনা কায়নখি। মরৈ কল্লবা মকুবোক্কী মীৎয়েং মখাদা হীংলকখিবনি। মদুমক্তা ইবেমহলনা মচা তরুক য়োকপা ঙল্লকখিবনি। মকুবোক লৈখিদবা মতুং চহী অমা ফারবদা ইবেমহলগী মপুরোইবদু মৌ অমা পুদুনা লাকখি। নুমিৎ হুম্নি লৈরল্লগা মাগী নুপা ইবোহল্দু নুপী মপামদা লৈখি। নোংমতা মচাশিং করি চারি, করি থক্লি হংলকখিদ্রবনি। চহী কয়া হৌখ্রে। ইবেমহলগী অমতা য়াওজবী মচা নুপী অদু তাইফতনা কন্না নাখি। মপাবু তোয়না হংজখি। নুংঙাইত্রদুনা মচানুপা থাদুনা কৌহঞ্জখি, লাকখিদে। অব্রাবা হৌনদুনা লাকই হায়বদুনি। তমথিরবা চৈনা অমা ইবেমহলদা অমুক নোংদম্বনা তম্বীরল্লে। নুংশিজরবা মথানুংগী মচাদু মুনবিখ্রে। মচা কাইনবগী মৈনা চাক্লবী ইবেমহল মপুরোইববু ব্রারৌখ্রে।

নোংমতা পোখাদে ইবেমহল মচাশিংদু মী ওইনবা খনবদা শুবা নোম্বা লেপ্লা লৈতে। মীয়ামগী সমাজগী মীৎয়েংদদি মপুরোইবা লৈবী নুপীনি অদুবু মহাক্কী হীংলিবা পুন্সি মহিং অসিদি লুখ্রাবিনি। নুপা নুপী অনী থোং মান্ননা নোল্লবা ফাওবদা মেনবা ঙম্মদ্রিবনি। ইবেমহল অব্রাবা কোঙ্গাই খাঙদুনা মচাশিংবু মহৈ-মশিং তম্মান্নবা হোৎনজৈ। ব্রারবা মতমসিদা ইবেমহল মচানুপীগী ব্রাহৈ ঙসি ফাওবা কাউদ্রি। নাকোঙদা অদুম্মক ঙংদুনা লৈরি -

- ইমা! নঙ য়াম্না ব্রারে। ঐনা হয়েং চাউরগা নঙ নুংঙাইহনদৌরিবনি। মমাগী থোইবী ইচা চাউরে হায়দুনা মকোক্তা শিং শিং নাম্থুবিখিবা হৌজিক্তা

থোকখিবগুম উরকখি। মদুদা ইবেমহলনা মচাবু নুংশিনা চুপচখি। মউ য়াওদ্রবি উপালগুম মদোম কোয়চেন চেঞ্জরি। নুপীসু নুপাসু শুপ্লীবনি। তাঞ্জাসিদা খঙকৌ কৌরকই - 'ইনেবেম্মা!' চাওবীতোন হান্নগী মতৌগুম নুমিদাংবাইরম য়ৌরক্লদুনা ইবেমহলগী মনাক্তা শেপ্লেপ মাংবীগী পৈশা খোম্বা লাকই।

- ইবেম্মা হয়েং পুল্লপ ইনখৎলক্লগে, য়াদ্রগা ঙাইহাক্তং লৈরগা ঙম্বা য়েংগে অতে অতে হান্না চৎলুখো।

- ইনে নোংমা পুখখিবসে ব্রাগনিদা।

- ইনেনা হেন্না পুখহন্নীংদবনি, তাঞ্জা অমা চাদদুনা তৌরিবনি।

ইবেমহলগী মচা অতোম্বদু বি. এ. অরোইবা অসিদদি থাদোকহনগে হায়দুনা হোৎনরকপনি। পরিক্ষাগী ফোর্ম ফিল্লপ তৌনবগীদমক্তা মঙোন্দগীলুপা লিশিং অমা লৌরুবনি। য়ূম পানবা ঙম্নবা মচাশিংনা ইস্কোলদা ইঙ্গ্লাং নাপী থাদুনা হোৎনজরকখিবনি।

- চাউবীতোন ইবেমহলগী মতৌদুদা হংলকই - ইনেগী মতেং পাংবীনবা কনামত্তা ফাওবা লৈত্রবরো ?

- ইবেম্মা! নৌপ্পাশিংদুসু সরকারগী থবক তৌবা পৈশা থোকপা অমা ফাওবা য়াওদেদো। প্রাইভেত স্কুলদা ওজা ওইবা অমতংদি য়াওরি। মদুনসু ওইবা য়াবা নত্তে। অঙাং খরা প্রাইভেত তম্বীবনা হৌজিক্কী মতমদদি কৈদৌনরুনি। বি.এ, এম.এ. পাস তৌরে হায়দুনসু হৌজিক্কী মতমদদি পৈশা, শঙ্গ লৈতবা মীদি থবক অমা তৌরুবা ফক্লাং ওইদুনা তোকইদো। প্রাইভেত খরা তম্বীবদুসু তলব ফংদে হায়দুনা পৈশা অমা ফাওবা পীরদ্রি।

চাউবীতোন ব্রাহে-অমা ফাওবা খুন্নকখিদ্রে। তুমিন লেপ্লম্বদগী মনাক্তা তপ্না ফমথরকই। মনেগী অব্রাবদা মাগীসু শরুক য়াজবগুম খল্লকখি। কনতক ঙাঙলুবা ব্রাহৈদুগী নুংঙাইতবা মশাদা ফাওরকপগুম তৌরকই। তপ্না হায়রকই।

- ইনে! ইনেনা ঙম্বা মতমদা খরা খরা হেক ইনখৎলকউ। চাউবীতোন মীগী অব্রা অনা কয়া য়েংঙমদবিনি, মীনুংশি লৈবিনি। কৈথেল ফম্বী কয়া অমদা পৈশা খরা খরা থংবীদুনা কান্নবা পীরি। লল্লোনবীশিংদুসু নোংমা ফাদোক ইঙ্গ্লাং চরা অমা চারু হায়দুনা হাপ্পীবসু ময়াওই। অফবা মীগী শরুক

থুংদে হায়বগুম মীনা পৈশা ইনখৎপীদনা অদুম মাঙবসু কয়ানি । মাগী মাগী ধর্ম্মনি খন্দোকই । থম্মোইবু শেংলবদি কনাগুম্বশিংদি মাগী ইমুং মনুংগী অচেৎপা ৱাফমদা তাথোক তাশিন ফাওবা তৌনৈ । চাউবীতোনদি অয়াম্বা মতমদা ইবেমহলগী মতেং পাংবীদুনতা লাকখি । হেক নক্লবা মণি মমৌগুম লোয়নজরকপনি ।

- অদুদি ইনে ঐ চৎলে । অমুক লাক্কে হায়রমলগা তপ্পা হৈনিংদনা মনেগী মনাক্তা অশাংবা শ্বর অমত্তং হোল্লম্লগা থোকখি ।

পোত্তি লোইশিল্লক্কে মীনা মচিন থী হায়খিগদ্র খন্দুনা চাউবীতোন লাকপা ঙাইরি । অতৎপা থুম্মোক মনুংদা মঞ্জুনবা গমশা মতেক অমনা চেকশিন্না য়োমলিবদুদা অমুক য়েং অমুক থম তৌরি । ঙসাই হেক হায়গদবসু হঙ্গোইদুনা হায়বা ঙমহৌদ্রবনি মীনা করিনি হায়না খনখিগদগে হায়দুনা । হেক্তা হায়রগে লেপ্লে হৌজিক্তি । চাওবিতোন মোমোন নোক্লদুনা, "ইনেবেম্মা ঙন্তানা পোৎশিং ফরেদা ।"

- ইবেম্মা পোত্তি লোইরে - অদুবু ।

মখা তাবা ঙমদ্রিঙৈ চাউবীতোন বোয় কলম পুথোরকই । ইবেমহল পৈশা পুথোকপগী মহুত্তা চেৎনা য়োমলিবাময়োমদু চাউবীতোন্দা পীশিল্লি ।

- ইবেম্মা ! ইনে ঙসাই হাযবা ঙমদদুনা তৌবনি করি হায়গদগে খঙদ্রে । সে ! পোৎশি পায়শিল্লু ।

- "করিনো ইনে ?" চাউবীতোন য়োমলিবা ময়োমদু হাংদোক্লুনা য়েংই । মঞ্জুনরবা ফনেক ফীগে মানবী মংগে মচু অমা ওইরমলে । মঙোন্দদি অসিগুম্বসিদি চন্নফম লৈতে । অশেংবা ফিগেনা মচু শুনা লৈরিবনি । শাউরুবসু য়াদ লকক তৌদুনা লেপ্তুনা লৈরি চাউবীতোন ।

- ইবেম্মা ইনে হায়ফম খংদদুনা তৌরবনি । ঙসাইনা হায়গদবসু হেক হঙ্গোইদনা লৈরবনি । নঙোন্দা চীন পুথবদা তাগ্রে । ঙরাংসু পীদ্রে ৱারৌনু অদু পায়শিল্লো । ইনেনা ঙল্লবা মতমদা অমুক ইমৌগী পৈশাদো পীরক্কে, হায়না হায়না ইবেমহলগী মীৎলুদা পীরাং ইহৌরকই ।

- ইনেবেম্মা ! ঐ মসি পুরোইদা । থমজিল্লো মীনা উখ্রগা ইকাই । মথঙদা ইনখৎপা ঙম্বা য়েংনরগা লোয়রেদনা ।

- ইবেম্মা ইনেদি ইকাইবনা শিরে ইমৌগী মতৌশিদি । ইনেনা খাঙলকল্লিবসি ঙসি ঙরাংতগী ব্রা নত্তে। লুপা মঙা তরা অমা তোংগদ্রা খন্দুনা মীনা য়াহৌনদ্রিঙৈদগী কৈথেলদা নোংঙাল্লিবনি । লৈকাইগী মরূপ মপাংদগী থৌদোক ব্রাথোকশিং অসি তোকপা য়াবা নত্তে । চৎনবী অসিনা লাইরবী ঐবুদি কয়াদা ব্রাহনখ্রবা । পীকখ্রবা ইশুশিং ময়াম অসিমসু হুন্দোকলম্বা য়াবা নত্তেদো । ইশু নুংশিবগী প্রেমদো কয়াদা কনখ্রবা অব্রাবা পূম্বা কাউইদো মখোয়শিং অসিবু হেক হুন্দোকলম্বা য়াবা নত্তেদো । মখোয়না ঐবু মায়া অমুক তৌররে ।

- ইনেবেম্মা মসিসু পুন্সিনি । পুন্সি মখল অমনি ।

- ঐ ইথন্তা ওইরবদি করিসু লৈবা নত্তে । চাবা চাদবা ময়ামসিগী খনবদা ঐসে শিবা ঙমদ্রবনি । ঐসু অহল ওইশিল্লকলে । ঐগী শিনফমসিনা মখোয়বু কয়াম কুইনা পীজ পীথক ঙমখিনি । মচিন মনাও মখোয়দো তুং কোইনা লৈমিন্নহৌবা অদু পাম্বদগী তৌরিবনিনে ।

অহল-লমনশিংনা হায়নবা ''য়ুম্বাল্লোন হায়বসিদি তুরেলগী লৈঙোইদগী হেন্না কুপ্পী'' ব্রাহৈ খরসিগী অর্থ হৌজিক্তা খঙলকপগুম তৌরি । চাউবীতোন ইবেমহলগী মতৌদুদা থেমজিন ব্রাহৈ ওইনা 'ইনেবেম্মা পুন্সি হায়বসি অমুক ব্রাবা অমুক নুংঙাইবা অসি ঙাক্তনি । ইনেবেম্মগীসু মতম লাকখিগনি । ঐ চৎলগে, হায়রল্লগা হৌগত্তুনা থোকখ্রে । ইবেমহল উঙজা পুরবী অমগুম করিমতা হায়হৌদনা তুমিন্না লৈহৌই ।

*ডাঃ ঙাঙোম একাশিনি দেবী*

২৫/৫/২০০৪ ইং,

*******

# রিজিগনেসন

- কৈ দৌরবগে কলেজ চত্তুবদি ?
- করিসু তৌদে ।
- "থেংদ্রিবরা ? নুমিৎ খুদিংগীদি হোবে হোবে তৌবদায় ?" হায়রল্লগা মপুরোইবদু অদুমক থোকপ্রে ।

সুনীতা মপুবোইবনা হায়বিবদুগী পাউখুম পীরুদনা মহাক্লা কয়ারক হন্না হন্না খল্লবা মতুংদা ইখিবা রিজিনেসনগী লেটর অদু পানা পানা হৌখ্রবা খৌদোকশিং মথং মথং ওইনা নীংশিংলকখি -

- পাবুং ! ঐ এক্সপবিয়েন্স তানবা ওইনা প্রাইভেট কলেজ অমদা চঙলগে । সবকারগী থবকসু পাকক্কা ফংখিরোই ।
- "ঐগীদি করিসু হায়দেদা । নঙগী ৱানি ওঝা হায়বসিদি সরকারগী প্রাইভেটকী হাযবা লৈতেদা । তলবতনা প্রাইভেট সরকার খায়বনি।"

মমান্নবীশিংদি সরকারগী থবক ফংনখ্রবনি । মহাক্লা মতম অরেম্বদা লৈগদৌবগী শরুক কলেজ অসিদা চঙলকখিবনি । ছাত্রশিং পংয়াম যামদে । নৌনা লিংখৎপা কলেজগী সেসন হৌবা নুমিত্তুনা টিচিং অমসুং নন টিচিং ষ্টাফকী মীওইশিং অনৌবা শকখঙনবগী হৌনবা মশা মশাগী শক তাক্লে । হরাও তয়াম্না চা থকমিন্নে । নুমিৎ অদু কয়াদা নুংঙাইজখিবা । মশাগী ষ্টেটস অমা লৈজরবগুম খনখি । চঙলকপদা ঙাইরিবা মাগী থৱাই য়াওবা মতৌদুনা ওথোরিটিনা দায়িত্ব কয়া শীন্নে ওথোরিটিগী থৱায় য়াওবা অমদি পূকচেল শেংনা হোৎনবীবনা কলেজ ডিভলবমেন্টতা পঙথিন থিন্থররোই খনখি । ওজাশিংসু চহী মঙাগী মতম ফাওবদি শেলগী খন্নদনা পূকচেল খোযজেল তীন্ননা হোৎনরকখিবনি । সুনিতা ওজাগী শিনফমসিমক্লি য়াম্না পামজরকখিবা ।

অদুবু প্রাইভেত কলেজগী ফিভমদি - হৈ লৈর থাঙ লৈত, থাঙ লৈর হৈ লৈত, ওজানা লাক্কনি ছাত্রা লাক্তে, ছাত্র লাক্কনি ওজা লাক্তে। থৱায় য়াওবা ছাত্র খরগীদি সুনীতা নুংতিগী কলেজ কাদবা য়ারক্তে । অহীং কয়া তূমদনা লাইরিক কয়া পাখি, সজেসন কয়া শেমখি ।

হোংবা নাইবা মতমগী ঈচেল্লকসিদা ঈতিন্নবা ঙম্মবা হোৎনদবা য়ারক্রে। স্কুল কলেজনা শৌগ্রী য়ুংবগুম য়ুংনরক্লিবা, সরকারনসু প্রাইভেটকী স্কুল কলেজশিং পাক লৌশিনগদবা লৈত্রি । অদুগীমথক্তা হীরম খুদিংমক্তা কম্পিটিসন ওইরক্লবসিদা শোখদুনা লৈরিবা কলেজগী ডিভেলবমেন্টকীদমক মশীং নাইদনা মিটিং কয়া তৌখি জি.বি. (গোবর্নিং বোডিগী) মেম্বরশিং, ওজাশিং, অমসুং নন-টিচিংগী ষ্টাফশিংগা লোয়ননা । ৱারেপ কয়া পুন্না লৌমিন্নদুনা ছাত্রশিং কলেজ কানিংনবা সজেসন কয়া তৌনখি । ছাত্র মশীং য়াম্লক্তবা, ফি হম্বুরকপনা ওজাশিংগী তলব হান্নদগী তাথরকই । গাড়ী ভারা হেনগৎলকই। চহী নিপান-মাপন ওজা ওইরকপসিদা প্রাইভেত কলেজগী ওজানা কয়াম তোন্না লৈবগে হায়বসি হৌজিক্তদা খঙলকই । সুনীতা মযূম পাল্লে, মচা লৈরে মপুরোইবসু সরকারগী থবক তৌদে, চুম্না ঠিকা মচা মচা তৌজবনি । শেন্থোক ৱাৎলকপনা য়ূম পুবদা অৱাবা ওইরকই । ওজাশিং ফনা য়ামলে তোক্লখিবা । অহল ওইরবা মনেম মকুগী সেবা, পীক্লিবা মচা অহুমদুগী লাইরিক লাইশু তম্বগী হোৎনবগদা অৱাবা ওইরকই । মসিদনি মানা মপুরোইবদা হঞ্জিন হঞ্জিন হায়খ্রিবা -

- ঐ কলেজ তোক্লগে ।
- করিগীনো নশাগী এক্সপরিএন্স তানশিল্লু ।
- এক্সপরিএন্স অমতা পামজদ্রে । মতেং পাংবীনবা মী থমগদবসু শেন্থোক মতাসিনা ঙমদ্রে । কলেজনগা লাপ্পগা ইমুংগী কৃপনোমগদা কুচু কুমেন থোক্তরে । মনেম মকুনসু তলব নীংথিনা ফংবসু নত্তা তোক্লো হায়রবনি । ঙম্লিবমখৈদি হোৎনরমখিগে খন্দুনা খাঙলকখিবনি । 'মে-দে' নুমিৎনি । সুনিতা ক্লাস লোইরদুনা পৈশা লৌবা চৎলি । হান্নগা কোন্নদ্রিঙৈদা পৈশা অমুক ককলমখি । কেশিয়ারদুদা হংলুবদা 'সেক্রেটরীনা ককউ হায়বদগী ককপনি খুমলকই । ৱা মখা তারমদনা তুমিন্না থোরকই । বি.এ; বি.এস.সি সেকেণ্ড

ইয়রগী পরিক্ষা মনুং ওইবনা ওজাশিং ইরাক লাক্লদে। মহাক্কীদি নুমিৎ খূদিংগী কায়। পরিক্ষা লৈতবা নুমিত্তু প্রিন্সিপালদা ছুটি নিবগী এপ্লিকেসন পীশিল্লি।

- ছুটি লৌদ্রবসু য়াই। পরিক্ষা লৈতে।
- নঙগীসি হন্দক পৈশা ককখিবরা ?
- অহোই ওজা।

পরিক্ষা মনুংদা দ্যুটি লৈতবা ওজা কয়া অমদি কলেজ কান্নরক্তে পৈশাসু কক্তে হংলুবদা ওজানা পরিক্ষা দ্যুটি থারম্মোই অদুননি হায়রকই। অতৈ ওজাশিংগীসু থাবা নত্তে। ওথোরিটিগী শকমায় য়েংবা থবক থৌওং কয়াদা মহাক ৱারৌই। ওজাশিং মাগী মাগী ঙম্নবা দবল সার্ভিস তৌনবা অতৈ অতৈ উপাই কয়া থিনরকই। কমন রুম খুঙ্গংগী কৈথেল মচা অমা ওইরকই। সেক্রেটরীগী চেক তৌরকই অরীবা ওজা লৌথোক্তুনা অনৌবা ওজা হাপলকই। জি.বি. গী চাউখৎ থৌরাংগী থৌশিলদা ওজাশিং কনামত্তনা সজেসন পীরুবা য়াদে। কলেজগী থৌরম কয়াদা থৱায় য়াওনা হোৎনজরুবা পৃম্বদু হীংনবগী লানফমদা ষ্টেটসকী ৱাফম তুংওইনরক্লবী সুনীতা উনা মচুগী ইনভেলবতু লৌরুদুনা ঙসাই মানা ইখিবা রিজিগনেসনগী লেটরদু হাপচিল্লি। নীংথিনা থুপচিল্লবা খাউদু মপুরোইবদা উৎলদুনা, 'হয়েংদি শোয়দনা পীরুরগে।' খঙহৌদনা মীৎলুদগী পিগী মরিক শীন্থখি।

*ডাঃ ঙাঙোম একাশিনি দেবী*
২৫/৫/২০০৪ ইং,

*******

# ঐগ্যাবোক্কী ফুংগা ৱারী

নীংথমথাগী নুমিদাং অসিদি চাকচামাংদবু ওইরবসু চাক চাবা লোইরগবু ওইরবসু ঐখোয় ময়াম ইকোয় কোয়না চন্নদবা মখে কৃক কৃক ইন্নরবসু ঐগ্যাবোক্কী ফুঙ্গা মপাল অকোয়বা অদুদা ফম্নগা মৈ তিক্কুনা লেল্লী। ঐগ্যাবোক্লা ৱারী নুঙাই নঙাইবা কয়া লিবী। মরক মরক্তা মনাক্তা ফম্লীবা ঐখোয় ময়াম্নসু মানা মানা হৈজবা ৱারী কয়া লিনবা পাউখোঙ কয়া চন্নবা অদুনা শাংপ্রবা নিংথমগী অহিং অদু হৌখিবা খঙহৌদে।

ঐগ্যাবোক্কী পীক্তক তৌবা ইনা কুপ্না য়ুম মচা অদুগী মমাঙথাংবা কাদা ফমুং মচা অমা, মনীংথংবা কাদা ফমুং মচা অমা, ফমুংদুগী অৱাংদা ফুংগা অমা, অপীকপা চাকখুম লৈরঙ অমা, ফিরোন থম্নবা তরং মচা অমা নত্তনা অতৈদি করিসু লৈতে। ফুংগাগী নোংপোক থংবা মাইগৈ অদুদা চক্রি ৱাই সাংনা হাপ্লী শীঙসু খরা অদুম ময়াওই অদুবু সম্থিশীঙনদি নম্না থায়, ফুংগা অদুগী অকোয়বদা ফম্লীবা মীশিংগী মনুংদা ঐখোয়গী ইপ্নোম্নুংগী অবোকশিং, ইমা, ইন্দোমচাশিং, মৌশিং অমদি খুরাশিং য়ুম মরি মঙা অদুগী অঙাংগী লোন্দা হৌমিন কামিন্নরকপী ময়াম অমা ইকোয় হেক কোইশিন্দুনা ফম্মী। খরনা ঙবোং খরনা কম্বল অঙাং খবনা মতং-মতা খরা থবাক্তা কিশি কিদুনা ইল্লী। ফম্লীঙৈদদি ফোং-ফোং হেক শারদনা কয়াদা নুংঙাইপ্রবা। মীনীন্ননী খঙদে মৈননি খঙদে হৌগৎলুরগা হেক্তা ইঙবা, অমা হৌগৎখি অমা হেক্তা চঙলক্কুনা ফম্মী ঙৈহাক্তা ফাওবা হাঙদে ঐগ্যাবোক্কী ফুংগাদু। য়ুমলোন কৈরোন্নবা ময়াম অয়ুক নুংথিল থবক ৱানা শুনরুরবসু নুমিদাংগী অমত্তা ঙায়রবা পোত্থাশঙনী ফুংগা মপাল অসি, ঐখোয় ঐগ্যাবোকনা লীবীবা ৱারীদি য়াম্না নুংঙাই। ৱা ঙাংবদসু ৱাশি য়াম্না য়াওই অদুবু মশক্তি ফজবা নত্তে এঙ্গাং থোংবগদি হাউপ্রপোৎনি। ময়াম্না ফুঙগাদা মৈ তিক্কীঙৈ ঐগ্যাবোক্লা লৈরঙ মচা অদুদা মখোয় মমা মচা অহুমগী চাক্কু ৱারী শানা শানা থোংদোকই

চফ্ অদুসু লৈবাক্লা শাবা চফুনি এঙ্খাং অদুসু অকায়বা খাং অমদা অকায়বরোমদা খরা চেপখৎলগা কাংশোই থোংলি । মরোয় মপাং ঙা নম্না থাকপা মনম নুংশিবা এঙ্খাং অদু ঐগ্যাবোক্লা হোরেন লৌইরগা মৈ তীক্লিবী ময়াম অদুনা হল্লমদাইদা খজিক খজিক য়েনগদৌরিবনি ।ঐখোয়গী ঐগ্যাচৌবীসে ঐগ্যাবোক্কী মচানুপা অতোনবনি মহাক্তি য়াম্না ফিংঙি শাউগল্লি মহাক্লা শাওরকপদা ইমুংগী কোল-লিক, চফু-উয়ান হেক হেক লংখাইদুনা থুগাইবী অদুনা ঐগ্যাবোক্কী ইমুংসে কায়দবা কোপ্তবা কোল অমত্তা লৈতে । ঐগ্যাবোক্তো ৱাবদি ৱাবা জাৎনি অদুবু নোংমতা শাউবা উদে কনাদসু ৱারৌদবগুম অদুমক লৈ । ঐখোয়না খঙলকপদগী ঐগ্যাবোক্তী হনুদুনা অদুম লৈরম্মী । ঐখোয় অবোক্লা হেক হেক হায়, "মতম অমদা ঐগ্যা লৈরীঙৈদা নুংঙাইরমগ্রপোৎনি । ঐগ্যাদো লিন সান্নরম্বনি লিন্না চিকপা মী লাইয়েংবসু ঙম্মী । ঐখোয়না লৈরিবা ইম্খোল মশাঙ অসি মখোয়গী ঙাক্তা ওইরল্লীবনি হুজিক্তী মচেৎ-মচেৎ য়োম্থোক্তুনা পীকশিল্লক্রবনি" হায়দুনা হেক-হেক শোল্লি ।

ঐগ্যাবোক্তী বামোন্নীনা ময়াম্নদি এঙ্খাং নোংমতা লান্দে ইম্খোন্নুংদা হৌবা মরোই-মপাঙ, মনা-মশীঙদি পরেং অদুদা লৈরীবা ইমুংগী মীওই খুদিংমক হেক-হেক্তুনা চানরম্মী, কনাসু শাউনদে ঐখোয় অবোক্তী খরা সৌ-সৌ লাউগল্লি অদুবু অবোক্তী কৈথেলদা বোরী য়োনবা চৎলী নোংমতা যুমদা লৈজবা ফংজদে ইম্খোলদি ইপুবোক্লা কোইবনি ঐখোয়গী পীকতক তৌবা ইম্খোল অদুদা হৌদবা মনা-মশীঙ লৈতে মরূ-মরাং মরোয়দগীনা হিদাক মনা সিং য়াইঙং সুনা থাই । ঐখোয় ইপুবোক্তী মপুক য়াম্না তম্লী । লৈকাইগী মী অয়াম্বনা অৱাৎ-অপা হংবদা ইপুবোক্কী মনাক্তা হেক্তা হংলৈ মীনবু পোৎ অমা হেক হংলবদা ইপুবোক্লা লৈতে হায়বা অমত্তা য়াওদে য়েংখিগে হায়রগা হেক্তা পুথোরকই । অৱাৎপা অমত্তা লৈতে, ইম্খোলনুং অদুগী মীশিং খুদিংমক ইমুং অমত্তগী মীগুম তৌই । অয়ুক নুংথিল ৱানা শূনরুবা মী খুদিংমক নুমিদাং হেক য়ৌবগা ঐগ্যাবোক্কী ফুংগা মপান্দা কোয়শিল্লি । অদুদগী অমুক খ্রো-খ্রো খোৎলগা মৈরূ হাপ্পী । হিদাক তুবীয়াদগী হিদাক অসুবা অদু মখূৎনা পেৎ-পেৎ মেৎলগা খরা অমুক হাপ্পী । ফুঙগা মপান্দা লৈরীবা মৈরৌ চেগপ অদু পায়রগা মৈতান অদু খন খন্দুনা হাপ্পী মচিন্না তপ্না তপ্না কামদুনা য়েংঙি

অদুদগীদি হিদাকপু মতোন্দা ঙাছুক অদু হাপচিল্লগা গ্রোক গ্রোক চিংদুনা ৱারী মথং-মথং লিরকই । নোংমসু খুরায়াইমনা লীবীবা য়াওই নোংমনা অঙাং ঐখোয়গী মরক্তগীসু লীনৈ । নুংঙাইশ্রপোৎনিদা মতমদো, ঐগ্যাবোক্কী ৱারীদা লমদম অসিদা লৈরম্বা-লৈরম্বী অচৌ-অশাংগী ৱারী, নুংশি নুংওনগী ৱারী, হুরান-চিঙ্ছি তৌরম্বগী ৱারী থৌদোক কয়া থোকখিবা পূম্নমক চিংথদনা লীবী অসিদসু নত্তে হৌজিক হৌজিক লৈমীন্নরিবা ইমুংশিংগী মওং মতৌ পূম্নমক ঐগ্যাবোক্কী ফুঙগা মপান্দা ফন্নবদি খঙবা ঙম্মী । ঐনা হৌজিক্তা মরক-মরক্তা খল্লকই থায়নগী মতমগী অঙাংশিংনা মোরেল সাইকলকী লাইরিক তন্নমদ্রিবা অসি অসিগুম্বা চৎনবী অসি লৈরম্বগী ওইরম্বা য়াই । যূম্লোন্নব কৈরোন্নবা, অহল-লমনশিং কয়াদা নুংশিনরম্বা, অরৈ অরৈবা য়েন্নদুনা, চামীন্নরম্বা অদু কয়াদা হাউপ্রবা, ইশ্বোলনুংগী ইচে ময়াম, ইচে-অহনবী, ইচে-মেমচৌবী, ইচে মেমচা য়াইমা, ইচে স্যামা ঐ অমদি ইনাও ময়াম অমা পূল্লগা ইচেহনবীখোয়গী হৈক্রু অদু হেক্লগা শুদুনা চাবদা হাওপ্রে নোংমনা শিংজু ময়ান ইশ্বোল্দগী থুমোক মচা অমদা হেক্লগা পূন্না কোম্পাক অমা হেক থনবমখে সুরগা চামীন্নেদো ইশ্বোলদগী হেকপা হঙগাম মতোন, হৱাইমতোন, হৈবী মনা য়েন্দেম মরু, হৈমাং-মনা, কোবী ফুল, পালউকাবী, অৱা থবী অস নুমিৎ খুদিং ৱাৎপা লৈতনা হেকলম্মীদা নুংঙাইশ্রেদা মতমদো । মতমদু ঐগ্যাবোক্কী ফুঙগা মপান্দা ময়াম ফন্নম্মী ঐখোয়গী লৈকাই অসি সগোলবন্দ সয়াং পূল্ত্রি মপাল হায়না খঙনৈ । পূল্ত্রি অসি য়াম্না চাউপ্রবা পূল্ত্রিনিদা । ঐখোয়না পীক্লিঙৈদা তোটি ঈশিংসি লৈকাই অসিদা অমথক্তংদগী হেন্না লৈরমদে । লৈকাই অসিগী অকোইবা মীয়াম ময়াম অসিনা পূল্ত্রি অসিগী ঈশিং শীজিন্নবদা নোংমতা ফাওবা কংবা নাইদে । ঐনা ঐগ্যাবোক্তা হংলম্মী "ঐগ্যাবোক পূল্ত্রি অসিবু কনানা তৌরম্বনো ?" ঐগ্যাবোক্না হায় "বোর সহেবনা তৌরম্বনি ।" ঐনা হংঙি "বোর সাহেব হায়ববু কনানো ?" ঐগ্যাবোক্না খুল্লকই "বোর সাহেব হায়বদি সাহেব অচৌবনি মহাক্না মনীং অসিদা লৈরম্বী নিংথৌ মচানুপী সনাতোম্বী কৌবী অমা লৌরম্মী । বোর সাহেবসি ঐখোয়গী লৈকাই অসিদা লৈরম্মী । মহাক্না ঐখোয় ময়াম শীজিন্নবা পূল্ত্রি অসি তৌরম্বনি । বোর সাহেবনা সয়াং পূল্ত্রি অসি তৌবদা সনাতোম্বীনা ঐগী ইয়ুম লমদম সাপম লৈরক অসিবুদি পূল্ত্রি তৌবিদে হায়না ওইনবদগী

তেরা পৃখ্রি অসি অমুক তৌহনখিবনি হায়না তাকপীখি। পৃখ্রি অনী অসি মচিন-মনাওনি অমনা কৌবদা অমনা তায় ঈশিং ফাওনৈ হায়না ঐগ্যাবোক্লা ৱারী মখা তারকই । বোর সাহেবনা সনাতোম্বীবু থল্লল্লগা ময়ূমদা হনখিবদা সনাতোম্বীগীদমক সনা লুপা ময়াম অমা থমলম্বদুনা হুজিক ফাওবদা হামেং অঙৌবী ওইনা মরক-মরক্তা মথী ফোংঙিকাসু হায় । ঐগ্যাবোক্লা ৱারী মখা তারকই "সনাতোম্বীদো মসক য়াম্না ফজখ্রপোৎনিদা।" সনাতোম্বীনা বোর সাহেবতা লৈবা মতমদা লমদম অসিগী মীয়াম্না সনাতোম্বী মাঙলে-মাঙলে বোর সাহেবনা থিকা ওকখ্রে হায়দুনা ঈশৈ ওইনা শক্লরম্মী। মৈতৈ নুপীশিংসে জাৎ য়াম্না তাগল্লিনে, তৌহৈদবনি কো - ঐগ্যাবোক্লা ঐখোয় ময়ামদা ওনশিন্দুনা হায় । ঐখোয় ময়াম্না মুন্না খনবা তাই । ঐগ্যাবোক্লা অমুক মখা সমথরকই। সগোলবন্দ তেরা হায়বা লমসে খুৎ তরেৎ হায়দুনা ফাওরম্মীবনি বোর সাহেবনা লাকপদা সগোলবন্দগী নহারোলশিংনা পাংখোকলাদা য়োল্লগা অমাংবা লংসিল্লিদো লৈবাক লৈতুম থাজিনবীদো অদুদগীদি বোর সাহেবনা সগোলবন্দ তেরা মাইকৈ অসিদি লম্বী সরক্তা নুংগা থাদুনা সেমলুবা যাবা নত্তে ঐ ওইনা কোক কায়গনি হায়দুনা থাখিদে হায় । মসিদসু নত্তে ঐখোয়গী লৈকাই অদুদা পোকখিবী বামোন চনু থম্বালনা মুসলিম নুপা অমদা ওংখিবগী নুংশিরবা ৱারীদুদা পুক্লীংসি লৃপখি । চাউরবা অমুবা ঈশিংনা নিক নিক লাউনা ঈপোম হৌদুনা লৈরীবা সয়াং পৃখ্রিগী ময়াইদা য়ুংলীবা ময়ুর অদু য়ৌনবা নুমিৎ খুদিং ঈরোইদুনা লৈসাৎ তমজরম্বী থম্বাল অদুগী নিংথিজবী মাইথোং অদু মতম অদুগী মীশিংনা সনাগী থম্বাল চম্মানিপাল শাৎলীবোই নীংঙী হায়নরম্মী মতম অদুদা সাইকল থৌবা, খোঙউপ উপ্পা, খোঙগ্রাও সুট তৌদুনা সেৎপা মীগী মশীঙ য়াম্না তাঙলম্মী অদুবু নুমিদাংৱাইরম খুদিংগী নুপা অনীখক সয়াং পৃখ্রি মপান্দা সাইকল রেলী অহনবা অমা থৌরগা সউন খোঙউপ উপ্তুনা সুট তৌদুনা লাক্লগা হেক হেক খামদুনা লেপ্পা উরম্মী । নোংমা নুমিদাংৱাইরম অমদা থম্বালনা ঈরোইদুনা সান্নরীঙৈদা নুপা অনীদুনা লাক্লগা ঈশৈ শক্লম্মী হায়। ঈশৈ অদু তারুবদগী থম্বাল অদু অদুম থীবা খঙখিদ্রে হায়না ঐগ্যাবোক্লা য়াম্না নুংঙাইতনা ৱারী লোইসিনখি। ঐগ্যাবোক্কী ফুংগা ৱারী লোইশিনখীবা চহি কয়া কুইখ্রে নোংমা ঐনা লৈসাবী ফারকপা মতম অদুৱাইদা কৈথেলদা ফীয়োনফম ফম্বী ইনে ইবেচানা নুপা অমগা তহা-

তহা লাক্লগা ঐখোয় পাবুংগী নাক্তা প্রপ-প্রপ চংসিনখি অদুগা য়াম্না চেকশিন্না ৱারী অমা সান্নখি । পাবুংদা ইনেনা ৱারী লীরকই, কৈথেলদা ঐনা লং লৌথোক লৌসিন তৌনবা দুকান অদুগী মপূনি ঐগা কৈথেলদা খঙনরকপনি । মহাক্না ইচেবু করি লমদগীনো হংলকপা অদুদা ইনেনা সগোলবন্দগীনি খুম্মী হায় । মহাক্না সগোলবন্দ করি লৈকাইদগীনো । ঐনা তেরাদগীনি হায়না খুম্বদুদা মহাক্না ঐগী ইমাসু তেরা সয়াং পৃম্রি মপালদগীনি হায় । থম্বাল কৌই বামোন নিঙোলনী । ঐগী ইমাদু লৈখিদ্রে । ঐ ইচিল ইনাও পুম্নমক্কী অহলনি । ঐগী ইমাগী অরোইবা পুক্সিগী মিংকুপ অদুদা মহাক্কী মপাম লমদমবু নীঙসিংদুনা য়াম্না কপচরম্মী অদুগা ঐঙোন্দা ঐ বামোন নীঙোন্নী ঐগা পোকমীন্নবা ইবুং অমা লৈ ইমানা হয়েং শিগ্রবা মতমদা নহাক্না নহাক্কী মাম্মা অদুবু খুরুম্বা চৎলু অমসুং শক খঙনরু হায়না তাকপীরম্মী । ইমাগী পারী পূরীগী খোঙগুল লীদুনা লাকপনি । ইমাগা পোকমীন্নবা মাম্মা অদুবু থিজবা ফংনবা দুকান অসি ফম্লকখিবনি । ঙসিদি ঐগী নীংবা থুংলে । ইচে নহাক্কী তুং ইল্লগা মাম্মদু অমুক্তা উনজগে মতেং খরদং পাংবীয়ু হায়দুনা লাক্লে । করম তৌসিগে ইবুংঙো অসি হায়রগা নুংশাশ্বর শাংনা হোন্দোক্লগা ইনেনা ফমথখি । পাবুংনা নুংশা অমুক শাংনা হেন্দোক্লগা তপ্না হায়রকই ইচে নহাক হান্না চৎলুরো । ইনেনা চৎখি লাংতক্করবা মিংয়েংগা লোয়ননা নুপা অদুনা ইনেগী মাইকৈ য়েংদুনা লৈহৌরী । ঐনা খনখি ঐসু লমদম অসিগী চনুনিকো সয়াং পৃম্রি ময়াইদা সাৎচরম্বী সনাগী থম্বাল অদুনা লৈমন চনখিবদা কনানা তেংথাবিবগে ? নীংশিংলকই ইপাম লমদম, ঐগ্যাবোক্কী ফুঙগা ৱারী মথং-মথং ।

*সিন্নেমা*

সগোলবন্দ তেরা কৈথেল, ইম্ফাল ।

*<u>শিন্নেমা</u> (দিসেম্বর ২৬, ১৯৫৭) : সগোলবন্দ তেরা খুরাইজম লৈকাইদা লৈ । মণিপুরদা নুংতিগী পাউ-চে অমগী কলমনিষ্টনি । ৱারেং শৈরেং কয়া ইবা পামজবা অইবীনি ।*

*******

# ইনে

ঐনা তাইবং মীরোন হেক তারকপদগী ইনেসে ঐখোয় য়ুম অসিদা অদুম লৈরম্মী । ইনেগী মচানুপী ইনম্মদুসু লৈরম্মী । মচানুপা অতোনবা অদুমদি ঐখোয়দা অদুম্মক চাউখ্রবনি হায় অমুকসু চৎখি অমুকসু লাকই ঐসু অঙাং ওইবগীরা অমুকসু নিংশিংই অমুকসু কাউই । ইনেসে করম তৌনা য়ূমদা হল্লকখিবনো ঐখোয় ইনেদি মশক থীবসু নত্তে মশাসু নাল্লি । মীগী সেবা সেবী তৌবা, চাক এঙ্খাং থোং থাকপা ইনেনি হায়দুনা থাগৎপগী ৱা নত্তে ওন্থোক্লা হৈথোই শিংদোইখ্রবনি । ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা ইনেদা খোঙউপ লৈরকউ হায় হায়দুনা ইনেনা সেন্দল মচা অমা লৈরক্লগা ময়ামদা তম্মী ইমৌনা সেন্দল লৈরকত্রবদি য়ূমদা চঙহল্লোই হায় । ময়াম্না নোকই ঐদি মথোঙ খঙখিদে। ইনেদি লাইরিক তমহৌদ্রে । ঐখোয় ইনেহোইনা অঙাং ওইরীঙৈদদি নুপীনা লাইরিক তম্বসে য়াম্না নোক্লরম্মী হায় অদুবু ইনেদি হিন্দিলোন, নেপালীলোন, অশাম্মীলোন ঙাঙবদি ওন্থোক্লা হৈখ্রে কোকসু লৈখ্রবজাৎনি। মীনগাদি লাইরিক হৈতে হায়বগাসে থাজদবা জাৎনি । অদুবু ঐনতদি ইনেনা দুকান অমা য়ূমদা ফমবদুদা খঙবগী ৱানি । ইনেগী দুকান্দা অয়ুক্তগী নুমিদাংৱাইরম ফাওবা পোৎ সোৎখীবা মীগী হিসাপ অসি নুমিদাং তূন্নমদাইদা ঐঙোন্দা হায়রগা হেক হেক ইসিল্লি ঐনা শংদ্রদুনা ইহৌদ্রবদি নুমিৎ নিনি হুমনিগী হিসাপ অদু মী মমিং ময়াম অদুগা পোৎকা পৈশাগা অংগা অসিনা নিংথৌকাবগী অসিনা লৈবাকপোকপগী মথং-মথং হায়থরকই। ঐনা ইসিনবীরগা ইনেনা হায় ইমৌ নত্রবদি কনামত্তা হেক লৈতে। ঐনা থম্মোয়দা খল্লী ঐখোয় ইনেসে শিংখ্রেদকো ইনেগুম্বী অমনবু করিগী মপূরোইবা কায়নরীবনো ?

শাংলবা চহি কুন অমুকসি ইনে য়ূম থাদোক্লুনা চৎখ্রে, নোংমতসু ইমুংগী মী অমত্তনা ইনেবু হংবীরুদে মনাক্তসু চৎপীরুদে । ইনেনা মথন্তা মহাক্কী

ক্লাটরদুদা লৈবা অদু করম্না লেপ্লীবনো ইনেনা লৈমীন্নিরীবা য়ূমসিং অদুসু মীতোপ ঙাক্তনি ঐসু পাবুং লৈখিদ্রবা তুংদা ইনেগী ক্লাটর অসিদা চংলকপনি মরক মরক্তা ইনেনা হ্বারী সাই, ঐখোয়দি অঙাং ওইরীঙৈদগী ইবুংনা হ্বারক চেংপনিনা কিজবনা, ইবুংনা সেল পায়রীঙৈদা মীনা মশক উনদ্রিবা ফি, ফুরিং ফজ ফজবতো সেংলকপনিদা অহাও অহাওবতা পীজরকপনি। নখোয় মাম্মগা ইবুংগা তিন্নে হায়দুনা অহল-লমন্না হায়না শীংনদুনা লুহোংবীরে। ইবুংদুনা উনবীবা লীক অদো মরূ মরূ মতেক মতেক হেক কাইখোক্লুনা নখোয় মাম্মগী মহৈ তম্বদা থাদোক্লে মতেং পাংলে অদুবু লাইরিক তম্বা লোইদুনা ওজা ওইরগা ইশৈ তৌবী নুপী অমা পুদুনা লাক্লে। অদুদগী ঈশৈ মতুং ইনবা চংখিবা অসিনা হল্লক্লগা ঐবু ওংখিবসিদি, অদুদগীদি নুপা মথন্তা পোকপা ইমুং অদো য়ূম অনী থোক্লে ইনেমবোক্তা ঐগা ইকুবোক্তা অতোম্বীগা অস হায়দনা কান্নদে অদুদগীদি কন্নরোই হায়দুনা ইনেনা য়ূমদা হল্লকখিবনি। অদুদগীদি অতোম্বীদো মচানুপা অনী লৈরগা অমুক ঈশৈ তৌবা চংখিবদগী অতোপ্পা নুপা অমদা চেনখ্রে অদুদগীদি ঐবু অমুক কৌসিনবীরে ঐগী ইচাঅহ্নসিমনে অতোম্বীনা হন্দোকপীরম্বা মচা অনী অদুমনে কযাদা হ্বানা য়োকখ্রবা অদুদগী অঙাংসিং অদো খরা খরা চাওজরক্লগা খরা নুংঙাইজরনি খল্লম্বদো লৈশাবী অমা অমুক পুদুনা লাক্লে। লৈশাবী অদুগা অমুক লুহোংবীরে। ঐনা কুজা য়ারে। শেল তপতানা চংদুনা লুহোংবীরে। লুহোংবা মতুং থা অনীমুক লৈরগা অমুক ঐবু তাম্থোকপীরে য়ূমদা অমুক লৈরে। য়ূমদা লৈ হায়দুনসু নুংঙাইবা নত্তে মচা মঙা অসি নোং হেক ঙানবগা লাকই। নুমিদাং চংলো হায়দুনা চাক পীজরগা চংহনখি অসুম তৌদুনা লেপ্লকপনি। ইচাসিং অসিগী মতেং খর পাংবা ঙম্মবনি হায়দুনা ইনেনা ইকাই ইকাই কৈথেলদা ফি য়োনফম থোকখিবনি। কৈথেল লাইরেনবী অসিগী মপান্দগী খরা খরা নিং-নিং লাওজরবা মতমদা অমুক জিরীদগী অঙাং অমা পুদুনা লাক্লে হায়দুনা তৌরীবসিনি। হ্বানা চাবা থকপা থিদনা হোংনজবদা ইচাশিংসে মী খর খর ওইজরক্লদৌরে মপাগী নাক্তসু লৈখ্রে খর কোন্নগনি খল্লুরগা ইনেগী পুন্সি অসি লাইবক ওম্মোক্লা থীনা তমলমখ্রবা মপোক হায়বদুনি হায়রগা ইনেগী মমিত্তগী মপী চেম্মরকখি। ঐসু হায়ফম খংদদুনা তুমিন্না য়েংদুনা লৈখি।

নুমিৎ অদু নীংশীংলি ইনেনা কৈথেলদগী হল্লকপদা ঐনা অচাপোৎ হেক-হেক চাই। ঐখোয়গী মাঙ্গোল অচৌবা অদুদা পাবুংগী ফমুং অমা থাবদুদা পাবুংনা ফম্মী। পাবুংগী মমাংদা ফক অনী থাবদুদা পাবুংগী মরুপ মপাং লাক্কুনা ৱারী সারী। ঐসু ফক অমদা লাইরিক ওরাইদুনা লৈ ইনেনা অচাপোৎ অদু চানা চানা লাইরিক পারী। ঙহাক লৈরগা খুরায়াইমনা পাবুংবু কৌথোকখি করি হায়রবনো খঙদে পাবুং অমুক হঞ্জিল্লক্লগা ফমখি। ঙহাক লৈরগা পাবুংগী মরূপ মপাংসিংদো চৎখ্রে অদুদগী খুরায়াইমনা পাবুংদা হায়রকই, তাদা ইচেগী কাদা মী অমা চংখি অমুক্তা য়েংবীয়ু। পাবুংনা করি তৌরবগেনে হায়। খুরায়াইমনা মখা তারকই, মহাক্তি নিঙোল্লী য়ুম অসিদা হল্লক্লুনা লৈবনি মহাক্লা ঐখোয় ময়াম লৈনা লৈনা অসুম্না লম হেনবা থবক তৌরকপসিদি নুংঙাইতে। মীনা ঐখোয়বু কররিনি হায়খিগনি। অমুক্তা য়েংবীয়ু, অদুদগী পাবুংনা হৌগৎলগা ইনেদা কৌখি। ঐখোয় পাবুংদি মহৌশানা য়াম্না শাথী, ঐ কীবনা থক-থক নিকপজাৎনী। পাবুংনা মাঙ্গোলদা ফল্লম্বদগী শুমাংদা মী অমত্তা লানবা ঙম্বা নত্তে। ইনেনা পাবুংনা কৌবা অদুদা খুল্লকপদা পাবুংনা কনা লৈ হায়খি। ইনেনা ইবুংঙো অমা ঐনা অমম্বদা ইথম্তা চৎপা নুংঙাইতে হায়দুনা থিলহল্লকপনি। পাবুংনা নুপা অদুদা নঙ কনানো হংখিবদি তাহৌখি অদুদগী ময়াম্না য়ৌ-য়ৌ হেক্তা তৌনরকখি। পাউখুমদি ঙাইদবগুম তৌই খুৎপাক্লা থাবগী মখোল সেৎ-সেৎ লাওবা অমা অনী তাখিবগুম তৌই অদুদগী ইনেদা নঙ মতুং-মনাও তৌখিগদ্রা, লাল্লী হায়য়ু লাল্লী হায়য়ু হায়দুনা অবোক্লা চেনশিনখি। খুরাসিংনা চৈ পায়দুনা নুপা অদু ফুগদবগী ঙাইরি অদু খঙবগীরা খংদে পাবুংনা নুপা অদু পুদুনা থোকখ্রগা অমম্বা মরক্কুদা থিন্দোকখী অদুগা অমুক থুনা হঞ্জীনলক্কুনা ইনেদা চৈখি। নঙ ঙসিদগী মফম অসিদা লৈবা য়ারোই খংউ। নবুং-নৌপ্পা ময়াম লৈ হায়বগী মায় মচেৎ অমতং ফাওবা য়েংদবা হায়দুনা ঙাংলমলগা মহাক্কী ফমুং অদুদা কাখৎখ্রে। ইনেদা ইপুবোক, অবোক ময়াম চংদুনা পঙাংদা ঙাংবী ইনেনা মহাক্কী ফমুং অদুদা খোঙ য়াম্বরগা তুমিন্না ফমদুনা লৈহৌই। ফনা থেংলবা মতমদা মী খুদিংমক মাগী মাগী কাদা চঙনখ্রে। ইনেসু থোং লোম্সিনখ্রে অদুবু নুমিৎ অদুগী নোং ঙাল্লকপদা ইনেগী কাদো সো লোন্দুনা লৈরমখি। নুমিৎ অদুদগী চহী কয়া হৌখ্রে ইনেসু অমুক্তা উখিদ্রে। পাবুং কিবদগী ঐখোয়সু ইনেগী মরী মখোঙ হংগদবা কীদুনা পন্নদ্রে। ঐখোয় পাবুংসু ইনেসু লিংজেল খাবা চপ

হেক মান্নবা জাৎনিকো । ইনেনা য়ূমদা লৈত্রবা মতুং চহী তরামুক লৈরগা পাবুংসু লৈখিদ্রে । পাবুং লৈখিদবা মতম অদুদা ইনেসু য়ূমদা চংলকলে । মতম অমদা পাবুংদা ইনেবু তাম্বোকখিনবা পাউ তমথোক তমসিন তৌদুনা পেৎ-পেৎ তৌরম্বা খুরা ইন্দোমচাদো পাবুং লৈত্রবা মতুংদদি ইনেগী নাক্তা লোইনা চঙদুনা নুংশি চান্নবগী মওং তৌদুনা লৈনরে । ইনেসু মরক মরক্তা য়ূমদা লাক্লে অসুম্না চহী তরানিথোই হুমদোই হৌপ্লবা তুংদা ঐহাক সরকারগী থবক মচা অমা তৌদুনা ওফিস কাজরে । ঐগী ওফিসতু ঐখোয় ইনেগী ক্বাটর অদুগা পংলাপ লাপ্লদে ঐনা নুমিৎ খুদিং ওফিস কবা চৎপদা ইনেনা য়েংদুনা লৈরম্মী । ইনেনা ঐঙোন্দা কৌশিল্লগা হায় "ইবেম্মা নঙ ইনেগী নাক্তা লৈরো । ইনে ইথন্তা লৈবসি নুংঙাইতে ওফিসসু নকলেদনা । নঙনা নথন্তা লাপ্না চৎপদো নুংঙাইত্তে, ইনে পাখৎলী ।" ঐনসু ইনেগী নাক্তা লৈবনা ফরদ্রা খন্দুনা নুমিৎ অফবা অমদা লাক্কুনা ইনেগা পূন্না লৈমিন্নখিবনি । ঐ লৈবদগীদি ইনেদো পূক্নিং খরদি নুংঙাইজবা জাৎনি অদুবু থবক্তী হেন্না হাপকৎচরবনি । অয়ুক্তা ঐদি চা থক্তবনিনা সঙ্গোম সেম্বী, মাগী চা অমুক লোল্লী ঐগী ওফিস কাবা নঙনবা চাক থোংবনে ফীসু ফীজাম্বনে ফনা ব্রাজরবনি । মরক মরক্তা ঐগী শম হাৎপীরগা ইমৌগী শমসে সাংনবা হায়দুনা চেংহী ফুৎপীদো লৈশাবী ফারবা ঐবু ঈরুজবা হৈতে হায়দুনা ঙাং-ঙাংদুনা ঈরুজবীদো মতম অদু ঐখোয়না লৈরিবা ক্বাটরগী অকোইবদো চেংহি ময়ান মনা মশীং পীক থন্না হৌরম্মী । অদুবু ঐবুসু নোংমতা মপাল থোকহন্দে মানসু থিদুনা হেকলুদে কৈথেল চৎপদা চেংহী ময়ান্নী হায়দুনা হেক্তা লৈরকই। অদুদা লৈরকখিবা ময়ান্দো সংব্রৈ, লাইবকঙৌ মনা, চরোং অঙৌবা মরা, খোংজাইনাপী, য়েনসিন, লালুকোক, পেরুক, য়েনপৎ, হনুরৈমনা, হৈবী মনা, হৈক্রু সুনা লৈরক্লগা ফুৎপী অদুদা ফুৎপা চেংহী মনমদো ঐখোয়গা য়ূমথংনবা য়ুমলোন অনী অহুম লান্না মনম চৎপা জাৎনি য়ূমথংনবসিং অদুনা ইচে করি এঞ্জাং মনমনো অসুক নুংশিবা মনমসিদি অমুক্তা থেংনদ্রি হংলকই । ইনেনা নোক্কুনা খুম্মী এঞ্জাং ওইরবদি নখোয়দা পীরকলোইদ্রো এঞ্জাং নত্তেয়ে খুম্মী ।

নোংমা ইনেনা মহাক্কী মচা নুপা অতোনবা অদু মপান্দা লাইরিক তম্বা লোইরে য়ূমদা থোক্লকলে চাক পীজগনি হায়দুনা লাঙবদো ঐগী মীৎসিনা

সঙ-সঙ উরকই । ইনেগী মাইথোং নুমিৎ খুদিংগা মান্নদে । মচাগী আসানা মমা ওইবীশিংগী পুক্লিংবু য়েনীং চোংহল্লী হায়বসে ইরায় লায়না খণ্ডিকো । মতম খরা উরুদ্রবা মচাবু উরনি খনবদা অরাপ্পা লমদম অমদগী অচৌ অশাং অমা লাক্কদবগুম কোয়চেন হেক চেন্দুনা কোয়নোম হেক নোম্মী । মম্মীগুঁদা হৌগৎলগা ফমুংবু লোইশিনবও, সোফাবু তকথোকপও, পর্দাবু শিনবও ওম্থোক্লা থব্রায় য়াওনা হোৎনপ্রপোৎনি । ইনেনা হায় ইবেম্মা এঙ্গাং অসি সোইবুমগা ঙক্রোগা অমা থোংসি অতাওবা অমা, ইরোনবা অমা, ঙা অঙৌবা থোংবা অমা, কাংহৌ অমা তৌসিদো । হব্রায় থোংবা অমা য়াওসিরা অমুক হংঙি, ঐনা ব্রাগনি হব্রাইদু তোক্কসি হায়দুদা ইনেসু য়ারে অদুদগী নহালমখৈ শীজিন্নদনা উপুদা হাপ্পুনা থল্লীবা পুখম অহনবা অদু লৌথোক্কুনা মচাগী চাক থিনবা হোৎনরী ঐনা ইনে করি কান্ননবা পুখমদো লৌথোক্লিবনো । অরৈবা অসি চারসি হায়বদা ইনেনা করিনো নবুং লাক্কদৌরীবা অসিদি হায়রকই । ঐসু মানা অপাম্বা তৌজরসনু হায়দুনা ফরে-ফরে হায়না খুম্মী । ঐখোয় ইনেদি মশা য়াম্না নাল্লী ব্রাইসিৎপা সেংবা কোন ফেংবা লংবদা নত্তনা নুমিৎখুদিংগী শীজিন্নগদৌরীবা কোল-লীক চফু চনাই পুম্নমক ঈশিং অরুবা অশেংবনা শেংনা চামথোক্লগা নুংশাদা উপ উপ্পুনা ফৌদোকই । চফু মনীং অদু লৈবাক্লা লংত্রিক লংনা ব্রাই তৈশিল্লী । মৈ থারিবা শীঙ অদুসু শিং নান্না খায় অচাপোৎ চাবা য়াবগুম খায়দুনা কংনা ফৌরগা চাখুমগী লৈরং মপা অদুদা সারিবা সগাই অদুগী মথক্তা পরেং চপ মান্ননা ফৌদোক্কুনা কংহল্লী । চাক থোংবা থাকপদা শীজীন্ননবা ঈশিংদুসু নহাল সোকখিব তেক অদুদগী মথক থংবা অরুবসিং অদু পুন অমদা অমুক হৈজিল্লগা থম্বীবা ঈশিং অদুনা শীজিন্নগদৌরিবনি মতমদুদা ইনেগী মতৌ অদু তমদুনা থবক তৌবসি ওম্থোক্লা ব্রাপ্রপোৎনি । হৌজিক্তদা নুংশিরকই খল্লকই ঐখোয় ইনেদো শিংখ্রেদা । মনুংদা পুসিনবদা শীজিন্নবা কোল কোঙৌ বালটিন অদুসু মিংসেনগুম্না লংত্রিক লংনা তক্কনি ঐনা কোল ফেংবগাসে য়াবা নত্তে ঐনা মতমদুদা খল্লী, মীনা তৌবসে থানখিদ্রেদা ঐখোয় ইনেসে হয়েংব্রাই মমৌগা থিরগা করম তৌগনি ? ইনেদি নোংমতসু ঙন্না তূম্বা য়াওদে কোক চিকই হায়রবসু নোংমতা ফমুংদা হিপ্তে । মহাক্লা নুমিৎ হেক তাবগা ইবানি তূম্নবা ফমুং অদু কম্থোক্লগা কাংখল থাজিল্লী । অলমীরাদা শুদোক্লগা হাপ্পীবা কান্থা

কোভর অদু হাপচিল্লী মোনপাকফীদকসু মনুংদগী লৌথোক্লগা অশুবা থাই অদুদগী কেন্দল মতেক অমা চুরগা কাণ্ড ফাদোকই। কাং ফাদোকপদু লোইরগা কাংখল অদু চেংনা য়েপশিল্লগা থম্মী। ঐনা চাক চাবা তোক্লগা ফমুংদা তূম্বা চণ্ডবা খুদিংগী ইনেদি হয়েং য়োন্নবা কোম ক্বা খেৎপা নত্রগা চপ্পা অমা নত্রগা অমা তৌদুনা লৈহৌই। ঐনা মিকপ থোক্লকপা ফাওবা অদুম থবক শুদুনা লৈরম্মী নোংমনা চেখাও শাই ঐনা ইনে তুম্লরো হায়রবসু মহাক্লা ইনে লাক্লগে অদুম হায় অদুবু অহিং পুং অমগী মমাংদা নোংমতসু ফমুংদা কাখৎতে। অয়ুকসু মন্নীথেদা হেক্তা হৌগংখি। ইনেনা অখেৎপা ক্বাশিংদু শুনু তৈসিল্লগা কংহল্লী, মৈদা খাং মচা অদু থাংগৎলগা তৌই। করীগুম্বা মতমদনা সঙগোমদা ক্বা অদু কুৎলী খণ্ডদ্দো ইনেনা তৌরীবদো ঐদি মুন্নকা য়েংবীরুবা পোৎ নত্তে। ইনেনা মতম মতমগী হৈ খুদিংমক অচার শেম্মী, অচারদুগী মহাওদো তোপ-তোপ্পী। য়ূমথংনবা ময়াং ময়াম অদুনা ইচেগী অচারদি ময়ামদগী হাওবা হেল্লি হায়দুনা অমনা অমুক নি অমনা অমুক নি ইনেনা তথী তথী চৈবীবসু য়াওই অদুবু মখোয়সু হেক্তা চঙলকই বতালিয়ানগী সগোল গাড়ী থৌবা রাজেনগী মচা খানসানা নুমিৎ খুদিংগী হায়নরুদ্রবসু সঙগোম থীনবীবকই সঙগোমদুসু মী অতৈগা মান্নদে। ঈশিং মরিক অমত্তা হাপ্পগা য়াবা নত্তে। জাৎ মখল মখল সুনা লৈবা সিফাইগী ক্বাটর অদুদা মীতৈগী ইমা লাকলে হায়রবদি অঙাংশিং অদো কীবনা থক-থক হেক নিকই। সিফাই ওফিসারদগীনা মচামশু খুদিংমক্লা ইচে হায়রগা খণ্ডী। মখোয়সু ইনেবুদি অদুম বেবহার তৌনা লুনা চান্না তৌই, কীনসু চৎলী করীগীনো খণ্ডে ঐদি ঙকপনা লোইস্রে ঐখোয় ইনেদি অচৌ অসাংসু নত্তে মখোয়গী মরী মতাসু নত্তে।

অসুম্বা অসুম হৌখিদুনা ঐনা ইনেগী ক্বাটরদা লৈরকপা চহী অহুমলোম শুস্রে। নোংমতসু ইনেবু লৌবা মাম্মনি হায়দুনা লাকপসু উখিদে মশকসু খণ্ডদে। য়ুমলোন কৈরোন্নবগা ব্রারী শান্নবদদি ইনেনা হায় নখোয় বাবু লাক্লম্মী নহাক্কী থবক্কী ব্রাদো হায়রম্বনি। য়ুমলোন্নবদা লৈবা তামোনসু। ইচে বাবুনা অসি হায়রকই অদা তৌই হেক হেক মরক মরক্তা পনবগুমসু তৌই। ঐখোয় ইনেসে মীনদি হায়নৈ ময়ূম পানস্রে ঐনতদি খণ্ডদ্রি। ইনেগী পুল্সি অসি করম্বা মখলগী পুল্সিনো নুংঙাইনা লৈবগুম্নসু উই। মী খুদিংমক্লসু

ইচে নঙসে নুংঙাইদনতা লৈদকো হায়না হায় ইনেনসু নুংঙাই হায়না নোকই। ঐগী ট্রান্সফর ওর্দর অমা লাক্কুনা ঐগী ওফিসতো খুয়াথোংদা হোংবা তাখি। মতম অদুদা ইনেনদি মহাক্কী মনাক্তা অদুম লৈয়ু হায়বনি অদুবু ঐনা লম্বী লমদাং খরা নুংঙাইগদবা য়েংলগা য়ূমদা ওইনা লৈরগে খন্দুনা য়ূমদা লাকখি। ইনেদো য়াম্না নুংঙাইহৌদে। অদুবু ইনখৎলকপা মতম ওইবগী অৱা অনা মশক খংদ্রেৎঙৈ ওইবগা য়ূমদা চৎনিংবগী ৱাখলগা পুক্নীনখিদুনা ইনেবু থাদোকলমদুনা য়ুমদা হল্লকখি ঐনা য়ূমদা লাকপদা ইনেনা ঐবু য়েংদুনা লৈহৌখি, মপী তৈথোকখি।

ঐনা য়ুমদা চষ্টী অনীরোম লৈরবা মতুংদা ঐ য়ুম্বাল লম্বীদা খোঙদারকখি। ঐনা নুপা ময়ূমদা লৈবা থা অনীরোমতমক ঙাইরী ইনেদো নারে হায়দুনা ঐখোয় খুরানা লৌরুই হায়দুনা য়ূমদা লৈরম্মী। ঐসু ইনেবু উনগে হায়দুনা মহাক্কী ফমুং মনাক্তা চঙলুই, ইনেনা ঐবু হেক উবদা হায়রকখি ইনেগী ইবেম্মা নঙ ইনেদৌনা লাইবক থীগনুকো। মতম অদুদা ফাওবা ইনেগী ৱাহৈদুগী অর্থ খংদবগুম লেপখি ইনেগী ফম্মাংদুদা, ইনেগী অনাবা অদু হেঞ্জিল্লক্কুনা নোংমা ইনে লৈখিদ্রে হায়দুনা য়ূমদগী পাউ লাকখি। নীংশিংলকখি ঐসু মমা ওইবীগী চৈথেং ফংলবা মতম অসিখক্তদা ইনেনা মতম শাংনা অহীং তুমদনা শৃ নোমখিবা, নারক্লগা ইনেনা লুনা চান্না তৌজবা মচাশিং অদুনা মনাক্তা পুবিদ্রিবনা করিগী ? হঞ্জিন হঞ্জিন খোল্লাং য়ৈরকখি ইনেগী অরোইবা ৱাহৈ "ইবেম্মা নঙ ইনেদৌনা লাইবক থীগনুকো।"

*সিল্লেমা*

সগোলবন্দ তেরা কৈথেল, ইম্ফাল।

*******

# অহোংবা মাইথোঙ

- ঐদি গাড়ী তোংবসে ওম্বোক্লা ৱাগ্রে চুম্নগী খুৎৱাগা নত্তে হেক কাখৎপগা পুকসে মথক-মখা থোক থোক হেক্তা ওল্লী অদুবু চৎনীংমনম্ভ্রদুনা মতাং চারীঙৈদা হায়দুনা ময়ামগী মতুং ইল্লক্লীবনি ।
- ঐদি গাড়ী তোংবসে ওম্বোক্লা নুংঙাইজগ্রে, গাড়ীনিবু হায়রবদি হেক কাখৎতুনা ফম্বগা উইবনা হাল্লী ।

"নুংঙাইজরীনিদা, ঐনা গাড়ী তোংবা য়ারম্লবদি মলেম অসি হেক থুংনা কোয়রমগদবনি, গাড়ী তোংবা য়াদবসিদা উপাই লৈতদুনা তৌবনি । পরীক্ষা থাগদবা অঙাং ময়াম অদুনা গাড়ী মনূংদা খঙনা চান্নবা ঙাক্তা ওইবদুদা হরাউ তয়াম্না ৱা-ৱা নোক্তুনা চৎলী । ইমান্নবী ময়ামদুসু অদুম-মক নোক খেদুনা ফাগী জুগায় তৌনদুনা, ৱারী শান্নদুনা লমশাং তোংবগী অৱাবা কাউনরী, অদুবু ঐদি হকচাংগী নুংঙাইতবা চৈনা অদু খাঙননবা হোৎনবদা মালেম অসিবু খুদোল তম্বীরল্লীবা তাইবং সেম্বা মপু অদুবু থাম্মোয়দা থাগৎচরগা, শংবান্নরবা পাক-চাউরবা অতিয়াগা শম্নরীবা অশঙবা চীংশাং পরেংনা ঙাক্লীবা, লেং-লেং চৎলীবা ফৌনাগী জগোয়না লৈতেংলবী পামলৌগী লৌবুক কয়াদা মীৎফম থমদুনা খাঙলি । ঙসাইমখৈ লায়রবী ইমা লৈপাক্লী খুঙ্গংশিং দা উবা ফংলক্তুবা তরু-তরুরবা স্কুলগী ইউনিফোর্ম শেৎপা, তাই পুনবা অঙাংশিংনা চীংগী পার্কশিংদা চেন-চোংদুনা শান্নবা উরকখি - "গেট য়ৌরে গেট য়ৌরে ।" পাদুনা য়েংলুবদা উখ্রুল গেট ৱেল কম হায়না থারীবা অদু উরকখি তয়িং তয়িংবী মহৌশা লাইরেম্বীনা হরাও তয়াম্না ওকলল্লী লৈচু কয়াগী লৈরাংগা লোয়নদুনা,

- "ফজখ্রেদা লৈশিংসিদী", চপ হেক মান্ননা শোন্নখি নুপীসিংগী খোঞ্জেলশিংনা

- পার্কিং য়ৌরে ইমা -
- সিদরো ?
- "সিদনি" । ঐসু গাড়ীদগী কুমথনবা সেম-সারী । নাউবীনা হান্না কুমথরগা
- "ঐ পোৎতু ওক্লক্কে ইমা" ঐনা বেগতু থাংদোকপা হোৎনরীঙৈদা গাড়ী খামফমগী মতাই ওইরপ্লা লেপলম্বী নুপীমচা অমনা কৌবা তাখি ।
- হৌজিক য়ৌরকপরা ?
- মানি ।
- এ অদুদি কদায়দা ফমগনি ?
- নঙগা থিমীন্নসি ।
- "ইমাশিদি হান্না উখিদে কনারা ?" ঐঙোন্দা ওনশিন্দুনা হংলকখি । (বেম-বেমনা ওক্তুনা খুমখি) মমাংগী চহীদা ঐগা লৈমীন্নবা মশম জ্বায়-জ্বায় লাউবা নুপামচাদো ।
- ও অদুদি লেনিনলা ?
- ঔ মাগী মমানি ।
- অদুদি হেরোগী মমানিনে । ইমা নখোয়গী নচাদি সিদদি হেরো ওইবনিনে । মহাকসু লাকপরা ?
- লাকই ।
- মহাক কদাইরা ? মহাক্না মমায় লৈদুনা য়েংলগা এ হেরো লাকলে ? হেরো লাক্লবরা ?
- "উম" ইবুংঙোনা নোকফেৎ তৌই ।

ঐনা খল্লী করিনোনে তৌরীবা মতৌ অসিবু কিখ্রেদা, লৈসাবীনবু অসুক সাথীবসিবু লমশাং চৎলুবগী ৱাবগা খোঞ্জেল অসি পীক্লা তপ্লা হংঙি

- ইবেম্মসিবু কনানো ?
- ইমা ঐগী ইমিং শানু কৌবনে ।
- ও শানু, নহাকসে নশক য়াম্না ফজখ্রেদা ।
- "ও ইমা ফজব্রা ? য়াম্না হরাওই" হায়দুনা নোকই ।

মীনোক অদুসু ওম্ভোক্লা নুংশিখ্রে। ঙাঙনা ঙৌবা মহাক্কী কুচুদুনে, ব্লাং-চাউরবা শাবান্দুনে, নুংশিরবা মিৎতুনে, ইঙাও ঙাওবা মতৌদুনে লৌথুপ লৌকোই লৈত্রবা ব্লাঙাঙ-শঙাঙদুনে পুম্নমক্তুনা উরীবা উখুলগী শকতম অদুবুসু নীংথিহল্লী। শানুগী মতৌদা মুল্লবা প্রেমজিৎকী মমাগা ঐগনা উংদুনা লৈ।

- ইবেম্মা ভারা ফংগদ্রা ?

- "ফংগনিনে ইমা, করিগী ব্লাগদ্রা ঙহাক পোৎথাবীয়ো খুনগী মীদী লবুক্তা লোয়না চৎখিবনে ইমা, মহোয় লাক্লগা অদুম লৌবীগেকো" হায়রগা বসতগী থাংথরকপা পোৎ চৈ, খাউ, সুইটকেস ময়ামদো পুদুনা খুনগী লম্বী মতাইদা উনা শারগা থল্লীবা পোৎথানবা ফিদা ফান অদুগী মথক্তা থমখি। অদুদগী মহাক্লা কোইচেল চেন্দুনা কোয়কৌ হেক কৌদুনা গাড়ীদগী কুমথরকপা মীয়ামদো মীপায়বা কোকহল্লী। ঙসাইমখৈ ব্লারম্বা পূম্বা খংয়াং হেক য়াংবগুম তৌই। থম্মোয়দা খল্লী, কয়াদা চমখ্রবা লোইবী চনুরাশিংগী পুক্নিনো ? ঐখোয়গী ইম্ফালদা লৈহৌবী চনুরাশিংদুগা ইতোমতা থম্মোয়দা চাংদমনজে, ফান অদুদা ফম্না ফম্না ঙহাক লৈরগা লম্বী ময়াদা থোঙ লোন লোন্দুনা লৈরীবা য়ূমগী কাসিং অদুগী মপূ অদু মমিং হং-হংলদুনা কোয়না চৎলগা শো পুদুনা লাক্লগা পামব্রা পামব্রা খল্লু হায়দুনা হাংদোক্তুনা য়েংহল্লী। নিংথিজনা তেমখোক্লবা চীংগী চীংমাই মথক অদুদা উপাকতনা ফকলাং ওইরগা চাং চপ মান্নবা সারীবা তরু তরুরবা য়ূমশিং অদুগী অকোয়বদা লৈতেংলীবা মচু-মচু কয়াগী লৈরাংশিংনা মোমোন নোক্তুনা কৌশিল্লকলী, চংঙকউ হায়দুনা ওকলীবগুম তৌরী।

শানুনা কোয়চেন চেন্দুনা লম্বীগা হেক তাইনবা পরেংদা লৈবা মতাই ইথং থংবা কা অনিগী য়ূম অমা ঙাঙনদুনা পোৎ চৈশিং হোঞ্জিনবিরে। য়ূম্বু অদুসু মচা মশু লৈতবনিনা য়াম্না ইংনা লূ নান্না লৈ। ঐখোয়না লৈগদৌরিবা কা অদুদা কাংথোল অহুম তেবল অনী, চৌক্রী অনী, অমদি ঐখোয় লাকপদুদা মোরা খরসু পুথোক্তুনা পীরকই। কা অনীদুদা বেম-বেমনে, নাউবীনে, প্রেমজিৎনে, ইবুংঙোনে, প্রেমজিৎ মমানে, ঐনে ঐখোয় তরুক লৈমীন্নরসি হায়দুনা পূন্না লৈমিন্নরে। খোঙচৎ অদু কয়াদি নুংঙাইরে নোং হেক ঙানবগা প্রেমজিৎ মমানা এঞ্জাং সেম্বীরে, নাউবীনা চাক হেক্তা থোংগৎখি, অরেম্বা

অদুনা ঐ তারে । নুংঙাই-নুংঙাইরবা ৱারী কয়ানা য়ূমদা কমদৌরমগনি হায়বা কাউনরে নুমিদাং অদু লৈশাবী পাখঙ ইচাশিংগী মমান্নবী ময়াম অমা লাক্কুনা ৱারী সান্নদুনা ফাগী তৌনদুনা নোকপদুদা ঐদি অহানবা খোঙচৎ ওইবনা খুনগী চৎনবীশু খঙদবনিনা কিরি কিরি অদুম মতৌই ।

- হে অঙাংশা নোক্কনু মরোল ইরোল তিন্নবা নত্তবনিনা কীজেকো ।
- ইমা করিসু তৌরোইদা য়াম্না ফবনি ।

অদুদগী ঙহাক লৈরগা চীংমাইগী লম্বী নাকন অদোমদগী য়ু ঙাওবা নুপা অমনা শাউদুনা চৈর-চৈরগা ঐখোয়রোমদা লাকপদৌনা তৌবা খোঞ্জেল অমা তাখি ঐনা থোংনাও হাংদোক্কুনা য়েংলুবদা পাখঙ মচা খরা তান্নরক্কুনা ফাবা খাম্বা তৌনরী । ঐদি কিবনা থক থক নিকলবনি অদুবু লৈসাবী ওইজরবসু নাউবীগা বেমবেমগদি ইকি কিদবগুম থৌ-ৱা ইসা সাদবা অদুদা ঐনা সাওনিংবনা লোয়রে ।

- নখোয়বু লৈসাবীনি কিদ্রো, মীনা হায়রগা অসুক থৌ-ৱা শাদ্রিবা অসিবু করিনো খংদে ।
- "কবিসু তৌরোইমি মমা", অদুগা অমুক পঙনোক্তা নোকই ।

  তান্নরকপা পাখঙ মচাশিং অদুনা য়ুঙাওবদু ফাদুনা চিংলগা পুথ্রে ।

  ঐখোয়সু থোঙ লোনসিন্নরে, নোকপসু লেপলে । তূম্নবা শেম শানরে নোং ঙাল্লমদাই অদুদা প্রেমজিৎ মমানা হৌদোরকই ।

- ইবুংঙো'মা হৌগৎলো মপান থোকউসি ।
- "হোয়" তন্না তন্না তনবা য়াবা মতাং নত্তবনিনা অদুম হৌগৎলে মহাকসু মনুংদা খোঙ হাম্মুনি হায়দুনা চৎখি, ঐনা মপান্দা ফান মচা অমদা ফল্লগা মাঙদা লেমটর্ন অদু থল্লগা ফিনা খুমজিন্দুনা ইঙবা খাঙলি । মায় নোংপোক ওন্দুনা য়েংখৎলুবদা মহৌশা লাইরেম্বীগী নীংথিজরবা শক্তম ময়াম অদুনা ঐবু লক্লবগুম তৌরকলি । মুনা শংলবা চীংগী চীংমায় খুদিংদা চর্চকী অঙাংবা মৈঙালনা কুফেৎ-কাফেৎ, কুফেৎ-কাফেৎ তৌদুনা মিৎকপ থোকহল্লী । যিশুগী মঙক লেকথদুনা পাং তিংদুনা লেপ্লীবা শক্তম অদুনা তাইবংগী অৱাবা খুদিংবু কোকহনবীনবা ঙাইরীবগুম

উরকখি । চীংলক্তা লাপ্পা য়েংলুবদা অমম্বদা তোর্চলাইট কাপ্লদৌনা অমুকসু চংশিল্লকখি, অমুকসু লাপথোকখি, অমুকসু উখিদে করিনোনে তৌরীবা অসিবু ঐবু মহৌশা লাইরেম্বীনা লক্লরীবা জাংলা ? ইথন্তা খল্লকই । মদুদগী খংহৌদনা শিরোইগী ব্রাং চাউরবা চীংশাং পরেং অদু উরকখি,

- অস ফজখ্রেদকো ।
- "শিনা লোই হায়দুনা শিরোই কৌরিবনি নহাক্লা পারী পুরীগী খোঙগুল লীরীবদুদা ঐবুসু কাউনুকো" । ঐ মিংকপ খংথোক থোকখি ।

উইরুরমাল্লে অস, খংহৌদনা অতিয়াথক্তা সনামকৃপ ময়াম অমা চাইথরকপগুম লংলবা মসেক-মঙাল কয়া থক থক কাপখৎলকখি । অস করিনো অসুক ফজবা শকতম অসিদি পুম্নিদা অমুক্তসু উবা ফংজখিদ্রি ।

- প্রেমজিৎ মমা থুনা থোক্লকউ করিনো অমা য়েংলুরাও অতিয়াদা করিনো অমা তৌরে য়াম্না ফজৈ ।

হায়রীঙৈ অসিমক্তদা সং না ঙাঙলবা কোরৌহনবনা শিরোইগী ব্রাংলবা চিংদুম অনীগী কারক অদুদগী লংনা লিংখৎলকখি,

- "হো প্রেমজিৎ মমা, ইহে নঙদি নংহৌদ্রেদনা" - ঐ প্রেমজিৎকী মমাদা ব্রারৌরকই, হায়দোকখি ।
- "মোনখ্রেদা," থম্মোয়দা খোয়রাংঙি, অসুক নিংথিজরবা কৌরৌহনবনা শিরোইগী চীংদোলদগী লিংখৎখিবগী শক্তম অসিবু ঐনা হয়েং তম্পাক্তা চৎলগা করম্না ফোঙদোক্তুনা তমগনি কনানা শাখি ওইগনি চৎমীন্নরুবা নঙ ফাওবনা উহৌদ্রবদবো । অসুক নিংথিজরবী ইমা নঙগী খুঙ্গংসে উরুরবদা করম্না পামলোইদবগে কলক চাউবা কনানা, কলকই ঐসু থব্রাই অসি থাদোক্লবসু ইমা নঙবুদি থাদোকপা ঙমলোইকো । নিংথীজরবী উখুল ইমাগী তম্পাকথক্তা ব্রাখলগী জগোয় শারীঙৈ কোরৌহনবগী মঙালনা শিরোইগী চীংশাং থুংলকলে ।
- ইমা

- এ রেসটম নঙ লাক্লীব্রা ?
- হোয় ইমা ।
- ঙরাং নুমিদাংদি ইমাদি কিবনা লোইখ্রে । নাউবীখোয় বেমবেমখোয় ময়াম মরূপশিংগা ব্বারী শান্নবদা খরা হৌব্রমাল্লে কনানো অমনা য়াম্না শাউনা চৈবগুম্বা অমা তাখি ।
- অহোই ইমা মহাক য়ু থকপনি অদুনা মহাক্লা শাওবনিনে,
- মহাক্লা হায়রীবা অদু করি হায়না হায়রীবনো ? ঐখোয়বু লাংঙি উশিংতে হায়বা নত্রা ?
- মানী ইমা, মহাক্লা মখোয়না ইম্ফালদগী লাক্লগা উশিংতদুনা লাঙবনি হায়বা ব্বানিনে । অস ইমা অসিগুম্বা ফরক তাবসে য়াম্না লৈবনিনে ।
- ঐ ইমা শাউরগনি হায়দুনা থেমগে লাকপনিনে, শাউগনুকো ইমা ।
- এ করিগী শাউগনি ঐখোয়গী ইম্ফালদসু অসিগুম্বা মীসে অদুম লৈবনি । রেসটমগা ব্বারী শান্নরীঙৈদো মখাদা চৎলীবা লশ্মী অদুদগী শানুনা কৌরকই

- ইমা তন চাবা লাকখ্রো,

নিংশিংলকই ঙরাং ঐখোয়বু য়ুম অসিদা থীনজিনবীরম্লগা শানুনা ইমা নখোয় হয়েং ঐকোয়গী হোটেলদা তন চাশি লাকউ হায়রম্বনি ।

- শানু নখোয়বু করি জাতিনো ।
- শানুনা ঙাঙলবা চিনবান অদুনা নোক্কুনা, "তাংখুলনে, মান্দবরো ইমা"।
- মানদে, অদুদগী মচে মায়ানা তপ্পা খুমলকই ।
- নেপালীনিদা ইচে ।
- ও অদুদি নখোয় তাংখুল ওনখ্রবা ?
- হোয় ইচে ঐখোয় ইমুংসে চহি কুনমুক শিদা লৈরবনে অদুনা তাংখুল ওনখ্রবনে ।

হোটেলদগী হল্লকপগা বেমবেমগা নাউবীগনা চাক থোংহৌরে নুপামচা অমদি শঙহল্লমসি অদুগা ঐখোয় অহুম অমনা ঈশিং সোকলুসি হায়দুনা অরৈবা কোন খরা পুদুনা থোক্লকলে । অঙম্বা শাংলবা লশ্মী অদু ফাওরগা

চৎলীবা লোক্কী ঈশিং অদুদি, ঈশিং খোং অদু য়াম্না ফজে ঈশিংখোং অদুগী তাফম অদুসু অকোইবা অদু পৃথ্রিমুক চাউনা পকা তৌদুনা চল্লী। ঈশিং পুদুনা হল্লকপদদি য়াম্না ব্রায়, লম্বী ময়াদা লৈবা ঈশিংখোংসিং অদুদি য়াম্না তপ্পা, মোৎপসু মোৎপা ঈফুৎকুম্বা ওইবনা সোকপদসু হংগোই অদুবু ঈশিং তাঙবা মফম ওইবনিনা অহিং নুংথিল খাক্তনা কোনগী কোনমক্তা থন্না মরোল-মরোল লৈবনা সোকপগা ফংবা পোৎ নত্তে। অদুনা অরাপ্পা অঙম্বা লোক্তুদা ওইনা অদুম মচৎনৈ। ঐখোয়না লম্বীদা কোন পায়রগা চৎপা উবদা লম্বীগী নাকন্দা শান্নদুনা লৈবা অঙাং মচা ময়াম্না কৌরকই।

- "মীতৈ ইমা-কদায় চৎকেরা ?" খোঞ্জেলদু তাবদা কয়াদা নুংশিগ্রে।
- ঈশিং সোক্কে।
- ঈশিং চৎখ্রে।

প্রেমজিৎকী মমাদি খুনুং খরগা ওইজবনিনা ব্রাদু তাবদা খংলেপ হেক লেপ্পী।

- মীতৈ ইমা ফাগী তৌবনে।
- থীদা অঙাওবসিদি।

অদুদগী মখোয় ময়াম্না হৌদুনা নোকই, ঐখোয়সু নোকই, নোকপা লোইরগা ভাব তারকই। ঐখোয় তম্পাক্কী তোটা ঈশিংনা থিংবা নাইবা অদুদা অঙাংশিংনা খঙদুনা লক্লবনি হায়না নিংশিংলকই। চীংগী অঙাংশিংগী নুংশিরবা খোম্থোক অসিমতং তম্পাক্কী অঙাংশিংদসু য়াওরবদি নুংঙাইগনিদকো।

- খেন্নখ্রেদকো শৈত্য।

উচিন নাচিন্না অঙম্বা লোকনুং লৈরীবা খুনগী মং ওইরীবা চীংগোল অদু য়ৌরকলে।

- কিজেকো।
- করিগী কিরুগদগেদা।

অব্রাবা পোৎথাবা ওইনা ফুমখিবা মীগী মং ময়াম অদুদা মমিং পাই

তাং য়েংঙি, পোকপা শিবগী চহী, শোক পারুরগা ঙরাংতমক তগৎ-তগৎ তেক্লা ফুন্নমবসু য়াওরী ।

- অস, চৎহৌরসি তল্লেদা ।

- হোয় চৎলসি ।

চৎনা চৎনা নীংশিংলকই কংলৈ খুনাইগী পুব্রারী কয়া, চরক চহিং নাইদুনা কয়াদা ব্রারিবা । অসুম্না লৈরম্লবদবু অমুক ব্রানখিগদ্রা ? থম্মোয়দা হংনিংবা ব্রাহং মক্তনা মরী-মরী চেল্লকই লৈচু কয়াগী নিংথিরবী লৈরাং কয়ানা মংগী ফুম্লীবা মথক অদুদা হরাও মোমোন মীনোক্লা লোয়ননা লৈশাৎ তম্লী । লৈরাংশিং অদুবু উরগা হেকনিংলকই ।

- লাইদা কৎপা য়াগদ্রা ?

- খঙদে ।

- অখঙবা অমত্তং লাক্লবদি নুংঙাইনিদা ।

ব্রারী শানা শানা চৎপনা ঈশিং খোং য়ৌরকলে । খুনগী লৈশাবী ময়াম্না ইকোয় কোয়না ফম্মী খঙনবা খঙনদবা লৈতে লোইনা কৌনৈ ব্রারী শানৈ । লৈশাবী অমমম্না কোল মরি মঙা ফাওবা পুনবা ঙাক্তনি । মখোয়না পুরকপা কোলশিং অদু অঙৌবা ওইরবসু লংত্রিক হেক লংঙি । লৈশাবী অমনা শম মথক্তা ঈশিং কোল অনীবু হেক হাপ্পা হৌখিবদা ফম্লম্বা লৈশাবী অমা হেক্তা হৌগংখি । অদুদগী অহেনবা কোলশিং অদু মথং-মথং লোনখৎখি, অদুদগী খ্বাঙদা সনাবুন অমসু অদুম য়েপখি । ঐনা পীপা লিটর মঙাগী অনিখক পুরুবনি অদুবু ঈশিং শোক্লগা পুবা ঙমগদবা মান্দ্রে, প্রেমজিৎকী মমাদি কোক্তা পুবা য়াম্না হৈ অদুনা কোন অচৌবা ওইরবসু হেক্তা থোংগৎহল্লগা পুখি । ঐগী পীপা অনিদো পায়গে হেক তৌবগা লৈশাবীশিং অসিগী মরক্তগী শমদা থোংগৎখ্রগা খ্বাঙদা য়েপলোইদবা অমনা

- ইমা ঐ পায়গে ।

- ঙমগদ্রনে ।

- করিগী ঙমদনি ।

অমনা অমুক, অমনা অমুক অদুম চৎখিবনা ঐ ইথন্তা ইহাঙ হাঙনা চৎতুনা অদুম হল্লকলে । চন্নবী খুঙ্গং চনুরাসিং অদুগী মওং-মতৌশিং অদুনা

অহল ওইরবী কয়াবুসু চিংশিনবগুম তৌখি মখোয়গী মনাক্তা য়াম্না নক্লা, পুক্লীংশি অসুম অসুম চমথোকপগুম তৌই, খেন্নবা লৈতবা চৎনবীনা পূম্নমকপু নুংঙাইহল্লি।

নোং হেক ঙানবগা শানুগী হোটেলদা চা-তল চাবা হেক্তা চৎলী, ঐখোয়না খরা থেঙলবদি শানুনা হেক্তা কৌরকই।

- ইমা লাকলো।

- "লাকলে-লাকলে" শানুগী হোটেলদা ঐখোয় ময়াম চা থকপদা শানুগী মচে মায়াসু নুমিৎ খুদিং য়াওরে - মায়াদি ব্রা ঙাঙবদসু রাশি য়াম্না লৈবনি, মহাক্কা ঐখোয়বু য়াম্না নুংশিবদৌনা তৌই। ঐখোয়নসু মখোয় মচিন মনাওগী মতৌদুদা য়াম্না নুংশি।

মায়াদি শানুনা ফম্লীবা হোটেল অদুগী মাইয়োক্লবদা দুকান অমা চাউনা ফম্মী, মহাক্কী দুকান্দু চানা থক্লবা পোৎ খূদিং শুনা ফংঙি, ঐখোয়না চা থকপা লোইদুনা য়ূমদা হল্লমদাইদা মায়ানা হায়রকই।

- ইচে নখোয়না পোৎ ব্রাৎলবদি ঐগী দুকান্দগী অসুম লৌকো, শেল য়াওদ্রবসু কোন্না পীয়ুকো।

- হোয় ব্রাৎলবদি লাক্কে। ইম্ফালদা লৈবা দুকান ফম্না মীসিংনা নোংমা ফাদোক অরাপ্পদগী লাকপা ভারাগী মীসিংদসু অসুন্না হায়রমগদ্রা, ইথন্তা খল্লকই।

- ইচে, হয়েংদি নোংমাইজিং নুমিৎনী ঐগীদা কোয়রকউ। ফমসি, ঙসিদি ঐসু ইম্খোলদা এঞ্জাং থিবা চৎকে অদুগা ইচেগী শরুকসু খাকলমগে।

- "হোয় লাক্কে" নোং হেক ঙানবগা থবক লৈতবনিনা কোয়রুনবা সেম সারে প্রেমজিৎ মমাগা ঐখোয় অনি চা থকপা ওইনা চৎলুসি হায়দুনা চৎলে। মায়াগী দুকান্দুগী থোঙদু উপাক কা অমখক্তং হাংদোক্লম্মী। ঐখোয়সু অদুদা চঙলগা মনূংদা ফম্মীন্নদুনা চা তন চামীন্নরে। শানুদু ঙসিদি য়াম্না কেরদুনা তাংখুলগী ফজরবা ফনেক, ফিনা লৈতেংলম্মী, কুম্মে য়েংবা চৎলমদাইগুম্না হরাও তয়াম্না উই।

- ইমা চৎলুখিগে।

- কদাইদনো ?
- চর্চতা।
- "চৎলুরো, চৎলুরো।" - অদুদগী লম্বীগী নাক-য়েৎতা মশা নানবা সুট-তাই তৌবা পখং, লৈশা, অহল লমন পরেং পরেং চৎপা হৌনরকই। মফম অসিদা লৈবা মীওই খুদিংমক মনিং মখা তম্না লৌথুপ লৌকোয় লৈনদনা লৈবগুম লোইনা উই। য়েংবদা পুক্লিং নুংঙাইহল্লী চৎনবীশি ফজখ্রেদকো।
- "ইচে, থোঙ অসি ঙাশিনগে খজিক্তা লৈসিনবীয়ুবা"। ঐগী ব্রাখলগী মঙলান অদু কায়খি।
- করিগীনো ?
- চর্চগী ফাদর উরগা নুংঙাইতে।
- ঐখোয়গা ব্রারী শাদুনা লৈবগীরা ?
- "অহোয়" ময়াগী পাওখুম অদুগা লোয়ননা মাইথোঙদা মমি তাবগুম তৌখি মীখা পোনবগী ইকায় নুংশি য়ান্নবা থস্মোয় অমগী চৈনা - অহোংবা মাইথোঙ।

*সিল্লেমা*

সগোলবন্দ তেরা কৈথেল, ইম্ফাল।

তাং ১০।৪।২০০০

*******

# নিংঙাই

- "পামজদ্রে পামজদ্রে, পৈশা মরিগী তরা তরামুক তৌরবসু সুকপাম পামজদ্রে ।" জানকিনা মুরুম মুরুম শোন্দুনা মাংগোলব্রাই শীৎলি ।
- "তানীংদবনা শিরে মমাঙদদি অমুক্তা ঙাঙবা ঙমদে ইমানা তৌরিদো । মানা হেক থোকখিবগা পোরোক শোনবদা ঐখোয় অমত্তা লৈফম চাফম খঙদ্রে । ঐখোয়সু লোইনা চৎচম্রগে ।" মচানুপী বীনানা ঙাঙলকই ।
- চৎপীস্রো চৎপীস্রো কনামত্তা লৈত্রগা ব্রাই শংগদবনি । মৌনেনা তৌরিসিনা নোংঙানবগা ইমুংগী অহোবদি য়েংদে চৎকদবগী মখোঙ থাংগত্তুনা লৈ । হঞ্জিল্লকএ উপু অখোংবী অমগা মমীৎ মনা উইশিন্দুনা বেবা বেবা খোংবদা নাকোংদ্রম শেগায়দৌরে । ব্রাখল অমত্তা মেন তানা খনবা ঙমদে । করিনো ঐগী লাইবকসিবো ?

মেমচানা য়ূমসিদা মৌ ওইনা লাকপা চহী অমা ফারক্লে । লাকপা নৌরিঙৈ ইমুংগী মী পূম্নমক্লা মহাকপু লুনা তৌবীরম্মী । মপুরোইবগী নুংশি মীৎয়েংখাদা মহাক্কী পুন্সি আশা কয়াগা লোয়ননা শাৎকায়গনি হায়না খঞ্জখি । অদুবু নোংমা নোংমগী মহাক্কী শাগৎচরুবা আশাশিং মখোঙ চেত্তবা লৈঙোয়গী ফূরাগুম নীংখায়বা হৌরকই । মহাক্তি খুনাইদা মহাক্কী মফম অমা কল্লবী শৈশকপীনি । মপান নাইদ্রবা শুরগী ইথক ঈপোমদা ঙানু থংগোংগুম তাউজবনা মহাক্কী মঙলান্নি । মতম অমদা মানা খঞ্জরম্মী য়ূম পাল্লবা মতুংদা মহাক্লা লৈরুগদৌরিবা ইমুং অদুগী মীপূম খদিংমক্লা মহাক্কী লম্বীদা অপনবা পীরোই । মহাক্কী মপুরোইবনা মহাক্কী লম্বী শেম্বীগনি অদুবু খল্লুবা ব্রাখলগী ওন্ন তৈনবদা খূদিংমক্লা মহাক্কী লম্বীদা তিংখং ওইররে । মনেম মকু অমদি মপুরোইবগী পেন্নবা হোৎনবদা য়ূমগী মথী মকুম থৌয়াম পুবদা মহাক স্প্রীংনা

শাবা লাইথিবী অমা নোংমা শোয়দনা ওইরক্কনি হায়বসি মহাক্কী থাজবগী ব্রাংমদনি । কুইরে মহাক্কা ঈশৈগী থৌরম অমত্তসু য়াওবা ফংজরক্ত্রিবা । অদুগা অমরোমদা মহাক্কী খোঞ্জেলদা মহাক্কী শুরদা সুক্ষৎলবা মীশিংনা মহাকপু ঙাইরি খৌগংলবী নোংগৌবীনা কুমগী ঈরা ঙাইজবগুম ।

- "কুইরে ঐনা ঈশৈ শকপা য়াওরক্কবা । হন্দক্তি প্রোগ্রাম অমা ফংই, ঐ য়াওরুবা তারে ।" মহাক্কা মপুরোইবদা হায়রকই ।
- য়াওরুচোনা নঙবু কনানা খাম্নগে ? য়াওগনু কনানা হায়বগে ?
- চীন্না হায়দ্রবসু থবক্লদি ঊৎলি । নোংমত্তা ঐনা চখোক্লবা হল্লকপদা নঙনা হরাও হরাও লৈরম্বা য়াওব্রা ? ইমুংশিগী করম্বা মীওইনা ঐবু তরাম্না ওকপীরম্বা য়াওবগে ?
- মদুদি নঙনা থোকহঞ্জবনি । তৌগদবা নথৌ তৌরম্নগা চৎলবদি কনানা নঙোন্দা ব্রা ঙাঙগনি ?
- ঐনা নুমিৎ খুদিং তৌরিবনি । নোংমা ফাদোক্তি ইমুংসিগী মীশিংসু তৌবীবা য়াই মতাং মতাং হায়বদুনি । নঙনা ঐবু ঐগী পামজবদা নীংতম্বা পীগনি হায়বদাই ? পীরিবদি অসিরা ?
- নঙনা হায়রিবদু ঐঙোন্দরা ? ইমুংগী মকৃপ মতাইবু ঐঙোন্দা তৌ হায়রিবরা ? নৎত্রগা ইমাদরা নঙনা হায়রিদো । য়ূম অমগী মৌ থিবা হায়বসে অপীকপদগী অচৌবদগী পোৎলুম পূম্নমক লৌনবা থিরিবনি । ইমুং মহী লাঙনবা নত্তে ।
- অদুদি ঐখোয়বু নুপা ময়ূমগী মমল পীদবা মীনাই অমগুম খল্লীবরা ? ইশাগী মী অমা ওইবগী অপাম পামদা ফোঙদোক্লবা হক অমত্তা লৈত্রবরা ?

নুমিত্তু লাঞ্জাও অমা থোকখি লোয়ননা ঈশৈগী থৌরমদুসু নাম্থোকখি । মপুরোইবনা মহাকপু মাগী চীঙ্গুক্তা খুন্মী হায়দুনা ফৃবীরম্মী । ইমুংগী মীপূম খুদিংমক্লা খামদোকপীবগী মহুত্তা মঙোন্দা মরাল পূম্নমক থঙজিল্লম্মী ।

- মানা ঐখোয় পূম্নমকপু পোকপীরগে হায়রিমাল্লে । কদায়দগীনো শূনীংদবী ঈরাং তৌবী অমা লাক্কুনা ইচাগসে লোইনা ঙাওহন্দৌরে ।

অরায়বা মী নত্তেয়ে শায়াম থেংনরবীনে মহৈ তৌদুনা ইচাগসে ফাবীরি ওইরিনিয়ে ।

নুমিত্তুদা মনেম্বোক্লা মচীন পেনবমখৈ মহাকপু চৈবীখি । অদুগা মহাক্লা মবোনথোক্তবা লাইথিবীগুম তুমিন তাশিন্দুনা লৈখি । নুপীনা যুম পানবা হায়বসি পাপ অমরা হায়না খঙ্গখি । নুমিৎসিগী মথংগী অয়ুক্তা মহাক্লা ব্রাই তৈরম্বদু মনেম্বোক্লা অমুকসু হঞ্জিন্না তৈখি । মহাক্লা ফেঙলম্বা কোনশিংদু মচন্নুপীনা অমুক থাংদোক্তুনা ফেঙখি । মখোয়না তৌরিবদু করিনো হায়না মথন্তা হংজরম্মী ।

- "ইমাগা অঙাংশিংগনা থবক তৌরিসি নঙদি তৌবা য়াদ্রা ?" মাগী নুপানা হায়রকই ।
- ব্রাইসু ঐনা তৈরম্লবনি কোনসু ঐনা ফেঙখ্রবনি ।
- নচীনথীনু মখোয় অঙাওবা নত্তে ।
- থাজদ্রগা মখোয়দা হংবীয়ুনে ?
- অদু ওইরবদি নঙনা তৌবদু মচু তারগ্লোই । ঈথক ঈরাংদা তাউরিবৈ থবক ফজনা তৌনি খঙলগ্লোই ।

ব্রাঙাঙ খূদিং খোঙথাং খূদিং মহাক্কী মরালতা পীরম্মী । মহাক্কী হকচাং তংখায়নি মখোয় অনীগী থব্রায় অমত্তনি হায়দুনা অতিয়া মালেম মী লাই পূম্নমকপু শাখি থমদুনা মহাক্কী ঙকশমদা কুন্দো পরেং হুকপীখ্রবা মহাক্কী মপুরোইবন ফাওবা মাবু খঙবীবা ঙমদ্রে । মাগী থম্মোয়গী চৈনাখোল তাবীনবা কনাসু লৈতবগুম্লে । মী অমা ওইবগী অব্রা অনা পূক্নীংগী অপাম পামদা খূদিংমক ফোঙদোক্লবা তাঞ্জা ফংদনা ফংলবসু তাবীনবা লৈতনা মেমচানা মপুরোইবগী মনাক্তা লৈরক্লিবসি চহী অনী ফাজিল্লক্লে । পুন্সিগী মীৎকুপ মীৎকুপ্তা মহাক্লা অঙাং ওইরিবৈগী, মপামদা লৈশারৈবৈগী খৌদোকশিংবু হেক হেক নীংশিংজে । মহাক্কী মমা মপানা মবুং মৌপ্পানা মহাকপু কয়াদা নুংশিনা কয়াদা মমল লৈনা তৌজখিবা ! মফমসিদদি পূম্নমক ওন্নতৈনরে । "গারী সন্না পোৎলুম ময়াম অমা অমগী মথং অমা অমগী মথং অমা মথক্তা নম্বরদুনা চৎলি কুদ্রুক কুদ্রাকপা লম্বীদা। ব্রাদুনা খজিক্তং

নিংঙাই তৌজরুবদা মনমদা শাজ্জে থারকই। মখোয়গা ঐগা করিদা খেন্নবগে ? খেন্নবা থোইনা লৈতে। ব্রাখলগী নম্লো ময়াম অসি করম্বা মীৎকুপ্তা থাংথদুনা হিংবগী মহাও ফংবা ঙমগনি। মহাক্লা হেক হেক খঞ্জরম্মী। ইমুংগী মীপুম খৃদিংমক্লা মহাকপু ইমুংসিগী মী অমনি হায়না য়েংবীবা ঙমদে। কাঙখদা চঙবা লিনগুম মহাকপু য়েংলি। মহাক্কী খোঙথাং খৃদিংমক্কী অশোয়বা থিরি। মহাক্কী মপুরোইবনা ফাওবা নোংমত্তা মহাক্কী অপাম-পামদা, অব্রা নুংঙাই অমত্তসু খঙবীনবা হোৎনদে।

- মা ঐ থম্মোয় থম্মোয় খঙনদুনা লম্বীসিদা লাকপনি অদুগা করিগীনো ঙসিনা লম্বী লমখাঙদা থেংনবা লম্বী মরূপ্তা মরূপ ওইরক্লিবা ?

নীংশিংলি নুমিত্তু য়াউশঙ মনুংনি। মখোয়গী মমাঙ শরক্তা ফম্বা হোটেল অমদা মখোয় অনী চা থকমিন্নখিবদো।

- নঙনা ঐগী নাক্তা লেঙদনা লৈরগদবা নুমিত্তো হায়রো। ইমানা পুশিল্লকও হায়না তকশিল্লকএ।
- নখোয় ইমা খঙব্রনে ?
- খঙই, করিগী খঙদনি মচানা তৌবা থবকপু।
- নঙসি নখোয় ইমাদা ব্রারী য়াম্না শারমগদবা মাল্লি।
- শাবা য়াবমখৈদি খরা খরা শাই। ঐনা মহাক্কী মচা অহন্নি অদুগীসু মথক্তা অমত্তা য়াওজবনি।
- ঐনা হয়েং নখোয়দা লাক্লকান্দা নখোয় ইমানা ঐবু লুনা তৌবীগদ্রা ? ঐনা পামজরিবা শিনফমসিদা অথিংবা পীরোইদ্রা ?
- য়াম্না লুনা মচানুপীগুম্না তৌগনি। ঐখোয় ইমাদি য়াম্না ফৈ। ঙসিফাওবদা য়াম্না কায়বা নত্রবদি ঐখোয়না তৌনীংবতা তৌহন্দুনা লাক্লি।
- নঙনা ঐবু থিংলোইদ্রা ?
- নঙ ঐ অমত্তা ওইরদবা নত্ত্রনে ?

মতমদুদা হায়খিবা ব্রাহৈশিংদো ঙসিদি কয়াদা তাইয়োন্নরবা! য়াউশঙগী অঙাঙবা অশংবা হীগোক মচুগী পিচকারী মহীশিংনা মচু শঙলবা অতিয়াদা মহাক্লা মহাক্কী পুক্সিগী মচুশিং শাগৎচরুই। য়েন্নীংথাগী লৈপালশিংনা তৌবগুম

লৈচু উক্ত্রিবা পোল্লিবা লৈরাংগী লৈকাবু করম্না মীৎকুপ্তা হাইদোক্লগদগে হায়না খোয়রাংনা ঙাইজখিবা মীৎকুপশিং অদো ঙসিগী মীৎকুপ অসিবুরা ? অতিয়াদা নীংতম্না পাইরিবা চেক্লাবু উরগা মখোয়গী ঈশৈবু তারগা মাগী থম্মোয়দা সুরগী ঈথক হৌরকই। লমদোন নাইদ্রবা মালংদা ঈশৈশিংদুনা মাঙখিবগুম মহাক্কী সুরসু মদোম চন্নফম খঙদনা তিনখি মাগী থম্মোয় অতিয়াদা।

- "পোন্দা ফাজিন্দুনা থম্লিবা চেক্লাগা ঐগা করিদা খেন্নবগে ? চেক্লা ওইরবসু তেনবানি, মপুনা তশ্বীবা মরোন্তমক লোন্নবা হোৎনবদা মশাগী মরোল কাউশিল্লক্লবা। পোনসিদগী নাম্বোক্তুনা অহাঙবদা অমুক্তং নীংতম্না পাইজরবদি, অঙৈংবা নুংশিত্তা তাউজদুনা থম্মোয় পেন্না শৈশক তমজরবদি।" মহাক্কী থম্মোয়না লাঙতক্লজে। অদুবু থদৎপসু ঙমদে য়োৎষ্লীংসে মখোঙ অনীমক্তা চেৎনা কিখিবনা।

মতম কুইনগী তুংদা ঙসিদি মহাক টিভিদা ঈশৈ শকপগী বার্ত্তন অমা ফংলে। মদু য়াম্না চাউবা ওল ইন্দিয়া দিদি কেগী ফাউন্দেসন দেগা মরী লৈননা পাঙথোকপা থৌরম্নি।

- মখোয়না য়ারবসু য়াদ্রবসু হন্দক্তি ঐ চত্তবা য়াদে।

মেমচানা ব্রারেপ লৌরকই। নুম্মিদাংদু মহাক্কা মহাক্কী ইমুংগী থবক পূম্নমক লোইশিঞ্জে অদুগা মপুরোইবগী নাক্তা চঙলকই।

- ঐগী কার্দ অমা থারকই ঐ থৌরমসিমদি তঙাই ফদনা য়াওনীংই। মপুরোইবদা কার্দ উৎলি।
- চৎলু অদুবু ইমাদা অমুক্তদি হায়যু।
- ইমানা য়াদ্রবদি চৎকনু হায়রিবরা ?
- য়াদ্রবদি করম চৎকনি ?
- অদু ওইরবদি ঐ হায়বা ঙন্নরোই।
- করিগীনো ?
- ইমানা য়ারক্কনি থাজদে।
- করিগীনো নঙনা ইমাবু অদুক য়াম্না থাজদ্রিবা ? শোয়দনা য়ারক্কনি।

ঐ হায়গে। সে, চঙশিল্লকউ ব্রা অমা হায়গেবা।

মহাকপু মখূৎ পায়দুনা মনাক্তা চিংশিল্লি। করাম চাউবা মতৌদা মহাকপু চেৎনা কোন্সিল্লকই অদুগা হন্না হন্না চূপলকই। মহাক্কী সহুম চাউনা হোল্লকপা নুংশাশ্বরনা মহাক্কী মশাদা য়ৈরকপা মীৎকুপ্তা মেমচানা খল্লকই

- "মসিখক্কীরা নখোয়না ঐখোয়বু তাৎ তৌরিবসে ? থম্মোয়দি পীবা ঙমদবা, ঐখোয়গী থম্মোয়বুসু হাঙদোক্কুনা য়েংনীংদবা।" খঙহৌদনা মহাক কপ্লম্মী।
- কৈদৌরগে ঙাওরব্রো ? করিগীনো কাপ্লিদুবো ? সে তোকওবা ইমাখোয় তারনি।
- "নুমিৎচুপ্পগী ইমা ইমা। নঙগী থম্মোয়দা লৈরিবা ইমাগী মফমদু ঐনা মুনগে হায়বদি নত্তেদনা। ঐগীসু মফম খজিক্তং পীবীয়ু হায়বনি।" মহাক্লা কপ্লা কপ্লা হায়রকই।
- সে তোকওবা অদুগী ওইরে। নঙনা নঙনি ইমানা ইমানি। অমগী মফম অমনা শিনবা য়াবা নত্তে।

অদুগা মহাকপু হেন্না হেন্না চেৎনা কোন্সিল্লকই। লাউখোংনা চেল্লকপা ঈপান্থাগী তুরেলগী ঈচেলবু অশংবা সমুদ্রনা চেকমোক লাউদনা য়োৎশিনখিবগুম মহাক্কী ঈখৌলাংবা অদুনা মেমচাগী থম্মোয়গী ব্রাকৎ পূম্নমক য়োৎশিনগদবগী হোৎনরকই।

- ঐখোয় ইনম্মগী মখোন্দো নুংশিদ্রা ইমা ? মশকসু অতৈদগী মানা ইহেন হেল্লি ফজবা। ঐখোয় ইনম্মসে ঈশৈদি হৈদি হৈবা জাৎনি। মাগী ঈশৈনা সুম্মৎপগুম তৌই।

মেমচাগা মপুরোইবগা মাঙ্গোল দারী কাখৎলকপদা ফম্ফম কাদগী মচন্নুপী বীনানা হায়রকপা তায়। মখোয় অনীমক চপ মান্ননা খোঙথাং লকক তৌই।

- খঙজদে খঙজদে ঐখোয়, চাক্তুম থিবীনবা তৌরুরো য়ৌরক্লনি।
- ঐখোয় ইমাসে মমৌসে নুংদি নুংশিবা জাৎনিকো।

- "সুম চগৎ চগৎ ঙাওদুনা লৈরেনে মীনা হায়বদি তাদে। ঈশিংগদু খর লুমখৎপীয়ুনে মখোঙ মখুৎ হামজনবা নুমিদাংসিদা ঈংবনা লোইরম্লনি।" অদুগা হনুবীদু চাকশঙলোমদা চঙখিরম্মী।

*এম. বরকন্যা*
*তাং ১৬/১০/০৩*
*তেরা*

*<u>এম. বরকন্যা</u> (ফেব্রুৱারী ১, ১৯৫৮) : খুরাইজম লৈকাই, তেরা ইম্ফালদা লৈ। শৈরেং, ৱারীমচা অমসুং উপন্যাসতা খুৎ থাই। ফোঙগ্রবা লাইরিকশিংদি - (১) শিঙ্গারৈগী লৈকাদা (উপন্যাস, ১৯৮৩), (২) লোইনাইদ্রবা থৱায়গী ঈশৈ (শৈরেং, ১৯৮৮), (৩) উতোল অমদি উচেকশিং (শৈরেং, ১৯৯১), (৪) শংবান্নবা অতিয়াগী ঈপাক্তা (শৈরেং, ১৯৯৫), (৫) মৈরী (উপন্যাস, ২০০৩)। "শংবান্নবা অতিয়াগী ঈপাক্তা" হায়বা লাইরিক অসিদা "খাইদেম প্রমোদিনী সনাগী মেদল" (১৯৯৮) ফংখি।*

*******

# লৈ য়োনবী

"চানিপাল, চামাপন, লীশিং অমা, লীশিং অনী, লীশিং অহুম" মমাঙদা শন্দোক্লুনা লৈরিবা মঙাচৎপী, তরা চৎপী, য়াঙ্খৈ চৎপী, চামা চৎপীশিংদু মরোন মরোন লোনখত্তুনা কোম্বীরৈনা মশীং থী। পৈশাশিংদু চূপ্লগা মাগী মঙ্লুনবা মবুক চোল্লবা শেংগাওদুদা হাপচীল্লি। মৈ লাক্তে দ্বিপানিতাগী মোমবত্তী পরেংগী মৈঙাল্লক্তা নুমিৎ চুপ্পা অমা নুংশাদা ফৌরুবগী কাথেল্লবা মাইথোঙদু নুমিদাংৱাইরমগী নোংজাবী মচুনা থাম্লবা শক্তমদা ওম্থোরক্লে।

"ঙসিদি কয়া শীৎলকপগে?" মপুরোইবনা হংলকই।

লীশিং অহুম শীৎলকই।

হাকুমদি লীশিং অনী ফাখিদদাই? কূমসিনা হেল্লেদনা?

কূমসিদি সনারৈ অথোনবনসু হেল্লে অদুগীসু মথক্তা ঐনা ঙল্লানা চৈ ঙাকপীহৌবদুনা লৈ পূম্নমক মপোপ কাযদনা ফজনা শাৎলে।

লৈপরেং অশাঙবা লেপ হেন্না শাংবদুদি কয়া কয়াদা য়োল্লি?

লুপা কুনমঙা কুনমঙাদা য়োল্লি। অতেনবনা তরামঙা কুন সুম্মাইনা চাংচত্তা য়োল্লি। হন্দক্কি নিঙোল চাক্লৌবগী খরচতি মসিনা পাঙন শানবা শীন্নবা তারে। চেঙসু ৱালহৌরনি অরেম্বদুনা পোষ্ট ওফিসতা থমজিনবা তারে। শেন্দোইসু চাউই হায়নৈ।

তূংখৎপা ঙম্মু ঙমগদ্রনে অহোবা ময়ামসিগা?

য়েংবা হায়দুনি। সিদগীদি সনারৈ মরূশিংসি হুনবা মতম অমুক ওইরক্লনি। মথংগী চহীদনা অমুক হেন্না শীৎনবা হোৎনসি।

লৈয়োনবী কোম্বীরৈগী ইখোল পীকতক তৌনা য়েংবদা পৃক্লিং সুম্মৎলি। অঙাঙবা, অঙৌবা, নাপু মচু, হীগোক মচু, লোয়াম্বা, লৈ মচু মখল মখলগী লৈশিংনা অউবশিংগী পৃক্লীং চিংশিল্লি। অসিতা নত্তনা উরেশিংসু মখল সুনা শাৎলি। পিক্তকপা পৃথ্রিদা মতম মতমগী থরো-থম্বাল মখল মখলসু মশাৎলি। নুমিৎ খুদিং অশাৎপা লৈশিংসি কৈথেলদা পুখত্তুনা কোম্বীরৈনা য়োল্লি। মদুদগী ফংলকপা শেনফম্মা মখোয় অনীগী পুন্সি হিংনবা ওই। কোম্বীরৈনা মাগী মপুরোইবগা পানমিন্নরক্লিবসি চহী মঙা সুরক্লে মমীত্তা মচাদি উবা ফংদ্রি।

- করম্বা মতমদা ঐখোয়বু ইচানা নোকপা, নিংঙাই তৌবা উবা ফংলক্কদগে? পুন্সিচুপ্পসিমা ইচা ফংজদনা অরেম্বদা মাঙলদ্রা খঙদ্রে। কোম্বীরৈনা মথক্তা মুরুম মুরুম হেক হেক শোল্লি।
- নহাক্কী নচাদি অমত্তবু নত্তেনা অসুক য়াম্না লৈরিসিদি?
  নোংমা মপুরোইবনা লক্লুখি।
- করিনো হায়রিদুবো?
- অচুম্বনি, ইচা লৈতে হায়দুনা ঐখোয়না করিগী ব্রারুনি? ঐখোয়গী ইচা মশীং লাকওমদনা লৈরিসিদি? মখোয়গী মপানসু চাবা ফংলবনি ঐখোয়দি। মপান্না থন্না শাৎপা লৈহাউ পাম্বী অসিনা ইচা অহন্নি। জুবাকুসুম, অপরাজ্বিতা, গুলাবনচিংবশিংসিনা মনাওশিংনি। মখোয়না মপান শাত্তুনা মোমোন মীনোক তম্লকপদা ঐখোয়গী থম্মোয়সু নোক্লিবনি। মখোয়না মনা কেল্লকপদা ঐখোয়না মিপাইজরিবনি।
- "অদুদি ঐখোয়দি লৈগী মমা-মপা তারেনে।" অদুগা মখোয় অনী থব্রায় তানা নোকমিন্নে।
- "চাক্কৌবা চৎপদা শেৎনবা ফিদি লৈরব্রা?" মহাক্কী নুপানা হংলকই।
- লৈরে। ফীগেদি হান্নগী মুকাক্লেদু অদুম শেৎলনি। ফিদি লৈ মচু অবাওবা ঝমকিনা পীক্লা মপান চনবা অমা লৈরকই, মসিওইনা ইল্লগে।
  ফিদু তনলৌ লৌথোক্লুরগা মপুরোইবদা য়েংহল্লি।
- য়াম্না ফজগনি। নঙোন্দা লৈমচু য়াম্না পকচবনি। পুনবা পোৎচৈদি লৈরক্লব্রা?

- লৈরক্লে । ইচে শখিগী মনাওনুপীদু হৈ য়োল্লি । মহাক্লা সেমগা কল্লাগা কেজি মখায় মখায় খাকপীরল্লে । মীঙোন্দদি সেম্লা কেজিদা য়াঙখৈ য়োল্লি হায় কল্লানা নিফু য়োল্লি হায় । ঐঙোন্দদি নিফুগা কুপ্লাগদা পীথোরক্লে । য়ুবী অহুমগা ক্রেকজেক পেক্কেৎ অহুমগা ক্কা খরগা লৈরক্লে লফোয় লফাং অহুম অমগা য়াওরক্লে ।
- অদুনা কোন্নরদ্রা পিবাদি অহুম্লি ।
- কোন্নদবা হায়বা লৈপোৎনত্তেদা । অঙম্বা খর খর থুংবা হায়দুনি ।
- পোত্তি য়াম্লা পুনীংদবা দখিনাদি য়াম্লা পাম্বা হায়দুরা ?
- দখিনাসু কৈসু পামজদেদা ।
- নহানমুক মৌ অহনগা অতোম্বীগগী দখিনা ময়াম্লা য়েংনবদা নঙনা চাকখিবদো ঐসু উহৌইকো ।
- কদায়দা চাকইবা, মব্রা লৌদে । দখিনাদি মখোয়না লৈদুনা পুখৈ পুরগা । ঐখোয়দি অদুগুম্বদু পামজদে । লায়রবা ঐগীসু পীবীরকপা খরা । ইনাকখুনবা মখোয়গীসু মখোয়না থোকপা । মদুগীদমক ব্রাফম লৈব্রা ? চাক্কৌবীনবা লৈরিবসি ফরিবনি । কনা কনাগুম্বদি কৌবীনবা লৈতদুনা পি তানবসু য়াওবিবনি ।
- নঙগী থস্মোয়দি লৈদ লৈনি । ঐনা নঙবু ফংজবা লাইবক ফবনি । তুম্মসি লাকও হয়েং য়াহৌ থেঙলনি ।

অদুগা মহাক্লা কোম্বীরৈবু মখুৎ পায়দুনা ফম্মুংদা চিংখৎলম্মী । নুংশিনা কোনবীরম্মী । নুমিৎ চুপ্পা নুংশাগী মৈশাদা হিংনবগী অকনবা লানথেং মাইয়োক্নবদা চোকথরবীদুগী অব্রাবা কোংগায় মৃৎলসনু মতাগুম হেন্না চেৎনা কোনবীরম্মী ।

কোম্বীরৈগী লৈগী পোৎফম মহারানী থোংখোঙদনি । মহাক্কী ময়ূম্লা তেরাদনি । নুমিৎ খুদিংমক্কী মখুৎনা থাজবা লৈশিংদু হেক্কুনা পোল্লাং থংকোক তৌনা মফমদুদা পুরকই । লাতোন অচৌবা অমদা হৈদোক্কুনা পৈশিল্লি । সনারৈ, গুলাব, অপরাজিতা অমুবা অঙৌবা, জুবাকুসুম অঙাঙবা, অঙৌবা লৈ মচু, হংগামপান মচু, জাতিকুপ্পী, মালিকা, লৈহাউ, কবোক্লে, তখেল্লে,

থরো থম্বাল, নাগেশ্বর অসিতা নত্তনা মতম মতমগী উরৈশিংসু ব্রাৎপা লৈতে মহাক্কী লৈগী পোৎফমদা । কোম্বীরৈগী মপুরোইবনা হায়বা চুম্মী মচা লৈজদ্রবসু মখোয়গী অব্রাবা লৈতে । লৈশিংবু মখোঙ শোম্বীবা ঈশিং চাইবা শম্বল খাজিনবীবা, হার চাইবীবা, তীল কাণ্ড ফাদোকপীবা অমদি অনৌ অনৌবা লৈ থাবনা মখোয়গী মথৌ ওইরি । নুংনাংবা ব্রাখল অমত্তনা মখোয়গী কোক্তা লান্দারকপা ঙমদে । অপোম্বীনা পোমশাৎনরক্কনি, পোমশাৎনবীনা ফৃগাইনা শাৎলক্কনি । খোইমু খোইরেল ঙংলক্কনি । মচুগী ঈথক্তা কুরাকশিংনা লৈনা লৈনা পাইরক্কনি অমাং কোইরৈ শান্নরনি নুংশিবা লৈনম্না মাইকৈ থুংনা শন্দোক্লনি পুন্নমকসিগী মথক্তা অমনা অমবু থাজনবগী নুংশিনবগী লৈহীনা নীক নীক চোন্না মখোয় অনীগী খোইরাদা শীন্থগনি ।

- ঙরাংদি নবুং নৌপ্পাশিংনা করি দখিনা তৌবীরক্লবগে ?

  কোম্বীরৈগা থংননা ফম্লিবী শখিনা হংলকই ।

- করিবু খোইনা তৌরক্কবনোদা ইচে । ফনেক কি ঙাক্লেনি ঐগীদি । লায়রবা ইবুংশিংনা লৈত লৈত তৌবীরকপশিংদো ওন্থোক্লা মমল য়ামখ্রবগুম খল্লী ।

- অদুনি ইবেম্মা মচীন মৌপ্পাগী নুংশিনববু পৈশানা খল ওনবা য়াব্রা ? কৌবীনবা লৈরিবসি ফরিবনি । ইচেতোম্বীখোয়গীদি মমা মপা, মবুং-মৌপ্পা অমত্তা লৈজদ্রেদো অদুনা মাগীদি মৌ মচীন মনাওশিংগী মমাঙদা ইকাইজদুনা মী নেক্তুনা চাক্লৌবগী পাউ হায়হল্লে হায়য়ে । অদুগা চাক্লৌবা নুমিত্তা মফি মরোল শেৎলগা চাক্লৌবা চৎপা শাদুনা খোরক্লগা বজাবদা পোৎফম ফম্মী হায়য়ে । মাগী ব্রারী তাবদা ঐখোয় লোইনা পি তানরিবনি ।

অচুম্বনি ইচে মতমসিগী চৎনবীসি পামজদে । নিংঙোল চাক্লৌবগী ফজরবা মশকপু দখিনাগী ঈহৌসিনা হামুক তৈশিল্লে । ফ্রিজ তৌগেরা, কলর টি.ভি. তৌগেরা, সনা তৌগেরা, ব্রাশিং মেচিন তৌগেরা ইনাক খুনবনা তৌজবনি । লায়রবা মীনা মতৌ তম্বা ঙম্বা নত্তে ।

- অদুবু নঙ ঐগুম্বা খরতগী ব্রানি । ঐখোয় মৈতৈদি মিতৌ তম্বা য়াম্না কল্লী । ইশাগী ফীভম য়েংনদে, থাক য়েংনদে । চাগা য়েংনা চাদিং তৌবসু হৈতে । চীনগা খৃৎকসু মান্নদে ঙাঙথোরকপনা অমা তৌথোরকপনা অমা মসিদনি ঐখোয়না পৃথরিবা ।

পুকচেল তিংনা ব্রারী শান্নে । লৈয়োনবীশিংগী থম্মোয়সু লৈগুম থোৎনৌবরা ? লৈয়োনগুম লৈহী চেনবরা ?

- ঙসিদি পোৎশিৎসি খংহন হল্লেনে ইচে । দ্বিপানিতাদা ইকা ঙাগুম কারকপ্রবনিনা ফন কুইনদি লেপ তারেনে । করিবু চাদুনা হিংদোইনো লুখ্রে ঐখোয়না তৌদৌসি ।

- ইবেম্মা নখোয়গীদি নখোয় অনীতনি । নচা অমা য়াওবসু নত্তে অদুগীসু মথক্তা নঙগী নুপানসু পুশিল্লকইবনি । ঐখোয়নি লুরিসে ইচা কোকথোং অমগা নুপা ফংলে তনবনা চেঙফু হূম য়েংলগা থবক শূবা হায়দো ।

- চেঙফু হূম য়েংলগা থবক শূবা হায়দুদা তারে ।

মচে শখিগী ব্রাতাদুদা কোম্বীনা নোক্লকই ।

- ঐখোয়গীনা মরক মরক্তা খূবাক খূফমদা ফম্বা পৈশা লংথোকপদা চেজেৎকুম্না খনবা ।

- নঙগী নুপাবু অদুম্নকা তৌব্রনে ? ঐনা থেংনবা খুদিং মী পুদুনা কন্না কন্না থৌবা উই । মাগী রিক্সো খূথৌদু থুমল্লিকো লম্বী মী খূৎচিনসিগা ।

- থবকপুদি পঙকন মকনবা অমুক্তং ফন্নূবদা ফূরিৎখাউ মথক মখা ওম্থোক্লম্লগা লাকইবনি । নোংমা ফাদোক্লি হায়বা চুপ্পবা মচুনিনা পাক হেক কোকপসু ঙমদে । অদুনা নোংমদি মতেক মতেকশিংসিনা মপুম অমা ওইরক্কদৌরিবনি ।

- নঙগী নুপাসু অদুম্না তৌবোইরে ? ঐখোয় লৈবাক্কী নুপাশিংসে ব্রাখল থেল্লিদকো মসিননি হিংদবা য়াদবনিনা নুপীনা মপান থোরক্লিবা । অদুগসু নুপী কৈথেলকা হায়জশারিয়ে মমায় ইকায়গেদি হায়দ্রদনা । নুপা মখোয়না উতাংবী ওইদুনা লৈরে । মখোয়সু মরোমদোম লেপচবা ঙন্নবদি ঐখোয়গী লৈবাকসি কয়াম চাওখৎকনি অদুদি নত্রদুনা মৈতৈ

নুপীদি হা অদুনি অদানি হায়দুনা থাগৎ থাগৎলগা পাঙ্গল শোনবী নুপীদা কোকথোং পূম্নমক পুহনবা হায়বসি অচুম্বদি নত্তে। লম্বী শরক্তা থেন্দুনা লৈরিবা মপান্থোম নাম্মা কৈনা চাবা ঙন্নরোইদবা পাখংশিংসে উরগা লন্মাং তুম্মাংদা তাদুনা লৈরিবা য়ুঙাওবা, ফোর কাম্নশিং উরুরগা খোয়দৌদা পঙশাউদা শাউগৎলি। অবাবা হায়বসি ঐখোয় নুপীগী শরুক্তি হায়না মখোয়না খনবগুম তৌই।

- ঐখোয় ঐখোয়গী ইচা ইবা ফত্রগা পূম্নমক হেক্তা হায়বসু য়াপোৎ নত্তেদা ইচে। মীগী নুপা অফবা য়াম্না লৈ, মতূ মচা লুনা তৌবা মপান থোকহন্দবা নুপাসু লৈ।
- ঐখোয়গীনা অমরোমদা খরবু ফৈ অদুগুম্বা নুপাশিংদুনা অমুক নুপী লোনগল্লি। মখোয়গী মমীত্তা নুপীবু লাইথিবীগুম্না উই।
- খঙদেদা ইচে নুপাশিংসিবু অমা নত্রগা অমা তৌদ্রবদি ইয়া য়াদবজাৎলা ? মখোয়সি ঐখোয়গা য়াম্না খেন্নবা মখলগী মীশিংনি।
- ইবেম্মা করি লৈনো থিরিববো ?

নুপী অমনা চঙলক্নুনা লৈ য়েংলবদা কোম্বীরৈনা হংলকই।

- তুলসি অমুবা য়াওব্রা ?
- য়াওই-য়াওই মনা কয়ানো ?
- তরানিপান্নি। লৈ অঙৌবগা হংগাম্পানগা লৈয়ু হায়, বিষ্ণুদা কৎনবনি।
- লৈনি লৈনি, লোইনা সুনবা পীরগেসে।

কোম্বীনা লৈ খন্দোক্নুনা লাতোন অমদা তুলসি মনাগা পূন্না য়োমশীন্দুনা পী।

- সে সে ইচেনা য়েংনা পীরবনি। নঙনা হায়বা মচুশিংদুগী মথক্তা ঐনা খরসু হাপ্পীরবনি ননীং থুংনা কৎলো।
- বানা থিরুবা লোইনা য়াওরম্মে নুংঙাইরেদা। লুপা কয়ানো ?

লৈ লৌই।

- মঙাদং থম্বীরম্মো ।

  নুপীদুনা পৈশা পীরম্মগা থোকখি ।

- ঙসিদি লুপা মঙা খুলাংখাং কৌবদা ঙায়রি নুমিত্তি তাদৌরেনেসে ।

- ঐদি খুলাংখাং ফাওবা কৌদ্রি । কৈনো ঙসিসিবো লৈ ময়ামসি অরেম্বদা মাঙবা তারেনে ।

- পৈশা ফং ফংদবা লৈ অরেম্বদা মাঙবসিমুক নুংঙাইতবা লৈতে । চেঙনি ইঙ্খাং নাপীনি হায়দুনা থোংঙগা চানি হায়সু নত্তা । উহৈ-ৱাহৈনি হায়সু নত্তা । ফজপ্পবা লৈশিংসে লৈখোক্তা শাত্তুনা ফজনা লৈজদৌদু ঐখোয় হিংবনা লুই ঐখোয়গী পূক্না লুই হায়দুনা হেক্তুৎপীরেসে অদুগা অমুক লংথোক তারে । তেনপ্পবা মপুঙ্গিসিদা অমুকসু হেক্তুৎপীরবনিনা হয়েংদি লৈমন চল্লনি । তৌহৈবা শিনফম নত্তেদা ।

  কোম্বীরৈনা শোল্লকই ।

- মীশিংসিবু ঙসিসিবু লাইকা অমত্তা খুরুম্নদ্রজাৎলনে, কনামত্তা হেক লাক্কেদা । নঙ তাদসু মশা ঙমহৌদে । য়ূমদসু চেঙ মরূ অমত্তা লৈহৌদে । ঐদি ফম্ববু ঙম্মক্কেনে নুমিৎ তাশিল্লকপনা হাল্লনি । ইচাশিংদুনা চেঙ লৈত্রগা অমুক হেল্লি চানীংবা ।

  মচে শখিনা শোল্লকই ।

হায়না হায়না নুমিৎ তাশিল্লক্লে । উচিন নাচিন্না কোম্বীসু লুপা তরাদি ফংহৌরে । মচে শখিদি নুমিত্তুমগী খূলাংখাং অদুম কৌহৌদ্রে ।

- ইচে ঐগীদি য়ূমদা চেঙ খর লৈহৌরি তাদসু মশা ঙমহৌদে হায়দাই । ঙসি শীৎপা লুপা তরাসি ইচে পায়খ্রো । হয়েং কোন্না লৈরগা হঞ্জিল্লক্লো । মসিনা য়াম্না কৈনো লৈরগা অঙাংশিং পীজরুরো । ওম্থোকপা দাউ হায়বদুনি ইচিন ইনাওগী ঙসিগী দাউসি ।

কোম্বীনা শখিদা লুপা তরাদু পী । শখিনা লৌনীংদা লৌনীংদা লৌদুনা চৎখি ।

ঙসিদি শখিদু নুংশুক নুংজান্নবা ফম্মী ৱা লান ঙাঙদে । মমায় মমিংসু ইপোম পোল্লে ।

- “কৈদৌরগে ইচে হুকচাং ঙমদ্রবরা ?” কোম্বীরৈনা হংই ।
- হুকচাংবুদি কৈসু তৌদে ইবেম্মা । লায়রবা হায়সে পাপ্লি । মীৎকুপ খূদিং খোঙথাং খূদিং নুংঙাইফম ইরৈ লৈতে । মীনা তাথীবমক্তা লাকচবমক্তনি ঐখোয়না থেংনরিসে ।
- অদুবু কৈদৌরগে হায়বা ?
- নচানুপী অহন্দো পুংকক চাউজরে । ক্লাস সেভেন কারবনি অদুবু মিং চনবীবা ঙমদ্রে । মেত্রিক য়ৌদৌবা চহী খজিক্তা ঙায়রকানসিদা লাইরিক তম্বা তোকপা তারব্রা খঙদে । মাদি অঙাংনিনা খঙদবনিনা ঐঙোন্দা পঙশাউ মশাউই । খাঙবা ঙমদ্রদুনা চৈসু চৈবীরে ফূসু ফূবীরে ঙসিদি । অসুক য়াম্না থবায় নুংঙাইত্রিঙৈসিদা ঐখোয় মখারোমদা ওফিসার অমা লৈবদো নঙসু খঙইদনা মাগী নুপীনা ঐঙোন্দা ঙসিদি ব্রা অমা হায়রৈ । অদুগা শখিদু ব্রা মখা তাবা ঙমদনা ফীজিনা মমায় খুমদুনা কপ্পী ।
- করি হায়রিবা ?
- “নচানুপী অহন্দো ঐখোয়দা থল্লো । ঐখোয় শেমজরগে য়োকচরগে ।” অসিনিদনা ।
- অদুদি য়াম্না ফৈনা ইচে, শেম্বীবা ঙমদদুনা মাঙগদবগী শরূক পীথোকখিবদুনা ফত্রা ? ইচা মী ওইহৌরগা লোইরে ।
- নঙনদি লায়না হায়রিবা ঐদি খাঙবা ঙমদে । মখোয়না হায়রিবদো ফজবী লোন্দাদা হায়রিবনি । লৈশাবী মচা ফাজরকপদা ঙায়রিবী ইচাবু মখোয়গী লুখাক শেংনহনগে থবক শীজিন্নগে হায়বনিনে ইবেম্মা । মসিবু করম্বা মমানা তাদুনা লৈবা ঙমগদগে ? নঙদি নশাদা পান্দবনিনা খঙলম্লোই ।

কোম্বীরৈদু মহাক্কী অরোইবগী ব্রাহৈশিংসিনা খংপ্রেক খংহনবগুম তৌখি ।

- “মদুসু চুম্মীনে ইচে ।” শোম্ভাংননা শোল্লি । মহাক্না অঙাং ওইরিঙৈ মহাক্কী লায়রবী মমানা চোকশিন্না লুনা তৌবীখিবশিংদু নীংশিংলকই । “ইচাদি পূম্নমক্তগী হেনবীনি থোইবীনি” হায়খিবশিংদু নৌহৌনা

তারকই। মচাশিংগী মফমদা মমাশিংনা য়েংজবা মীৎয়েং অসি অমগা অমগা খেন্নবা লৈতে মহারানী ওইরবসু চাক্লিবী ওইরবসু। অদুনবু হায়নরিবনি, "নিংথৌগীদি শক্তিক্লোয় ইমাগীদি নিংথৌরেল।"

- করি তৌরবগে নঙবু নমায় নমিৎকা ইপোম পোল্লীদুবু নশা ঙমদ্রবরা ?

মপুরোইবনা হংলকই। নুমিত্তু নিংথম থানি ফুংগাদা কোশ্বীরৈ মখোয় অনী মৈ তীকমিন্নরি।

- ঙসিদি থব্বায় য়াম্না নুংঙাইতে। ইচে শখিগী নুপা কতন্দু নুপী অমা পুরগা লাক্কে হায়য়ে। কয়াদা ধর্ম্ম লৈখিদ্রবা মীনো ? মরাল পুন্নমক ইচে শখিদা থঙজিল্লগা মচা অহুমদুসু পুরগা মপামদা চৎলো হায়না নুপীদুগী মমাঙদা ফৃবী হায়য়ে। নোংজু নুংশা মরক্তা মানা মচা মব্বা করি চাগদগে খনবদা কয়াদা ব্রাজখিবা ঐদি শেংনা খঙই। নুপীদুসুনি ঐনা ঙক্লিবদি মীগী নুপী লৈবা নুপাদা লাকপা ঙম্লিদুবু ঙক্ত্রা ? মশমশিংদু তুম্মৌ ফোয়বগুম ফোয়দৌনি।

- থিজখিসনু কৈদৌগে মীসু ওইরোইদবা নুপাদুবু ?

- অদুবু হেক য়াব্রা ? ইচে শখিসু নহানি হনুবীমকসু নত্তে অদুগীসু মথক্তা মচাসু য়াংগোল অমা লৈরিবনি অদুক থওই উশিত্তবা, মী হাৎপগা চপ মান্নে মানা তৌরিদো। ইচে শখিসে খর শোনমনখ্রে অদুননি। ঐঙোন্দা থোকপা ওইরদি খঙদৌনি ?

- কৈদৌদোইবা ?

- নুপাসু নুপীসু অনীমক থাঙনা স্কুগা হাত্তৌনি।

- কিজরেদা নঙদি ঙমদা ঙমদৌ মাল্লি।

- করিগী ঙমদনি ঐবু হাৎপা মীদি ঐনসু হাৎলম্বা তাবনি। হায়য়ুনে, নঙবু অদুম তৌবা ঙমগদ্রা ? কুইনা অব্রা নুংঙাই খাঙমিন্নরব্রুবী মকোকথক্তা কোকথোং পৃম্নমক থোনগত্তুনা পুহল্লকপী অমবু কৈসু ওইদনা পোৎলুম পুনবা থম্বা শা অমগুম খনবা হায়বসে নঙবু য়ানীংব্রনে ?

- য়ানীংদে অদুবু মী মীগী ব্রানি। অনৌ অনৌবা পাম্বা হায়বসিসু হৌনশানি।

- ঐখোয়সু মীনি অনৌ অনৌবা অফ অফবা পান্নিবনি হায়দুনা নুপাশিংনা তৌবগুম তৌরক্লবদি নখোয় করি ওইগনি ? নখোয়সু শোয়দনা মী হাৎকে হায়রক্কনি ।
- মসিগী ৱাসি তোকসিদা, মখোয়না মখোয়নি ঐখোয়না ঐখোয়নি । নঙগী নফমদদি কৈদৌঙৈদসু থোকহল্লোই ।
- অদুগী ৱা নত্তে ঐ য়াম্না নুংঙাইতে। ইচে শখিগী থম্মোয়দা ফাওরিবদু ঐঙোন্দসু ফাওই ।

অহিংদু ফনা কুইনা কোম্বীরৈ তূম্বা যাদ্রে। ঙাওন শাওন তৌদুনা লৈরে। কাইনথংদা মহাক্কী মপুরোইবনা মহাকপু চেৎনা কোনবীদুনা সুম্বীরম্মী। অদুতদা তপ্না তপ্না তূমথরক্লে। নক্লরুবদগী ফাওরকপা মচেম শক্লবী অদুদগী থক্তোরকপা মৈচাক পূম্নমক মমি শামিরক্লে। মহাক্কী মঙওই হাওই তৌবা মীৎকুপ্তা কোম্বীনা তারকই মচে শখিনা হেক হেক শোনখিবা ৱাহৈ খর - লৈসিসু ঙসিদি শীক্ত্রেনে মপাগা মচাশিংগদুবু করিনো ঐনা পীজরুদৌরিসে ?

অদুগা মহাক্কী মায়থীরবা মকশিল্লবা মাইথোঙদু লূকথদুনা মাগী মনাক্তা ফম্লীবগুমসু উরকই ।

*এম. বরকন্যা*

*তাং২৯/১০/০৩*

*তেরা*

*******

# য়েন্নীংথা অমুক লাকপদা

ইন্দক লাকপা ক্লার্কসিদি মমাংঙৈদা লৈরম্বশিংগা পূমখেন খেন্নে, পূংচম্লি। মশক্কা মশক ফজরিবা।

"অনৌবা ওইদুনা তৌরিবনি মপোকথা লাল্লক্লবদি মমাংঙৈগীশিংদগী মানা থগায় অমা হেল্লকপসু খঙপোৎ নত্তে।" ওফিসকী কেম্পসতা ফল্লিবা শিংজুগী পোৎফমদুদা থারিবা ফাম্নাংদুদা পরিংদা শেন্নাং তোংবগুম তোংদুনা ওফিসকী ষ্টাফশিংদুনা শান্নরিবা ৱারীশিংদু তোম্বীমচানা শিংজু শোইনা শোইনা তায়।

ইবেম্মা নঙগী শিংজুদুবু লোইদ্রিবরা? লঞ্চ আৱার লোইরক্কদৌরে।

নুপী অমনা হংলকই।

লোইরে লোইরে ইচে, লুপা কয়াগী তম্মকউগে?

"তরাগী তম্মকউ, থোইদিং বেসোন নক্ক্নাল্লকউ। মোরোক খরা শারপ থাক্লকউ। কাংঙৌগা পাক্লমগা তরা অমা পীরকউ।"

তোম্বীমচানা প্লেট অনীদা শিংজুগা কাংঙৌ অমদি পাক্লমগা হাপ্তুনা পী।

হায়সু হায়বনি য়াম্না ফবা অঙাঙনি। মহাক লাকপদগী ঐখোয়গী তলব থীন্থবদু তৌদ্রে। জিপিগী করিগী মঙোন্দা ৱাফম অমা হেক হায়রুবদা ফাইল থাংদোরক্কনি অদুগা খূদক্তা লোইনবা হোৎনগনি। চা থক্লবা ক্না চানবা য়াংখৈ চাম্মা থাদবসু লৌ হায়বা সুকয়া য়াদে "অসিগুম্বসি তৌবগীদমক তলব চারিবনি" হেক্তো হায়। হৌজিক্কী মতমদা মখোয়গুম্বা মীসু থেংনরি। অঙকপনি। শান্নরিবা ৱারীশিংদু ইতা তাদবগুম নুপী অমনা হায়রকই।

- অদুবু হায়বা, পাখং ওইদুনা তৌরিবনি । মতীক চাবা নারেং থাংবা ঙন্থী অমা হেক থেংনখিবদা পৃম্নমক হোংথ্রদৌবনি । অদুনা মহাক্কী নুপীদি ঐখোয়না থিবীবা তারে ।
- নারেং থাংবা হৈতবী অমা থি-তারেনে অদুদি ।

অদুগা নুপীশিংদু অমুক্তং য়া-লাউনা নোক্লকই । তোম্বীমচাসু হাইফেৎ নোকই । মহাক্কীদি ময়ামগী ৱারীনা অৱা পোথাফম্নি । শিংজু পৃথম অমা তোঙবদু ঙাইহাক্তুংদা স্বাই মাঙখ্রে । ঙাঙনা ঙাঙনা মখোয় অহুম্না তকশিনখিবদু তিল্লাইখোম্বীনা থম্না চাবসি মঙায় । মহাক্কী লুকমায়দা লুপা কুনচৎপী অমা থাদরম্মগা মরী মরী হৌগত্তুনা থোকখিবদা ঙায়রি নুপা খরসু চঙলক্নুনা ফাম্লাংদুদা ফম্লরে ।

- ইবেম্মা চা মরি কাংঙৌ মরি ।
- চা থক্লিঙৈদা ঈশিংদু গ্লাস অমত্তা হান্না থকহৌগে ।

তোম্বীমচানা ষ্টীলগী জগতু থাংগত্তুনা গ্লাস অমদা ঈশিং হৈরম্মী অদুগা চাগা কাংঙৌগা শেমদুনা পী ।

- ইবুংঙো মোহেন, ঐখোয়গী ওফিসকীদি পোৎফমসিনা কেনতিনসু কৈসুনি। পোৎফমসিগী শিংজু অমুক্তং চাথ্রবা মীদুদি অতৈগী শিংজু চাবা য়াররোইদবনি । নত্তুনে ইবেম্মা ?

হেদক্লার্ক্নুনা তোম্বীমচাদা মমীৎ খৎলকই ।

- কদায়দগীনোদা তাদনা পঙথা থাগৎপীরে পাঙনা শানবা হায়দুনি ।
- "পঙহায় হায়বসু য়াবা নত্তে চারগা খঙবা হায়দুনি ।" মোহেন্না হায়বকই
- ইবুংঙোসে মীনৌনি । ঐখোয় ওফিসতা বিল ক্লার্ক ওইনা লাকপনি থা অমা ফাবদা ঙায়রি মানা জোইন তৌরকপা ঙসিদি ঐখোয়না পুথোকপীরক্লিবনি । ঐনা য়াম্না নুংশিবা ওফিসারনা য়াবা অঙাংনি ।
- "ঐসু তাজরে ।" অদুগা মোহেন্দা হাইফেৎ য়েংলকই । মোহেন্না মাবু হান্না য়েংদুনা লৈরম্লে । মীৎকুপ্তুদা তোম্বীমচাগী থম্মোয়দা ফাওখি, "মতৌ অমদি লৈদনা" । মোহেনসু মীৎকুপ খরদং মীৎয়েংদুদা

লম্মুক্লবগুম তৌরম্মী । হায়বগা তৌবগা মথঙগী নুমিত্তসু অদুগী মথঙদসু মমান্নবা অমা নত্রগা অমগা লোয়ননা পোৎফমদুদা লাকপা হৈনরে। তোম্বীমচাগা কোইনবসু শাফরক্লে। মীৎ মীৎ য়েংনদুনা ৱারী শাবা ঙম্মরক্লে । পোৎফমওই হোটেল ওই তৌবা মফমসি নত্তনদি ময়ামগী ফম্ফমসু লৈতে।

- নৌনা মরাইবক থীরবী অমনি । মহাক্কী নুপানা অতোম্বী অমা লৌদুনা লৈখ্রে। হন্না য়েংলক্লে। মচা অপীকপা অনী অমসু মানা তেক তেক তাল্লগা হোৎনজরিবনি । মীঙোন্দা থোইনা কায়বা অঙাং নত্তে। অসিবু হন্দোক্লুনা থম্বীরিবা অসিসু অঙকপা পুকচেলনি।

হেদক্লার্কনা মোহেন্দা ৱারী তৌই । তোম্বীমচাদি তাদে ওফিসকী গেৎ ৱাংমদগী ঈশিং শোকপা চৎখি । হল্লক্লে। সনাবুল খ্বাঙদা য়েপ্তুনা ঈশিং পুরক্লিবী শাবান অদু উহৈনা লূমথহল্লবী হৈপালগুম্মী । তনৌরিবী মাইথোঙদুনা নোংলীনা য়ৈথৎপীখ্রবী গুলাবকুম অৱাবগী চৈথেং কয়াগী মমি তারি । নহানমখৈদি থোইনবু খল্লুদে ঙসিদি মোহেনগী কনাগুম্বী অমত্তগী মমি তাদ্রিবা থম্মোয়না শক্তমদুবু হন্না হন্না য়েংনীংবগুম তৌরম্মী । অঙৌবা চেবাংদা ময়েক লাদবা পেন্সিলনা শক্তমদুবু হাইফেৎ খোৎচিনখিবগুম তৌরম্মী।

- চা অমত্তা থকচগে ?

তোম্বীমচানা লৈরঙ মৈ কান্নিঙৈদা খোঞ্জেলসি তারকই । হন্না য়েংথোরকপদা নোকমি নোকমি লেপ্লম্বা মোহেনগী মীৎয়েংগা থেংগাইনখি।

- চানবা য়াওবীগদ্রা ?

- বোরা খরগা পীবীরকও ।

- ঙসিদি কনামত্তা লোয়নবীরক্লেনা ?

- ঐগী মরূপশিং লাক্লে । ছুটি লোইনা লৌনখ্রে । হেদক্লার্কসু লুহোংবা অমা চৎকদবা লৈ হায়দুনা ঙন্তা চৎখ্রে ।

তোম্বীমচানা চা বোরা পুথোক্লুনা পী । মোহেন্না থকপা হৌই ।

- মেম্মগী য়ূম কদায়দনো ?

- ওফিসসিগী হেক মখাথংবদা লৈরিবা লম্পাক অসিগী ম্বাংমদনি ।
- চহি কয়া সুরবগে ?
- কুনমরি ।
- ঐনা চহী মরীদি হল্লে । ঐদি কুন্নিপাল সুরবনি ।
- অঙাং কয়ানো ?
- অনীনি ।
- কয়াম কয়াম চাউরবগে ?
- অহন্দুনা ক্লাস ফোর, অতোনবদুনা ক্লাস টু ।

মোহেন্না হংগে খনবা ম্বাহং অমদি হংবা ঙমদনা অদুম হনখ্রে ।

মথঙগী নুমিৎ ওফিস কারকপদা তোম্বীমচাগী পোৎফমদা হাইফেৎ য়েংশিল্লুই হৈনবী অমা ওইনা । মহাকপু হান্না ঙাইরম্বগুম ফল্লম্বদগী ফুক হৌগৎলকই, মোহেনবু খাল্লকই । মফমদুদা মহাক্না তোংলকপা বাইক্তু ষ্টার্ট মৃখৎলে ।

- ঙরাং ঐগী পোৎফমদা তামোগী আই কার্দ তাহৌরে ।

মহাক্কী ঙসিগী মিংগৌ অসিনা মোহেনগী থম্মোয়দা ঈথক হৌহল্লকই । কার্দতু লৌবদা খঙহৌদনা মখূৎ অনীদু শোক্লখি । মতম অমত্তদা অনীমক্কী থম্মোয়দা শকখঙদবা ঈচেল অমনা পাথোক্লা চেল্লকই । তঙাং তঙাংলবী তোম্বীমচাগী মাইথোঙদু মোহেন্না য়েংবগী পেনবা নাইদনা য়েংলকই ।

মথঙগী নুমিত্তনি । তোম্বীমচাদু ফি শেৎপা মতমদা ম্বাখল তৌই । করি মচু শেৎসিগে খল্লী । মমৈথংদা অঙাঙবা কুরাও মপানগী ফনেক্তু পামজনা শেৎলকই । মোইরাং ফিজন চনবা হংগাম্পান মচুগী ফি মতেক্তু ইল্লকই । মিংশেলদা মাঙতুং য়েংদুনা মশক শেম্না পাল্লকই । কুইরে মহাক্না অসুম তৌখিদবা । থেংন থেংনবা হেক্তা শেৎকন ইনগনবনি মিংশেল মমাঙদা কুইনা মতম মাঙহন্দবনি । ঙসিদি কুইরবা চহী অহুমগী মতৃংদা তপ্পবা ঈচেল অমগী খোংহ্বাং নৌহৌনা তারকপগুম তৌরকই । কুইরে মহাক্কী মপুরোইবনা মহাকপু থাদোক্তুনা অতোপ্পা নুপী অমগী মকাদা য়াইরেকখিবা । মহাক্কী

থোংলবা থম্মোয়বু মখুৎমক্তা থাগু পায়দুনা নুংশি হৈতনা শিংকুপ শানা য়াম্নুৎপীরম্বা মীৎকুপ্তুদগী মহাক্কী থম্মোয়দা থাজবগী ময়োল পূম্নমক কংলূরবনি। তাইবংপালসিদা লৈরিবা নুপা হায়বা কাঙলুপ্তুবু মহাক্কী য়েক্লবনি হায়না খল্লকবীনি । অদুবু ঙসিদি থাজদনা মেঙলবা য়েন্নীং থাগী শৈশক অমনা মাগী কংশিল্লবা থম্মোয় লৈপালদা অনৌবা য়েন্নীং চোংহল্লরে। মহাক্কী মীৎমাঙদা মরাল লৈত্রবা মোহেনগী শেংলবা চন্নবা শক্তম্না কেকু লোংপী শান্নররে । মোহেনগী থম্মোয়দনা মিনুংশিনি । লৌথুপ লৌকোই থাংদ্রবী, ইকাইথীজবী, নৌজরীবী অদুগী পুন্সিদা থেংনরিবা শোকফম অদুগীদমক নুংনাংবনি অদুগা নক্লবনি । মশামকসু খঙজহৌদনা থম্মোয়গী চেবাঙদা তপ্না তপ্না তারক্লিবা মমি অসিনি । মোহেন্না ওফিসসিদা লৈরক্লিবা চহী অমা ফারে অদুবু মীশিংনা ঙক্লরিবদি মহাক্কী লমচৎ হোংদবা অসিনি । থম্মোয় শেংবগী মতৌদুনি । অপীকপা শিনফমদা লৈবা মহাক্কী মতৌবু ওফিসতুগী ওফিসারশিংনা কোক নোল্লিবা অদুনি । অচুম্বা অফবা হায়বসিদি অঙৌবা লৈনি । মীৎকুপ অমত্তং ওইরবসু থম্মোয়বু পেলহনবনি, মীৎপু ঈংহনবনি । অদুবু মসিদগী হেন্না ময়াম্নু ঙকহনবা অমদি তোম্বীমচাগী পোৎফম থোঙ লোনবা অসিনি । তারিবা পাউ অসিনি । ওফিসতুদা লৈবা মীপূম খূদিংমক মচি মচি ফমদুনা অরুবা ব্বারী অমা শান্নবগুম তৌরি । মখোয় পূম্নমক্কী মাইথোঙদা অঙকপগী মমি তানরি। হেদ ক্লার্কনা হায় - "অনীমক চপ মান্নে। মান্নবা পোৎশক অনী নকশিন্ননা থম্নবদি অমত্তা ওইশিনখি ।" হেদ ক্লার্কনা হায়রিবসে মীয়াম্নসু য়ানীংলম্মী ।

অমরোমদা মোহেনগী মমানদি মশম মনা ফোয়দুনা মথবাক্তা খূত্তুম্না শুদুনা কল্লী,

- ঐগী ইচাদো মাঙলেদো । ঐনা পোকচবদা মঙায়রে মৌ হল্লকপী অমনা ফাবীখ্রে ।

মোহেন্না তোম্বীমচাবু পুদুনা ভারাগী যূম অমদা মচা অনীদুগা লৈরম্মী। চৎলমদাইদা মহাক্না মমাদা হায়রম্মী -

- ইমা, মহাক্কী মরাল লৈতে । মসিদা লানবা তারবসু ঐনি । ঐনা মাগী পুন্সিবু পাম্মুজরুরে । ইমানা নচাবু নুংশিরবদি মহাকপুসু নুংশিফম থোকই ।

- নঙবুদি ইচানি করিগী নুংশিদনি অদুবু তুমল চাজেনবী অমা পুরকপা অসিদি য়াম্না চাউনা অরানবনি। ওক্তবী অসিনি অমুক হেন্না লাল্লিবদি। মীগী মচা পাখংনি হায়বা মহাক খঙদ্রা ? খোঙ ঙাক্কনু। ইকাই খঙদবী অদো মরু কোক্লগা সুনু য়াইঙং তৈরগা থাখিগে।

শাউনা চোংশিল্লকপা মমাবু মানা ঙাকথোকখি। তোম্বীমচানা লৈরিবা কাদুদা চঙহল্লমদে।

- মাসু মীওইবনি। মীগী পুন্সিবু হৈ-লৈগুম খনবদু ঐদি পামজদে। ঐনা লেপ্লিবা ফিরেপ অসি হোংলরোইদবনি। মী অমগী পুন্সিবু মীওইবা অমনা কনবদা করি কায়বগে ?

- মা অমা কন্নবা হোৎনবদা নঙদি শিরগে ঐখোয় পূম্নমকসু শিরো অসিরা ? তুমল ওইরবসু খর ফরে মীগী মচা অনী অমসু য়োক্কদৌরিবা ! য়েনবীনা ঙানুমচা চেনবগুম চেন্দৌরিবা ! মীনা করি হায়নদোইনো ? ঐখোয় মী মরক্তা হিংলিবনি। মীয়ামগী ব্রা, চৎনবী হায়বা অমসু লৈরি।

মীয়ামগী ব্রা, চৎনবী হায়বদু মফম মতমগী মতুং ইন্না হোংদোক হোংজিন তৌবা য়াই। ঐখোয় মীওইবনা শেমখিবনি ঐখোয়না শেমদোকপদা করি কায়বগে ? মপানা মীরাইবীরবা নৌরিবা অঙাংশিংদুগী লাইবক্তু খনবীয়ু। থাংজিল্লুরবা খোঙথাং অসে পুন্সি চুপ্পগী ওইনা হন্দোক্লরোই।

হায়ফম তৌফম খঙদ্রবী মমানা মখোঙ মখূৎ শৎ তিংথোক্লুনা মচাবু ঙাওরে মহৈ তৌদুনা ঙাওহনবীরে হায়দুনা ও খোংনা কপ্পা হৌরক্লে। মোহেন্না অরোইবা ওইনা মমাদা হায়রম্মী

- ইমানা ঐবু নুংশিবীরিবা অদুগী মরিক খরদং মখোয়দা খাইবীবা ঙল্লবা মীৎকুপ অদুদা ঐখোয় অমুক ননাক্তা লাক্কে মতম খরা কদায়দনো লৈরুখিগে।

'মমানা চৎপিস্লো ঐগী ইচা শিপ্রে লৈত্রে' হায়দুনা কপ কপ্পুনা মাবু শিরাপ তৌহৌই।

তোম্বীমচানা ইমুংগী থবক পূম্নমক লোইশিল্লগা অথীৎপা ধুপতু চৈশিংদা পেক পেক্লুনা তৈবা হোৎনরি। খেঙলে, অহীংগী পূং তরানিথোই য়ৈস্রে।

তাইবং পূম্বা ঈচিক হুনখ্রে। মহাক্তি মোহেনগী ওফিসকী কেম্পসতা হোটেল তৌবসু ইকাইজৈ হায়দুনা তোল্লবনি। ধুব শারগা দুকান দুকান্দা কোয়না থারিবনি। মখোয়না ভারাদা লৈরক্লিবসি চহী অনী ফাজিল্লক্লে। থেঙজিল্লক্লবদুদদি মহাক্কী মচাশিংগী মনাক্তা চঙলক্তুনা হীপ্লরে। মচাশিংনা দবল বেদতা মকা লাম্না তুম্লি। নৌরিবা মখোয়গী মাইথোঙশিংনা তাইবংগী করিগুম্বা অমকপা মমি অমত্তনা খঞ্জিনবা ঙমদনা মঙলানগী লৈকোলদা চেন চোংনা শান্নরি। হৌজিক ফাওবা মোহেন হল্লক্তি। করি তৌরবজাৎনো? মশাদু লৈতানা লৈবা ঙম্লমদে। মচাশিংগী মাইথোং য়েংনা য়েংনা হৌখ্রবা পুন্সিগী চেনা কয়া ফাক্তুনা য়েংলুরি। মহাক্কী মপুরোইবনা মহাক্কী পুন্সিগী অঙনবা শরুক্তা কয়াদা নুংশি চান্না তৌরম্বা। ঙাইহাক্তং উদবদা চহী কয়া হৌখ্রবগুম কোইথী থিখিবা, মহাক অমদি মচাশিংগী নুংশিবদা ঙাওজখিবা। চখোক্লুবা হণ্ডিল্লকপদা মহাক্কী মতৌবু য়েংনীংদুনা লোত্তুনা মহাক্লা লক্লখিবা, মকাদা ওইনজখিবা কয়া তামখ্রবা মঙলান অমদা থোকখিবা থৌদোক্লুম মহাক্লা লায়না নাথৈদুনা থম্লম্বা। মহাক প্রেসকী প্রোপ্রাইটরনি। নুপীগী মচাশিংগী করি থোনসিগে করি পীজশিগে খনবদা থবক চিল্লম্বা মহাক থেঙনা য়ূমদা হল্লকপা হৌরকখি। মরক মরক্তা য়ু ঙাওদুনা হল্লক্লগা প্রেসতা নৌনা লাকপী কম্পোজিতর অমগী মখূৎ চৎপা, মী খোনবা ব্রাঙাঙ শাঙাঙগী মরমদা থাগত্তুনা হেক হেক ঙাঙলৈ। অসিদা নত্তনা অয়ুক নুংথিলদগী হেন্দোক্তুনা অহীং ফাওবা হল্লক্তবা য়াওরকখি। হংলুরবসু খবর পুথোক্কদবা জর্নেল পুথোক্কদবা লৈদুনা তৌরিনি থবক চিল্লি হেক্তা খুম্লকই। চমজরবী মাগী থম্মোয়দা অমকপা লৈচীলনা খঞ্জিনবা হৌরকই। মহাক্কী পুন্সিবুসু খঞ্জিন্নবা শেম শারকই। নুমিৎ নিনি হুন্নি মনাক্তা হল্লক্তুবদা মহাক্লা য়েংবা চংলুই। মহাক্কী প্রেসতু বাজারগী গলি অমদনি। অমম্বা কা অদুদা কম্পোজিটর অদুগা মবান্নিদং লৈরম্মী। ওবসিন বুক অমা নুপীদুনা কম্পোজ তৌরম্মী। মখোয় অনীগী শেংলবা লূরবা ঈচেলদা খূৎ অদুনা নৈখায়গদবগী শেম শারিবা অদু উনা উনা মহাক্লা করিসু হায়জবা ঙমদনা মপুরোইবগী অয়াকপা মীচৈ তাদুনা ময়ূমদা হল্লকপা তারম্মী। থৌদোক অসিগী মতুং ইকুই কুইদনা মহাক্কী মপুরোইবনা মহাকপু থাদোক্তুনা চৎখি। মহাক্কী পুন্সিনা লৈকংলাগুম ঈখৌ লাংনা লেপ্লকখি। নুংশি হৈত্রবা খূৎশা অমনা খাঙতপ্তা ককথৎপীখ্রবা,

নৈহৎপীখ্রবা থম্মোয় লৈপান্দা য়েন্নীংথাগী অনৌবা য়েন্নীং ওইনা মোহেন লাকখি । মসিগী মতূংদা করি অমুক ওইরক্কনি ? তমথীরবা খূৎশা অমনা য়েন্নীং অসিবুসু অমুক ককথৎপিখ্রবদি ! খল্লুবদা নুংশা মপী অমা খঙহৌদনা হোন্দোকখি ।

থোঙদা কাক কাক থীল্লকই । মহাক্না থোঙ হাংদোকই । মোহেন লাক্লে । করিগীনো অসুক থেঙনা হল্লক্লিবা হায়না হংগদবা ফাওবা মিপাইখিবনা হংবা ওল্লমদে ।

- "নহাক নুংশা থীব্রা ? ঙসি ঐ খরা থেঙখ্রে ।" খঙহৌদনা তোম্বীমচানা অঙাংমচাগুম মোহেনগী মথবাক্তা মমায় উপশিন্দুনা হীক হীক কপ্লকই । মোহেন্না নিংঙাইদু খঙলকই ।
- ঙসিদি নুংঙাইবা পাউ পুরকই সে, কপ্লনু, ৱাখল নুংঙাইনা লৈগদবা মতম্নি । অঙাং মশা ফনবা, মশক ফজনবা । ইমানা ঐখোয়বু হয়েংমক লৌবা লাক্কনি হায়হৌই । নশাগা লূম্বগা ভারাদা লৈবা মতম নত্তেসু হায়রকই ।

  মহাক্কী মশম নাম্বুবীরদুনা মোহেন্না পাউ তম্মী ।
- ঐবুদি খরবু ফরি ইচাশিংসিবু ইমানা লৌশীনবীনিংগদ্রা ?

  ফিজিনা মপি তৈথোক তৈথোক্কুনা মহাক্না হংলকই ।
- থাজদবা তৌগনু নুংশিবা হায়বসিগা নক্কবা পোৎ খূদিংমক্কী মমল লৈবনি ।

  অদুগা মহাক্না তোম্বীমচাবু চেৎনা কোনবীরকই ।

*এম. বরকন্যা*
*তাং ৩/৪/০৪*
*তেরা*

*******

# মরুভুমীদা নোং

শুমাংগী নুংশাদা মোড়া মচা অমদা ফম্নদুনা শংবান্নবীনা ব্রাঙ্গোনবু ঈরুজবিরি মোন্দা য়াম্না নুংঙাইনা ঈশৈ ঙংল ঙংলদুনা। অঙাংগী কুচুদু পুলৈ কুচুনি। মশমদু ঙাংতক তৌই; মচিনবান্দু পিক্তক লাকতক নুংশিবা লৈখোন লৈ। শেংনা ঈরুজবিদুনা তৈথোক্লগা মোড়া মথক্তা লেপহল্লি। তঈং তঈংবা অঙাংগী ধোন ধোন লাওবা খজাই অনীদুদা নুংশিনা চুপ্লী, লাইবক্তসু অদুগা হায়, ঙল্লিবৈদা লাকপা য়াদ্রো? নহাকথক পূক্সিসে অনৌবা পন্দুপ অমা হাংদুনা মপোক অমা ওইখ্রবনি। নহাক য়াওরমদ্রবদি পূক্সিসে মহাও য়াওরল্লোই, লৈকংলা ওইরমগনি।

শংবান্নবী চাকখুমদা চাক থুনা লোইশিন্নবা হোৎনরি। নীংথমগী অঙ্গংবদু ইফাও ফাওদবগুম হোবে হোবে নংনবা তৌরি। মনেম্না হরাওজৈ মমৌগী সেবাদা। পামজবা নুংশিবা অনীমক পুল্লপ পুল্লবনিনা। মশক্তা ফজরে তৌথোরকপা খুদিংমকসু ইপক্তা পকচৈ। মনেম্না তৌরম্বা থবক খুদিংমক মমৌনা শিল্লে। হোবে হোবে নহা মচাগুম মচাগী ওফিস কাবা নংনবা নোমজেল চেনবদু তৌদ্রে। নিংথমথাগী অমেঙবা নুংশাদু পেন্না য়াইরগা চাক্লেন খুঞ্জবদু করম্বা নুমিৎ থাদা ফংগদগে খল্লম্বদু মমৌ নুপীনা ফংহল্লে। অমুক্তা হেন্না খ্বাইদগী পেঞ্জগদবা হায়ববু মশু অমত্তং মতম্বাক্তা পম্বা ফংজবা অদুনি।

ব্রাংলেন্না মখুৎতা অচৌবা য়োংচাক চরোং অমা পায়রক্লগা চাকখুম্মাংদা পোপ থাদরগা “হৌজিক ফাওবা লোইশিন্দ্রিবরো?” হায়না হায়না তুংলোমদগী খঙকোন কোনশিল্লকই। “হায়মা! কৈদৌ শোক্লকইনো অশেংবনি ঐদি। ইঙাও ঙাওশিন্নরদনা চাকখুম্মাংসিদবু .............. ইমা চঙলকলনি।”

"চঙলকওই ইবেম্মা, ইমা শুমাংদা লৈহৌরি। ঐসু অশেংবনে, ঈরুজরবদুদি।"

"অদু ওইরসু।"

"খঙদেনে, থুনা লোইশিল্লো" হায়রম্লগা ফৎ থোকখ্রে।

মনেম চঙলক্লগা হায়রে, "ইবেম্মা ডাক্তর চৎকনি হায়বদো হান্না চৎথোক্লুরো, চাকখুমদো ঐ চঙহৌরগে। অদুগনে থবক অকনবগদি পংতৌ তৌরুনুকো। চৎলো চৎলো।"

মনেম্না রাগ মথং মথং শাগৎচৈ। মমিৎতা পিক্লিবা অঙাং অমা কোইচেন চেনবা উরকই। অঙাংদুনা শান্নপোৎ ময়াম পুরক্লগা মবোক্তা পী। ফি মচা অমসু পুরক্লগা মবোক্তা পোবিয়ু হায়দুনা ইঙ্গিৎ তৌই। মবোক্কী মনঙ্গলদা ইশি শিনা তুমখি। শেগা ওম্বুরগা মশুগী পাক্লবা লাইবক্তা নুংশিনা চুপ্পী অদুগা নোকফেৎ তৌরদুনা পেন্না হায় "ইশুদি চেঙ মচংনি।"

"ইমাশি চৎলুখিগে।" মমৌনুপীনা হায়রকপদা খঙপ্রেক খঙই। মীৎমাংদগী মশু মাঙখি, মচিন্দদি চৎলুরো চৎলুরো। ব্রোং ব্রোং শৌরিবা য়েঙ্খাংদু ঙসাইমখৈ উদবগুম থুম থাকচিল্লে। য়া ফরিঙৈদা পেন্না চাখিবা য়োংচাক্তু ঙসিদি কল্লকউদ্রে অদুবু মচানুপাগীদমক শিংজু শুবিগে হায়দুনা য়োংখোৎ পুথোরক্লি।

মমৌনা হেক হল্লকপগা মনেম্না ঙাইঙমদে "ডাক্তরনা করি হায়রকই।"

মমৌনা খুমদ্রিঙৈদা মচানুপানা "কৈশু থোইদোকপা হায়রক্তে, পোৎথাও, থবক অকনবা তৌনু। বেদ রেস তৌগদবনি শিখক্তনি।"

মনেম্না নুংশা থীজনা,

"অদুদি নুংতিগী ওফিস কারিসিদি কমদৌনি? ছুতী লৌগদ্রা?"

"হৌজিক্তগী ছুতী লৌবদি কদায়দগী য়াগদগে?"

"অদুবু নুপীমচা মথন্তা চৎহনবা য়াবা নত্তে। নঙনা গাড়ীদা লৌবা থিনবা তৌগদবনি।"

"হোয় হোয় ইমা, নমৌনুপীশে লাই লাৎপদৌনা লাৎলশিকো।"

"চরোদা মসিগী অঙাঙশিনা হেক ঙাংব'মা।"

ব্রাংলেম্না ঘড়ী য়েংলগা "ইমা ঐ ওফিস কাবা থেংশ্লেনে। চাক লোইরবরো ?"

"চাকপুদি ঙসাইনা লোইরেদা। লাকও লাকও চাক থিরগে।" মমা চাকশঙদা চঙখি।

মনেম চৎপ্রবদা শংবান্নবীনা মপুরোইবদা ওইনরকই, "করিগী ইমাদা অদুম্না হায়রিবনো ? ইকাইদ্রো।"

"ইকায়দেদা, ইমাদবো ! ইমাদি মশু উনিংবনা ঙাওরবনি।"

"নঙদিনা।"

"ঐঙোন্দবু নঙগা হায়রদনা, থকশি খাসি ইনাই নায়দ্রদনা। ঐঙোন্দগী হনব্রা ?"

"ও....ও..... শোয়দ্রে, অদো য়াম্না কৌহন্নীংবা মীংদুদি খিত্তং ব্রাংলিবা নত্রো ? হৌজিক্তগী হেক্তা কৌরো হায়রিরো।"

"অদু অদা খঙদে ঐদি মপা ওইদৌবা কুইদ্রেদনা। য়েংওই ব্রা হায়রমগে ডাক্তরনা অকনবা থবক তৌনু, ঈশিং অরুম্বা থাংগনু হায়বদু থবক ফরিনিকা হায়দুনা ঈশিং হোল্লুনুকো। লৈগী ঈশিংগদু ঐ লোয়না চাইগে পোত্থাদুনা লৈরম্মু।"

শংবান্নবী তশেংনা মনেমগা মপূরোইবগনা তৌবা সেবাসিদা ইকাইরবনি। মনেম্না মৌ অনৌবী শাপ্লবনি। মশুসিতগী খনবদা। হৌজিক কালগী নুপীশিংসে, মমাংঙৈগুম মচাবুদি য়াম্না পোক্লদ্রে অদুবু খিত্তং পোক্লীবদুসু ডাক্তরনা হেক্তা পোৎথাও হায়। ডাক্তরগী ব্রা থওই ব্রাওইদবা কয়া অঙাং তোয়না কায়বা উবদগী মনেম্না নুংশা থীরিবনি। অঙাংসি মীরোনবা হাক্তক্তগী মচানুপাসু প্রমোসন ফংই হায়দুনা অমুক্তা হেন্না মমৌবু লুনা তৌই।

ব্রাংলেন ওফিসতগী মহৌশাগুম থেংনা হল্লকখিদ্রে। ঙন্তা হল্লক্লগা য়ুমগী থবক ইত্থাংদসু মতেং য়াম্না পাংশিল্লে। য়াহৌসু ঙন্তা হৌগৎলে।

শংবান্নবীগী থবক্তি হান্না কোম্বগী মথক্তা অমুক্কসু ছুতী লৌদুনা অয়াম্বা মতমদা ওফিস কাদ্রে ।

শংবান্নবী থা শুজিল্লক্লে । মনেম্মা মশুগী নিংথা ওইনবা অমোনবা ফি নুংঙায়গদবা য়েং য়েংদুনা শুরগা থমজিল্লি । মপুরোইবনা শেংলম্বা ফৈজোম শেগায়দুনা নিংথা মচা মচা মশুগীদমক শেম্মী । শংবান্নবীনদি শেগায়দনবা হায়বনি অদুবু মনেম্নদি মথৌগী ফি মচা মশুনা শেংপা ইনবদি পুন্সি হায়নরিবনি হায়না খুমদোরকই ।

শংবান্নবী নুমিদাং অমা মশা নুংঙাইতে হায়দুনা ডাক্তরদা পুখৎলে । নুমিৎ নীনি চিংননা লৈ । মনেমগা মপুরোইবগা নুংশা থিজৈ, কোইচেল চেল্লি । ওপরেসন তৌদবা য়ানি হায়দুনা লৈবদগী কোন্না তৌদবা য়াররোই হায়দুনা তৌখি । নুমিৎনা তরং তরং থোক্লকপা মতম অদুৱাইদা ঙৌরোক ঙৌবা মশুনুপা অমা পোক্লে তাবদা মনেম্মা হৱাওজখিবদি অঙকপনি । মনেমদা নত্তে মমাসু মপাসু অদুবু লাইবক থীবদি অঙাংদুগী শ্বর খুৎহোন্দু মতামা তৌই হায়দুনা নুমিদাংৱাইরমদুদা কোয়চেন চেন্নে । ডাক্তর কৌদুনা তানৈ অদুবু কান্নখিদ্রে । ডাক্তরনদি অঙাংশি মমাগী পূকনুংদা কুইনা কান্নমন্দুনা ৱাবা হেনজিনবদগী লৈখিদবনি হায় । শীরবনিনা অমসু অমসু পংহায়দা হায়নৈ ।

পোকপদা ঙাইরিবা অঙাংদু থাজদনা শিবে হায়বা পাউসি তাবদা মনেম সনা লৈফম খঙখিদ্রে । ডাক্তরশিংগসু খৎনরে । শিফম থোক্তবা অঙাং ডাক্তরনা চ্যেকশিন্দবদগী শিহল্লে হায়দুনা চার্জ তৌরে । অচৌবা ৱাথোক অমা ওইরে । তৌবগীদি ডাক্তরনা কৈশু তৌরোই হায়দুনা খরসু থৌশাখিদবা জাৎনি । মীকুপ খরা থিন্থখিবদুনা পূন্সি অমা শারেপ তাঞ্জগদবদা থুপচিনবিরে । মখুৎতা ইতৎ তত্তনা থোকপা থৌদোক ওইরগসু তাঞ্জা অসি মীওইবগী অচৌবা লানফম অমসু ওইরিবনি হায়বসি করিগুম্বকান্দা ডাক্তরসু কাওজল থীবা মীওইবনিনা কাওখিবরা ? হৌজিক্তি কনাদা তাইনরুনি ।

অঙাং শিরে হায়বগী পাউদু শংবান্নবীগী মফমদদি নোং খোঙদনা ব্রজ তারকপগুম্মী । য়ুমথক নীংখায়দুনা নল্লকপগা চপ মান্নখি । ঙাওরগা চৎতে হায়বদা খাকখি । চাক ঈশিং চাও থকউ হায়বা ফনা কুইনা য়াখিদে । মমিৎতা মচাবু নীংশিংদুনা উদুনতা লৈখি । শংবান্নবীগী ইমুং মহৌশাগা মান্নদ্রে ।

অমগা অমগা ৱাখল মোং ইচান চান্নরক্রে । মপুরোইবা ৱাংলেন থেঙনা হল্লকপদা নত্তনা য়ু থক্লগা লাকপা মশীং তোয়রক্লে । অহোংবা শাজং ময়াম অসি শংবান্নবীগী মফমদদি হূ পুবা নোংলৈ নুংশিৎকুম্বনি । মনেমগী ৱাখলদি মতম্বাক্তা মশু পম্বা ফংলরোই হায়বসিদা লাইনিং ওইখ্রে । লুনা তৌরম্বা মমৌবু তাথিরক্লে । পূম্নমকসিগী মথক্তা খ্বাইদগী লাইবক থীরিবদি শংবান্নবীগী অঙাংখাউ অসি কেন্সর তারক্কদৌরে লৌথোক্তবা য়াররোই হায়দুনা লৌথোকখিবা অসিমক্তা আশা পূম্বা কায়খিবনি । রাশী লৈরম্বা, ফজরম্বা নীংথীরম্বা মায়থোংদু হৌজিক্তি মায়হিংনা পুংমু মুশিনখ্রে । হৈনিংবা পূম্বা মাংখ্রে । ইমুং অসিদা লৈবদা সান্তী ফংগনি থাজরক্রে অদুবু মপুরোইবনদি মাবু তাথী তাওইনা তৌদ্রি । মহৌশাগী নুংশিবদুদি অদুমক পীরি মদুমক্লসু শংবান্নবী মনেম্না ঈশৌ তৌরবসু খাঙবা ঙম্বগী ৱানি অদুবু নুমিদাং তূম্লমদাই খুদিংগী মপুরোইবদা হৌদোকচৈ "য়াম্বুং, ইমাশিগী নীংবশি থুংহনবা ফৈ । ঐগুম্বা অমগীদমক য়াম্বুংগী পূন্সিবু মাঙহনবা পাম্মুই ।"

"কৈনো নঙনা হায়রিবসিবু অঙাং লৈত্রবদি হিংবা য়াদ্রবদৌনা ? হৌজিক্কী মতমসিদি অঙাং লৈতবনদুম হেন্না ফরে । উরেদনা নোংমা কাংদনা শিরিবসে এইদসনা লান্দাদুনা খরা, এক্সিডেন্টনা খরা, নহারোল লালহৌবনা খরা, সিফাইনা খরা । য়াম্না ফরবনি ঐখোয় ৱাই শংনা লৈত্রো । ঐ অঙাংগীদমক অতোপ্পা নুপীগা থিবা ঙমলোই । ইমাদি অহলনিনা পঙাঙ ঙাঙজবা হায়দুনি ।"

"পঙাঙ ঙাঙজবা নত্তে । য়ুম লেপ্লীনবদি কনাসু লৈত্রে । য়াম্বুংসু ইথন্তা পোকই, ঐসু ইথন্তা পোকই ।"

"অদু ফরে কৈদৌগে, কোন্না ৱারী শাসি । তূম্লসি, পুংসি য়েংউ । বারো তাগদৌরে ।"

মপুরোইবদি ইশি শিনা তূমথখরে । অদুবু শংবান্নবীদি তূম্বা য়াদে । মহাক মওল মওল খল্লি । মথন্তা লেপ্পা ৱারেপ মথন্ত অমুক ককচৈ । ফল তাবা ঙমদে । চহী খবগী তুংদনি । নোংমা শংবান্নবীনা ওফিসতগী হল্লকপদা মপুরোইবদু চৌক্রি অমদা য়াম্না শুকথনা ফম্লম্মী । শংবান্নবীনা হকচাং

নুংঙাইত্রবরা কৈদৌরগে হায়দুনা ইপা পাখৎনা হংলুবদা য়াম্না নুংঙাইতনা শোম্থাংননা খুন্নকই, "শংবান্নবী, ঐ নুপী অমা থিদবা য়াদ্রে।"

শংবান্নবী খ্বাই লাওই। মপূরোইবনা অসুম্না হায়রক্কনি হায়বা থাজদে। মহাক্না মতমচুম্নদা নুপী থিযু হায়বদা য়াদদুনা লৈরকপনি অদুগা ঙসি খঙহৌদনা।

মখা তারকই, "ঐনা করিগুম্বা নুপী থিদ্রগনা থা অমগী মনুংদা নহাক্না অঙাং অমা য়োক্লনবা পুরক্লবা হোংনগদবনি। ইমাবু মশু অমত্তা উহন্দনা শিহনবা ঐ পামদে। হন্দক ইমানা অনাবা হেঞ্জিনখ্রিবসি ব্রাখল লায়নাননি। অদুবু ...... অদুবু শংবান্নবী ঐ নঙবুদি নুংশি। নঙগা কায়নবদি পামদে।"

মখা তারমদে ফুক হৌগৎলগা মাগী স্কুটরদু থৌরগা চৎখ্রে। শংবান্নবী তৌফম খঙদে। মপুরোইবনা পীরম্বা মতম থা অমনি মসিদগী হেন্দোকখ্রবদি নুপী অমা পুশিল্লক্কনি মসিতনি হায়রম্বা। লোন্নবী নুপীগা লৈমিন্নগদবগী মরুকপুদি মপামদা লৈবনা হেন্না ফৈ খল্লি অদুবু অঙাং পোক্তবগীদমক মপামদা হনখিবনি হায়বদুদি পামদে। পূক্লিংদা মওল মওল খল্লবা তুংদা মাগী মরুপ নর্স সোবিতাগী মনাক্তা লাক্লে। অঙাং য়োকপগী ব্রাফম অসিদি মপুরোইবা তাহন্দ্রবসু নাতে চাবা কোইথি থিরিবনি অদুবু লূরিবদি পাক হেক্তা ফংদে। অদুবু হৌজিক্তি থাঙ্গৈশেংনা দগুি পান্দুনা থিদবা য়ারক্তবদগী লাক্লিবনি।

কুইনা উন্নরুদ্রবা মরুপ লাকপদা সোবিতা ইঙক ঙকই। করম্বা অরুবা থবক লৈরবনো হায়দুনা খঙনিংবা পোকই। শংবান্নবীনা ব্রারী পূম্নমক অমত্তা চিৎথদনা থম্মোয় শোক্না লী। খাঙবা ঙমদনা অঙাং মচাগুম ব্রারী লীনা লীনা কপথোরকই। সোবিতাগী মখুৎতু চেজেৎ পায়শিল্লদুনা হায় - "ঐবু অমুক্তা কল্লু অঙাং অমত্তদি নহাক্না থিবিয়ু। থা অমগী মতমসি হেনখ্রবদি ঐহাক কৈদৌনি।"

সোবিতানা ব্রারীদু তারগা মুন্না ব্রাখল তৌরগা হায়রকই, "মসিদি ঈশ্বরনা তম্বনি। করিগুম্বকান্দসু নোংমদা অরোনবা অঙাং অনী অহুম পোক্লবসু য়াওই। মখোয়না পুখ্রগা হাৎতোকপসু য়াওই, হুন্দোকপসু য়াওই। নঙ তারিবা নত্রনে অঙাং হুন্দোক্লম্বগী ব্রারী ময়াম অদুবু থিদ থিরুরগসু হেক্তা ফংদে, থিরুদ্রগসু ইরায় লাইনা হেক্তা ফংই অদুবু ঐ নঙগীদমক শোয়দনা

থিগে। নঙগী লাইবক্তা করি তন্নীবগে হায়বদুদি ঐহাক্তা অন্তর্যামি নত্তবনিনা খঙব্রেদো।"

শংবান্নবী হল্লকখি। মাদ নত্তে অঙাং হংখিবা। মরূপ মপাং খুদিংমক্কী ময়ুমদা চৎখি, মরী মতা থিখি। নুমিৎনা নোংমা নোংমা হৌখিবা খুদিং লৈতাদবা হেল্লকই, অহিং তৃষ্বা য়াশিল্লক্তে। মাসু খঙই মপুরোইবনা মাবু নুংশি, থাদোক্কীংদে অদুবু মতমগী ঈচেল তম্বা ঙমদে হয়েং করি থোক্লগবা।

শংবান্নবী ওফিস কারে উংই, চৎলে উংই। য়ুমদা লৈরে লৈফম খঙদে। মহাক লোন্না লোন্না কপ্পে। অঙাং অমত্তদি পীবিয়ু হায়না ঈশ্বর খুরুমজরিবা মশিং খংদ্রে। নুমিৎ হুমনিতা ঙাইশিল্লক্লে থা ফাগদবা। মাগী পুন্সি অনৌবা পন্দুপ অমা হাংদোক্কদবা। মতম্না নকশিল্লক্লি বমখৈ মীহুন চোংবা হেনগৎলকই। সোবিতাগী মনাক্তা চৎতুনা ও খোঙনা কপ্লুরে। মাগা পীক্লিঙৈদগী হৌনা তিন্নজরকপী বাখল চান্নবী মরুপ্নী। মরূপকী মতৌ য়েংবা ঙমদ্রে সোবিতাসু। মাসু মপি তারক্লে। কপমিন্নরে। সোবিতাসু খঙই, শংবান্নবীগী মপুরোইবা অদুক হাক্লা ফত্তবা মী নত্তে। শংবান্নবী কোয়বগী পাউ পুথোক পুশিন মানতা তৌরকপনি। চেনবা নুমিৎ ফাওবা সোবিতা য়াওরিবনি। মতেং পাংদুনতা লাকখিবনি অদুবু হন্দক্কী মতাং অসিদদি সোবিতাগী উপায় করিনো? লায়না ফংবা পোৎতু থিবু থিরবদি হেক্তা ফংদে। শংবান্নবীদি ময়ুম চৎলু য়াখিদ্রে। মতৌ য়েংবা ঙমখিদ্রে। মমশিল্লক্লবদা নমদুনা সোবিতানা থিল্লকখি। ঙসি নোং হেক ঙানখিবদা হয়েংনা অরোইবা নুমিৎনি। অহীং চুপ্পা তৃম্বা য়াখিদে। বাংলেনসু খঙই মাসু তৃম্বা য়াদে। শংবান্নবী শুক্কুম তৃমদনা হৌগৎলে। নোং ঙাল্লক্লে। অয়ুক্কী সূর্য্য পূজা তৌনবা শেম শারিঙৈদা মাবু কৌবগী মখোল অমা তাখি। থাজদনা, য়াম্না থাজদনা সোবিতা ওইরম্মী। করিনো মানা ফি ময়োম অমসু কোন্দুনা পুরক্কীবসিবো। "কাখৎলকউ সোবিতা, করিনো অসুক ঙন্না। নঙবু ঙরাং নাইট দ্যুতি তাই হায়বদায়নে।"

"তাই, ঐনা লাক্লিবসি হোসপিটালদগীনি।"

"অদুগা করিনো ময়োমদুনা।"

"য়েংলো লাউনে।"

"হায়মা ! অঙাংনিনে, সোবি, সোবিতা । ঐ হিংলে । ঈশ্বরনা ঐবু থৌজানবিরে ।" ইমুংলোমদা ওনশিল্লগা - য়াম্মুং ...... ইমাশি ঐগী ইচা লৈরে থোরকও য়েংলো লাও । হরাওবা হেনমনখিবনা শংবান্নবী সোবিতাগী মখোঙ ময়াদ লেকথদুনা তুথরকই ।

*ক্ষেত্রিময়ুম সুবদনী*

২৪/৩/২০০২ ইং,

*__ক্ষেত্রিময়ুম সুবদনী (১৯৫৯) :__ কাকৈথেল মোইরাংপুরেল লৈকাই, ইম্ফালদা লৈ । অইবীগী ফোঙখ্রবা লাইরিকশিংদি ১) মাঙখ্রবা ঈশৈগী শুর, ২) নহাকপু ঐগী কনানো, ৩) নুংগী চিনবাল, ৪) লাইবক, ৫) পিগী ৱারী, ৬) পৃথিবীগী ফুঙ্গা ৱারী খরা, ৭) য়েন্নীংথানা লাকপদা, ৮) অৱাং নোংপোক্কী ফুঙ্গা ৱারী খরা, ৯) প্রজাতন্ত্র চৎপা লৈবাক অমগী ৱারী অসিনচিংবনি । ২০০১ ইংদা ফোঙখিবা লাইরিক "মনিপুরী অইবীশিংগী খনগৎলবা ৱারীমচা" গী সম্পাদকসু ওইখি ।*

*******

# য়োৎকী কৃ

মঙাল এম. এ. পাস তৌরে। থবক ফংদ্রি। ইন্টরভিয়ুদি মশীং খঙদনা য়াওখি অদুবু খল্লকপগী ৱাদি লৈত্রে। মানসু সরকারগী থবক অমত্তা আশা তৌরুদ্রে। প্রাইভেট স্কুল অমদা ওজা ওইনা চঙলে অদুবু পীকখ্রবা তলবতুনদি করিমত্তা কোন্নবা ঙমদ্রে। মমা লৈরিঙৈদদি খরদা ওইরবসু মতেঙ পাঙবিরম্বনি। মানা ইস্কোল শুরগা মমানা হেক হেক য়োনবা চৎলম্বনি অদুবু মমা হেক লৈতঙৈদগীদি ইমুংগী ভার পুম্নমক মঙোন্দা লোয়না তাহৌরে। লুরিবদি ইস্কোলদা হৌরিবা পোৎচৈ অদু ফাওবা য়োনবিনবা লৈতদুনা মী নেক্লগা য়োলহল্লে। মরক মরক্তা য়ুমদগী পুল্লপ লৌথিবসু য়াওই। অদুবু মদুনদি ওইবা য়ারক্তে। মখাদা মনাও অনী, মচন অনী লৈরি। মখোয়বু মী ওইহনবা ওইহনদবা হায়বদু মাগী মখুৎতা লৈরে। ইকাই ইকি থাদোক্তুনা শেল তান্দুনা মনাওশিংবু মী ওইননবা কন্না হোৎনৈ।

মঙালনা ওজা ওইবিবা প্রাইভেত স্কুলদু মোৎ মান্নদবা খরা য়াওবদগী কায়দুনা অনী থোক্লে। কাংবু অমগী স্কুল অতোপ্পা মফম অমদা হোংখ্রে। ছাত্র ছাত্রীশিংসু খাইবুং খাইবুং তৌনবদগী হান্নগী চাংদগী য়াম্না হন্থরে। পীরিবা তলবতু য়ামদে হায়দুনা ৱাকৎলিঙৈদা অমুক্কসু তানা পীরকপদগী মঙাল ওজা ওইবা তোক্লে। করি তৌসিগে হায়দুনা পুক্নিংদা মওল মওল খল্লি। মনাওশিংগী লাইরিক তম্বগী খরচ পুনবা হোৎনবদসু অৱাবা অমা ওইরকই। অদুবু নোংমা মাগী মাম্মা লাক্লুনা গ্রীন শাবগী ৱার্কশোপ অমদা পুশিনবীবদগী ৱার্কশোপ য়াওখি। লাইরিক লাইশু হৈবা মঙালনা পোরম কয়া শীনবদগী ৱার্কশোপ অদু য়াম্না থুনা চাওখৎলম্মী। মতম খরগী মতুংদদি মহাক্না ৱার্কশোপ অদুগী মেনেজর ওইরম্মী।

মঙালগী ইমুং হান্নগী নত্রে, খরা ফগৎলক্লে, মনাওশিং ঙম্না লাইরিক তমহন্দুনা মী ওইনবা হোৎনৈ। ময়াম্বগী মায়োক্তা অমত্তসু হে তোংদে।

কিনা লুনা চৎচৈ । শেম্বোক লম্বী লৈতে হায়দুনা কুইনা নুপী থিরুদ্রবা মঙাল হৌজিক্তি ফিভম্না য়াদদুনা নুপী থিরে । মচা অনী লৈরে ।

মঙালনা থবক তৌরিবা ব্বার্কশোপ অসি শরক মপান্দনি । পাৎথী কোমথী ওইনা তৌবা মফম্নি । ব্বার্কশোপ অসিগী মপু চাউথোইনা লৈবাক খরা হৈজিল্লগা শাখিবনি । মীয়াম্নদি কুইরবনিনা মফমসি মাগী ওইরবোই খল্লি । অদুবু সরকারগী ওর্দর অমনা শরক পাকথোক্কদৌরি; পাট্টা তাদবমখে শীদোক্কনি অদুগা তাবা য়াওরবসু লম্বী পাকথোকরকপসিগী মনুং চল্লম্নবদি ক্ষেতিপুরন পীগনি হায়রি । সরকারগী ওর্দর অসিগী মতুংইন্না পাট্টা তাদনা য়ুম শাজিল্লম্বা, দুকান ফমজিল্লম্বা পুম্নমক শীদোরকপদা মঙালনা য়াওরিবা ব্বার্কশোপ অসিসু য়াওখ্রে । মতম খরদি ব্বার্কশোপ লেপ্পা তারে ।

তৌফম খণ্ডদ্রবা মঙাল অনৌবা থবক অমমুক পায়খৎপা হৌরে । মীনদি নোকনৈ মানা তৌশারিসিবু হায়দুনা । মানা চঙখিবা মফমসিমক্তবু বেড়া হেক্তা থাংই হায়দুনা অফবসু ফত্তবসু পঙাঙদা ঙাঙনৈ । অপীকপা লমনিনা ইতা তানৈ অদুবু ঙাঙনরিবশিংগী মায়োক্তা ফনা য়ানিংদ্রবসু খুল্লুবদি তৌদ্রে মাগী তৌগদবদু অদুমক মোং হাদনা পায়খৎখ্রে ।

মঙালগা য়ুম লোন্নবা ইমুংশিং ইনাকখুনবা ঙাক্তনি । লাইরবগী ইমুংগা তোরো খন্দানবা হায়বসিমক্তবু ইনাকখুনবা কাংবুনা পামদে । ইনাকখুনবগী ইমুংদু চেকপলনা ইখা থাজিল্লি । মঙালসু মীগী পোইরৈ য়েংনা খঙনা চৎলি । লৈকায়গী দেব কর্ম্ম অমা থোরকপদা ইনাকখুনবগী ইমুংদু কয়া য়াওদে । মীনসু কয়া চঙনিংদে । গেটতা "বিব্রেয়র ওফ দোগস" হায়না ইরগা গেট ময়াদুদনা হূই অমা অনী থাদোক্তুনা লৈ । গেটতু হেক হাংদোক্লুবদা হেক্তো চেনশিল্লকই । মদু উবদা কনামত্তা মখোয় য়ুমদা চঙনিংদে । থবক ইনখাঙ থোক্লকপা খুদিংমক মী নেক্লগা লোইরে খল্লি । উশব মেলাদা কোর্ফু কোর্ফান ফেংনবা মী নেক্লবসু ইমুংগী অহল শিবা মতমদদি কৃ চনবিনবা, অশিবা থাংদোকপিনবা মী লৈতদুনা কোইকৌ কৌনৈ । নোংমত্তা মঙালগী ইমুংদা চংলক্তবা ইঞ্জিনিয়ার থোইবা মঙালবু নুংশিনা কৌরকই অদুগা মখোয়দা খরা খরা লাক্লবসু হায়রম্মী । মঙালনা ফনি লাকচগে শম্না খুম্মী ।

মঙাল অয়ুক নুংথিলদা নত্তনা নুমিদাং ফাওবা থবক শুই । মনাওশিং মচাশিং মী ওইনবা মশা মীনাই ওইরবসু হায়দুনা কন্না হোৎনৈ । মখোয়গী মপাল চাগে হায়বগী ব্রাখল থোইদোক্লা খল্লুদে । ময়াম্বা অমা ওইনা মমা মপাগী মহুৎশিন্দুনা হোৎনফম থোকই খল্লুবননি । অহানবদদি মাগী কারবার অসি তৌবগী লৈকায়দগী তাম্থোকশি হায়দুনা ব্রারেপনৈ । ময়ুম মকৈ শিদোক্কনি হায়দুনা লৈকাই ময়াম হৌদুনা লাকই । ভাব তানবা মঙালনা ফনা কন্না হায়জে অদুবু ব্রা তাবিদৌবা মীনদি মনাদ হাপতে । কৃ ললোনবগী কারবারদু অমুক হন্না তৌবা য়ারোই নত্রবদি ময়ুম মৈ থাগনি হায়না ধমকা তৌবদগী কোইলোৎ লোৎলুই । কোন্নথংদদি ময়ুম মকৈ য়োম্থোক্কুনা ইম্ফালদা লাকখি । মফমসিদদি মাগী অতোপ্পা কারবারদু মায় পাক্লে । উ ব্রা য়াম্না হৌনদ্রবা ইম্ফাল সহরসিদদি মঙালগী কৃদু মথং মথং ব্রায়বা লাক্লে । অশিবা থাংদোক্লনবগীদমক উপাক্কী কৃ শানদ্রে । মঙালগী য়োংকী কৃদু অব্রায়মল পীদুনা ব্রায়নরে । মসিনা য়াম্নসু শমলে, মী কৌনদুনা অব্রাবসু পীদ্রে ।

মঙাল মহৌশা নত্ত্রে । মাগী য়োংকী কৃদু ডিমান্দ য়াম্না লাকপদগী ফনা যাম্না শাদুনা থমলে । মদুতনা ইমুং ফজনা পুবা ঙমলে । অঙাংগী অহলগী চাউবা পীকপা খেন্ননা তোঙান তোঙানবা সাইজদা থমলে । সাইজগী মতুংইন্না অব্রাইমলসু খেন্নৈ । শিবগীদমক মী অয়াম্বা উপাক্কী কৃ শানদ্রে । মঙালগীদগী লোইনা ব্রায়বা লাক্লরে ।

নুমিৎ মরী মঙানি হায়রক্লে নোংনা লেপ্পা লৈতনা চুরক্লিবা । তুরেলগী ঈশিং ঈমায় ফনা য়াম্না হাইগৎলে । ঈশিং চাউগদ্রা নুংশা থীনৈ । নোং খজিক্তুং তাবদা ঈশিং থুম্বা ইম্ফাল সহরনি । ইচুমতনা থুম্বা ঙল্লীবনি । লম খোপচিন্নবদা ইরম নালা ঙম্নমক ফুনজিন্নরবা ইম্ফাল সহরনি । মঙালগী শুমাংদুসু ঈশিং থুম্মী । ঈশিং মরক্তুদা নুপা তরুকখক চবুং চবুং কুমথদুনা মাঙ্গোল কাখৎলকই । মখোয়গী মনুংদগী অমনা হংলকই -

"তামো মঙালগী য়ুমদুবু .......... ?

"মানি ইবুংঙো, ঐ ইশামক্লি করি হায়গে ? "মাঙ্গোলদা খবর পারিবা মঙাননা খুম্লকই ।"

"তামোগীদা কৃ লৈ হায়না তাজে ।"

"লৈ । কয়া ব্রায়গদবনো ?"

"তরুকখক্তা ব্লায়জগে।"

"এ ! করিগীনো অদুক য়াল্লদি ?"

"ইমুং অমগী মীওই অনীখক নত্তনা তরুক্তি ঙরাং নুমিদাং কাপ্পিরম্মে।"

"করি মরমগীনো ?"

"অকুপ্পা মরোলদি থোইনা খঙজদ্রে অদুবু ঐখোয়না খঙবদা কাপ্লম্মীবা নুপাদু পুলিসনি। ইম্খোলগী মতাংদা নুংঙাইনদবা খরা লৈমাল্লে। ঙরাং হিদাক খরা থকচিল্লগা ময়াম পূন্না চাক চারিঙৈদা কাপ্পা ওইরমাল্লে।"

"বিষ্ণু ! বিষ্ণু ! ওহ্বোক্লা তৌহৈদবা ঙাক্তনিদা। খঙদেনে হৌজিক্কী যুগসি যুগতা অমা ওইরেনে। মপা মচা ফাওবা মশক খঙনদ্রে ...... অদু ইবুংঙো সাইজদি অচৌবা ঙাক্তরা ?"

"নত্তে, মচা অনী, য়াইমরপ অমা অচৌবা অহুমনি তামো।"

"অমুক্তা য়েংউখিগে। ঙরাংসু মঙা ব্লায়খ্রি। ঙসাই অয়ুক্তসু তরুক অমা ব্লায়খ্রিবনি। অমত্তা থিল্লক্ত্রি, মচা খরসু য়াওখিবনিনে।

তাঞ্জাসিদা নুপামচা অহুম অমসু লাকই।

মঙালবু উবদা হায়রকই - পাবুংদগী কূ মরিখক্তা ব্লায়জগে লাকপনি। ঙরাং গাড়ী এক্সিডেন্টতা মাচিন-মনাও অনী শিরে। অনী অমনা দ্রগ কাপ্পদা ডোজ হেঞ্জিন্দুনা শিবনি। ঐখোয় লৈকায়গী ঙাক্তনি।"

মঙালনা নুংঙাইতনা হায়রকই, "হৌজিক্কী মতমদা তৌদৌসি খঙদ্রে। মণিপুরসিসু মখোঙ মরি পানবা গাড়ীনা প্রিক প্রিক শৌরে। মপান্দগী হোঙনসু পুশিল্লক্লে ফবা ফত্তবনা অমনি, বেঙ্কনসু গাড়ী লোন পীথরে। শোরোক্লদি পাকথোকরক্তা, এক্সিডেন্ট তোয়না থোক্লে। কৈদৌনি অশিবতনা মাঙজরেদনা। খবরদা নোংমতবু কাংদে অশিবগী পাউ। ফন্নম্মু ইবুংঙো ঐ রিসিপ্ট বুক্তু অমুক্তা লৌথোক্লুখিগে।"

"পাবুং অব্রায়মনসিবু কয়া ওইরবনো ? অমনা হংলকই।"

"অচৌবনা লুপা য়াখ্নেনি, মচানা নিফুনি। চাদা য়াখ্নে এডভান্স থনল্লগা য়ারে। নোংমা হেল্লবদি মমল হেল্লি।"

"অদুদি পাবুং, কূ মরিগী লুপা চাম্মা থমজরম্মগে ।"

"য়ারে, য়ারে ।"

নুপামচাশিংদুনা মখোয় মখোয়না পুরকপা গাড়ীশিংদুদা কূদু হাপ্পগা পুখি। মঙালগী নুপী লৈমখুবীনা পৈশাদু মশীং থীরগা হায়রকই, "হন্দক মরকসিদি মী শিবসি গ্রুপ ওইনা হৌন হৌনদুনা শিনরক্লি, শিরকখিগদবসু য়াম্না লৈরি। হৌজিক্তি হৌবদবু ঙাইরি ।

"হোয়দা হোয়দা, নঙবু মী শিবগী অঙ্ক হোৎতুনা লৈরবরা ?"

"হোৎতেদা । কূ থম্ফম কাসি খরা চাউথোকহন্দবা য়াদ্রে । ইচানুপা ইবোচৌবগী মনাক্তা অতোম্বসিসু থাদোকপ্রসি । ঐখোয়সিদদি লাইরিকসু অমত্তা তম্বীদে, ষ্ট্রাইক তৌদুনতা লৈ । মপাল্লোমদা থাপ্রবদি চহীসু অমত্তা মাংঙরোই ।"

"পৈশাদি কদায়দগী থাগনি । অমা থারিবা সি ফাওবা কদায়নো হায়রগা ।"

"ননাওনুপাশিংসু লোয়না তলব চারে । মখোয়বু শেম্বীরকপগী মতেং খরদি পাংউ হায়ববু করি কায়গে ?"

"কায়দে, অদুবু লমন শিংনবদি পামদে । ঐগীদি ইমা ইপাগী মহুৎ শিন্দুনা ময়াম্বা অমা ওইনা তৌফম থোকপা থৌদাং লৌবতনি । মদুগী লমন থৌরুবা হৌনদে । অদুগী শরুক থবক কন্না শুরগা লোয়রে । ঐগী খুৎশু খুৎলাইদু পুথোরকউ । লৈরিবা য়োৎতুনা কূ মচা খরা শারমগে ।"

"খঙদে খঙদে, ঐনা হায়জবা য়াদ্রবনিনা মোইবাবানা থোকপা তৌবিরো" হায়রম্লগা শাওরংননা চঙখি ।

মঙাল মখা তাদে, চৈরুবসু তৌদে । থবক্তা পূক্লিং থিংজিল্লি, অকোন অকোনবা য়োৎশিং অদু চোকথবা নাইদনা চাং মান্ননা য়ৈথোকই ।

*ক্ষেত্রিময়ুম সুবদনী*

১৪/৪/২০০১ ইং,

*******

# মৈশা অমসুং মৈচাক

দিলিপ্পা ইম্ফালদা লাকপা চহী কুন মপুঙ ফারে । মৈতৈলোন ঙাঙবা হৈরমদবদগী ফনা য়াম্না হৈরক্লে । মণিপুরদা লৈবদগী মাগী জাতিগী কাংবু নত্তনা মরোল ইঙাঙ ঙাঙখিদরে হায়বা য়াই । মণিপুরদা লাক্ল্লিঙৈগী মমাংদা অতোপ্পা লম কয়াদসু চৎতুনা পৈশা তানবা চৎলুরে । মণিপুরদা ঈশিং নুংশিৎ ফবগীরা নৎত্রগা পৈশা তানবা নুংঙায়বগীরা খঙহৌদে চহি তরামঙা হৌজিনখ্রে । মরক মরক্তবুদি ময়ুমদা চৎলি । মফম মরি মঙানি মাগী মখাদা মী থমদুনা থবক শুরিবা । মখল মখলগী ইমুং কয়াদা থবক শুরুবনা তোঙান তোঙানবা মীওই কয়াসু থেংনরকই । থেংনরুবা খুদিংমক্কী ৱারী মাগা লৈমিন্নরিবা সুখলালদা হেক হেক তস্মী । ঙসিসু য়াম্না থৱায় তানা তল্লি ।

"তূন্নবরা নঙবো ?"

"তূমদে ।"

"য়াম্না তন্না উইদা, তূম্নিংলবরো ?"

"তূমনিংদেদা । ঙসিগী ৱারী লিরকও"

"খরা চংশিল্লুসে । মোন ময়াদগী বিরিদু অমুক্তা লাল্লকউ ।"

"সে, মৈখেৎতি লৈতেকো ।"

"পায়রে ।" বিরি অমা চল্লগা মৈখুদু অমুক্তং ৱাংনা কামখৎলগা মখা তারকই ।

"ঐনা টাইলস কন্না নপ্পীঙৈদা ডাক্তরগী নুপীদু চংলকই ।"

"ডাক্তরগী নুপী ! মশক ফজবরা ?" মরক থৎনা হংলকই ।

"ফরক তৌরকখিনু ।"

"কৈদৌরগে ? মশক ফজবরা হংববো । সিবু কয়াম কায়রগে ।"

"কায়দে । ফজৈ ।"

"হো অদুমঙাইদনা ।"

"মঙোন্দা হায়রুই, ভাবী, ফি ফত্তবা অমত্তা পীবিরকউ ।"

"কৈদৌনবনো ?" মুন্না য়েংলগা খুল্লকই ।

"টাইলসশিং অসি তকথোক্লবা ।"

হোয় হায়দুনা চৎখি । শুকলাক লাক্তে । ফিদুসু পীরক্তে । মচানুপী লৈশাবীদা অমুক হায়খি পীরক্তে । হায়রুবদগী শুকথোকপু থোরকখিদ্রে । ইমুংদা হেক চংগদবসু হঙ্গোইরপ তৌই । মপান্দা কৌই তাদে । তাশিন্নদ্রিবরা করিনো খঙদে । ডাক্তরদা হায়গদবসু অনাবা ময়াম য়েংলি । লোইরগসু হোবে হোবে হেক্তা চৎখি । ৱারীগা শান্নবা নঙহৌবা নত্তে । পৈশা লৌগদবা লৈববসু ওফিস হল্লকপা ঙাই । ডাক্তর য়াওদ্রবদি থবক অমত্তা ফাওদে । ফনা কুইরে ফি মচেৎ অমত্তং পুরকউ হায়খিবা অমত্তা মনাদ হাপ্তে । উপায় লৈত্রদুনা কদায়দা করি লৈরিবা হায়দুনা কোয়েং য়েংই । লুঙ্গি শেগায়বা অমথক কাচিন্দা তাদুনা লৈবদু উবদগী মদু লৌকরগা শেগায়দুনা তকথোক্লে । মচানুপী ইতোন তোনবীদু ময়া ইতেক তেক্লদুনা গপ গপ তৌদুনা লাকই । ঈশিং খৌরাংবা কুইরবনি । মী অমত্তং কাখৎলক্লবদি ঈশিং পীয়ু হায়গে খনবনি । কনামত্তা কাখৎলক্তে অঙাংদুদা হায়খি -

"বেমবেম ঈশিং খিৎতা পুরকউনা, য়াম্না খৌরাংঙে ।"

"করিদা পুরক্কনি ।"

"অমদা হেক্তা ।"

হোয় হায়দুনা চেনখি । ঈশিং পুরক্কনি থাজদে । অদুক হায়খিবতনি । অদুবু থুনা চেনখৎলকই, প্লাসতিক্কী জগ মচা অমদা ঈশিং তঙ্খায় অমা পুরদুনা ।

"কাকা ঈশিং ।" ময়া ইহি হিংগৎলদুনা জগতু উৎলকই ।

"কদায় ।" খৌরাংবনা ঙাওদুনা ঈশিংদু গুরু গুরু থর্কাচিল্লি । গিলাসকা য়াওবা নত্তে ।

ঈশিং থকপদু মুন্না য়েংলগা হায়রকই, "নঙগী শম চোংলে ।"

"কদায় শমদি"

"চিনবান ময়াগী শমদো ।"

"হৈ, সিদি শম নত্তে, কোইনি ।"

"শমবু কোইনি হায়বা ঐখোয় বাবাগীদি হৌদে । নঙগী কোইদু কিজে।"

"কোইবু কিব্রনে ?"

"কি, কি,হিংচাবা মাল্লি হিংচাবা মাল্লি," হায়দুনা ময়া ইহি হিগৎতুনা ফন ফন চোংই ।

হিংচাবা মানব্রনে হায়দুনা তাপ পমখৎতুনা মমায় মচাদুদা কোইদুনা শুরু শুরু নৈরুই । অঙাংদু কিবনরা নৎত্রগা যুবনরা খংকপ কপ্লকপদুদা দিলিপ শ্বাই লাওই । ডাক্তরগী ইমুং মনুং তারক্কদ্রা হায়দুনা হুমাং পাখৎলি । কপ্পা তোকও হায়দুনা থেন্মী । পাক তোক্তে । নুংশা থী । ফুরিংখাও কোইমা মাবদা মিঠাই অমা য়াওরমদুনা পী । পৈশা পীবদদি লৌ হায়বা য়াদে । থোঙলোমদা লিফৎ লিফৎ য়েংই । খোঙথাং মখোল অমগী শহুম খজিক্তং ফংলকপদা না থাঙ্গৎলি । মিঠাইদু পীবদগী কপ্পা তোকখ্রে । মমিৎ মচাদুনা ফলপ ফলপ য়েংলম্লগা কুমথখরে । দিলিপ্না তান্নদুনা মাগী ফুরিংনা অঙাংগী মপিদু পুমকং কংনবা তৈথোকপীরুই । হয়েংসু মীঠাই লৈরক্লনি । কপকনু হায়না নুংশিনা নানবিরুই । তুংহন্না য়েংনা য়েংনা শিড়িগী থাক্তু কুমথখি ।

নুমিৎতুমা দিলিপ থবক শুফম খঙদে । মশাদু করিনো খঙদনা লৈতাদে । অঙাংগী নুংশিবদুনা ঙহাক্তি পুমশুম শুক্ষৎলুই । চহীমুক্কী মমাং মযুম চৎলুবদা মচাগীদমক লৈবিরকপা ফুরিৎ ফিরোল ময়ামদু লিংপীবদা কয়াদ হরাওজবা, তবারবা মচাগী মমায়দা চুপ্লিবগা নানবিবগা শুরু শুরু নৈশিল্লুই । মচানা মকোইদু য়ুই হায়দুনা খংচিং চিংলকপদা নামন্দুনা লৈমায়দা দুপ লাওনা থন্মী । মপুক্লিংদা খনখি কোইসি শোয়দনা কোক্লগে । অদুবু ককথৎলমদাই মীকুপ্তা হেক্তা ককপা ঙমদে । কোইসিগা করি মরী লৈনদুনা মসিবু ককথৎপা পামদ্রিবা মদুসু খঙদে ।

দিলিপকী নুপীনা ইতৎ তৎতনা হায় - মহাকপু মণিপুরদা অমুক্তা পুবিয়ু । দিলিপসু হোয় হোয় পুবিনিদা হায়রগা অমুক্তা পুদে । হন্দক্তি চাননা হেক্তা

তকশিল্লকই । চাক চারিঙৈদা হৌদোকই -

"নখোয়গী সনা লৈবাক মণিপুর হায়বদো নহাক্না চৎলিঙৈদা অমুক্তদি চৎচহৌগে ।"

"হন্দক্তি চৎপা য়াদে । কোন্না পুবিনি ।"

"কোন্না পুবিনিদ হায় শুকপু পুবিদে । অঙাং হায়র চাউরে ।"

"মণিপুরদু মহৌশাগা মান্নদ্রে । ঈরাং ফৎত্রে । নোংম নোংমগী মীশি মীনা তৎতনা থোকপনা মৈখুগী লম ওইরক্লে । বন্দ তোয়না তৌবনা বন্দপুর কৌরে ।"

"অদুবু নহাক্কদি মণিপুরসি লৈবা নুংঙাই, সনালৈবাক্লি । চাবা থকপা য়াম্না হাওই । ঈশিং নুংশিৎকী ফিভম য়াম্না ফৈ হায়বদায়নে ?"

"পুম্নমক অদুবু হৌজিক্তি নুমিৎপু তারক্কলবদি দুকান ঙন্না থোঙ লোল্লি । অচৌবা কৈথেলশিং খজিক্তং থেঙজিল্লকপদা মীখোল তাদে । সিফাইগী গাড়ী মখোল নক্লা নক্লা তাবা নত্তনা ।"

"অদুক ফিভম ফৎত্রগদি সিদা শুম চাবা চাদবা লৈরসি । মীগী হাজিরা শুবা য়াওরগা লোইরে ।"-

দিলিপকী নুপীনা নুংশা থীজনা হায়রকই ।

"মদুসু হেক য়াপোৎ নত্তে । সিদা লৈরগদি থবক শুফম ইরৈ লৈতবনিনা ইচাশিংসি লাইরিক তমহনবা ঙমলোই। ঐনা পৈশা তান্দ্রবদি ইচন্নুপী করম্না সুহোংগনি । কদায়দগী পৈশানা দাওরি পীগনি । ষন খরা লোয়বদুনদি ওইবা য়াদে । অদুনা খাঙখো অৱাবা, অরাবা খাঙদনা নুংঙাইবা য়াবরা ?"

দিলিপনা থেমজিনবিখি । মাগী নুপীবু য়াম্না নুংশিনা থেমজিনবিখি । লাংলম্বা মপুক্লিং উনগুম্না ঈংহনখি ।

মণিপুরদা ফোরেনর চৎলো হায়বগী ঈহৌ অমা কন্না লাকলি। মহৈরোইগী সংস্থান কয়াসু ঈহৌদু ইনোৎ হাপকৎলকখি । দুকান কয়া হরতাল তৌখি । নুংঙাইখিদবা থৌদোক অমখক্তি মশক খঙদবা মীওই খরনা বঙ্গালি মতৈ মনাওদং য়ুমগী ভারাদা তরক তরক লৈজবদু মীনুংশি খঙদনা হাৎতোকপীরম্বা অদুনি । লৈজবা পূম্বসু লোইনা খোম্লগা পুবিখি । চুম্না হাৎপা

ওইরন্নবদি অসুক নুংঙাইতবা তৌরমলোইদবনি । পাউ হেক তাবগা দিলিপ হোবে হোবে লাকখি । ফিভমদু উবদা কোকচাওবী কাখি । নুমিদাং ইশি শিনা তৃল্লিঁঙৈদা শকখঙদবশিং অদুনা চাওরবা নুংজাও অমনা থবাক্তা থাদদুনা হাৎখিবনি । মাগী নুপীনা অঙাওবীগুম লাও খোংখি । মপুরোইবগী মশাদগী শিন্থরকপা ঈদুনা মোম্পাক ফিদক পুল্লুপ লুপখি । মাগীশল্লাং ফাওবা চোংখি । ঈদা লুপ্পবা মপুরোইববু কোন্দুনা খামদোক শেৎতোক্লবা য়াদনা কপখি । য়াম্না থম্মোয় শোকখি । মীনুংশি খঙদবশিং অদুগী খোঙ্গুল ফাওবা ঈরিকশিংদুগী মরক্তা লৈরম্মী । পূম্নমক্কুনা দিলিপকি হৈনিংলম্বা পূম্নমক হীকথহনখি ।

থৌদৌদু দিলিপ্পা কাউবা ঙমখিদে । মাগী থম্মোইদা তৃঙদুনা লৈখি । মাগা লুনা তিন্নবা, কা অমত্তদা পূন্না লৈমিন্নবা মীনি । দিলিপ্পা বিহারি, মানা বঙ্গালি ওইজরবসু । মখোয় অনি লৈমিন্নজরবসু শিনফমদি মান্নদে । অমনা ফক্লাংগী রং (পেন্ট) হাইবনি অমনা টাইলস নপ্পা মোজেক থাবনি । অদুবু ওস্থোক্লা নুংশিননা অরৈ লৈত তাথোক তাশিন লৈমিন্নৈ । থৌদোক্কুগী মতুংদা দিলিপ ময়ুমদা হল্লগে কয়ারক খল্লি, হোৎসু হোৎনৈ অদুবু পুন্সিগা থবক্তা মনতিক্কদুনা থাংদোক্লুরবা খোঙথাং হঞ্জিল্লকখি । খাঙবা তাখি ।

মপুরোইবগী সংস্কার পুথোক পুশিন ফরক তাবদগী মণিপুবদা পোৎলোইখি । মাগী নুপীনদি মাগী লাপ্পবা মরমদম তান্না পুনিংখি । অদুবু চহী কয়া তুংশিঞ্জরকপা তানশিঞ্জরকপা লল পুম্নমক শিং নান্না পুবিখি । অরোইবা ওইনা মণিপুর থাদোক্কুনা চৎলমদাইদা ওস্থোক্লা থম্মোয় শোক্লা হায়রম্মী -

"দাদা দিলিপ, ঐহাক্তি লাইবক থীবী ওইহৌরে । ইমিংতা ইচা অমফাও মাগী নিংশিং খুদোলনি হায়বসু ফংহৌদরে । শাগৎচখিবা আশা কয়া খঙহৌদনা লাকপা ঈশিংগী শাফু কল্লবা ঈরৈদা চেন্থখরে । ইপুরোইবগী মোংফম লাপ্পা লৈহৌরনি । ঐগা মাগগী মোংফম তোঙান তোঙান্নরনি । লেমহৌরিবা পুন্সিসিদা মাগী মোংফমদা লৈ মনা অমা ফাওবা কৎচবা ফংগনি হায়বা পাপচেল্লবী ঐনা থাজবা ঙমদ্রেদো ।"

ব্রাহৈশিংসে ফনা কুইনা দিলিপকী নাকোংদা ঙংদুনা লৈখি । লুহোংবা চহী অনী ফাদ্রিবনি নৌনা লুখ্রা ওইহৌরে । ঙসি তৃল্লীবা ফমুংসিমক্তদা মাগা

দিলিপকা পূন্না তূমিন্নখি। ওস্থোক্লা ব্বানা হোৎনখিবনি । লাইবক ফবদগী কারবার মমায় চুমদুনা পৈশা পায়খিবনি । মাগী নুপীসু লুহোংবা মতুং ইকুই কুইদনা লৌরুরগা লৈমিন্নখিবনি । তোঙানবা য়ুম অমা মাগী মরমদমদা শাবদসু ঙাইরিবনি । নুপী লৌরুবদুনা মরম ওইদুনা কা লৈতবদগী তোঙান্না লাপ্না লৈখিবনি । থবক মফম মান্নদবনা তোয়না উন্নখিদবনি । অদুবু ঙসিদি মা চৎখরে । সুখলালগা অমুক নৌনা লৈমিন্নরে । থবক মফমদা থেঙনখিবনি । লৈফম নুংঙায়তে হায়বদগী পুন্না লৈমিন্নখিবনি ।

ব্বারী লিবা হৌরকপদা সুখলালদি নাখোক্তুনা তূমপ্রে । ঙসিসি মহাক য়াম্না ব্বারমাল্লে । তূমদ্রিঙৈগী মমাং হায়দি হায়রম্মী করিনো খঙদে ঙসিদি হকচাং ইরুম লুম্বদৌনা তৌই, ইনুং নুংঙাইতে । পাম্বোম মরুশিসু ফন ফন চোংই । দিলিপনদি কৈশু তৌরোই হায়খি মবুক মপাও চমজবা মঙোন্দা ।

দিলিপ ব্বাখলদা ঈরাক্লরি । মা তঙাইফদনা পৈশা তান্দবা য়াদে মচন্নুপী য়াওশং থাদা লুহোংগদৌরি । মচন্নুপীগী অওং অউন নুপাময়ুমদা পীগদবা পৈশা মা খনবদা মম্মী । অসিগুম্বা দাওরি পীনবা জাতিদা পোক্লম্বসে মা পামদে । মসিনা নিঙোল পোকপীদা কয়াম ব্বাহল্লি ।

মাগী খুঙ্গংগী পুন্সিদু লাকশিন্দুনা য়েংই । থবক শুফম খোৎফম লৈতবা নুপীশিংগী পুন্সি । নুপীশিং অয়াম্বা লাইরিক লাইশু হৈতে । শেল থুমগী ফিভমসু ফত্তে । লৈরিবা মফমসিনরা মদুসু হায়বা ঙমদে । চাউখৎলবা অমেরিকাগী লমদসু অমিশ কাংবু লৈ হায় । টুরিষ্ট লাক্ষ লাক্ষ লাক্তুনা কাংলুপসিবু যেংনৈ হায় । আমিসিং অসি স্কুল কাদে, লাইরিক ইতম তম্নদে । কার তোঙদে, টেলিফোন থমদে । শগোল নৎত্রগা শগোল গাড়ী তোংই । চাউখৎলে হায়বিবা লমদুদা মখোয় অদুনা করম তৌরিবা । নেপালগা তাইনবদা ভারতকী ঙমখৈদা লৈরিবা মাগী জাতিগী নুপীশিংনা চাকখুমদতা লৈরিবা । ময়ুম পাল্লবী নুপীশিংনা অতোপ্পা নুপাগা চুন্নগী ওইরবসু অমগীবু ওইরবসু ব্বারী শাবদা নৎত্রগা উন্নবদা অথিংবা থল্লীবা । মসিনা চাউখৎপগী লম্বীদা মনিং হনবা নত্তনা করিদি লৈ । শেস্থোক লম্বী লৈতবা অসিমক্লসু মহাক্লা পৈশা তান্নবা মথং মথং লাকখিবনি । ইরোই লোইবদা মণিপুর য়ৌরকখিবনি ।

দিলিপনা থবক শুরুরগা হল্লকপদা শুখলাল মমিৎ ইপোম পোম্না লৈরম্মী। কৈদৌরগে হংলুবদা মমা লৈত্রে হায়দুনা থারকপা টেলিগ্রামদু উৎলকই। থোরক্তবা য়াদে কন্না হায়রকই অদুবু সুখলালদি থোকলোইদৌরি। মাগী মখুৎতা পৈশা ইলৈ লৈতে। লুরিবদি সরকারগী কর্ম্মাচারীশিংগী তলব চাং নাইনা পীরক্তবদগী খুৎশুমল ৱাৎনা ৱাৎনা পীরক্লুনা পৈশা তুংশিনবা ঙমদে। মশা চৎলবদি খরচ হেন্না চৎখিগদৌরি অদুনা পৈশা ওইনা থাম্রগে খল্লি। চাক্কা আলুগতা চাবদুনা মশাদুসু শোকচিল্লে। শা-ঙা, থাউনচিংবা থা অমা চারোইদৌরিবনি। উহৈ ৱাহৈদি চাবা য়াই। অদুবু খুৎশুমল ফাওবনা ফজনা ফংদ্রবসিদা চানিংবা পূম্বা কংলে।

শুখলাল খন্না খন্না পি তারকই। মমাগী অরোইবা মিৎকুপ উন্নবা ফংদ্রে। অদুগীসু মথক্তা পৈশাসু মতিক চানা থাবা ঙম্লোইদৌরি। দিলিপতগী খরা লৌগদবসু মচন্নুপী লুহোংবগী চৎকদৌরি। অয়াম্বা মতমদা সুখলাল ইনুং নুংঙাইতে, উংদুনতা লৈ। দিলিপ্পসু মতৌ য়েংবা ঙমদে। মতেংসু পাংবা ঙমদে।

দিলিপ চৎখ্রে। সুখলাল মথক্তা ঙাইহৌরে। কাদু ইচিক চিকই। চানিংবসু পোক্তে। দিলিপ লৈরবদি থেমদুনা খরদা ওইরবসু পীজগদবনি অদুবু হৌজিক্তি কনাসু লৈত্রে। মাদি মচন্নুপী লুহোংবদু হরাওনা পাংথোক্লুগনি। মচন্নুপী, মচাশিং, মাগী নুপী নুংঙাইবগী পি শিন্থুরমগনি নুংঙাইনা অহিং তূম্লমগনি অদুগা মাদি মপাং শেৎনরবা লমখুনু লাবদু মঙাইরে।

করম্বা মতমদা ঙরাং অহিং তুমথখিবা খঙহৌদে। মীকপ থোরকপদা করিনো চৈনা অমা ইফাও ফাওবদৌনা হৌগৎপা ঙমদে। য়েংথোকখিবদা উরকই শিলিং ফেন। মাগী কাদদি ফেন লৈতবনি। নাক য়েৎ য়েংলকপদা উরকই য়ুম্বু ইবোহলগা মচানুপীগা লেপ্তুনা লৈরম্বা অদুগা দিলিপনা কদোমদগী। মহাক ঙরাং ময়ুমদা চৎথ্রবদায়নে। সুখলালগী জ্ঞান তাদবা চঙক্লবা মতৌদুদা ইবোহলনা করিসুতৌদ্রবরা ইবুংঙো হায়রকপদা জ্ঞান লাকই। য়েৎথংবা মখুৎ বেন্দেজ তৌরম্মী। কয়াম থীনা শোক্লমগবা। হায়ফেৎ য়েংবদা খুৎকী খুৎশা মশিং শুনা উদে। খুৎ য়াওদ্রবজাৎলা নুংশা খঙথী থীরকই। করিগুম্বা খুৎ তৎলবদি রং হাইবা ঙমলোই। হুমাং পাখৎলকই।

মাগী নুংশাথিবা মতৌদু উবদা ইবোহলনা হায়রকই, করিসু তৌদে ইবুংঙো, খজিক্তং খুৎতা শোকখিবতনি । ঙরাংগী য়ুমদা লংশিল্লম্বা বোমদুনা খরদং খেৎখিবনি । শিহৌদ্রিবসি য়াম্না লাইবক ফরবনি । ডাক্তর লাক্লগনি ।

"বোম লংশিল্লম্বা কাংবুদুদি ফারবরা ?"

"কদায়দগী ফাবা ফংলগদগে ?"

"করি মরমগীনো ?"

"ঐসু খঙদে । উন্নসি হায়না মফম থারকখিবা অমদি লৈ । ঙরাংগী থৌদৌদুনা নুপী অঙাংশিংসি ইপা পাখত্তুনা লৈরে । দিলিপসু চৎলুরগা খঙহৌদনা লম্বী বন্দ তৌরম্লে হায়দুনা হল্লক্লে । লাইবক ফবদগী ঘটনা অসি মহাক্তি নংহৌদরে । ডাক্তর রাউন্দ লাক্লে নহাক্কী মওং অমা খঙলগনি ।

ডাক্তরনা অনাবগী হকচাং কুপ্পা য়েংলগা মতুংদা হায়রকই -

"করিমত্তা নুংশা থিনিংঙাই লৈতে । খুবী য়াওনা খুৎশা অহুমখক্তনি তৎপা মদুদি শেমতোক শেমজিন তৌরবসু য়াই । ব্রাকনু ।"

সুখলাল জ্ঞান মাংনা মিৎ উইশিল্লকই । মাগী খুৎশাশিং মহৌশাগুম্না য়াদ্রবদি করম্না অমুক হন্না নুঙ পায়দুনা সাটকী ব্রালশিং তক্কনি, করম্না রং হাইগনি । পুক্সি অসি করি ওইবা তারবা । হুমাং মরিক মরিক কাখৎলকই, খোয়দৌগী মীহুন চোংখৎলকই । ব্রা ঙাঙদনা ফমুংদুদা উতুপ তাবগুম হাইথরকই ।

*ক্ষেত্রিময়ুম সুবদনী*

*******

# ওক্রবী

ঙসি ঐনা নাইট দিউটি তামিন্নরিবা মহাক অসি ঐনা খ্বাইদগী হৈনদবা য়াম্না তুক্কচনা খনবা মীশক্নী । ব্লাকচীংগী ইংবনা খূৎ তিংথোকনিংদ্রবা, ফৈজুপ মনুংদগী ঙকফাওবা লীৎথোকনিংদ্রবা মতমসিদা ইতন তন্না, হৈনিংদনা শাথীবা অনাবা য়াওবিদ্রবদি ফনিদা খন ঐগী ফিরোল লৌথোক্লুনা ফৈজুপ শেম্মী ।

"শীলা নহাক তাব্রা ? ঐদি কনা তারমদোইনো খন্দুনা লাকপনি ।"

"উম" দণ্ডিগুম তঙাইফদনা খুল্লুই ।

মহাক মশক ফজে মশা নাল্লি ব্লাঙাং নুংশি । অদুবু করিগীনো খঙদে মানা ঙসিফাওবদা করিসু অকায়বা থবক অমত্তা ঐঙোন্দা তৌথিবা লৈতে অদুবু ঐান মাবু য়াম্না হঙ্গোয়না খল্লি । মেরা থাগী মপূং ফানা লৈশাৎ তল্লিবা অথোনবা সনারৈগুম নীংথিজরবসু ঐনা মাবু তুক্কচবগী চাওরবা মরম অমদি মাগী লমচৎ অদুনি ।

মহাক লুখ্রাবীনি । ঐগী মীৎয়েংদা ঐনা পামজবা ফীদম্মফম ওইবী নুপী অমগী লমচত্তগী তাইওন্নবীনি । ঙরাংনা সিনেমা হোল মমাংদা নুপীদা করামচাওবা কনাগুম্বা অমগা, ঙসিনা মশাগী ওফিসকী ওফিসারগা অরোনবা কাদা থোঙগী মপান্দা চৌকিদারবু শঙহল্লগা, হয়েংনা অফ-ফত্ত খনথবা পামদ্রিবা ইনখৎলক্লিবা থবক চঙলকপা কুইদ্রিবা নহারোলশিংদুগী মরক্তগী অমগা । হংচিৎনা ওফিসকী পোৎচৈ সপ্লাই তৌরিবা সপ্লায়রশিংগী মরক্তগী অমগা - নিপাশিংদুদি কয়াবু খল্লুদ্রে । করাম চাওবা, মশাগী ইন্দ্রি খুদুম চঞ্জবা ঙমদবা ইরাঙপুবী অমত্তং উবদা পঙথবা হায়বসি নুপাগী মচৎনি খন্দোক্লুনা মৈতৈ নুপী অমা ওইনা পলেপফম খঙদবী মশাগী ইজৎপু খোংগাওনবীনি

খন মাবু য়াম্না তোম্বনা তূক্কচনা লৌরুই ।

"শীলা, তূম্লব্রা ? ঙনমন্দ্রা তূম্ববু য়াব্রা ?

"অনাবা লৈবসু নত্তনা হুজিকপু কৈদৌরুনি ।"

খোয়দৌ শাউগৎলপ খুম্লুই ।

"ঐদি তূম্বা য়াদৌ মান্দে ঙসিদি পূক্লিংসে য়াম্না লাঙঙি । লৈতাফম খঙদে । নুংঙাইবা হায়বদো ইরাইবকসিদা তম্লমদ্রমাল্লে ।"

"নঙগুম্বী অমগীসু লাইবক হায়বা অমমুক লৈরিব্রনে" চীনদি থোক্তনা পূক্লিংদা খল্লি । হংনিংবা অমসু ফাওই । কাঙখল মনুংদা ফাক্লুরবা ডাইরিদু খুমজিল্লগা ঐনা হংঙি, "করি তৌরে, নারব্রা ?" ঐগী ৱাহংদু মাগী ৱাহৈশিংদুগা চান্নরিদ্রা, চান্নরম্লোইদ্রা খঙদে । ঙাইহাক লৈরফাওবা করিসু হায়রক্তবদুদা হায়রুই, ঐদি নঙসে অৱাবা হায়বদু লৈতবদগী নুংঙাইবা মশক খঙদ্রব্রা খল্লুরে । মাইয়োক্লুবা ফম্মুঙদা মখোঙ য়াম্বদুনা ফল্লিবা মানা মপী ইরা চেন, "ঐনা হিংলিবা মহিংসে নুংঙাইরমগদবা মানব্রা ? ঐগীসু থম্মোইদি পাল্লি" হায়রকই । মতৌদুদা হাইফেৎ নুংশিবা অমা ফাওরকই । নুংঙাইরক্লদুনা হায়রুই, "হায়দোকপা য়াবা ৱা ওইরবদি ৱারীদু লীয়ুদনা ?" কাঙখল মমায়দু হাইদোক্লগা ঐগী ফম্মুঙদগী মঙোন তম্না য়েংলুই । ঙাইহাক তুমিন লৈরুরগা "ইচাশিংনা ঐবু ইম্বোকপীরে ইথন্তনা অরানবা তাহৌরে ।" "নচৎননি" হায়না খুমনিংলুবনি অদুবু অরৎপা লৈতনা তারক্লিবা মপীনা চোৎলবা হীকথরবী শক্তমদু উরুবদা হায়দ্রে । ওন্ন-তৈননা "করিগীনো" হংলুই ।

ঐবু মীপুম খুদিংনা ইশাদা হায়দ্রবসু ওক্তবীনি হায়না লৌরিবদু অচুম্বনি । অদুবু ঐনা পামজনা চৎখিবা লম্বীদি নত্তে । ইপুরোইবা লৈব্রবা মতুং পীক্লিবা ইচা অহুমগা ইনেমবোক্কগী পোৎলুম ইথক্তা নল্লকপা মতমদা ইশাগী অমদি ইচাশিংগা ইনেমগগী হিংনবগীদমক থবক থিরকপদা ঐখোয়গী ওফিস অসিদা তারকখিবনি । গ্রেড ফোর খর লৌনি হায়বা তাবদগী খঙন চান্নবা কোইথি থিরুই । লৈকাইগী ইবুং অমনা লমজীংবীদুনা হেড ক্লার্ক্কুগা শক খঙনরে । তরাম তরাম তৌবি শোয়রোইদৌবা মাল্লি ।

"ইবেম্মা ইবুংনা অঙম্বা মতেং পাংনি । শোইদনা ওইনবা হোৎনশি । মীংদি করি কৌই ?

"সনারৈ"

"ইচলগী মীংসিদি শক্কা ওষ্থোক্লা চান্নৰা থোনলমগ্রেদা অদুবু সনারৈমক ওইরবসু সনা মচুগী অথোনবা সনারৈ মাল্লি ।" খুমলুদে মায় ঙাংলপ লুকথদুনা খাঙখি ।

তাং ১০ নোংমাইজিং নুমিৎসে ঐগী ক্বাটরদা লাকউ পাউ লৌরোলাও ।

"তামোনা শোইদনবা তৌবিরো । ঐদি করিসু খঙজদে । লাইরিকসু য়াম্না হৈজহৌদে । য়ৌজরগে" হায়রম্লগা তফিং তফিং থোরক্লে ।

নুমিৎতো, হায়নখিবা নুমিৎতুগী পৃং ১.০০মুক তাবা অদুরাইদা ঐ চৎলুই । ঙাওবমক্তি নত্রগসু নিশা ব্রাউরি ব্রাউরি পাল্লবা হেড ক্লার্কুনা তবাম তরাম কৌশিন্দুনা ব্রেটিং রুমদুদা ফমহল্লে । নিংকোক নিংকোকপা পৃক্লিংসিনা ইনশিন্দুনা, "ইনম্মখোয় অঙাংশিংদি অমত্তা উদেনা" হায়রুই ।

করাম্লবা মীৎয়েংগা শাগোন্নরবা উইরুশ্লবা মমীত্তুনা ঐবু মীত্তানা য়েংলম্বদু উবদা হৌগত্তুনা চেন্নিংখি ।

"নঙগী এপোইন্টমেন্ট ওর্দর থোক্লবনি । ননম্মদি মচাখৈ পুবগা মপাম চৎখি ।" ঙাঙনা ঙাঙনা হৌগৎলগা ইনাক্তা চঙলকখি ।

"সনারৈ, ঙসিদি ঐবু পেলহল্লম্মু । নঙবু উরুবা নুমিত্তুদগী ঐ লৈতাফম খঙলক্কুবনি । সে নঙগী এপোইন্টমেন্ট ওর্দর বেগতা হাপচিল্লু হায়বা । লোইফাত্তুনা তম্পাকতা তারিবা বেগতু লাম্মকই । থম্মোয়সে তনিক তনিক ফুক হৌগৎলকপদা লোংনা হায়থগে তৌই । মানা কোনশিনবনা হানখিদুনা তুহৌদ্রে । চেৎলবা খুৎকোম্দুদগী ঙরাং নুমিদাংদগী চরা হেল্লক্লিবী ঐহাক নানথোকপা ঙমদ্রে ।

উপাই লৈজদ্রবী ইশাবু কনজবা ঙমহৌদ্রবী ঐনা কপ্পা কপ্পা হায়জকই, "তামো ঐহাক লাইরবী লুখ্রাবী ওইজরবসু পুক্সিবু শান্নপোৎ ওইহনবদি পামজদে । ঐবু ঙসিদগী হৌনা তামোগী লোয়নবী ওইনা লৌশিনবীয়ু ।

"সনায়ৈ ঐহাকপু ব্রায়ৌগনু নহাক্কী নশক্তা ঙাওখিদুনা অফ-ফত্ত খঙখিদ্রে। ব্রাফমদুমক্তি হায়গনু ঐহাক নঙগীদমক অঙম্বা নতেঙ পাংগে। অদুবু ঐহাক ঐগী নুপী অমদি ইচাশিং কায়নবা ঙম্লোই। নহাক চৎলো।"

শিবনা ফরে খল্লুরবা ঐহাক মাগী "ইচাশিং" হায়বা ব্রাহৈদুদা ঐগী ইচাশিং নীংশিংলকই। তৌফম খংদনা খাংঙমদ্রবা চৈনা পুদুনা শীঙমদনা ইয়ূম মায়গৈ তন্নকই। উপাই লৈতনা মোন্দা মায় উপশিন্দুনা থম্মোয় পেন্না কপ্লম্মী। ঐগী নিপাদু নীংশিংলকই। মহাক য়ু থকমনবদগী লিভর শোক্তুনা শিখিবনি। ঐনা য়াম্লা পেঞ্জখিদবনি। নোংমতা নিংথি-নুংঙাইনা শেগা মাইগা হায়নবা ফংখিদে। অয়ুক নুংথিল ইমুংগী কুপনোম অমদি ইংখোল শুরুরগা মফমদা ওইনজদুনা পোথাগে খন্না ইখৌ লাংনা ঙাইজবা নুমিদাং কয়া মরোল মরি লৌকম খংদনা হল্লক্লগা খৎনবা হৌদুনা ফৃ-চৈখিবা কযানি। নত্রগনা মফি-মরোল হোংদোক্তনা খোংউপ ও করিও ফমুং তম্না ঙম্বোই ঙমদবোই খাংজন্দুনা তৃমহনখি। অদুগুম্বা অতিং কয়া জ্ঞান তাদনা অশিবগুম ফম্মুংদা তরিবা মাগী মমায় নান্দুনা "ইপুন্সিসে অসুম্না অসুম্মক লোইশিল্লদ্রা খন খার্মননা লৈতনা কপচখি। মপোক থীবি ঐগী ইরাইবকসিদা তাইনজদুনা ঐমুক লাইবক থীবি লৈরমখিগদ্রা খঞ্জখি। অদুবু ঙসিদি খঙলক্লে। ঐনা খ্বাইদগী ইরাইবক থীরে হায়না খনখিবা মীকুপশিংদুনা খ্বাইদগী লাইবক ফবা মতম ওইরম্লে" হায়রগা স্বর শাংনা হোন্দোরকই।

ঙসাইদগী ব্রাবী তারীবী ঐহাক হকচাংসে পূমপং পঙথরকই। তুক্কচরম্বা মাগী ব্রারী মখা তানিঙলকই, মীনুংশি ফাওরকই, অদুদগীদি -

"ঐহাক খবক কাবে। মখোয়না কৌরিবা পোষ্টতু ক্লাস আইত পাসনি। অদুবু ঐদি ক্লাস থ্রিদনি। লাইবক থীবী কয়াগী য়েক্লবা ওইরবসু "শক ফজবা" হায়বসে হিংনবগী করবারদদি কান্নরবা মচাক অমা ওইরম্মী। ঐহাককী অব্রাংপা পীফম থোকপা চঙফম থোকপা পোৎশক কয়া ঐগী ফজবা শক্লা মেনশিনখ্রে। অদুবু পুন্সিদি অসুম অসুম লৈখা তাবা হেল্লক্লে। অহানবদা নীংঙমদবা পোক্লম্লবসু মমৈদদি শীংনবা অমা য়াওরক্লে।

খঙনীংনা হংলুই, "কনাগা"

নুপা, নুপাশিংশিগা, নুপীবু মখোয়গী শান্নপোৎনি খল্লিবা নুপাশিংসিগা। মখোয়না খল্লি নুপীদি ঈশ্বরনা মখোয়গীদমক শান্নপোৎ ওইনবা শেম্লকপনি। অদুবু হুজিক্তি ঐনসু খল্লি। অপঙবা নুপাশিংসে নুপীনা শান্ননীংবা মওংদা শান্নবা য়াই। স্প্রিংনা শাবা লাইফদিবীগুম চৎহন্নিংবা মাইকৈদা চৎহনবা ওইহন্নিংবা মওংদা শেম্বা য়াই। নুপীগী শরুদা কুপলিবা উনশাশিনা খোই থাক্তুনা ফাবসু য়াই। অদুবু শীলা পেন্দবা অমত্তংদি - মখোয়বু মী ওইনবা হোৎনরকপদা ইশাগীনি হায়বা করিমত্তা খাকহৌদ্রবী ঐসে ঙসিদি ইচাশিংনা খঙলকপা মীৎকুপসিদা ইম্বোকপীরক্লে। শিঙমদ্রবা থরায়সে পুদুনা ঐহাক কয়াম কুইনা হিংখিনি ?

ঐহাক খুম্ফম খঙদে। স্বর শাংনা হোন্দোক্লুই। তূমথবা য়াদ্রে।

*ভানুমতি নাওরেম*
*তাং ৯/৩/০৪*

*ভানুমতি নাওরেম (১৯৫৯) : হৈরাঙ্গোইথোংদা লৈ। শজিব্রা জেলদা ষ্টাফ নর্স ওইনা থবক তৌরি। এম. এ. মণিপুরীনি। মহৈরোই ওইরিঙৈদা ৱারেং-শৈরেং কয়া ইদুনা লাকই।*

*******

# নুপী

লৈবাক্লে মচা তূন্নিডৈ থবক ইনখাং পরপ পরপ লোইশিঞ্জে । মাগী নিপা ইবোতোম্বা ঙসাই অয়ুক চাক চাখিদে, শাউদুনা চৎখি । হল্লক্লগা চাবা য়ানবা য়াচংবগী থবক লোইশিল্লগা চাকখুম চঙব্রে । ফুংগাদা খোঙহাম্বুন থাংগত্তুনা ঈশিং শাহল্লি ।

হুজিক ফাওবা ইবোতোম্বা হল্লক্তি । থব্রায় ব্রাজৈ করি তৌরবজাৎনো খঞ্জে । মাংগোল উখোকতেন্দা ঙাদুনা মপুরোইবা হল্লকপা ঙাইরি । ইবোতোম্বা চাদনা চৎখিবদুদা মাসু চরা হেল্লবনি । নীংশিংলকই অদুঙৈ লৈশারিঙৈ "তাইতোম্বা নহোয় নয়ুমদা লৈবকান্দা ঐবু লুনা তৌগদ্রা ?"

- করিগীনো, তৌরোই হায়রবদি নহুম শাফম অনৌবা য়েংহৌগে হায়রিব্রা ?
- "হোয় ।" থৌশাদনা খুন্নুই ।
- অদু ওইরবদি হায়বা ঐদি নঙগী লুহোংবা নুমিত্তা মাগুব ময়ায়দা অমাংবা চফূ অচৌবা অমা লংশিল্লগদবনি ।

থব্রায় তানা নোকমিন্নে । হুজিকসু নোকমিরুই । ইবোতোম্বনা লৈবাক্লেগী অচম্বা মাইথোঙদা খোয়দাজরুই । লৈবাক্লেনা ইবোতোম্বগী পিদোল্লবা মতৌ অচম্বা পুক্সিদা ঙাওরুই । লৈবাক্লেগী অহল লমন্না মবানিগী মরী খঙলকপা মতমদা লৈবাক্লেবু অতোপ্পদা থাজনবা কন্না হোৎনখি । ইবোতোম্ববু য়ারমদে। অদুবু নুংশিবগী লীচিংনা কনখিবনা নুংশিরবা মমা মপা থাদোক্লম লৈবাক্লে ইবোতোম্বগী মতূং ইল্লকখি । লৈবাক্লেগী অহল লমন্না খাইদোক্লবা ফনা কন্না হোৎনজখি । ঙমখিদে উপাই লৈত্রদুনা লুহোংবীখি ।

করম্বা মতমদগী হৌখিবনো খঙবা ঙমদবা ইবোতোম্বা মরক মরক য়ু ঙাওদুনা হল্লকই । লুহোংবদা পুখখিবা পৈশাগী ব্রাখলদা মাথা শাই । লৈবাক্লেগী উপাই লৈতে । পুন্সি ফাগি য়ারক্তে । তৌফম খঙলক্তে । মচা অমসু য়াওশল্লকই । চহী অহুম মরি শুরবা ফাওবা পুখখিবা পৈশা ফৃক্কৎপা ঙমদে । ফনা কন্না হোৎনজবনি মাসু মশাদা পল্লকপা মরিক মকোন খরদু কায়থোক্লুনা য়েন লোইজে । অহাঙবা মতমদা ফি শাজে । অদুবু খোঙজেল য়াঙদবা মরাথোন লমজেনগুম মাগী শেন্দোন পাক কোকপা ঙমদে ।

কোম্হোঙ হাঙদোকখিবগী মখোল তায় । সাইকল ক্রোক ক্রোক ইল্লকই । শূমাং মতোল য়ৌরকপদা সাইকলনে করিনে পুল্লপ তুখি । পাখৎচৈ লৈবাক্লে । ইবোতোম্বগী মনাক তম্না চেন্সিল্লকই । “ঙসাইসু চাক চাখিদে । হুজিকসু জ্ঞান তাদখৈ, ওম্হোকপনিদকো ।” হায়না হায়না হৌগৎলি ।

- করিগী ওম্হোক্কদৌরিবা । ঙমদ্রগা নয়ূম অমা পানখো । কৈন্যা কখোকপীগে । ঐনা নঙবু লৌরুবসে য়াম্না শোয়রবনি । ঐহাক য়ূম পাল্লমদবনা ফবনি । নঙ লৌরুবদগী ঐহাক মীগী খদাং মখা থারে । পুন্সিসে নুংঙাইফম খঙদ্রে ।

মরী মরী লৈয়েং ফাইনা হায়থরকই । হুজিক্তা হৌখ্রবা পুন্সি লমাই ফাক্কত্তুনা মোমোন্নরমবা মাইথোংদা পি শিন্থরকই । চিংবোই থাংবোই ইমুং য়ৌনবা পুশল্লকপদা নিংথমগী ইংলবা অহিংদুদা হুমাং তাই । অমুক চাক চাও য়াদ্রে তূমখ্রে । অশিবগুম ফমুংদা তাখ্রে । ঙসিগীসিনা অহানবা নত্তে । হৌজ কয়ারক অসুম্না লেনখ্রবনি । মপামগী কাংবুনা খঙলক্লবদি খন পাখৎচৈ । অঙাওবা মপুরোইববু মথম্মোয়দগী ইম্হোকচবসু ঙমজদে । খোংউপ লৌথোক লৌথোক্না মমিত্তগী মপি খাম্বা য়ারক্তে । ব্রারৌফম লৈতে তাইনফম খঙদে । মখোল থোক্তনা থম্মোয়দা কপচৈ ।

- ঐমুক লাইবক থীবীসিবু লৈরমখিগদ্রা ?

মপুরোইবগী লাইবক্তা তারিবা অচাইবা মশমশিংদু নানখৎলম্বদগী জ্ঞান তাদনা অশিবগুম তূম্লিবা ইবোতোম্বগী মথবাক্তুদা মমায় উপশিন মখোল থোক্লা কপলকই ।

- পুন্সিসে অসুম্না অসুম্মক নুংঙাইফম খঙদনা লোইশিল্লদ্রা ? ব্বাহৈ অমকাও ফোঙদোকনিংঙাই তাঞ্জা পীদ্রেদকো । মচাগী মনা হূৎপগী ব্বারী চাক চানা চানা তান্নজগে খল্লস্বী লৈবাক্লৈ হুজিকসু চাক চাদনা তূমথবা থেল্লকই ।

ঙসিদি তলব ফংবা নুমিৎনি । মচানা ঙসাই চৎলমদাইদা "বাবা ঐগী এ:বি:সি" হায়হৌবদু লৈবা চঙলকই । থোক্লকপদা মোরে সেন্দল অনিমসু লৈরকই । লৈবাক্লৈ মবানিগী তুমশল্লবা দুকান্দারনা উরবদি ব্বারৌগদবা সেন্দল অনিদু নীংশিংলকপদা মথন্তনা ইকায়বগী মীনোক অমগী মমি মাইথোঙদা তারকই । থোঙগাল লান্সিল্লকপদগী কৌরকই - বুংঙো নঙগী এ. বি. সি ।' সূমাং ময়া য়ৌশিল্লকপদা সাইকল ষ্টেন্দ থাদরগা মচাবু থাংগত্তুনা চুপ্পকই । মাংগোন্দা মপা মচাবু য়েংলগা মোমোন্নরিবী মঙোন্দা ওন্সিল্লগা হায়রকই - "সাইকলদো ইনখৎলকও । ঙা মচা অমসু য়াওরিবনি । ইবান্নিগী সেন্দলসু । সে দুকানগীসু মীগী সেন্দোয়সু পীরমদ্রিবনি ।" পৈশাদু পীশল্লকই ।

তূম্লিবা মচাগী মমায় নান্না নান্না হায়রকই -

- দুকানগীগা মীগী শেন্দোয়গা পীথোকখ্রগা ইরেম লেল্লরোই । ওফিসতা মরূপ অমা হৌনি হায় ভায় চাউবগা ঐগা সিয়ার অনী শারগা ঐনা অহানবা লৌগে হায়নরে । অদুগা শেলসে শিংদোকখ্রসি । অদু ওইরবদি মরূপকী শেনখায় হুন্দোকখ্রগা খরদি লেল্লনিদনা ।

লৈবাক্লৈগী থম্মোয় ঙসিদি কুমগী নোং লাকপদা অকনবা লৈতংগায় মরক্তা থিনগত্তুনা লৈশাং তম্লকই ।

- কৈদৌনবা নহাক্কীদমক লৈরগা লোইরবদুদা । ঐগী মথঙ থাদা লৈরবসু য়াই অমুক সেন্দল লৈশিল্লক্লিবদো ।

মচাবু নাল্লম্বা মখূত্তুনা লাইবক্কী অচোইবা শন্নাংদু হাইগৎলকই ।

- ইবেম্মা য়াম্না লৈনীংবজাৎনি । নয়ূমদা লৈরিঙৈদা চানীংবদা চা শেৎনীংবদা শেৎ তৌদুনা লৈবস্নদগী ইনাক্তা লৈরবা নুমিত্তুদগী হৌনা হুজিক ফাওবদা কয়া ব্বানা লেল্লিবা । ঙমদদুনা তৌবনি নখোঙদগী নকোক ফাওবা সনানা য়োম্লবসু পেল্লোই । ঐসে নঙবু করিমত্তা খন্দবা মাল্লব্রা ?

পাউখুমদি মপূরোইবগী মথানুংদা মমায় লোৎচ মখোন থোক্ত থম্মোয়না খুল্লকই

- ঐমুক লাইবক ফবীসিবু লৈরমখিগদ্রা ?

*ভানুমতি নাওরেম*

*******

# লংদাই

চহি ১৩ শুরে লিম্থোইনা লুহোংদুনা ইমুং অসিগী মৌ ওইরকপা - অদুবু ঙসি ফাওবদা "ইমা" হায়বা নুংশিরবা মীকৌ অসি কৌবিনবা লৈতে । লুহোংবা মতুং চহি অনী হায়রকপদা থা মাপনখক্তি লাক্কদৌরিবা থবায়গী মণিদুগী বাখলদা মঙ কয়া মঙজখি । অদুবু তাইবং ফাওরমদাই নুমিৎ শীংবুল খরতা ঙাইরক্লবা মতমদুদা খোঙফম শোয়দুনা শিরিদগী ওন্থবদা তাইবঙ ফাওগদৌরবা থবায়দুতা নত্তনা মশামক ফাওবা থবায়গা হকচাংগা শেংনগে তৌরকখি । লাইবক ফবরা থীবরা হিংবদি হিংহৌই । অদুবু পুন্সিগী ওইনা মমাগী মীংথোলদি মুনবিখ্রে ।

মাগী মপুরোইবা চীংলেন মাগা য়াম্না নুংশিননা লৌন লৈনজরকপনি । হুজিকসু অহোংবা লৈত্রি । অদুবু অহেনবা অমদি লিম্থোইনা লুহোংলকপা নুমিত্তগী চীংলেনবু হান্না নুংশিবদুগী মথক্তা ঈশ্বরমক্লি খন্না থম্মোয়দা লাৎচবনি অদুগা চীংলেন্না লিম্থোইবু ঈশ্বরনা মাগীদমক্তা তম্বীরক্লবা পুন্সিগী লেঙদ্রবা মরলনি খন্না চেকশিন্না থম্মোয়দা কোনশিনজদুনা থম্বদুনি । অদুবু অসি য়ৌনা ব্রাংথ্রবা ফম্বালসিদা মাগী নুংশিবনা মনীং-মখা তৌনা শান্নজবা ফংদুনসু লিম্থোইগী থম্মোয়না লাংতক্লজবা অমদি - থম্মোয় অনীগী লংদাই ওইরিবা "নুংশিবা" হায়বা লংলাদু নোংমা তৎখিগদ্রা হায়বসিনি ।

নহান নোংমা সাহিত্যগী সেমিনার অমদা থবাগা থেংনরুই । মরুপ অনীমক য়ুম্বাল পুন্সিগী থৌরীনা পুনশিনবদগী কুইনা উন্নবা ঙমদ্রবা মতুংদা থেংনরকপনি । মমল য়াম্লবা সেমিনার অদুদগী মরুপ নুংশিবগী লীচিংনা হেনখিদুনা সেমিনার হোলগী নাকলদা হৌরিবা গুলমোহোর মখোঙদুদা ফম্মীন্নদুনা পুন্সিগী অব্রা-নুংঙাই ৱারী লীনরুই । "কয়াদি কুইরে ইবানি

উন্নখিদবা। অঙাংশিং কয়াম চাউরে ? নুংঙাইরিব্রা ? তামোদি কদায়দা পোষ্টিং তারি ? "স্বর হোন্দমখৈ মরী মরী হংথনৈ।

"নুংঙাইরমদৌ মানব্রা ?" নুমিৎচুপ্পা হরাওদুনতা লৈবা মানবা থবাগী মাইথোঙ হোংলমদ্রি। নোকমি নোকমি খুমলকই।

"উম, নঙগী মাইথোঙ হরাও মীনোক হোংদ্রি।"

"হোয়, মদুমক ঐগী মাইপাকপনি মদুন্না খনখিবনা হেন্না ফৈ।"

"করিনো পাউখুমসিদি ফোংঙমদবা পাউখোঙ অমদি য়াওরে।"

লিম্বোইনা খল্লি। "কৈদৌরে থবা ? নঙগী হৌনবী নথম্মোয়দা লোৎলিবা চৈনাদু, লোৎশিনবগী হৈনবীদু ঙসিসু হোংলমদ্রি। ঐনা ফোঙবা ঙমদবা পাউখোঙদু চল্লনু। ঐহাক খঙনিংবনা লোইরে।

"ঐনা ফংলিবা মৈচাকসিমদি ঐনা খ্বাইদগী নুংশিজবী নঙদি ফংদবা ওইয়ু।" অমুক্কা হেন্না লাঙতক্করকই। ঙাইঙমদ্রবা থম্মোইদুনা লাংতক্কবগী মমি মাইথোঙদুদা তারকই। তহানা হায়রকই, "ঐবু তাহল্লু থবা থম্মোয় মৈচাক্কু খরদং ওইরবসু মৈশা হম্বব্রা য়েংঙু।

অকংবা মীনোক অমা নোক্লদুনা থবানা হায়রকই - "শেংলবা থম্মোয় অনীগী তাইশিনফম ওইরিবা তৎলবা লংলাদু পুন্সিগী ওইনা থদৎপা য়াদবদগী কিশি থাংলবা লংলাদু হঞ্জিন হঞ্জিন শম্নবা হোৎনবদা ঐদি চোকথরে।"

মঙদা ফাওবা মঙদ্রিবা অমুক্ত ফাওবা খল্লুদবা থৌদোক্লা থাজবা মাঙহল্লবা মপুরোইবগী লমচৎপু নীংশিং অখাংকনবী শাদুনা কায়রবা থম্মোয়বু লোৎশিন্নবা হোৎনরিবা থবাবু উবদা হীকথরবী লিম্বোইনা তহানা হায়রকই, "করিনো, হায়রিবদুবু ? অমত্তা ওইখ্রবা থম্মোয় অতিয়াদু করম্বা মীৎকুপ্তা অমঙবা নোংনা খঞ্জিনখ্রিবনো ?"

"খঞ্জিনখিবা নত্তে। মচেৎ কয়া থোক্লা লৌখৎপা য়াদনা থুগায়রল্লবনি।"

"মতৌ করম্নো ?" ঙাইঙমদনা হংলকই।

"চেকশিনহৌদ্রবা মীৎকুপ অমদা শম্বল খাহৌদ্রবা, ঐগী ইপুরোইবগী মফমদা থল্লিবা থাজবদো অমুক হন্না শেমগৎ শাগৎপা ঙল্লরোইদবা ফীভমদা মওং থীনা নৈহৎপীব্রে লিম্বোই, নাপল চাওবী শাদুনা ঐহাক অমদি মহাক্কী

পুন্সিবু অহাঙবা অতিয়াদা মনীঙ তম্না কোইপাই পাইদুনা শান্নরিবা উচেকশিংসিগা চাংদম্নরুবা ঐসে খ্বাইদগী অপঙবী ওইরম্লে । শেন্নহৌদবা মীৎকুপ অমদা ঐগী থাজববু তুংওইনরম্লগা, ঐতগীনি খঞ্জরম্বা মহাক কনাগুম্বী অমগী মকাদা য়ারেক্লুরে ।"

"অদুদগীদি"-

"পুন্সিবু অর্থ লীশীং থোক্লা হন্দুনা হীংবগী মহাওবু অপেনবা নাইদনা থক্তুনা হীংজনিংবা ঐগী থম্মোয়বু মচেৎ তাহল্লরবদা খাংঙমদদুনা ঐহাক শিরসিরা হায়না ফাওবা খল্লুরে । অদুবু ইচাশিংবু নিংশিংলকপা মীকুপ্তা শিঙমদবদগী মাগা পুন্সিগী ওইনা কাইনরগে হায়বা ৱারেপশি লৌদুনা কোর্ট ফাওবা য়ৌরুরে । লিম্হোই অতাবনদি য়াম্না নোকনীংলগদবা অদুগা ঐঙোন্দদি কোকঙমদ্রবা চৈনা অমা লোইনরগদবা ৱানি । মশাগী মরাল য়াজদুনা ঐবু মনাক্তগী চৎখিগনু হায়না মপী তানা নীংঙমদনা লেপ্লিবা মাবু লৃ-তোঙনা শাবা হকচাংদা নত্তনা থম্মোয়সিনফাওবা পুন্সিগী ওইনা ইম্হোক্লম্লগে খন্না হন্না ফাওবা য়েংলমদনা খোঙ থাংদোক্লকুবা ঐহাক ইচা অনীনা খুৎ নাম-নাম পায়রদুনা "ইমা ঐখোয়দি বাবা নবানিগা পুন্না লৈবা পাম্মী" হায়না কপ্লকপদা ঐগী ৱাশক ঙাকপা ঙমদনা কায়খ্রে । হুজিকসু ঐহাক ইচাশিংগী য়েংদুনা থম্মোয়দা খাংঙমদবা মৈচাক অমা পুদুনা হিংলি । ইচাশিংগী নুংঙাইজবদা পেনথোকপা তমদুনা ঐহাক নোকলিবনি থম্মোয়দদি খাংঙমদবা চৈনা অমা পুন্সিসিনা লৈরিমখৈ পুবদা তারে ।"

"হুজিক মহাক্লদি নংবু করম্না থাক্তা থল্লিবা ?" স্বর মপী অশাংবা অমা হোল্লদুনা লীম্হোইনা হংলকই ।

মহাও য়াওদবা মীনোক অমগা লোয়ননা থবানা খুম্লকই "হান্নদগী হুজিক্লা হেন্না লুনা তৌই । অদুবু লিম্হোই- পেনবা হৈত্রবা থম্মোয়সিনদি মতম অমগী পুন্সিগী মহাওদু কাউবা ঙমদ্রে । অমুক হন্না ফংগনিসু থাজদ্রে । পাক্লবা সমুদ্রগী ইপাকসিদা ইনিং তম্না ইরোয়দুনা শান্নজরবসু থুমহী চেল্লবা ঈশিংসিনদি ঐগী খৌরাংববু কোকহনবা ঙমদ্রে ।

সেমিনার লোইশিল্লক্তুনা ময়াম থোক্লরকপদগীদি মবানিগী ৱারীসু লোইশিল্লে ।

লৈরিবা ব্রারীগা চানদনা হরাও মীনোক তম্না থবা লৌবা লাক্লিবা মপুরোইবা থানিলবু উবদা লিম্হোইগী থম্মোইদা শাউনিংবা ফাওরুই । মশাবু লাকশিল্লগা "মতম চপ চানা য়ৌবিরকএ তামোদি ।"

"হোয়, লীম্হোই নহাকসু লৈরম্লিদনা ? লৌবা লাক্কদবা নত্রা ?

"হোয় তামো" - অদুগা গাড়ি কাখৎলুরবা থবাবু অমুক কৌথরুই । নাশোন পীক্লা হায়রুই,

"নংবু মানা কল্লকপা হীরম অমদি চেকশিন্না থম্মুকো থবা ।"

"উম" হায়রম্লগা চৎখ্রে । লিম্হোইনা ফুমবংননা লেপ্তুনা য়েংহৌরি ।

"লোইদ্রিব্রা ? চৎলসি ।" চীংলেন্না কৌরকপদা জ্ঞান খংতা তারকই । "য়ারে চৎলসি ।" মপুরোইববু মুন্না য়েংলুই । থাজবা ঙমলক্তে । ব্রা ইঙাঙ ঙাঙনদনা ময়ূম য়ৌরকই । য়ৌরকপগা মশা নুংঙাইতে মকোক চীকই হায়দুনা মফী হোংদোক্লগা ফম্মুং চংখ্রে । পীক্লিবা মচাশিংদুগীদমক্ত, ঙাকপীবা ঙমদনা থম্মোয়নুংদগী ইম্হোক্লসু মপাম্হোংগী হকচাংনা ব্রানা খাংঙমদবা মৈচাক অমগা লোয়ননা নুংঙাইবা শাদুনা মপুরোইবগী মনাক্তা হীংলিবী থবাগী মাইথোঙ হন্না হন্না উরকই । পুম্নমকসি ওইদুনসু থবাগা থানিলগগী থম্মোয় অনীগী লংদাই ওইরিবা নুংশিবা হায়বা লংলাদা কিশি কন্না থাংদুনসু 'ইচা' হায়বা লংলানা হঞ্জিন হঞ্জিন তাইদুনা পুন্সিগী ওইনা তৎপা ঙল্লরোই । থংনবা মীৎকুপ্তা মশাগী পুন্সিবু নীংশীংলকই । ব্রাখলদা চোকথরবী লিম্হোইনা মথন্তা শোনজরকই - "ঐগী পুন্সিগী লংদাইদি নামতা ঙায়রবা লংজাসিনা তৎখিবা মীৎকুপ্তা অমুক হন্না তাইশিনবা ঙমখিগদ্রা ?"

*ভানুমতি নাওরেম*

*******

# য়ূম লেপ্পা

ইবোহল মমা মপাগী অমত্তা পোকচবা মচানি । মপা নৌনা কায়নখ্রে । মমা লুখ্রাবীনা ৱানা য়োকচরক্তুনা মহৈ-মশীং তমহনবীরক্তুনা হৌজিক্তি ওফিস অমদা কেরানী ওইদুনা মখোয়গী ইমুংদু মচীঞ্জাক কাবক কাবক চাজবা হায়বদু ওইজরে । থবক তৌবা চহী ফারকপদা হান্না নুংশিনদুনা লৈবা মেম্মীগা চেলহোঙ ওইনা নুপা ময়ূমদা হোঙদুনা য়ুম্বালমীন্নরকপা চহী মঙা তরুকলোম হায়রক্লে । মমা মপাগী অনীংবগী মায়োক্তা থবক তৌই হায়না শাউদুনা মেম্মীবু মমা মপানা ইস্থোকপীখি । মমানা শিরমদাইদা মচানুপীবু অমুক্তং উন্নহনবীনবা হায়জবদগী লৌখৎপিখিবনি । মপাম্মা থওইবিদ্রবসু মেম্মী মপূরোইবগী ময়ূমদা নুংঙাইনা লৈজে । মপূরোইবগী অমসুং মনেমগী নুংশি মীৎয়েংখাদা নোংমতসু অৱা-পোৎলুম্নখিদে । মোৎ তিন্ননা অৱাৎ-অপা লৈতনা নুংঙাইনা ইংনা চীক্লা পানবা ইমুং হায়বদু ওইরম্মী । ৱারিবা হায়ববু মচানুপা য়াওদে অসিতনি । মচানুপী অতোনবীদু পোকপদা অশোয়বা অমা য়াওখিবদগী অমুক হন্না মমা ওইবা ঙমলরোই হায়না ডাক্তরনা হায়রকখিদনি । মসিনা মনেমগী চীন্তা পোৎলুম ওইহল্লি । মপূরোইবনদি করিসু খনদে । মচানুপীশিংবু মতীক চাবা মীঅমমম ওইনবা শেম্বীরগা লোইরে খল্লি । মরক মরক্তা মনেম্মা মসিগীদমক হেকহেক মচানুপাগা লংখৎনরকই । ঙসিসু পৃথিবিদগী ঈশিং শোক্লুরগা মাংগোল দারী কাখৎলকপদা মনেম্মা মপূরোইবদা হায়রিবদু তাবদা মেম্মী খঙলেপ লেপ্লী । ইমুং তান্না চঙশিনবা ঙমদদুনা মাঙ্গোলদা অদুমক লেপ্তুনা লৈরে । মনেমনা ইবোহলদা হায়রকই -

- ইবুংঙো, ইমানা হায়রিবসে অমুক্তদি খঙ্গৌ । ঐসু মাবু নুংশিদবা নত্তে । মহাকপু কায়নরো হায়বসু নত্তে । অদুবু শাগৈ মুৎপদি তৌহৈদে ।

- ইমা ঐ সুকঙম ঙমলোই । নুপীদি মী নত্তব্রা ? নুপীনা যূম লেপহৈদে হায়বা লৈব্রা ? মতীক চানবা শেম্বীরগা লোইরে । নুপাদগী নুপীনবু হেন্না মমা-মপা নীংবনি । ইমানা নুপা পাল্লগা ডাক্তরদা হায়নরগা অমা পুরক্কে ।

- ইমাইপেম্মা পামজদে পামজদে । শাগৈ জাৎ মশক খঙদবা মচা য়োক্কুনা শাগৈসিবু মাংথোকপা । য়াদে য়াদে হায়দুনা ঙাঙনা ঙাঙনা মপাল্লোমদা থোরকপদা মেম্মী জ্ঞান খংতা তারকই । মনেম্মা মঙোম্দা ফল্লপ য়েংলম্লগা থোঙ্গাল্লোমদা থোকখ্রে । মহাকসু চাকশঙদা চঙদুনা ঈশিংদু থল্লুরে । থোরকপদা মপূরোইবনা কৌশিল্লকই ।

- তারিব্রা ? সিদা অমুক্তা চঙলকউ ।

করিসু তৌদবগুম হরাওশিন্নদুনা হায়রকই, করি তাকপীগদবা ?

- অঙাংশিংদি কদাই কদাই চৎথোকখ্রে । ছুটি নুমিৎনি হায়দুনা কোয়-লংদুনা শান্নদুনতা লৈথোকহনগনু । নহাক্না মখোয়বু কুপ্না শেন্নগদবনি । ঐখোয় অনীগীদি মখোয় অনীবু মতীক চাবা মী অমমম ওইনবা শেম্বীবম্না হায়বসি তঙাইফদবনি ।

মেম্মীনা হৈনিংদনা হোয় হায়দুনা খুম্লকই ।

মেম্মীগী হৈনীংদবা মতৌদুদা ইবোহলনা, "কৈদৌরে ? নশা ঙমদ্রব্রা?" হংলকই ।

মেম্মীনা "করিসু তৌদেদা" হায়না খুম্লকই ।

মমানা ঙাংলম্বশিংদু তারব্রা চীংনরকই । অদুনা ইবোহলনা অমুক হায়রকই । "ইমানা মনীং থুংদদুনা অহল ব্রাখল ওইবগী পংঙাঙ ঙাঙজবনি মদুদা নহাক ব্রারৌগনু । ঐনা কৈদৌনুংদা য়াগদবা লৈতে । ইচাশিং অমদি নহাকপু খক মীরাইরোই ।"

মেম্মী মপূরোইবনা হায়রকপা ব্রাহৈশিংদু তারগা হেন্না হেন্না মিত্তগী পি শীন্থরকই । মপূক্লীংদা মপুরোইববু থাগৎলকই । ইবোহলনা মেম্মীগী শিন্থরক্লিবা পিদু মখুৎমক্না তৈথোকপীরকই । তাঞ্জদুদা শান্নবা চৎখিবা মচা অনীদু মমাবু কৌদুনা চাক চারগে হায়দুনা চেনশিল্লকই । মমা-মপাগী মতৌদুদা তিংঙক তিংঙক য়েংদুনা লৈরে । ইবোহলনা চঙশিল্লক্কুনা মচা অনীবু

কোনশীন্দুনা চূপ্পগা হায়রকই । "ঙসিদি ছুটিনি । পার্কতা কোয়রুসি চাক চানবা তৌরসি । ঐ ইরুজরুখিগে" হায়রন্নগা পৃখ্রিরোমদা খুদৈ সাবোন পায়দুনা থোকখ্রে ।

মন্না মনিন নাইদনা চহী অমরোম হৌখ্রে । মেম্মী মপূক্রিংদা মপূরোইববু থাগৎচৈ । ঈশ্বরমক্তি খল্লি । মহাক্কী পুকচেল অসিগীদমক চাউথোকচৈ । মনেমদি ঙাঙদবা হংদবা য়াদবা খরা নত্তনা ব্রা-লান ইঙাঙ ঙাঙখিদ্রে । মপূক্রীংদা মচানীপাবু ব্রারৌখ্রমাল্লে । অদুবু তুমীন তুমীন চৎপদি লেপ্তে । মরক মরক্তা মমা-মচা ঙংখৎনবসু তায় মরোন্দি খঙদে । অদুবু কয়া থৌশারুদ্রে মপূরোইবনা য়াগদবা লৈত্রে খন্দুনা । নৃংদসু তক্ক তক্কগা তুম্লকই । ইবোহল মমানা ময়ুমদা কপ্পগা ঙাঙবগা তৌবতা নত্তনা মমান্নবসিংনসু ওফিসতা ইতৎ তৎতনা মমাগী মনীং থুংহন্নবা হায়জিল্লকপদা লৈতাফম খঙলক্তে । ইমুংদা ঈশৌ লাংলকই । মরক মরক্তা মথন্তা উংদুনা লৈবা হেক হেক থেংনৈ । মেম্মীনা কৈদৌরে হংলুরবসু করিসু তৌদে হায়না হেক্তমক থৈদোকখি। মেম্মীসু মপুরোইববু চীংনরক্লে । অদুবু অমুকসু খল্লকই মনেম্মা নীংবা থুংজরসনু হায়না । থম্মোয়নদি লোন্নবী নুপী অমা ওইনা পুন্না লৈমীন্নবা হায়বদুদি য়ানীংদ্রে । অসুম্না অহল ওইনা লৈরিবা মনেম মপূরোইবা অমদি মেম্মী অহুমগী থম্মোয়দা তোঙান তোঙানবা ব্রাখলগী লান থেংনরি । ইংনা চীক্লা লৈজরম্বা ইমুং অদু মৈগী কুন্দগুম চাকখৎলক্লি ।

নোংমা মমানা ইবোহলদা অরোইবা ব্রা হায়রকই। নুপীমচা লৈশাবী অমা হায়নরুরে । মমা-মপা কনাসু লৈত্রে মনেনা য়োকপনি । নহাক্লা মসিদা য়াদ্রবদি ইমা য়ুমসিদা লৈররোই । শ্রীধাম বৃন্দাবন্দা চৎখ্রগে । মফমদুদা ইমাগী পুন্সি অসি লেপ্লুবগে ? মমাগী মতৌদুদা ইবোহল খুম্ফম খঙদে । তুমিন্না সুন্দ্রংদা য়েংদুনা লৈ । মমাগী ব্রাখলদদি মচানুপানা তুমীন লৈবদু য়ারবনি লৌদুনা লুহোংনবা থৌরাং তুমীন তুমীন তৌবা হৌরে । নুমিৎককা হান্না লেপথোক্লুরগা নোংমা নুমিদাং অমা ইবোহলনা থবক হল্লকপদা নুপীদু চেল্লুরে, মমান্নবা বীরেন তোয়দা লৈরে হায়না বীরেন্না ইবোহলবু কৌথোক্লুনা হায়রবে । ইবোহলনা শাউদুনা লাউবা তাদুনা করি তৌরবনো হায়না মেম্মীনা চেম্থোবকপদা ঙাঙনরিঙা পূম্নমক্তু তারদুনা তপ্পা হায়রকই । "ফবে তামো

বিরেন, ঐ হৌজিকমক লৌবা লাকচগে ইমাগা লোয়ননা ।" হায়রম্লগা মফি মরোন হোংদোক্লুনা ইবোহলনা খাম্বা য়াদনা মনেম পুদুনা থোকখ্রে । ঙহাক লৈরগা নুপীদু পুরক্লুনা চাক ঈশিং চাবা লোয়নরগা অঙাং অনীদু মৌ অনৌবীদুগা কা অমদা থম্লুরগা মপৃরোইবা অমসুং মনেমগী মমাংদা মেম্মীনা হায়রকই । "ঐ নুপী অমা ওইনা নুপীগী পুন্সিবু অসুক্কী মতীক মমল লৈনা খঙ্জে । অদুনা লাক্লিবা ইনাও অসিবু মীরাইবীগনু । ইমাগী নীংবা থুংহনবীয়ু । অদুগা ঐদি অনী লোনবগী লোন্নবী ওইবদি খক ঙমজরোই । ইচাশিংসু করিমত্তা অয়েৎপা পীহঞ্জরোই । ঙসিমক ইচা অনী পুদুনা ঐ ইপামদা চৎচখ্রগে । মসিমত্তংদি ইমা অমদি ইপৃরোইবা অনীনা য়াবীয়ু" হায়দুনা খুরুমলকই । অদুগা হায়রকই । "ইমা নুপী ওইবীশিংনা মচানুপা পোক্তবা নত্রগনা মচা লৈতবা হায়বসিবু নুপী খক্তগী মরাল ওইগদ্রনে। নুপা-নুপী হকচাংগী ফিভম খেন্নবা নত্তনা করিদা খেন্নবা লৈবগে । শাগৈগী ধারা মুৎতনবগীদমক থম্মোয়নুংগী পেন্দবা কয়া খাঙদুনা লৈবা ঙন্নী নুপী অদুতবু মপৃরোইবা নীংবী সতী কৌনগদ্রা ? কৌনিংবা কৌজরসনু মদুদি ঐ ঙমলোই" হায়রম্লগা মচা অনীবু খুৎ শমদুনা অমম্বা মরক্লুদা থোঙ্গাললোমদা থোকখ্রে । ইবোহলনা হন্না হন্না কৌজবদু মেম্মী অমুক হন্না খুমলকখিদ্রে । ইবোহলগী খোঞ্জেলসু অমম্বা মরক্তা তিনখ্রে ।

*ডা: চন্দ্রকলা চিঙ্গাংবম*

*<u>ডা: চন্দ্রকলা চিঙ্গাংবম (ফেব্রুৱারী ২৫, ১৯৫৯) :</u> অৱাং পোংশঙবমদা লৈ । এম.এ. পি. ঐচ. দি. (লিংগুইষ্টিক্স) নি । শিনফম ওজানি । মণিপুরী লৈটরেরী সোসাইটি অমসুং ইমাখোল (ইরমদম মীয়ামগী অপূনবা খোর্জেলুপ) কী একতিব মেম্বরনি ।*

*******

# লাইবক

ঙসি শরত অমসুং শীলাগী লুহোংবা নুমিৎনি । অয়ুক অঙনবদগী পোৎপাং অমসুং পোৎয়েং শেল পীবা লাকপা মীনা অতৎ-অথম লৈতে । অমা থোকখি অনী লাক, অনী থোকখি অহুম লাক । লাক্লিবা ময়ামদুগী সেবা হোৎনবদা লৈকায়গী অমদি ইমুংগী মীশিং অদু মথৌ লোইনা চিন্নে । মীশিংদুনসু লৈরিবা অউনপোৎশিংদু উবদা মহে মহে ঙাঙনরকই । মখোয়গী অউনপোৎসিদি ওস্থোক্লা যামখ্রেদা, পোৎনা ফজরিবা য়েংবদা মীৎ পেনবা ঙাক্তা শেলবু ওস্থোক্লা য়াম্না চঙলমগনিদা । অমনা অমুক হায়রকই । ঐখোয়দা ওইরবদি ইচা নীঙোল অহুম মরী হোংবা কোন্নরনি । অমনা অমুক হায়রকই । বর কন্যা ওইগদৌরিবা অনীমকসু মতীক চাবা থবক অমমম তৌরবা ঙাক্তনিদো মমা-মপাসু মীনা শকখঙবা ইনাক খুনবা ঙাক্তা ওইরবনিনা নুপাগীসু নুপীগীসু অব্রাৎপা অমত্তা হেক লৈনদে । নুপা ময়ূমগীসু য়ূমদুনা ফজরিবা হৈজীংপোৎকী অচা-অথক্লা ফজনা তৌরিবা অব্রাৎপা অমত্তা হেক লৈনদে । মশা মশাসু হান্না খঙনজবা অহল মশেনসু য়ানবা মরাইবক ফবা হায়বদো মখোযসি ওইবা তরে । হোয়, হোয় ইচে, নুংঙাইবনা তৌথোরকপদি ইন্দা ফজৈ হাযবদুনি । কন্যাগী গাড়ী, ফি শুনবা মেছীন, অব্রাৎপা অমত্তা য়াওদে । সনা, লীক-খূজি সনা মুহোর কুন কুম্থামুক শুরমগনি ।

ঙাঙনরিবসি অহল-লমন্দা নত্তে । মমান্নবী লৈশাবীশিংসুনি । লক্লবোইনা শীলাদা হায়রকই । মীগী মচাদি মরাইবক কৈদকো । নুংশিবা নুপাসু থুংনবা, থবকসু তৌরবা, অউনপোৎ ফংঙে অব্রাৎপা অমত্তা য়াওদে । অহেনবদনি । মমান্নবী সরযুসু ময়ামদুগী মতেং পাংশিল্লকই । মহাক্কী মরাইবকসে নখোয় ঐখোয়দসু থোকচগে হায়দুনা মাঙোন্দগী বর নীজহৌসে । ময়াম ব্রা লাউনা নোকলকই । শীলাসু মোমোন নোক্লা মরু লুকথদুনা কুন্দো

পরেং লেংবা হোৎনরি । সরযুনা অমুকসু লঙনরকই । ফজনা লেংঙুকো, হৌরেন লৈপরেং ফজদে হায়দুনা ময়ুম য়ৌরগা ফুবীরবদি খাম্বীনবা লৈরোইকো, ঙাঙনা ঙাঙনা অপৎপা খন্দোক্লুনা ফজ ফজবা খল্লগা শীলাদা পীশিল্লকই ।

অউনপোৎ চিংবা লাক্লে হায়দুনা অতৈ লৈশাবীসিং অদুসু থোক্লখ্রে । শীলাগা সরযুগতা ঙায়রে । ঙসাইমখৈ ইকাইদুনা লৈরম্বা শীলাদু মপি ইরা চেল্লদুনা সরযুদা হায়রকই । ঐখোয় অনীনা অহানবা কলেজ কাবদা মখোয়গা খঙনখিবদু নীংশিংলক্লা, নহাকসু লোইথোক্লবা তৌরসিকো ।

- হো: ইবেম্মা ঐখোয়গীদি ব্রাৎলি । নখোয়দবু নরাইবক ফদুনা ঙন্তা থবক ফংলে । নচীন-ননাওসু য়ামদবনিনা ফৈ । ঐখোয়গীদি ময়াম অমা সেমগদবা ব্রাৎলিবা অদুগী মথক্তা থবকসু ফংদ্রি কদাইদগী শেলনা অউনপোৎ লাঙগনি ।
- কৈনো থবক ফংদে হায়দুনা নয়ুম পাল্লরোই হায়রিবরো ?
- নত্তে ! ঐনা হায়বদি হিংনবগী লম্বী হান্না শেমখিনি হায়বগী ব্রানি ।
- ফরে তোক্লসি । নঙগা ঙাঙনবা ঙমজপোৎ নত্তে । লৈ পরেংসিদুম য়ারব্রা য়েংঙু ।
- য়ারে ইবেম্মা বর-কন্যা অনীগী ঙকশমদা ঙানথোইরনি হায়দুনা লৈশিং অসিনা মোমোন নোকচরিবসি ফজদ্রা ?
- হিংচাবী নঙসিমা !
- হোরেনদগীদি হিংচাবী ঐখোয়কাসে কাওথোকখ্রনিনে ।
- ঐদি নঙবু সুঙকাউ কাউবা ঙমলোয়বো ।
- অওইব্রনে ।
- অওইবনি । অঙাং ওইরিঙৈগী লাইফদিবী শান্নবা চেগাই লংবী, অমাং কোরী (উলাউবী) পুম্নমক মিত্তা শঙ-শঙ উরি । নুমিৎ খুদিংগী উনদবা ঙমদবদু হোরেন্দগীদি পাক পাক উনররোইকো হায়দুনা মবান্নী কপমীন্নদুনা লৈরে ।

মতম্না অসুম হৌখিদুনা লুহোংবা লোইরে । মীয়ামদুনা বর কন্যা অনীমক

মশকসু লোইনা ফজে মতীকসু লোইনা চায় থাক চপ মান্নবা হায়বদু হেক থোক্লে হায়নৈ থিনবগী মতম ওইরদুনা মমা-মপানা মঙ্গল আশির্ব্বাদ পীদুনা থিনখ্রে। মমাদি চৎহৈদে হায়দুনা কপ্লা কপ্লা মচাবু য়েংদুনা লৈহৌরে। গাড়ী ময়ামদু বেন পার্টিনা মাঙ থারগা মথং মথং যাত্রা পুবীগী, বরগী, কন্যাগীগা মরী মরী লেংদুনা তপ্লা তপ্লা থৌরকই। য়ুম য়ৌগদবা নকশিল্লক্লবদুদদি বরগী গাড়ীদু ময়ামদগী মাঙ থানা থৌগৎখ্রে। খরা চৎলগা আর্মি গাড়ী খরা মথং মথং লাক্লুনা লুহোংবগী গাড়ীশিংদুগা মায় মায় ওনশিন্নদুনা থৈনৈ। খঙহৌদনা অহৌবা মখোল অমা পোকখায়রকপদু তাবদা মহৈ মহৈ গাড়ীশিংদু লেপনরকই। করিনো খঙদনা ময়াম তুমীন তুমীন লৈনৈ। ঙহাক লৈরগা বেন পার্টিদুগী মরক্তগী অমনা চেল্লক্লুনা বোম পোকখায়বদা বরগী গাড়ীদু ওল্লগা নালাদা তাসিনখ্রে হায়দুনা লাউরকই। মদু তাবদা কন্যাদু অমুক্তং খংলাউ লাউরম্লগা লেকথদুনা মমান্নবী সরযুদা তুশিল্লকই। বরগী য়ুম য়ৌরমদনা থুনমক কন্যাদু হোসপিটালদা পুদুনা লাইকন্নখি। নোংঙাল্লকপগী খবরগী অহানবা লামায়দা অসুম্না ইরম্মী ঙরাং বোম পোকখায়বগী থৌদোক অমদা লুহোংবগী বর তোংবা গাড়ী অমদা পাম্বদগী নলাদা ওন্থদুনা বর য়াওনা মী মরি শিরে। মীপুম খুদিংনা থৌদোক অদুবু নীন্দা তৌনখি। শীলানা জ্ঞান তারকপদা মমা-মপা অমদি সরযুনা কোয়শিন্দুনা হোসপিটালগী ফমুং মথক্তা লৈরম্মী। মহাক্লা জ্ঞান তারকপদুদা হরাওরদুনা মমা-মপাদি মাগী চানবা লৌবা চৎখ্রে। সরযুগা মাগতা ঙায়রদুনা ঙরাং লুহোংবগী থৌদোক্তু মমি-শামি নীংশিংলকই। মপি ঈরা চেল্লদুনা তনীক তনীকপা খোঞ্জেলনা হায়রকই - "সরযু ঐসে লাইবক ফবীনিকো" হায়দুনা মশাদা নানবীরিবা সরযুগী মখুত্তু চেৎনা পায়শিল্লকই।

*ডা: চন্দ্রকলা চিঙ্গাংবম*

*******

# মচা

ইম্ফালদগী খরা থাপ্পা মফমনি। চাউরাক্লা কিলোমিটর কুনমরি/মঙাদি ওইরমগনি। ফনা গুন্না খোঙশাল্লকপনি যৌবা কৌবা নাইদে। গাড়ী তোংবদা হকচাংসি ইচোক চোকথরে। যৌগদবা কয়াম ব্রাৎলিবগে? ব্রামল্লদুনা ঐখোয়বু লৌবা লাক্লিবা ক্লবকী সেক্রেটরীদুদা হংলুই। যৌগদৌরে ডাক্তর, হায়রগা ড্রাইভরদুদা লমখাই অমদা হাইজিন্নবা হায়রকই। অতোং-অকুং নাইবা নুং খরা তাক্লি তাক্লি চাইথোক্লুনা লৈবা লম্বী অমদা গাড়ীদু থৌজিল্লি। তোংলিবসিংদু গাড়ীদুনা হাইবদা অমগা অমগা ঙাথু-থেংথুনৈ। ঙাইহাক্লুদা খল্লুই লমদমসিবু করম্বা এম. এল. এ নত্রগা মন্ত্রীগী কেন্দ্র ওইরিগদবা। খঙহৌদনা হংদোকখি। লমসিগী এম. এল. এ. কনানো? সেক্রেটরীদুনা খুমলকই। পি. ডব্লিউ. দিগী রাজ্য মন্ত্রী ওইরিবদুনি। ঐ মখা তারুদ্রে। পুক্লীংদদি খল্লি লমদমসিগী লৈঙাকলোয়শিংগী ব্রাখলসে অঙকপনিদকো। মহাক মশাদি ইম্ফালদা ক্বাটরদা নুংঙাইনা লৈরিগনি। নোংমতসু অব্রাৎ-অপা য়েংবা লাক্লিরোই। ভোট মতমদতা মশক উৎলবা নত্তনা। মশাগী লন-থুম তান্নবা, দুকান প্লোট, লৌ-ইখোল লেপশিন্নবা হোৎনবদা নোংমতসু মাবু থাগৎপীরকখিবা প্রজাশিংগী ব্রাখল খল্লুবা শংলমলোই। যৌরমাল্লে, গাড়ী খান্নকপদা মঙলম্বা মঙ কায়খ্রে। পীকতক তৌবা লম্পাক অমদা স্কুল ওইরমাল্লে সেগায়রবা কা মরি মঙাগী সঙসাং অমখক লৈবম্মী। কা অমদা চঙদুনা ঐখোয়না পুরকপা হীদাক-লাংথক, খুৎসু-খুৎলাই পুসিন্দুনা থবক হৌনবা থৌরাং তৌরে। খুঙ্গংগী অঙাং অমসুং মমা ওইবীসিংবু মশা-মউ ফনা থম্নবা সরকারনা পায়খৎপা থৌরাংগী মখাদা এর‍্যারনেস প্রোগ্রাম অমা তৌবা লাকপনি। অহানবা ওইনা তিল্লমলিবা মীয়ামদুদা অঙাং অমবু মশা মউ ফনা থম্নবা করি করি তৌগদবা অমদি মমা ওইবীশিং অমসুং মীরোনবী নুপীসিংনা চাগদবা মচি ওইবা চীঙ্গাক্কী মরমদা লেকচর পীদুনা তাহল্লে।

ঐখোয়গী অনীশুবা থৌরম ওইনা পুরকপা হীদাকসিং য়েঙ্খোকপা অমদি মতম মতমগী লাইচৎসিংদগী ঙাকথোক্লবা টিকা থাবা হৌরে । ঐনা অঙাংশিংদুগী হকচাং চেক তৌই অদুগা ডাক্তর মালানা মথং মথং অঙাংশিংদুগী মমিং, মমা-মপাগী মমিংনচিংবা ইশিল্লি । লৌইগদবা মঙামুক্তা ঙায়রে । মালানা হায়রকই । করিনো অঙাংগী মমিং হংলগা খুমদনা অসুম লৈবীরিবসিবু খরা থুনা লোয়শিন্নবা অমুক্তা হায়বীরকও । অদুদা থংননা লেপমিন্নবী নুপী অমনা হায়রকই । অঙাংসিগী মমিং মনি কৌবনি । মমাসিনা ইবেমহল । মালানা অমুক হায়রকই । মপাগীদি । নুপীদুনা হায় মপা লৈতে । শিখিবা ওইরবোই নীংদুনা অমুকসু মখা তারুই লৈত্রবসু মমিংদু অমুক্তা হায়বীরকউ । হন্দক্তি নুপীদুসু তুমীন লৈখ্রে । অদুগা তপ্না হায়রকই । ডাক্তর মপা মশক খঙদবা অঙাংনি । তাবদা খংপ্রেক খঙঙী । অঙাং মমাদুদা খংয়েং য়েংথোক্লুই । ইকাইবনা মমাইদু ঙাঙশং ঙাঙলদুনা লুরুক্লনা লেপ্তুনা লৈ । য়েংবদা পুক্লীং শুরবী তনৌ তনৌবী মায়থোংদু উবদা মীৎফম হোংবা য়াদে । নুপীদুনা হায়রকই । মমাসি লোম্থোক্তবী অমনি । লাংতক্লবনা খাংঙমদ্রদুনা হংলুই, করিনো হায়বীরিসিবো ? মপা লৈতবা মচাবু লৈবা হৌনব্রনে ? ঙাঙনা ঙাঙনা মথং মথং চেকতৌবা লোয়শিল্লে । ঙসাইগী নুপীদু খামহৌরগা ব্রারীদু কমদৌবনো অমুক্তা লীবীয়ু হায়দুনা লীহল্লে । চহী অনীমুক্কী মমাংদা নোংমা খুঙ্গংসিগা নক্লনা লৈরিবা চীংয়া অসিদা পেত্রোল্লিং লাকপা আর্মি খুৎপু অমদা লালহৌবা নহারোল খরনা বোম লংশিন্দুনা এটেক তৌখি । মদুদা আর্মিগী মায়কৈদা মী অনী শিখি । নহারোলসিং অদুদি খুঙ্গং অসি ফাওরগা অদুম চেনখ্রবনি । লালহৌবা থিবগী নামাদা অর্মিসিং অদুনা কোম্বিং ওপরেসন চথখি । য়ুমদোমপোক অমদা নুপীমচাসিসু মমা-মচাগী পুক্সি হিংজবনি । নুমিত্তুসু মমাদি কৈথেল চৎখি । মহাক মথন্তা য়ুমদা লৈবনি । য়ুমদোমপোক ওইবনা ময়াম্না লাঙনরিবা পুল্লপ পুল্লপ লৈনরিবসু তাহৌদ্রবজাৎনি অর্মিসিংদুনা য়ুম য়ুম চঙলকপদা মথন্তা লৈরম্বগী খুদোংচাবা লৌদুনা ইজ্জৎ মাংহনবীখি । অঙাংগা ওইবনে মরোলগা থোক্তবনে লাউবসু ঙমদবনা কনানসু মতমদুদা খঙহৌদ্রে । মতম খরা লৈরগা খঙলকপদদি ডাক্তরগী উপাই সিজিন্নগদবসু মতম হেনখিবনা উপায় লৈতদুনা অঙাংদু ফংদুনা মিংচৎ থীবী ওইনা হিংলিবসিনি ।

নুপীদুগী ব্বারীদু তাবদা হকচাংসি তৌফম খঙদে । হৈনীংবা অমত্তা পোকখিদ্রে । খল্লকই, হৌজিকপুদি পীক্লিবনিনা ফরে । খরা চাউরক্লগদি মমান্নবশিংনা মপা মশক খঙদবা মচানি হায়না খৎন-চৈনবদা হায়নরক্কনি মতমদুদদি মমাদা ওনশিল্লক্কুনা মমাবু ওক্তবীনি হায়না ইকাইখাঙদগী শাউজিল্লক্কনি । মচানি হায়দুনা মথানুংদা নুংশিনা কোঞ্জরিবা মচা অসিমক্লা মাবু তুকচরকখিনি । ঐগী সুনিতানা লাইথোঙ সুনা চত্তুনা ডাক্তর কয়া তান্নদুনা ইচা অমত্তং থিরক্কবা তত্তনা ঙংলি । পুক্লীংদা অঙাংদু য়োক্লগে হায়না চপ য়ুংনা লেপ্লে । নুপীদুদা ওনসিন্দুনা খংহায় হায়রুই । হয়েং ঐ অঙাংসি লৌবা লাকচগে নুপীমচাদুগী মমাদুদা খরা হায়বীরম্মু । ঐ খঙত্তী, অঙাংসি কায়নবদা মমাসিনা কয়াম ব্বাগদগে হায়বদু । অদুবু অঙাংদুগী তুংগী পুক্সি অমদি মমা অসিগীদমক খল্লগা অমদি ঐগী নুপীগীসু মনীং থুংনবা অঙাংসে য়োকচরগে হায়জবনি । য়ানবা খরা হায়বীরম্মু হায়রল্লগা থেংলে হায়দুনা য়ুমলোমদা হল্লক্লে । চৎখিবগী অরাবা খোঙচত্তু পুমকাউ কাউখিদুনা নুংঙাইরবা মঙলান অমদা তাউদুনা লাকপনা ইম্ফাল য়ৌখিবা খঙহৌদে । য়ুমদা হনখিবদা বাজার চঙদুনা অঙাংদুগী মফি মরোল অথুম-অহাও খরা লৈরগা থুনা য়াংনা য়ুমলোমদা লাক্লে । য়ুম য়ৌবগা ব্বারী পুন্বা সুনিতাদা তমলে । মহাক্কী হরাওজবা খম থেংলে । নোংঙান্দ্রিঙৈদা হৌগত্তুনা ইমুংগী থবক-ইস্থাং পুন্বা লোয়শিল্লগা ঐবুসু হৌদোরক্লে । মাগী মতৌদুদা লক্কনীংবা অমা পোক্তুনা হায়রুই । "নুপীসে ঙসিদি থবক ফরেদা ।" শাওরঙননা হায়রকই "খরা ঙন্না চৎসেমি । ঐদি অঙাংদু উনিংবনা খাংবা ঙমদ্রে । ইশা পাল্লবদি পাইদুনা চৎনিংলবনি" । মাগী মতৌদুদা ঐসু হৌগত্তুনা লোইশিল্লে । ঙসিদি লন্বীদু য়ৌবা খম্বা নাইদবগুম খল্লি । উচিন নাচিন্না অয়ুক পুং ৮মুক তাবদা মফমদু য়ৌরে । ঙরাংগী নুপীদুগী য়ুম হংলগা চঙলে । নুপীদুগা লোয়ননা অঙাংদুগী য়ুমদা অমুক চৎলে । হান্ননা ব্বারী শারব্রা কৈনো ঐখোয় চৎখিবা উবদা নুপীমচাদু অঙাং অদু পল্লগা ইমুংদা চেনশিনপ্লে । মদু উবদা পীরক্লরোইদ্রা হায়না পুক্লীংদা চীংনরকই । মমাদুনা ফিদা থারদুনা ঐখোয়বু ফমহল্লগা লৈফম্নচিংবা হংলকই । পুম্নমক হায়রগা অহলদুগা লোয়ননা ঙরাং লৈরকপা ফিরোল অচা-অথক্কু পুদুনা ইমুংদা চঙমিন্নরে । অঙাংগী মফি-মরোল শেংচিনবীগে হায়বসু য়াদে অচাপোক্তু পীজৌ হায়বসু য়াদে, মচাদুবু কোল্লগা কপ্তুনা লৈরে । থম্মোয়নুংগী ব্বা

ফোংঙমদা ৱানা খাঙলিবদু উবদা ঐ হায়ফম খঙদনা ৱায় । সুনিতাদা তোক্লসি হায়রুরে । মহাক্লা মমা-মচা অনীমক পুৱ্রসি হায়রকই । ঐনা কয়া য়ানিংদবা অদুদা নুপীমচাদুগী মমাদুনা অঙাংদু থেমদুনা লৌরে অদুগা ঐখোয়দা পীরগা থুনা চৎখিনবা ঈঙ্গিৎ তৌরকই । মমিৎ মনা তথক তথক অঙাংদুবু মফি শেৎপীরিবদু য়েংদুনা মচাবু লৌনবা চেনশিল্লকই । তাঞ্জাদুদা মমানা ফারগা মনুংগী কাদা থোঙ লোনশিন্দুনা থমল্লে । অঙাংদুগী তুংগী অমসুং নুপীমচা অদুগী য়াইফনবনি খল্লগা থুনা য়াংনা মফমদুদগী খোঙশাল্লক্লে । থম্মোয়নদি নুপীমচাদুদা ইরান অমা লঙশিল্লৱ্রা খল্লকই । নাকন্দা য়েংথোকখিবদা সুনিতানা অঙাং অদুবু নুংশিনা চুপ্প্লদুনা লক্লরিবদু উরুবদা পুক্লিংদা ফাওরম্বা অৱাবদু খরা যাংবগুম খল্লকই । অদুগা লোম্থোক্তবী নুপীমচাদুনা মচাবু নুংশিবগা সুনিতানা মচাবু নুংশিবগা কনানা হেল্লগদবা ।

*ডাঃ চন্দ্রকলা চিঙ্গাংবম*

*******

# হামচৎনরবা পুন্সি

মং মান্নস্লবা ঐগী মরূপনি । নুংশা মরক্তা চৎপা মখৈ চৎলুরগা "চীলড্রেন পার্ক"তা ঙাহাক্তং পোথাখিসি হায়দুনা তীকেৎ লৌরগা চঙদুনা ফম্মীন্নরে। ফনবু নুংঙাইরি, অঙাংশিংগীদমক্তা থম্বা লম্পাক অসি অহলশিং মরুওইনা পাখঙ লৈশাবীশিংনা অয়াম্বা ফল্লি । মরক্তুদা ইবান্নিসু য়াওরিবনি । ইবান্নিগী অব্রা নুংঙাই ব্রারী শাফমনি "চীলড্রেন পার্ক" । কফি অমমম থকসি হায়দুনা কৌরে, ঐনা ব্রারী হৌদোক্লুই -

"ইবান্নিসিবু কয়াম কুইনা অসুম্না লৈখিগদগে ?

"খঙদে মতমনা পুরকপদু ঙাইবা তাবনি ।"

মহাক্না হায়রকপনি । হান্নগী হান্না ব্রাহং পাউখুমনি, ইবান্নি য়েংনরগা নোকমীন্নে ।

"ইবান্নিনা তৌরিবা থবকসে ফজনা পান্নবা অমা লৈরবদি য়াম্না নুংঙাইরমগনি ।" ঐনা হায়খিবনি ।

"অদু হায়রগা নিংশিংলক্লে, নহানদি নুপা অনীখক সুম ইনরক্লে অদুগা সুমাইনা হায়রম্লিবা - "ভাই অসিগী নুপী অসি লৌরবদি য়াম নুংঙাইনি, পৈশা য়াম্না পায়বনি । কৈথেলদা পৈশা শান্দোকপনি ।" মশক্তু য়েংনিংদদুনা ঐনা "শুনিংদবা নখোয়দদি কৈদৌবৈ লৈদোয়বা" হায়রম্মীবা ।

"ফৈনে, নঙগীদুদি খরগা থীনা হায়রম্মদি ফদৌনি অউনপোৎকী চৎনবীসে ঐখোয় সিদসু কন্না হেনগৎলক্লি ।"

কফিদু থকপা লোয়শিল্লক্লে । মহাক্না মাগী বেগতগী পৈশাশিংদু অইবা চেজেৎ খরগা পীরদুনা হায়রকই "সে ঙরাংগী খোম্মকপা পৈশাশিংদুনি ।

ইনে মেমতোনগীদু হয়েং নুমিৎ শুগদবনি, অদু ওইরসু মহাক্কী হুনগদবদু ককহৌরগা ঙসি পীবা য়ারোইদ্রা হংহৌই ।"

"চাং নাইনা শিংবনিনা পীথোক্লসু কায়দে ।" হিসাবতু চান্নরবরা য়েংনা য়েংনা ঐনা হায়খিবনি ।

"অদু ওইরদি চৎলসি, পৈশাদু খোমজিল্লুরসি । ঙসিদি লৈবাকপোকপনি ঐখোয় দাদা চারা হেনবনিনা চাক ঙনদবা য়াদে ।"

ইবান্নি থোরক্লে । শামু মখোঙ য়ৌফাৎত্রি, লশ্বী ময়াদা ফন্বী নুপীশিংদু মাগী মাগী লুবাক, থুমোকশিংদু পায়দুনা পোৎলকলোমদা চেনশিন্নখি । অনৌবা ওইনা উবদি নত্রে । ট্রাফিক পুলিসকী গাড়ীদুদগী চোংথরক্লিবা লীচৈ পায়বা পুলিসতুনা চেনবা নংহৌদবী য়োংচাক য়োনবী অমগী য়োংচাকশিংদু গাড়ী মনুংদা লংখৎখি । য়োংচাক্তু মরুসু তোংলে ফজরে, মদু উবদা হেন্না পাম্লম্বসু য়াই । পুলিসতুনা মনীংদা লীচৈনা শেৎ শেৎ কনবদু থৌশাদবমখৈ "খর থনম্মু, লোয়না পুখিনু" হায়দুনা তান্নরি । কুম্মৈদু য়েংনা য়েংনা ইবান্নি কৈথেল পোৎলক্তা হাইজিল্লে । কৈথেল পোৎলক্তনি ইবান্নিনা শেল থাদরিবসি । পোৎফম ফন্বী ইমা ইবেলশিং অদুদা অপীকপা শেঙ্গুং খরা পীরগা নুংত্তিগী মখোয়না থিগৎলকপা পৈশাদু খোমজিনবনি । থেংলে হায়দুনা মানা অমদা ঐহাক্লা অমদা শেলদু নাকল নাকল খোমনরে । লোয়শিল্লকপদা ইমাসিগী পোৎফমদা ইবান্নি থেংনরে । ইমাসিনা শেঙ্গাওদগী পৈশা লৌথোক লৌখোক্লা হায়রকই - "ইবেমসা নয়ুমগা পাল্লুনু, নুংঙাইনা লৈয়ু তু অদা মী ওমশিন্নরিবসি উরবরা ? নুপী অমা মচা য়োকপীয়ু হায়দুনা লৈরিনিনে ।"

লাপতক্লা ঙায়োনফমদা ওমশিন্দুনা লৈরিবদু তাক্লদুনা হায়রকপা ইমাসিগী ৱাদুদা ঐহাক্তি য়েংনিংবনা লোয়রে । মাঙোন্দা ওনশিন্দুনা হায়রুই-

"য়েংলুসিরা ? য়াম য়েংনিংই ।"

"ঙম্মরোই, ঐ চাক থোংদোইনি হায়রগা । ইনে মেমতোনসু ঙাইদুনা লৈহৌই । ঐনা নঙগা পুল্লপ চঙলক্লগা পীরগে হায়রম্বনি ।"

ঐহাক মখা তাদ্রে, ইনে মেমতোনগী পৈশাদু পীরম্লগা ইবান্নি কায়নরে । মহাক্লা সগোলবন্দলোমদা অদুগা ঐহাক্লা শীংজমৈরোমদা চৎনা চৎনা অবোক্কী

চাননবা ঙা অয়ায়বা খিত্তং লৈখিসিরা খন্দুনা অসুম য়েংলকই । ট্রাফিক পুলিস লাক্তবা তাঞ্জা ওইদুনা পোৎয়োনবীশিংসু খরদং নে তানা ফম্বগুম তৌরি । ঙায়োনবী অমগী মমাংদা চঙশিন্দুনা লেপ্পুই । নুপী অমসু মমল তীক্লদুনা লৈরম্মী, য়ানদ্রমাল্লে নুপীদু ঙাদু লৈদনা চৎখ্রে । ঙায়োনবীদুনা শোম্থাংননা শোনখি -

"লমশুবীসিদি ।"

নুপীদু তাখ্রমাল্লে, হঞ্জিল্লক্লুনা হায়রকই -

"নহাক্লা ঐবু অদুম্না উরম্বদি য়াই অদুবু ঐহাক্তি ট্রাফিক পুলিসকী লীচৈ অসিবুদি ঐগী নুপাগী লীচৈগুম্না খক উবা ঙমদে ।"

ঙায়োনবীদু করিনো অমা হায়নবা হোৎনরকই অদুবু মদু থওইরমদনা নুপীদু চৎখ্রে । ঐসু ঙাদু লৈদনা থোরক্লে ।

গাড়ী মনুংদনি, পেসেঞ্জর পুবা জিপনি । মী থন্দ্রি, ঐখোয় অহুম মরিতা মঙাইরি । ড্রাইভরনা অরাকপা মীশিংদু য়েংলদুনা লাউরি শীংজমৈ, ককরা, শীংজমৈ ককরা । নুপী অহুম অমসু চঙলক্লুনা তোংলরে । ফমবগা নুপী অমনা ৱারী হৌদোরকই -

"ঙসাই অঙাং অমা মমানা য়োকপীয়ু হায়দুনা তৌহৌই ।"

"কদায়ৱাইদনো ?" নুপী অমনা হংলকপনি ।

"ঙায়োনফমদনি ।" নুপীদুনা খুম্মকই ।

ঐদি হান্না তারক্লবনি অদুবু মখোয়গী মরক্তা য়াওশিল্লুদ্রে মখোয়না ঙাঙনবদু তাদুনা লৈরে ।

ঐগা মায়োক্লনা ফম্বী মৌ নহা অমনা হংলকই -

"অঙাংদুবু নুপারা নুপীরা ?"

"নুপীনি ।"

"মপাদি লৈতবা জাৎলা ?"

"খঙদে খঙদে, মপাদু কদায়দনো নুপী অমা লৌরগা লৈখ্রমাল্লে । কয়া মথোঙ চাবদি ওইরমগবনো ।"

ঐগা মায়োক্নুনা ফম্বী মৌ নহাদুনা মাগা লাকমিন্নবি ওইরমাল্লে, থংননা ফম্মীনরিবী নুপীদুদা ওনশিল্লদুনা হায়রকই -

"য়েংলুসিরা ইচে ।"

"কৈদৌগেগে নঙ য়োক্কেরা ?"

"হোয় ।"

"নচা পোক্কেসু নত্তবা, নুপা ঙাক্তা মতুম মতুম অহুম পোকএ অদুগা অমুক কৈদৌনগে হায়রিনো ?"

"অদুই ব্রা নত্তে, নুপী অমত্তা য়াওদবসি য়াম নুংঙাইতে লাই ধুপ থাবীনিংঙাই লৈতে ।"

"কান্নরোই মীগী মচা য়োকপা হয়েং তুংদা ব্রা য়ামননবনি । অদুই শরুকপুদি নশা নহা ওইরি, নঙগী ওইনা পোক্নবা হোৎনৌ ।"

গাড়ীদু মী থল্লদুনা থৌদোরক্লে । তাঞ্জাদুদা ঙসাইগী নুপী অমদুনা অমুক হায়রকই -

অঙাংদুনা মরোল অমা নুংশিরিবা । থা অহুমলোমতা ঙাইরি হাই মখুত্তুসু খুজি অশংবা অমা শীবীরিয়ে । মমাদুনা লুপা লীশিং অহুম পীয়ু হায়নে ।"

মৌ নহাদু মমিত্তা ঈরা চেল্লক্লে । ঐনা য়েংশিনখিবদুদা ইকাইরমাল্লে মমায়দু নোঙ্খ্রে, অদুগা হায়রকই -

"কুমথরসিবা ইচে, য়েংলুসি হায়বা ।"

"হৌজিক চৎলুরগা পাক হেক হল্লকপসু য়ারোই নুমিৎসু তাগদৌরে, পুলিসতা তাকখিনি চে-চাং ইনখিনি থেংখিনবনি । অদুইসু মথক্তা নুপানা য়ানি য়ারোইসু খঙদে ।"

মৌ নহাদু তুমীন্না লৈখ্রে অদুবু মহাক্কী মায়থোংদা লাংতক্নবা খোইরাংবগী মতৌদি অদুমক তাদুনা লৈরি ।

গাড়ীদা তোংলিবা মীশিংদু ঙাইহাক্তি তুমীন্না লৈনৈ । য়ূমসু য়ৌগদৌরে, অচিকপদুদা ইথক্তা খল্লকই ময়ামসিনা ঙসি হিংলিবসিবু করম্বা ফীভমদনো ? খঙদে ঐ খঙদে, ঐ ইশা ফাওবা করম্বা থাক্তা হিংলিবগে হায়বা ঐ হায়বা

ঙমদে অদুবু ঐহাক মসিমদি খঙই, কৈথেল মনুংদা নোংমা নোংমগী অসুম অসুম পৈখৎলক্লিবা অমোৎ অকায়শিং অসিগুম্না ঐহাক্কী ৱাখলসু নোংমা নোংমগী ফত্তবা অসুম অসুম হেনগৎলকলি ।

**ইন্দিরা শারুংবম**

*<u>ইন্দিরা শারুংবম</u> (১৯৬৭) : খাগেমপল্লি পনখা, নৈঙোম লৈরক, ইম্ফালদা লৈ । এম.এ. মণিপুরীনি । "ইপাম" ক্বাটরলিগী এডিটর ওইরি । "সাহিত্য লৈচল" চেফোঙদা ৱারীমচা হাপখ্রে । অইবীগী ফোঙখ্রবা লাইরিক্তি "লৈই" (ৱারীমচা, ১৯৯৯)নি ।*

*******

# লৈকংদা ঈরাক্লবা

অযুক ঙন্তা হৌগত্তুনা পুকচাও মমাদু ইংখোলদগী মনা মশিং অফংবশিংদু মনবা য়াবমখৈ মল্লে। ফজনা শেমজিন শাজিন্দুনা থুমোক্তা হাপচিল্লে অদুগা মচানুপা পুকচাওবু হৌদোক্লন্নগা থুমোক অমা পায়রগা মিলদগী ব্রাই পেকপা চৎখ্রে। মিলদগী হেক হল্লকপগা মচানুপাদা ঙাঙলকই -

"ননে মনিশংহোইগী পুখ্রিদু নহাক্লা নৈখাইরুই হায়রিবসি চুম্লা ?"

"কনানা হায়রিনো ?"

"হৌজিক্তা লম্বীদা মনিশংনা হায়রকপনি।"

"মচীন থীরিনি, পুখ্রি মপান্দা ঙাপ্লুম তাল্লুবগী লৈখোম খরা তৈবদু থাদোকলুবদনি।" মথ্বায় প্রোক প্রোক চাক্লা মমানা হায়রকই - "নঙবু কনানা মীগী পুখ্রিদুদা লৈখোম চামশিল্লু হায়বগে। লৈখোমদু চামশিল্লবদি মশানা ঈশিংদু নৈবা তাবনিনে।"

পুকচাওদু করিমত্তা খুমলক্তেদি হায়ববু "মী খোঙ-খুৎ খিত্তং চামথোকপবু" হায়দুনা মচিন্দা মুরুম মুরুম শোল্লি। মচাবু চৎথোকলমগনু হায়রম্লগা ঈশিং শোকপা অমুক চৎখ্রে।

ঈশিং শোকফমদনি। মীসু য়াল্লমলে। পরেং শানা মথং মথং লেপ্তুনা মাগী মাগী পাল্লি ঙাইনরি। পুকচাও মমাসু চঙশিন্দুনা লেপ্লুরে। নুংশাসু শাগৎলকলে। চাকসু থোংদ্রি, কৈথেলদসু চৎকদবনি। খল্লুবদা পুকচাও মমাদু হুমাং কাংলকই। মমাঙদা কোল অহাঙবা খরা লৈরি। অহানবদদি মহাক্লা চঙশিনবা খুদিংগী কোন্দু অসুম থাংজিল্লম্বনি। মপূদু থোরকমন্দবদুদা কোন্দু মতুংদা থল্লগা মহাক্লা মাঙ থাগৎলুরে। খুদক্তুদা ঙসাইমখৈ উরুমদা ইরেন

ফমদুনা লৈরিবী অবাংলোমগী লৈমনা থোরক্লগা মমায়দা খুৎপাক্লা থাররে। পুকচাও মমাসু শাওনিংবদগী মখুৎ হন্দুনা কৃনরে। ময়াম চঙদুনা খামদোকনৈ। খরনা লৈমগী মীচংদা খরনা মাগী মীচংদা মানা মানা থোকপা ঙাঙনরকই। উচিন নাচিন্না মহাক্কী পাল্লি য়ৌরক্লদুনা ঈশিংদু শোক্লগা লাক্লে। মমা হেক য়ৌরকপগা পুকচাওদু চংকদবগী হোৎনরকই। মদু উবদা মমানা হংলকই -

"কদায় চৎতোয়নো ?"

"তা য়াইমহোয়গী মনীংগী খোংবান্দু ঙা য়াম্না মোংহৌই ঈশিংলুগে।"

"ঈশিং অসুক তাংলকানসিদা নঙ হৌরিরা হা।"

"ঈশিং ফত্তবা খোঙবান্নি কনামত্তা শীজিন্নবীবা জাৎ নত্তে" হায়রন্নগা পুকচাওদু মমানা লাউবগা তাদবমখৈ চেনখ্রে। মচাগা ওনশিন্নবা মতম নক্লে খল্লদুনা চাক খোংনবা হোৎনখ্রে। চাক লোইরগা মচাগী শরুক্তু নিংথিনা থগ্নীরমলে। মাগী চাকম থোকপা খরা চারগা কৈথেল চৎখ্রে।

নুমিদাংনি, কৈথেলদগী হল্লকপদা চাকখুমদা তৌরমলিবদু উবদা পুকচাও মমাদু বাগা অমত্তা ঙাঙখিদ্রে। চাকখুমদু ঈশিংনা পুংতাউ তাউরে। মহাক্লা ঙসাই শোক্লবা ঈশিংদুসু অমত্তা লৈত্রে। মচাগী লৈখোম-লৈনাং তৈবা মফি-মরোলদু মচি অমদা তাশিন্দুনা লৈরি। মাগী পোত্তু থারদুনা লময়ায়দা ফমথখ্রে। কম্না কম্না মমিত্তা মপি তারকই পুকচাও মপাবু নিংশিংলকই - পুকচাওনা চাকউম্বা মতুং ইকান কান্নদনা মপাদু নাদুনা লৈখিদবনি। চাকউম্বদা চাক ফজনা চায় মবুক চাউদৌরিবা ইচানি হায়দুনা পুকচাও থোনবীরম্বনি। নিংশিংলকই, মচাবু নুংশিনা পন্নদুনা হায়রম্বদু "ইচাদি তৌনিংবত্তা তৌহনগনি মপা ঐ লৈরিদবো" মপুরোইবগী ব্রাহ্মণগা পুকচাওগী খুৎঙাওগা খল্লু খল্লুরগা খাঙমদবা অসুম অসুম হেনগৎলক্লে। মনাক্তা তুমপক তাশিন্দুনা কিথি কিরুম্না লেপলিবা মচানুপাদু তপ তাবমখৈ ফুদৎলে চাকসু থোংদ্রে। পুকচাওদু কপ্না কপ্না চারা হেন্দুনা তুমখখ্রে।

অচৌবা ঈপাক অমদনি। পুকচাও মনিংতম্না ঈরোইদুনা শান্নরি। মাগী নুংঙাইজবী হায়বদু খম থেংলে। মপুনসিদা অমুক্তং অসুম্না ঈশিংদা ঈরোইদুনা

শান্নবা ফংলকখিদ্রি । অমুক ঈরুপ অমুক ফাওগৎ মফম অমদগী অমদা ঈরোইদুনা কোয়শান শান্নরি । অসুম শান্নবসিনা ঈরৈ খরা কনবা মফম অমা থেংনরুরে । ঈরৈনা মশাদু চেনথদুনা পুরক্লে । মশাসু চোকথরকুনা ঈশিংদা অসুম লুপথরক্লে । খুৎপায়ফম অমত্তং ফংলবদি হায়দুনা কোয়থি থিরকই । য়াম্না রানা থিরবা মতুংদা খুৎপায়ফম অমা ফংলে । পুকচাও মদুদা য়ান্নদুনা পায়রগা ঈশিংদগী অমুক্তং কাখৎনবা হোৎনরকই । মা মাদুনা অসুম অসুম কাখৎলকই অদুবু কংফানদি য়ৌবা ঙমদ্রে মনুংদা অমুক তাশিনখ্রে । মানা লৈরিবা মফমদু কোয়না খাক্তিনবা মফম অমদনি হায়বা মহাক খঙলে । অকোয়বদুদা মাদুনা য়েংলকই । নুঙনা শাবা মুর্তিগুম্বা অমা থেংনরে মদুদা কোন্দুনা য়াম্না রানা কাখৎনবা হোৎনরে । মশাসু রাবনা ভপ তারে । ঈশিংদা মশাদু পুমলুপ লুপশিনখিগদৌরে। অমুক্তং কন্না লাউনবা হোৎনৈ ঙমদ্রে মশাদু ইক ইক লাওরকই । তাঙ্গাদুদা মমানা পুকচাওবু হৌদোরকই -

"পুকচাও পুকচাও, কৈদৌরে হৌগৎলু । নশাদু হমাংনা পুমলুপ লুপলে ।"

কপলি কপলি তৌরদুনা পুকচাওনা হায়রকই

"শামু মবোঙদা ঈরাক্লরমলিনিনে ।"

ইন্দিরা শারুংবম

*******

# লাংদোন অমদগী লাংদোন অমদা

উচি নহাদু লমদি হায়ফেৎ হেনবজাৎনি । মমানা চৎথোকখিনু ফনা হায়বনি অদুবু তাঞ্জা হায়ফেৎ য়েংলগা নারোম্দা হাইদোরক্লে । তৌবগীদি ইনখৎলকপা মতম ওইবগী মীকি লাইকিদবা খঙনিংবা উনিংবনা হেনবা মতাং ওইবনা ওইরম্বসু য়াই । অসুম লাকপনা ময়ূমদগী ফনা শাংনা হাইদোরক্লে । অমদা অমুক চৎ অমদা অমুক চঙ কোয়য়েং য়েংলকই । কাইনথংদা অনাশংলোমদা লাকলে । অনাবা ময়াম লৈরিবা কাশিংদু চঙদুনা কোয়য়েং য়েংলিঙৈ নুমিৎ তাখিবা খঙহৌদ্রে । অমমবদুদা ময়ূমদা হঞ্জিনফম খঙদবদগী উচি নহাদু কোয়ঙাওনরক্লে । অসুম্না কোয়ঙাওননা লৈরিঙৈদা উচি অমোম অমা মমাংদা ফৎ লাকই । উচি নহাদু তাঞ্জাদু নানথোকহন্দ্রে । চঙশিন্দুনা উচি অমোমদুদা হায়রুই -

"নহাক্কী য়ূম্না কদায়দনো ?"

"অসিদনি ।" তিঙক মাইঙক য়েংলদুনা উচি অমোমদুনা হায়রকপনি । নহাদুনা মখা তারকই -

"অসিদনি হায়বদি কদায়ব্রাইদনো ।"

"অসিগী অনাবা ময়াম লৈরিবা অসিগী নাকনগী থেকচিনখিবা অসিদনি, নঙগীদি ?"

"ঐগী য়ূমদি য়াম্না লাপ্লী, হৌজিক অমম্বসিদা ঐ চৎফম খঙদ্রে । ঙসি নুমিদাংসিমদি নহাক্না ঐবু খরা লৈহল্লুদনা ।"

উচি অমোমদু ঙাইহাক খঞ্জানৈ "ফরে লাকও" হায়রদুনা উচিদুগা চৎমিন্নখ্রে । উচি নহাদু লৈফম অমা ফংলবদুদদি মশাদু নে-তারে । মখোঙ মখুৎ তিংথোক্লগা মশাদু তিংলি য়াংলিরদুনা হায়রকই -

"নঙগী চাননবগাদি লৈতবরা ? ঐদি ঙসিগী করিমত্তা চাদ্রি ।"

ঊচি অমোমদুনা তল অকংবা মচেৎ খরা পুখোক্লুনা পীরগা হায়রকই -

"হৌজিক্কিদি মসিনা লেন্নরো । হোরেল মী চীক্লকলবা মতমদা ইবান্নি চানবা থিরুসি ।"

তলদু চারগা ঊচি নহাদু তূমথখ্রে । অহিং থেংজিল্লকলবদা ঊচি অমোমদুনা নহাদুবু হৌদোক্লদুনা হায়রকই -

"লাকও, চাননবা থিরুরসি । হৌজিক মী পুম্নমক তূম্নরমলগনি ।"

"কদায়দা চৎতোইনো ?"

"অসিদা অনাবা ময়াম লৈরিবা মফমসিদা । মখোয়গীদমক্তা পোরকপা চানবশিংবু ঐখোয়না লৌরুগদৌরিবনি ।"

"মী খঙখ্রবদি কমদৌবা ?"

"অদুনবু তুমীন্না লৌরুসি হায়রিবসিনে ।"

অসুম্না ঊচি অনীদু থোরক্লে । অনাবশিংগী মরক্তা চঙ চঙদুনা চানবদু থিরকই । খরদি অনাবগী মৈচাক্লা অহিং তূমদবমখৈ নাহেদুনা খাঙলি । মীশিংনা য়াওল্লকপা অমসুং নাহেবগী মখোল তাবদা ঊচি নহাদুদি অমুক-মুক কিদুনা হন্দোরকই । মখোয় লাকপগী শ্রেৎ শ্রা মখোন্দা মীকপ থোরকপা মীসু য়াওরকই । য়াম্না ৱানা কোয়থি থিরবগী তুংদা ঊচি অমোমদুনা ঙা অয়াইবা ময়োম অমা ফংলে । ঊচি নহাদুবু য়েংলদুনা হায়রকই -

"হল্লসি ঙসিগীদি মসিনা য়াররি ।"

মখোয়না থোরকপা তাঙ্গাদুদনি, কদোমদগীনো খঙদে খোঙউপ অমা লংলকখিবদু । ঊচি অমোমগী মতুংইন্নদুনা চৎলিবা ঊচি নহাদুগী মতুং ওইরপ্পা তাখি । পানবদি পালহৌদ্রে হায়ববু ঊচি নহাদু মীহুলদি আ য়ৌখ্রে ।

মথংগী নোংঙানবদনি, ঊচি নহাদু ময়ূমদা হন্নবগীদমক শেম শারে । ঊচি অমোম অদুবু য়েংলদুনা হায়রকই -

"চৎলুসিদনা ঐখোয়গী য়ূমদা ।"

"নহাক্কী য়ূমবু কদায়রাইদনো ?"

"লাম্পী মফমদু য়ৌরগা হায়গে ।"

"হায়ফেৎ খল্লগা ঊচি অমোমদুনা মঙক হাইরদুনা হায়রকই -

"তল্লি, ঙম্মোয় কিজৈ ।"

"করিগী ঐ য়াওরিসিদি ।"

"অদু ওইরসু ।"

ঊচি নহাদুনা অমোমদুবু থেম্মদুনা মখা তারকই -

"য়েংঙোই নখোয়গীসিদদি চাননবা থিবদা কয়াম ব্রাই । ঙরাংমক্তদা ঐহাক থব্রায় মাংলমগদবদগী লাইবক ফদুনা হিংহৌবনি । অদুগা সিদদি চানবসু অকং-অরাক ঙাক্তা ফংই । ঐখোয়গীদদি অতেকপা ঙাক্তা ফংই । নখোয়গী অসিগুম্বা অকং-অরাকসিদি ঐখোয় কৈসু মীহৌদে । অদুগা মফমদুদদি চানীংবদু ননীং তম্না নহাক্না চাজবা য়াগনি ।"

ঊচি অমোমদু য়ানীংলদুনা ঊচি নহাদুগী মতুং ইন্নদুনা চৎমীন্নরে ।

মীরেনশঙদনি, ঙরাংদগী হঞ্জিল্লক্তবদগী নুংশা থিদুনা লৈরিবা মমাগী মনাক্তা ঊচি অমোমদুবু পুশিন্দুনা মশক তাক্লগা ঊচি নহাদুনা হায়রকই -

"ইমা ঐনা মহাকপু ঐখোয়দদি অতেকপা অহাওবা ঙাক্তা চায় চারুসি হায়দুনা পুরকপনি ।"

ইকায়না লেপলিবী ঊচি অমোমদুদা মরৌ লৈনা য়েংলদুনা হায়রকই । " ফরে নবান্নি চামীন্নরো ।" মমাদু চৎখ্রে । ঊচি অমোমদুনা হংলকই -

"হৌজিক্তি হায়রোদনা মফমসিবু করি কৌবগে ?"

"মীরেনশঙ কৌই ।"

"মীরেনশঙ হায়বদি অশীবা ময়ামগী থমফমদো ।"

"হোয় ।"

"চানবদি কদায় ।"

"অশিবা মশাশিংসিনি ঐখোয়না চাগদৌরিবসে ।"

মসি হায়রদুনা ঊচি নহাদুনা অমোমদুবু অশিবশিং অদুগী মনাক্তা পুশিল্লে অদুগা অমুক হায়রকই -

"মখোয়শিং অসিদগী নহাক্লা চানীংবদু চাও অদুগা মমায়গী শরুক্তি চারুনু।"

"মমায় চারুনু হায়রিবদি করিগীনো ?"

"মমায়গী শরুক চারবদি মীয়াম্না খঙঙ্গগা ঐখোগী চাননবা অমুক হান্না ফংদবা য়াই।"

অসুম্না উচি নহাদুনা উচি অমোমদুগী পাউখুম পীরগা মখোয় অনী অশিবা মীশিংগী মশাদু চাননবা থৌরাং তৌরক্লে। উচি অমোমদুনা অশিবা মশাশিংদু কক কক চিক্কুনা মহাও য়েংলকপা তাঞ্জাদুদা উচি ময়াম অমা উচি মমা অদুগা লোয়ননা চঙশিল্লক্কুনা মহাকপু কোয়শিল্লরে। উচি অমনা হায়রকই - "ঐখোয়না অশিবশিং অসি চাদুনা হিংই হায়বসি নহাক খঙঙ্গবনিনা ঐখোয়গী চানবসি অমুক হন্না ফংদবা য়াই। মরম অদুনা নহাকপু চাদুনা ঙসিদি অহিংবগী মহাও য়েংবা তারে।" মীপাইরবা মীৎয়েংনা উচি অমোমদুনা উচি নহাদুদা য়েংলকই, অদুবু মীৎকুপ্পুদা উচি নহাদুনা উচি অমোমদু তম্না চোংশিল্লক্লে।

*ইন্দিরা শারুংবম*

*******

# ঐখোয়' চেচা

**A.I.R. *দা পাথোকখ্রবা ৱারীমচা।***

কোলেজদগী চাক লামনা হনলকপনি হেক য়ৌবগা চাকুরগে খন্দুনা। কোম্বোংদা কনাবু ঙাইবনো খঙদে, ঐখোয়' ইমানা ঐবু কৌহৌই। ঐ তারমদরে, সাইকল অদু শঙ্গোয়দা থমজল্লগা ইমুং তান্না চেনচৎ চৎলি। ইমুং হেক য়ৌবদা চেচানা ময়ায় কাদা শুৎ শুৎ কপ্তুনা লৈরম্মী। ওম্বোক্লা হৈনখিদ্রে মচা নুপা অতোম্বা অদুসু করিনো অমা পীয়ু হায়দুনা নিংঙাই তৌহৌই। ফি হোংনা হোংনা মওং অমনি খল্লি। তোয়না থোকপা অদুনা থৌশারুদে।

- "কয়াম কুইরে, চেচা? অয়ুক্তা লাকপরা?" মানা শুপ্না অমত্তং "উম" হায়রকই। মখা তারুই:

- ঐগা চাক অমুক চারুখিশি। মনাক্তা চংলুই, খুল্লক্তে।

- শুৎ শুৎ মপি তৈথোক্তুনা লৈহৌই। অপীকপা মচানুপা অদুদা 'অবুং, মাম্মগা চাক চারুখিশিদনা?' খুমদে, নিংঙাই তৌহৌই।

চাক লাল্লবনি, ঐখোয়' চেচা উরুবদগী পুক ইথল থলখরে। অদুবু খরদং চারুগে খন্দুনা চাকখুমদা চংলে। হেক হুকপা হৌবদা মখাথংবগী শুমাংদা লাউনবা তারকই, চেম্বোক্তুনা য়েংলুবদা ঐখোয় চেচাগী মমাগা ইবায়দুগা খৎনবা ওইরমলে। ঐনা ইমুংদগী কিদুনা চেম্বোকরকপদা ঐখোয় ইমানা শঙ্গোয় মচীন্দগী লাউরকই -

- 'চংখিনু, য়েংউনুকো' হায়হৌই। ইমা চংলুগে হায়রল্লগা নংহৌররোই মতাগুম খাম্না চংলুই। অসিগুম্বা অসি নোংমত্তা নংতে নোংমনা শীংজং, নোংমনা থাঙ নোংমনা উতুপ, পোৎ লংখায়নি, থুগাইনি, অকাম অপেৎ ৱাহৈ কয়ানি। য়ূম থংনরুরিবা অসিমক লাইবক থীরবনি।

ঐসু ইমুংদা চঙলে । ঐখোয়' চেচাদু পাখৎকুম করিগুম ময়ায় কাদা তাশিন্দুনা লৈরম্মী । খোয়দৌ অসি শাউগৎলকই । চাক্কু অমুক হুকপা হৌরকপদা লাউনবা অদু অমুক হৌরকই ।

- করিগীনো নঙনা ইতুগা ইচাগা লোৎশিল্লিবসে, কদায় ইচা পিয়ু ।

- করি চীনথীবা ! নংগুম্বনসু অদুম্না হায়বা শারি । নঙগী নতু নচাবু ঐনা করিগী লোৎকদৌরিবা ?

- নঙনা কৌথোক্কুনা তৌরিবা নৎতরা, হনুবী ।

মায়থাবা ইকায়বা খঙদবা, নুপী অঙাং করি চারি থক্লি য়েংশিন্দবা, নুমিৎ খূদিং ওক্তবী শংগদা লূপ্পা । নশক্কু য়েংনীংদে চৎখ্রো । য়ূমসিদা অমুক হন্না লাক্কনু ।

ঐখোয়' চেচাগী মমানা অমুক্কা হেন্না শাউনা লাউখিবা তায় -

- য়ূমসিদা খোঙ্গুল অমুক হন্না তারক্কনু, ইকায়জে ।

নুমিৎতু লাঙনা লাঙনা হৌখ্রে । ঐখোয় চেচাসে লাইবকসু থীখ্রবা হায়বদুনি । মমা মচাদনি লৈরিবা য়ূমশিদা । মপাসু ঙন্না শিখ্রে, হন্দক্তা চীং ককপদা । কর্ম্ম লোইখিবদা ঙায়রি । ব্রারবসু ব্রানা মখোয়, মপা লৈরিঙৈদদি চেচাগী অরাংপা লৈতবগুম উরম্মী । হৌজিক্তি মহাক থৌদোক খূদিংদা মতু ইপোন পোল্লদনা, পূক্লিং হেন্না নুংশিবগী মওং ওইনা তৌই । কনা লৈত্রে হায়দুনা ইবায় অদুনসু হেন্না উশিৎতবগী মওং অমা হেক হেক চৎথে । অদুবু ঐখোয় চেচাগী মমাসু অদুক লায়বা নুপীদি নৎতে, পাক হেনজিনবা ঙমদে ইবায়দুনা । পিশক পিকলিঙৈদগী হৌনা ইচে অমগুম লোইনরকপনি । মানসু মৌপ্পাগুম মনাওগুম য়াম্না নুংশিনা ঐবু লুনা তৌই । অদুবু নিশা চাবা মীশক্লি, ইবায়দু অচোপ অরেং খঙদনা মখোয় মমাগা ওন্সিন্নদুনা হেক হেক খৎনৈ । মদুদা ইকায়দুনা মহাক থেংনদনবা হায়দুনা চেচাগী মমা ময়ূমদা হনজিন্দনা লোৎতুনা হেক হেক লৈ । অয়াম্বা মতমদা চেচাসু লৈকায়গী য়ূমলোন্নবা মরীমত্তা হায়গদ্রা লৈমিন্নরিবশিংগী য়ূমদা থম্মী । অদুনা মা চৎখ্রগা চঙই । ঙসিশু চেচা ঐখোয়দা লৈরমলিবনি । অদুবু ইমানা অয়াম্বা মতমদা খাম্বদা য়াই । চেচা নুংশিদবা লৈকায় অসিদা য়াওদে । ঐখোয়' ইমাসু মাবু নুংশি । অদুনা মাগীদমক ব্রাজরবনি ।

নোংমা কোলেজ অথেঙবা ক্লাস লোইদুনা য়ূমদা হল্লকপদা ঐখোয় চেচাগী নুপা অদু লম্বীদা ঐবু ঙাইরম্মী । মমিৎ অনী অদু ঈ কারদুনা হায়রকই

- গোবিন নৎতরা ?

- মানি ।

- নংলা নথৌনা য়াম্না ফৈ হায়বদো ? ঙসিদি নঙ চৎখিবা য়াররোই ।

- "করিগীনো ইবাই ?" খুম্মী ।

ইবায়কা হায়দুনা কনাগী ইবায় । নঙনা মীগী নুপী অঙাংবু নয়ূমদা লোত্তুনা থমলিবা করিগীনো ? মেমচাদো নঙগা করি থোক্লে ? পাম্লবদি নহান্না ঐঙোন্দা হায়বা য়াদরা ?

খঙহৌদে । পায়রক্লিবা লীক্লি অদুনা কোক্তা তম্লকই, ঐনা লৈথোকপদগী লেংজুমদা পান্দুনা লিক্লি অদু কায়রে । অমুক্কসু অকায়বা লিক্লি অদুনা পুক্তা থিল্লকই । সাইকল য়াওবনা ঐসু ঙাকথোকপা নংহৌদবদগী নিংথেংননা তুরে । ঙসাই মখৈ তুমিন্না তারম্বদগী মাগী কাহেনবা মতৌ অদুদা ইনাক্তা তাবম্বা নুংদুম অদুনা মাগী মকোক্তা মমায়দা হন্না হন্না থারম্মী । ঙাইহাক্কী মনুংদা লৈমায়দা হাইথরকই । ইহিং নাহিং শারে, অদু ফাওবদা ঐহাক লেপলমদে ।

অদুগী মখাদি - ঐ মী হাৎলেদনা । ঐখোয় নখোয় পূন্না অনৌবা সংসার অসিদা হিংলিবসিদি । অসিনদুম হেন্না নুংঙাইরে । ঐখোয় চেচাগী অৱাবা শকলোন য়েংগদবগী শরুক । অদুবু অমৎতা পোকচবা মচা অদুগী মমা অদুনা করম তৌরমগবা ? ঙসিদি অতিয়া অসে মতম কুইনা কূঙনা থানা লৈরম্বা নোংগী মপৈশিং অদু তপ্না তপ্না হাইদোকখিবগুম লোয়ননা অশেংবা নুংশাগী মঙাল খজিক লাকপগুম তৌই ।

*শ্রীমতী মুতুম রাধে দেবী*

*<u>শ্রীমতী মুতুম রাধে দেবী</u> (১৯৫৭) : সগোলবন্দ বিজয়গোবিন্দ লাইরেঞ্জম লৈরব ইম্ফালদা লৈ । শিনফম ওজানি । ইশৈ কেসেট অমা ফোঙখ্রে । এ. আই. আর ইম্ফালদ ৱারীমচা, শৈরেং, মতম মতমগী খন্ন-নৈনবদা শরুক য়াই ।*

*******

# লূপা মঙা

A.I.R. দা পাথোকখ্রবা ৱারীমচা।

নীক নীক লাউরবা পাত্র অদু চিনবান তম্না থাংগৎলকই, খৌরাংবনা লাংতক্লুরবা নিশাৱালা অদুগী থাংগৎপা ঙমদ্রবা শোল্লবা খৃৎতগী লিৎথরকই, নাম্থরকই লৈমায়থক্তা লূরবা লাইজদু । করি খল্লিগবা ? খৌরাংলবা নিশাৱালা। খল্লমগনি শোইদনা মানা, তমথিখ্রেদকো তাইবঙপানসে ।

পাঙবা ঙমদ্রবা মমি শাল্লবা মিৎতুনা হংগৎনা য়েংঙমদনা য়েংলগা রাজেসনা মমাবু কৌরকই, অদুগা হায়রকই , "ইমা, ইমা নচাবু অসুক তমথীনা 'ওৎলিবসিবো করিগীনো ? লূপা মঙা, শুপ্পগী লূপা মঙাখক্তং পীয়ু হায়বদা নখোয়না অদুক ৱারৌরিবা করিগীনো ? ঐ অসিবু কনানো ? নখোয়গী কনানো ? নচানুপা নৎতরা ?" ফমুংদগী শোল্লবা থম্মোয়দুনা কপ্লগা লাউথরকই । নাকল অমরোমদা ইবেমচানা মৈচাক ৱাৎলবা অচোৎপা শীঙ অদু ইনশিন ইনশিন্না মৈখু মরক্তা মথানুংদগী অঙাং অদু থেম্বা হোৎনরী । চাক থিনা থিনা কপলিবা অঙাং অদু খরা পীজনবা হোৎনরি ।

- "খরা চাশিল্লুসে নঙসু, পাঙকপতহেক কপ্পী । ঐবু তৌফম লাকফম খঙদরে।" অঙাং অদু মমাঙদা থম্মী, চাক য়েঙ্খ্রাং খরা থেন্দুনা থল্লগা ।

রাজেশকী দাবী মৈচাক ফবা হেনগৎলকই । ডাইলোগ ওইনা তৌরম্বদগী একসন য়াওরকই । তৌফম খঙদ্রবা ইবেমচা তংঙক তংঙক য়েংদুনা মপা লাকপা ঙাইরি । নোংমা হল্লক্কদরা হল্লক্কে; নোংমা লাক্কবরা লাক্কে । কৈদৌঙৈনো মানা অমুক লাক্কুনা মচাশিং অসিবু কোল্লখিগদবা ? খন্থরকই, তাইবঙদা মঙ মঙলি । অদুবু করিগুম্বা অমনা অমুক মঙোন্দা মীকপ থোকহল্লে। অনীশুনা থানিংঙাই লৈত্রবা ইমুং অদুগী মখোক লোইরবা

কাংথোল অদু মপুক্সি লোইরমাল্লে । রাজেশকী একতিংদা তেকলমাল্লে । ইবেমচা ইথক থক্কৎনা অপীকপা অঙাং মচা অদু মনগন্দা পোখৎলি । করি তৌশিংগে খল্লম্বদগী মমিংতা মপি শীষ্ঠুরকই । অতেকপা কাংথোল মথক্তা মচানা ওন্নথোইনা চৈনা খাওলিবদু য়েংবা হৈনরক্লুমাল্লে । করিবু খল্লুরবনো ইবেমচা ষ্টীল তেংগোৎ অনীগা এলুমিনিয়ম পৃখম অনীদুগা পুরগা মপান থোকখরে । পীকলবা অঙাং অদুনা চানরিবা পৃখম অদু অমম্বা মরক্তা য়েন্নখাদগী হেকলুবা লা অদুদা চাক অদু হৈজিল্লি । ষ্টীল তেংগোৎ অনীদুগা, এলুমিনিয়ম পৃখম অনিদুগা পুরগা মপান থোকখরে । মাঙ্গোল নাকলদা ঙহাক অমুক লেপ্পী, করিনো খরা খনবগুম তৌই । পম্থখিদরে চেনচৎ চৎখি ।

নোংনা চোৎলবা মফি মরোল, ফারবা শল্লাংলক্তা শেগাদা কোললিবা মচাবু ফিজেৎ অমনা শেৎশিন্দুনা পৃংখাইমুক ফারল্লগনি তফিং তফিং হল্লকই । অশিবগুম ফমুংদা তারিবা মচা অদু কোনখৎলি, নুংশাথিনা কৌই -

ইমাগী রাজেস, ইমাগী ইবুংঙো, লংলবা হুমাঙ লৈরিক তৈথোক তৈথোক্লা ফীজিদগী কিশি থোক্লা থোক্লা মচাবু হৌদোকই । মুৎশি মুৎশিরবা পোদোলগী মঙান্দা মাগী মায়থোঙদা নুংঙাইবগী মমি খরা ফাওখিবগুম তৌই - হায়রকই, লূপা মঙা ঃ লূপা মঙা !! লৈরেসে, সে নঙগী লুপা মঙা !!! মচাগী মায়থোঙদা মুন্না য়েংই, কপতে ।

নোং নুংশিৎ মরক্তা অখাক অরাও অরাপ্পদা তাখিবগী খোঞ্জেন্দা খঙঙাল ঙাল্লকই । কায়রবা ফক্লাং অহোবদা ফাওজিল্লকপা মঙান্দা ঈংনা তূমলিবা মচাগী মায়থোংবু উবদা অমুক হৌদোক্কে খনখিদ্রমাল্লে । ইবেমচাগী পুক্সিদা অসুম্না খক ঈং তপ্পবা তাইবঙপান অমা অমুক্তা খেংনখিদ্রি । মচাবু চিংনা য়েংলগা হায়রকই - “তূম্মু নুংঙাইনা তূম্মু, ইমাগী ইবুংঙো । নহাকপু অমুক হৌদোকলরোই ” ।

*শ্রীমতী মুতুম রাধে দেবী*

*******

# ইনে তম্মু

*A.I.R. দা পাথোকখ্রবা ৱারীমচা ।*

লমদমসে দিবোং খুন্নৌ কৌই । জিরিবাম বাজারদগী পংলাপ লাপনদরে । ঈংখোলগী মাঙলোমদা হৈনৌ, থৈবোং পাম্বী অনী অদুগা তুংলোমদনা থৈবোং ঙাক্তা পাম্বী পরেং পরেং হৌরিবসে । হৌজিক্তি যুমফম অসিখক্তা ঙায়রে । যুমগী অতেক অকায় অসি নৎতনা । ক্বা, হৈনৌ, থৈবোং অসিসু ময়ামগী ওইখ্রে, পুনীংবা কনানা হেকলি, পুরি, চারি । অদুবু কিতক চানে মীপুম খূদিং ।

নোংমা অথেঙবা অহীং অমদনি । নোংলৈ নুংশিৎ কন্না শিংলম্বদগী নেমথখিবগী উনা ৱানা শ্রোৎ-শ্রোৎ, প্রেক-প্রাক খোঞ্জেন্না ঈনীল নীল্লি, অচীকপা অহীংগা ওইবগা মীচীক মীরাওখোল তাদবগী, অরাপ্পদা হূইথৌনা লাক্লা-লাক্লা খোঙবগী মখোল মরক্তা অমম্বা অহীংদা মহুম থুগাইবিরবী মরাইবক থীরবী কয়াদুগী খোঞ্জেন্না থম্মোয়সে ইথুক থুক্কৎলি । খঙহৌদনা খোঞ্জেন অমনা ঐবু কৌবা তায় - "কনানো" ? কিনা কিনা হংলুই, থোঙ তপ্পা হাঙদোক্লুবদা ইনে তম্মুনা লেমতর্ন অমা পায়রদুনা চৈশু অদুনা শৌদুনা য়াম্না থৌনা ফনা চহী মতাঙ অদুগা হংলকই - 'থোইদোকপা তৌদেদনা ? ইহে, থৈবোঙ অসিসু তেকলেদো মহে য়ানবা হৌরক্লগা ওম্থোকপনি হৈনৌ মপান অসিসু লোইনা খিকথরম্লগনি ।' ঐনা খুম্মী - 'কৈশু কিদেদা ইনে', - অমুক্কসু হংলকই 'মৈগদি ইমম মমলেদনা ।'

- মুৎখ্রমাল্লে ইনে ।

অদুবু চীন্দদি হায়দোকখি থম্মোয়দদি তশেংনা অকীবা ফাওই । ইনেনা ইমুংগী মৈ চুখৎপিরম্লগা অদুম চৎখ্রে । করিগীসু কিরোই অকনবা নুপা ফাওবা থুকৎলবনি । আসামগী নোংলৈ নুংশিৎ (অন্ধি)নি, লাইবক ফবদগী যুমথক্তি খুদোংথীবা থোক্ত্রে । কল্লি হায়বা যুমফাওবা নুংশিৎ মৈরম থোক্লুরবদি ফক্তুনা

থাগ্না হুমদুনা পুরিবনি । অসিগুম্বা নোংলৈ নুংশিৎ অসিনা মরাইবক থীরবা মীওই কয়াগী পুন্সিবু অমুক্কা হেন্না লাইবক থীহনলি ।

অহীং হৌখ্রে । মথঙগী অয়ুক্তা মানা অমুক লাকপদা আসাম অমদি অকোয়বা খুন থঙনবা মণিপুরগী সীমানাদা পীক্লবা লমদম অমা ওইরিবা জিরি ফাওবা শরুক থুংলকই । মসিনা পীক্লবা দিষ্ট্রিক্ট অসিবুসু অকিবগী মশক ফংনা মাঙ-তাকহল্লি । অদুগা মীওই কয়াবুসু ময়ূম মকৈ লৈহনদে । মহৌশা প্রকৃতি লাইরেম্বীনা ফাওবা মাবু কিজবজাংনি ।

করি য়েঙ্গ্লাং থোংগদবনো ? আলু খরদি লৈ । আলুদি নুতিগী চামনবদগী তম্দুনা অসুম লৈরিঙৈদা ইচে তম্মুনা মাঙ্গোলদা পুল্লে-য়াইপল থন্না শম অদু থাদরগা কৌরকই - শোরবু হোন্দোকলমখিরোই, ব্রাবু ব্রাদরা কবিনো খল্লুই অদুবু ইনেনা ঐবু ওঙ্খোক্লা লুনা তৌই । ঐনা খুম্না নংদ্রিঙৈদা য়াইপল খরগা পুল্লে খরগা থোংঙু হায়দুনা পুসিল্লকই । অদুগা ইনাক্তা ফমদুনা মাগী মল্লবা য়াদ্রবা চৈগু অদু শাংদ্রোং শাংনা থমদুনা নাকন্দা য়েপলিবা বেরি অদু য়াম্না পামুনা অমখক লৌথোক্লগা চমদুনা অনী অহুমলক চিংলগা মনাদা অমুক য়েপশিনখি । অদুগা হায়রকই -

ঙসিদি হাপ্তা কৈথেল কারুনি । ইরাই নুমিৎনি । নঙগী অরাৎ অপা লৈগদবা করি করিনো ?

নহানমখৈদি ঐগী চাকশে ইনেনা মাগী থোংবদা হেক হেক হাপ্পীবনি অদুবু ঙসি নিনি হুমনিদি মানা চীংদা চৎপদা ইতোমতা থোংলবনি ।

ঐনা হংলুই - ইনে চাকশি পুল্লপ থোংলগে ?

"নঙবু হৈগদরনে ?" মানা হংলকই ।

ঐনা খুম্মী - নুপা মচানবু করিগী হৈরোই ।

নুংথিল পৃং ২.৩০ মুক তাবা অদুব্রাইদা ইনেগী মনজুনরবা কৈথেল কাননবা ফনেক অশংবা অদুগা করিগুম্বদসু হিগোক শেৎপসু য়াওই, জিরিদা লৈবা মৈতৈ হোটেলগী ইনাওশিং অসি ঐখোয়গী তম্পাকতা লৈবা মৈতৈশিংগা য়াম্না তাইওন্নে । চৎনবী হায়বসিসু ঙকনিংঙাই ওইদে । চেঙ চাম্বদা শিজিন্নবা, ঐখোয়না চেঙ চাম্লনবা থুমোক (চেঙচাম্মুক) অদুদা

য়াইপল, পুল্লে, খামেন অতে অতে মনা মশীং হাপচিল্লে অদুগা থুমোক অদুগী মথক্তা চেঙ খপ্পবা (য়াংকোক) অমা হাপকৎলে অদুগা পুল্লে অদুনা মথক থংনা হাপ্লগা মাগী থান্নবা য়াদ্রবা চৈশু অদু লোয়নদুনা কোলহৌ কোলহৌ খোঙথাং কন্না কৈথেল চৎখি । ঐনা কোম্ছোংদা ফমদুনা মাবু য়েংহৌই, ফিভম অসিগা, কনাগুম্বা মরাইবক ফবা ইমুংগী অহল ওইরম্লবদি নুংঙাইনা পোৎথাদুনা লৈরমগদবনি। মচানুপা অমা লৈরম্মী হায়, মফম খঙদনা লখিশোরা জংগলদা মাঙখ্রে ।

জিরি হায়বসি হিংগোল কোইদুনা চাবনা নম্মী । মফম অসিগী মীওই অয়াম্বা সরকাবগী চাকরি তৌদে । অয়াম্বনা লৌউ শীংউবনি, লমসু মরাং য়াম্না কায় । যূম অমদা থৈবোং পাম্বী, ক্বা পাম্বী, হৈনৌপাম্বী য়ামদ্রবদা ১০/২০গী মথক্তা হৌনৈ, লমদম অসিদা মমাঙঙৈগী জমিন্দারী পাথাপ অদু চৎনবা উই । থবক শুনবা মী মরাং কায়না ফংই, যূমথোঙ খূদিংদা হাজিরা লৌনবা চৎনবসু উরকই । শেলগী মমল থাক ব্রাংনা লৈ অদুগা শীনমীনা মরাং কায়না লৈরম্মী । করিগুম্বদা নোংলৈ নুংশিৎ শিৎপা অশিৎ অব্রাম্বাদদি মুল্লবা অমদি মুনগদৌরবা থৈবোং, মহৈ মরোং কয়া কয়া মাঙহল্লি । মদু লোইনা চাবসু ঙমদে কুইনা থম্বসু য়াদবা পোৎ ওইবনা অহোঙবা মহৈ মরোং ওইবনা মরুদমক লৌথোক্লগা শীজিন্নে । অয়ুক্কী চা থকপদা অদুম চানৈ । য়েঙ্খাং ওইনা আলুগী মহুৎতা শীজিন্নবসু য়াওই তশেংনা আলুগী মহাও ফংই । মসিসু অমরোমদা প্রোতিন য়াম্না য়াওবা চিঙ্গাক মখল অমনি ।

ঐনা - ইনে ঙসি ঐহাক শেল খরা ফংলকই, ঙা লৈরকই, চাকসে ঐ থোংলুবগে ?

- ইয়ানা ঙা লৈরকপসিদি ইনেনা থোংবসু ঙায়দনা ।

- ব্রারোইদ্রনে ইনে ?

ইনেদু য়াম্না হবাওবা মাল্লি, হান্নগা মান্নদে । হন্দক মরক অসি মবুকনিং ইরাং লাংবগুম তয়াং তশোইবা অমা তৌবা মাল্লি । অহল ওইরকপগী তুংগী পংখল খনবদা হনুবী অদু ইবাক্লবগুম তৌবা মাল্লি । ঐখোয় নহাসু অদু মঙায় অরোইবা মীৎকুপকী পোল্লোইদু নীংশিংবদা তশেংনা উবা ঙম্লবা কনাগী থম্মোয়না লৈতাবা ঙমগনি ।

নুমিদাংদো ঐখোয় অনী অমুক্তা অদুক য়াম্না হরাওনা চামিন্নবা খক য়াওখিদ্রি অদুবু চাবা হৌগৎলকপদা হনুবীদু পিরাং শিন্থখিগুম তৌই । মানা ঐঙোন্দা উদনবসু হোৎনৈ, অদুবু ঐ খঙই । মাগীদো ঐঙোন্দা উহননিংদে । মথংগী অয়ুক্তা ঐনা লৈরকপা হোতেলদগী ইনেনা য়াম্না পামজবা লদু, জিলিবী পুথোকলে অদুগা ইনেনা লোনবা চা অঙাংবা অদুগা চামিন্নরি । ব্রারী শানা শানা ইনেনা হায়রকই ।

বিজয় নখোয়গী ইম্ফালগী শ্রীগোবিন্দদু ইনেবু অমুক্তং দরসন ফঙজরবদি পোকপগী মহৈ য়ানগদবোয় নীংইদা । মরাইবক ফৈদকো ইম্ফালগী মীশিংদো করম্বা মপোক্তা অফবা কর্ম্ম তৌজদুনা গোবিন্দ দরশন ফঙলিবা ।

ঐনা খুন্মী - ইনেসু নোংমা ঐনা ইম্ফাল চৎপদা পুসু ঙায়দনা । শ্রীগোবিন্দদা নৎতে, অহানবদা বিজয়গী গোবিন্দ, গোবিন্দ, লমাংদোং আদ্বৈত্য, নিত্যাইনন্দা মথং মথং নিংথৌখোং গোপিনাথ হায়রিবশিংশি শ্রীগোবিন্দ শাখিবা থৈবোংপাম্বী অদুনা মথং মথং শাখিবনি । অশীদসু নৎতে, রামজী প্রভু, মহাবল্লী থাকুর, কামৈখ্যা মন্দিরনচিংবা লাইফম কয়ামুক লৈরিবনি ।

- হোয়নে, হোয়নে, ইবুংঙো ইনেদি ওস্থোক্লা উজনিংখ্রেদা কৈদৌঙৈবু চৎপা ফংলক্কবা ? অদুবু নখোয়গী ইম্ফালদা চৎপসি ভারাদি ওস্থোক্লা য়াম্মাল্লে ?

- অদুগী ওইরে ইনে, - লুপা ২০/৩০ মঙায়দা, লাক্লিবা ইরাই নুমিৎ অসিদা ঐহাক ইম্ফাল চৎলু হায়রিয়ে । ঐখোয়গী মেদিকেল ওফিসার অসিসু য়াম্না ফৈ, হিদাক লাংথক খরা লৌরুগদবনি । মদুদা ইনেসু শোইদনা চৎলুশি ।

মানা নোক্লগা অমুক্কসু হরাওনা হায়রকই - অদুদা ইচাগী য়ূমসু উরনি, গোবিন্দ দরশনসু ফঙলনি ।

নুংঙাইখিবা মাল্লি হনুবীদো, করি খল্লুরবনো মমিৎতগী পি শীন্থখি ।

ইনেগী খঙনিংনা হঙবা ব্রাহংদা ব্রারী লীবা হৈবা অখঙবা হায়বদু ওইহল্লি । ঐনা মথঙ মথঙ ইনেদা লী -

ঈশ্বর প্রেমদা কপলিবরা নত্রগা অতোপ্পা কনাগী, অদুদি ঐহাক খঙলুদরে ।

অয়ুক্কী পূং ৮.৩০ মুক্কদি তারম্লগনি । চাবা থকপা লোইরদুনা ইনেনা ক্বানৌ মশুং তারবা খরগা মনা শুনু খরগা, মখ্বাংদা কিশিল্লি । মাগী মহৌশাগী শম, চৈশু ফৈজা লোইনদুনা পুল্লে য়াইপল হেকপা চৎখি । লোংগাল য়ৌরগা অমুক্কসু লৈশিল্লগা হায়রম্মী -

- বিজয়, ইনেনা থেঙলকলবসু চাক ঈশিং চাথোকলম্মু । নংগী চাক চাদনা ঙাইবদু তৌরমগনুকো ।

মহাক চৎখি । অসুম চৎখি । মমিৎতদি পিরোইনবগুম তৌই । ঐগী মীৎয়েংদগী থাপতোকখি । হন্দক মরকশে ইনেগী মওং হান্নদগী হোংবগুম তৌই ।

হান্না হেকপদগী কোকশিনলক্লবা মফমদু থাদোক্লুনা হেন্না হেন্না মনুং চংশিন্দুনা মাগী শম অদু হান্নগীগুম্না থন্ননবা হোৎনরুই । অদুবু ঙসি মা য়াম্না মনুং হনজিন্না চঙশিনখ্রে । মাগী আশা অনীংবা অদু হেন্না হেন্না ইচঙ থৌবগুম তৌখি । খনলম্বা য়াই - শ্রীগোবিন্দ দরশনগী ইম্ফাল চৎনবা শেলগী, লোয়ননা কৎলুনবা পোৎলমগী নত্রগা মচাগী কৎনিংবা কয়াসু লৈরম্বা য়াই । লাকমিন্নবা কয়াদি থেঙজিনলক্লবা অদুদা মনুং হনজিন্না চৎপা পামদবদগী অনকপদগী অফঙবা খরা পুদুনা হন্নখি । নাইতোম তাহৌই হনুবী অদু নুমিদাংৱাইরমগী মতমদা । চৈশুনা হায়দোকই হুপ শীংনাং, লৈরম্বা য়াইপল পুল্লে হাপচিল্লি শমদা অদুগা অমমবদা ময়ূম মায়কৈ পাঙলকই ।

খঙহৌদনা দ্রম, তিন, য়ৈবগী খোনজেন্না মায়কৈ অদু পুমনীল নিল্লি । মরক মরক্তা বোম্বলা থাবগী অহৌবা মখোলসু তাই, চাবগান নৈথেকলম্বগী, মী শোকপগী, য়ূমকৈ নৈথেকলম্বগী খোইদৌ থীৎলবা প্রজাশিংনা লাউনরকই -

- "থৎলো থৎলো, হাৎলো, হাৎলো, তানশিল্লু মাবু লেমনা থাগনু ।" মচা মশু শোক্লবা জংগলদা শীং চন্দুনা লৈজবা কয়াগী ময়ূম-মকৈ, নুপী অঙাং শোকখিবগী মৈচাক্লা মরোল থোক্লবা শামুদুবু কোইশিনলমখি । মায়কৈ মরিদা মৈরা পরেং পরেং পুদুনা লাম্মৈ থারকই । অসিগুম্বা জংগল কয়াদা লাং থাক্লুনা অমদি দ্রম থীন্দুনা কোইশিল্লগা অঙাওবা শামুবু ফাবা, শা তানবা মখল অমনি । মখোয়না দ্রমগী খোঞ্জেল অমদি মৈ য়াম্না কি ।

খঙহৌদনা ময়াম্না লাউরকই অহন অমসু হাৎখরে, অদুদি খুৎলাই থারসি, লাউনরকই । মথং মথং শিরমাল্লে শিরমালে, কনানো ? কনানো খঙবরা খোম্থাং য়ৈনরকই ।

মথঙগী অয়ুক্তা ইনেগী অশিবা হকচাংদো ঐগী শঙ্গাইদা পুরকখি । ঐনা ইনেগী মায়থোংদো অরোইবা ওইনা অমুক্তং য়েংনিংদুনা অঙৌবা ফি অদু হায়দোকলুই, পি শিম্থখিবা খঙহৌদে । মাগী মাইথোঙদু মোমোন নোকপগুম তৌই । "ইনে শ্রীগোবিন্দ দরশন স্বর্গলোক্তা ফংলুরোকো, মীরৈবাক মালেমশিদদি ঈশ্বর লৈতবনি । করিগীনো মানা নঙবু অসুক য়াম্না তমথীনা ওৎলিবা ? করিগীনো মী অমদা অসুক য়াম্না ওৎলিবা ?

*শ্রীমতী মুতুম রাধে দেবী*

*******



